# কাইবরোন

অইবা :—

শ্রীভাগ্য সিংহ, য়েংখোইবা

Rs. 20·00

স্বত্ব পুম্বা অইবগীনি।

# বাহৌ-লংজিন

মঙম কুহনা অকাউ-লৈজুংদা কুমহুনা লইশ্রবা 'কাহবরোন' পুবা-রি অসিবু খোঙ্গান লৈশবা পাখংবন মঙাংগুরুদা ভাকপিহনা ভাহনংপান্দা ভাল্লমহ ঙ সাপা নিংখোন মঙাংগুরুদগী ওমজ হোই। অদগী মতুংদা লাহানংখো মুংহাংবনা অমুক তমখি।

মথংদা কোম্রচক্রো নিংখোরেন শ্রীযুক্ত পামহৈবা গরিবনিৱাজগী মতমদা শ্রীননা মংহচোনা রাকোক খংরেন ভাক লখি। রাকোক লোন থিংরনাস কাইবরোনগী অসম্বান খৃষ্ট মমাং কুম ১৩৯৮ (1398 B.C., দা রাকোকলোন খংরেন ভাবগী রা হরি।

শ্রীচরাইরোংবা লাইনিংখো সনা হাক্তক্তা অঙোম গোপীনা কাইবরোনগী মরমদা খরদং ভায়রগা নিংখোগ। পাগুতকা করি ভোরগা লৈপাক্তা অকব। খোকদগে হায়খি

ঐহাক্ক কাংবরেনগী সমপংপা রারোন খৃষ্টাব্দ ১৯৬৭ ভা থাংমৈবন্দা ভৌখবা মীতিন্দা ( সভা ) খঙ্গখি।

অতুগী মতুংদা অমুক হন্না তাং ১।১১।৬৮ হংগী ইরাই ঙুমিত্তা জোনষ্টোন হাইস্কুলদা লকী কম্বা সভাদা কাইবরোনগী মরমদা বক্তৃতা পিজাখি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭০ ভা মোহবাংদা কম্বা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মীতিন্দা অমুক হন্না তাং ২৪।৪।৭০ হং হরাহ ঙুমিত্তা কাইবরোনগী অসম্বা রাব সভাগী মকমদা খণ্ডহল্লখি। মতমগী

খোঙলৈনা কনবদগী মাঙত্রব মণি অসিবু লিক্লি মচেৎ'ন হ'য়না খনবিখি। কাইবরোন মণি অসি ঙম্মখৈ ফেঙতোকচবগা মৈতৈ ভাত্তিগী সন' খুত্তা থম্বিনবা তোম্লবনা কৎচরি। অহৈ-অলিংনা অমুক হন্না ফেঙবিরগা লংবা হেন্নকনি খঞ্জনা তাইবং মপু শ্রীপাখংবাগী সনা খুয়া থম্মান নৈঙাংলেন্দ কাইবরোনবু কৎচরি।

তোম্লবা—

শ্রীভাগ্য সিংহ, মেংখোইবা।

————

# বারম সাঁংলেন ( বিষয় সূচী )

## ( Table of contents )

# কাইবরোন

## অহানবা মতাং

## বাহৌ

তাইবংপানগী মী, শা উচেক্‌ মখোন, নোং মখোন, খোনশিংনে পোং অনি নত্রগ। অহুংগী হেনবগী তক্লবা, কেৎনবা থে নবদগী থাকই। খোং শংথু নাতারগা শুডাইবা অরাবা অকিবনি হায়বা থওনৈ। লিন্না হংডোই লাক্লগা চেৎ-চেৎ খোংই; মচু তারগা মাবু কনগদবগী হেংনৈ মীন "হংডোই! হংডোই!" কৌতুনা কদায়দা লৈবগে খঙ্গদবগী হাৎনৈ, অতুবু হংডোইতুনা চেৎ চেৎ মখোন অতুদগী হেন্না অওই হায়বা ঙমদে।

মীওইবর্নাদি, মান। উবা খবা, খম্বুবা, ফৈ-ফত্তে নৈনরগা হায়দোকপা ঙম্বা তেঙান তেঙানবা খোন খোকহনবগী পাঙ্গল লৈ; অতৈ থুরাই পানবগী অতুক য়াম্না খোন লৈতে। মীওইবনা নিংলিবা খল্লিবা, খন্নবা পুম্নমক্কাস মী অমদা হায়দোকপা, অমতুনস্লু মাথু নাতারগ খঙবা ঙম্বা মহাক্কস্লু মাগী ফৈ-ফত্তে হায়দোকপা ঙম্বা খোনশিং অতুবু লোন কৌই।

লোন মখল মথা য়ামই। মাতুদি:— মৈতৈলোন, বাঙ্গালী, হিন্দি, ইংরেজী অসিনাচিংবনি।

# লাই

## ( লিপি ) Writing

খোরি খোংপা, য়েকপা খুদম তৌবা অসিনচিংবনা পূন্নিংগী রা কয়ামুক ফোংতোকনৈ। মাহু পুন্নমক্কা পুন্নিংগী রা নত্রগা লোন ফোংতোকপা খুদোং চাদে। মসক নাইবা খোরি নত্রগা অয়েকপা কয়ামরুম্মা লোনবু ফোংদোক্লে। মসক নাইবা খোরি নত্রগা অয়েকপা মসকশিং অদুবু 'লাই' কৌনৈ। লাই মরিক মরিক কয়ানা পুন্দুনা য়েকপা নত্রগা ইববু "লাইরিক" কৌনৈ।

# কাইবরোন্

## ( ব্যাকরণ ) Grammar

লাইশিংগী তিন্নকম, লাইকম, তৌন্নি-লাইরি, ময়েক মশোন খোন্দোকা শোম্নববু "কাইবরোন" কৌই।

কাইবরোনগী অথুপ্পা লংলা লংজিন থিবসি হয়ি-চক্তা মঙাং গুরুনা হৌতোক্লগা মঙা ইবুঙো ভাসাপাদা তম্বিখি। রারম অরুবা অসিবু শ্রীগরিবনিরাজগী সনা হাক্তক্তা থরা অমুক ফোংখি। *

মতম খোঙলৈ মতুং ইন্না তৌন্নম লাইরমসি থিজিনগদবনি হায়বিরমই। তৌন্নম লাইরম অদু হৌজিকী মীয়োম্না খঙবিনবা মীগী ময়োনস্তু চৈথেল মনুংদা থমজরি, রায়োবিগন্তু।

কাইবরোনগী তৌন্নম লাইরম লাইশোন নিংখিনা খঙবদি নাহা নৌনা শিক্তমজবা ঐঙোক্তদি লুনা থোকই, অদুবু থরক্তং

★ মতমগী মতুং ইন্না লাইরিক ইগদবনি।

হোৎনজবসিনা ইথুরাইগী কাইবরোন (ব্যাকরণ) লৈতে লাংতক্‌খা রাখল কোকনি ; লৈবিববু লৈতে খন্নুবতনি, মী অতৈনা কাইবরোন খণ্ডবদি লোন অসি হৈথা লুগনি। মী অতৈনা অস্নুমা লান্না হায়নৈ—

অমা ষণ লাকলে।
নপাবু রোইনা লাকউ
হায়বিরে, অত্তবু লাক্তে।
হৌদোং মাপল থোকম্রে॥

অচুম্বা লোন্দি অস্নুম ওইগনি
ষণ অমা লাকলে।
নপাবু ঐনা লাকউ হায়খি
অত্তবু লাক্তে।
হৌদোং মপাল থোকম্রে

লোন অমবু মপুং ফানা খণ্ডনবা, হায়নবা অমদি ইননবগী দমক কাইবরোন তমগদবনি। মতম খজিক্কদা ফনাগুম্বা মী কাংবু অমগী লোন থুনা হৈনবগী দমক কাইববোন তমদবা য়াদে।

# কাইবরোনগী শরুক।

## ( Parts of grammar )

ফনাগুম্বা অমনা বা থর ভাংবদা নাতারিবা মী অত্থনা খণ্ডবা ভমজবদি, মাগী হোৎনবা কান্নরে, মপুং ফানা মী অত্থনা খণ্ডলবদি

ঙাংলিবা রাশিং অঙগী মাইঙ যাম্লে হায়বদগী * বাহৈ ( বাক্য ) কৌই।

"ইবো। লমহাংদা কোইক্চৎলু।" বাহৈ অমনি রাহৈ খুদিংমক রারা ( শব্দ অমা নত্রগা মযাম্না তিন্নগা সেম্বনি। রারা খুদিংমক লাই ( মযেক ) কযামুক তিন্নরগা থোকই; লাই তিন্ন-ফমনি। "ইবো" রারাসি ই+ব+ও লাই অহুম তিন্নহনা থোকই

কাইবরোনদ তৌগ্নি, লাইরি লাইরিনফমনচিংদা সেম্বা শাবা, তিনশিন্নবা, কাইনহন্সা হাংসনচিংবগী রা খা 'ল মরম অহুদগী কাইবরোনবু মতাং অহুম থোক্না খায—

১। বাকোকলোন খিরেন সন্নাই লমাইরোন ortho graphy ( বর্ণবিচার )।

২। রারা খিরেন Etymology ( শব্দ বিচার )।

৩। রাহৈ কোলোই খিরেন Syntax ( বাক্য বিচার )।

১ রাকোকলোন খিরেনদা মরেক্রী লাইগী ) মও মতৌ খোম্লোক ( উচ্চারন ), তৌগ্নী লাইরি খরা হায়রি

২। রারা খিরেন্দা—রা হাংবসি উ রা লাইরা, উচিরা, লোংরানচিংবা মখল যাম্বদগী য়া-দগী থোরকপ। রা 'রারা' গী মরমদা মাগী লমদাং, শীংচৎ নত্রগা চৈথা, মতমগী খোঙ্লৈন্সী মরমদা ঙাংলি।

* বাহৈলি কৌলিক মরমদা 'শব্দ' গী অর্থনা লোয়ৈ অহুবু কাইবরোন-সিদদি 'বাক্য' গী অর্থনি। কনাগুম মীনা বাক্যবুনা বাহৈ-পরেং কৌই।

৭। ব্র'ঙে কোলোই থিরেন্দা ব্রাহৈ বরম্মা শেম্ব', মথল, ব্রাহৈ কোলোই থুদিংবু কয়া থোক্না খাযবা অসিনচিংবা থিজিন-বশী ওনদং কোংতোকলি।

# ব্রাকোক্ থিরেন

## ( বর্ণ বিচার ) Ortho-graphy.

### য়েক ( Letter ) বর্ণ।

য'-বাগী মকোক হায়ববু ব্র'-মকোক ব্রাকোক কৌই, অদুগা মকোক ওইবা পিক্ত পিক্তবা ব'গী মরিকপুম্ব ব্রাকোক ( ময়েক ) কৌই। ব্র'-গী মকোক্কী থিজিনবা আপোইববু ব্রাকোক থিরেন ( বর্ণ বিচার ) হায়নৈ। ব্রাকোক অসিবু যেক নত্রগা খোবি ( অক্ষর ) কৌই। ময়েক্কী কাংবুবুম্ব ব্রাকোক ( বর্ণমালা ) Albhabet কৌনৈ।

ময়েক্কী কাংবুবু অনি থোক্না খায়ম্বি—

* ১। ইন্নুংয়েক ( স্বর ) ২। থুন্নুংযেক ( ব্যঞ্জন )।

১। ইন্নুংয়েক ( Vowel )—ময়েক অতৈ হায়বদা ময়েক অতৈনা পাংবা নৈনভবা মথন্তা ইশাগী ইন্নুংদগী থোবকপা যাবা

* ইন্নুংয়েকপু কনাগুম্ব পাংভনা সংস্কৃতত মামন 'স্বর ময়েক' কৌই, অদুগা কনাগুম্বনা থবাইগুম্বনি হায়দুনা থবাই ময়েক কৌই অদুগা থুন্নুং-য়েকপু ব্যঞ্জন নত্রগা খঙ্কম ময়েক, হকসাং ময়েক হায়নৈ। মৈতৈলোন্দা ইন্নুংগী অর্থ অমবু অফিংম্ব কৌই। অসিদা 'স্বর' বু ইন্নুংয়েক কৌবসি ময়েক পুমমক্কা তুমন্তনা লৈবগী কারণনি।

ময়েকপু ইনুংয়েক ( স্বর ) কৌই। মাতুদি :— অ, আ, ই, ঈ নচিংবনি।

২। খুনুংয়েক খোরিশিংদু হায়বদা ইনুংয়েক য়াওত্রবদি হায়বা, হায়দোকপা য়াদবা ময়েকশিংবু খুনুংয়েক ( ব্যঞ্জন ) Consonant কৌই।

খুনুংগী অর্থদি চৎনদবা অরিবা হায়বনি ইনুংয়েক য়াওদনা চৎনবা য়াদবনি। মতুদি—ক দগী হ ফাওবনি।

'অ' 'সি মনুংদা লৈরবদতা ক, খ, গ নচিংবা ময়েকশিংসি হায়দোকপা য়াবনি ; ইনুংয়েক লৈতবদ' ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্ অমুখা ইনৈ 'অ' তৎলে হায়বা খঙ্নৈ, মখোন খোকপা ঙমত্রে ; অসম্বা লোন্দদি শোর তৎলে হায়বনি

# ইনুংয়েক

## ( স্বর বর্ণ ) Vowel

হৌজিক মতমগী মৈতৈলোন্দা ইনুংয়েকসি (১১) তরামা৷খাই শুনা য়েক্লে। হান্নদি 'অ' মথন্তা থনমই। হৌজিক মতমগী ইনুংয়েকশিংদি— অ আ ই ঈ উ, ঊ ঋ এ, ঐ ও ঔ অসিনি।

ইনুংয়েকসি অহুম খোন্না খায়নৈ— ১। অয়াংব ২। অরাম্বা অমদি অশাংবা ৩। তিল্লি।

১। মতম খজিক্ত চঙ্না য়াংনা হায়বা ইনুংয়েকশিংবু অয়াংবা ইনুংয়েক Short vowel ( হ্রস্ব স্বর ) কৌই। মাতুদি :— অ, ই, উ, ঋ অসিনি।

২। মতম স্বর-শাংখনা লূমখনা হায়বা ইন্নুংয়েকশিংবু অরাম্বা অমদি অশাংবা ইন্নুংয়েক ( দীর্ঘ স্বর ) Long Vowel কৌই। মাহুদি :— আ, ঈ, উ নি।

৩। ইন্নুংয়েক অনি নত্রগা খুন্নুংয়েক্তা তিন্নহুন সেম্বা ইন্নুং-য়েকশিংবু 'তিন্নি ইন্নুংয়েক' ( Joint Vowel ) কৌই। মাহুদি :— এ, ঐ, ও, ঔ

অ+ই=এ ( য়ে )        অ+উ=ও (ৱো )

অ+এ=ঐ ( অয়ে )        অ+ও=ঔ ( ৱৌ )

অম্নিবা মৈতৈ খোরিদদি মরু ওইবা ইন্নুংয়েক 'অ' অহুগা অতৈ ইন্নুংয়েক্তি "তিন্নি লাইরিক" ওইনা ইরি। মাহুদি

ই=য়ি,        ঈ=য়ী        উ=ৱু        ঊ=ৱূ

ঋ=রি,        এ=য়ে,        ঐ=য়ৈ        ও=ৱো

ঔ=ৱৌ— অশুম্বা তিন্নব ইন্নুংয়েক ঙাক্তনি।

অং, অঃ ময়েক অনিসিদা 'অ' দাং (নাম্নুং শোর ) মনাক্ত থম্নগা 'অং' অহুগা 'অ' দা ঃ ( হ-কোথ ) থম্নগা 'অঃ' থোকই ! মখোয় অনিসি তোঙানবা ইন্নুংয়েকনি হায়না লৌনদে।

# "কারবা"

## মাত্রা ( Signs of Vowel )

ইন্নুংয়েক্না মশক হোংতোক্লগা খুদম অমমম ওইনা খুন্নুংয়েক্তা কাম্নিবা অহুবু 'কারবা' ( চৈতপ ) কৌই। কারবাশিংগী শকৃতি অসিনে :—

অা ই ঈ উ ঊ এ ঐ ও ঔ

া ি ী ু ে ৈ ো ৌ

কারবাশিংনা থুনুংযেক্তা কাবগী মতৌ :—

নাকন্দগী, মখোঙ দগী তুংমাঙ দগী তোঙান তোঙানবা কিভমদা কাবা লাকুনৈ।

ক কা কি কী কু কূ কৃ কে কৈ কো কৌ।

খ খা খি খী খু খূ খৃ খে খৈ খো খৌ

খঙগদবা :—

(ক) পাবা মতমদা ক-দা অা কারবা=কা, নত্রগা ক অাকার =কা অমুম্না পাগনি কারবাগী 'বা' সি শিজিন্নরে।

(খ র নত্রগা হ দা উ ঊ কারবদি মরুক্তা মকোক্তা মখোঙদা কাখৎলি। মাহ্নদি :— রু, রূ, হু হূ।

# থুনুংয়েক

## ( ব্যঞ্জন ) Consonant

থুনুংযেক ( কুনথ ।৫মদোই নি )। কাংবু অহুম থোক্লা থাই — ১। অসোকপা. ২। মনক্তা লৈবা ৩। অশাবা।

অসোকপা ( স্পর্শ ) mutes—থোরিশিংচু হায়বা মতমদা মুকমু·লৈনা চীন অহুগা থোনাউদা সোক্লগা মখোন থোকহল্লি অহুদগী মখোয়বু অসোকপা ময়েক কৌই। মখোয়হুদি ক দগী ম ফাওবা ময়েক ২৫ অসিনি; ময়েক ২৫ অসিবু থুংপু ৫ থোক্লা থাইরি। থুংপুবু কাঙ লুপসু কৌই।

১ অসোকপা ময়েকশিং :—

কগী খুং ......... ক খ গ ঘ ঙ

চ খুং ......... চ ছ জ ঝ ঞ

ট খুং ......... ট ঠ ড ঢ ণ

ত খুং ......... ত থ দ ধ ন

প খুং ......... প ফ ব ভ ম

২। মরক্ত লৈবা Semi Vowel ) ময়েকশিং—মথাগী ময়েকশিংসি মরক্তা লৈবা ময়েক কৌনৈ মরমদি ইশুংয়েক খুন্নংয়েক —অনিমক ওইবা য়াবদগী মরক্তা লৈব কৌবনি।

মাহুদি :— য় র ল র

ইশুংয়েক কারগা হশুংয়েক ওইবনা মরক্তা লৈবা ময়েক কৌবনি।

মাহুদি :— র+ি=রি=ই

৩। অযাবা ( উষ্ম ) Sibilants—ময়েকশিং অসি শোনবদা শোর সি শাহ অথুগা ছুই খোংবগুমশু তৌই হায়বদগী অযাবা খুন্নংয়েক কৌই। মখোয়হুদি :— শ ষ স হ।

ক্ষ ড় ঢ় য অসি মরক্ত ওইবা ময়েকনি লৌদে। ক্ষ অসি ক্+ষ তিন্নবা ময়েকনি। মৈতৈলোন অরিবদদি ক্ষবু পাথংবা ময়েক কৌনৈ। ড় ঢ় য অসি ড ঢ অমসু য় গী মশক হোংবতনি। য সি মৈতৈলোন্দা কয়া চংনদে অহুনা 'য়' তবু মরক্তওইনা লৌরি।

# খুনুংয়েক্কী শন্নবগী হৌনবী

খুনুংয়েকসি মমাং মতুং মথক মথাদা শন্নতুনা তিমৈ। তিন্নবা অসিদা খরগীদি মসাগী সরুক খর পাইথাখ, খরগীদি পাইদে। মৈতৈ খোরি অশেংবগী ময়েক মমৈ নত্রগা মকোক পাইখিবা ময়েকশিংদি :—

(ক) ক ঙ ণ ত ন প ম ল অসিগী মকোক নত্রগা মশ্নে পাইথোকখি; পাইখিববু তংপশু হাযনৈ।

অদুগা হৌজিক মতমগী তিন্নবগা মসক ওৎখিবা খুনুং য়েক্কি জ ঞ ত, ধ ম য র অসিনি।

খুদম :— জ+ঞ=জ্ঞ (গ্য)

ঞ+জ=ঞ্জ (অনুজ)

ত+ত=ত্ত

ত+থ্=ত্থ

ন্+ধ্=ন্ধ

র্+ক=র্ক

ক্+র্=ক্র

প+র্=প্র

ম+র্=প্র

ম+র্=ম্র

(খ) তিন্নবশু মসক পাইদবা নত্রগা ওনদবদি—ক খ, চ ট নচিংবা কয়া মুক্তি ওন্দে।

চক্+কা=চক্কা।

মচ+চ=মচ্চা।

(গ) ত্ অসি তপ্পুবদি মসক য়াম্না ওনগনি ক+ত= ক্ত, ত+ত্=ত্ত; ত্+থ্=ত্থ

(ঘ) র না খুন্নুংয়েক অমগী মাঙ্দা লৈরগা তিনগে হায়রবদি ' রেফ ( রনা+এম্না ) কৌহুনা মখক্তা কাপ্লৈ। র+ক=র্ক, র+খ=র্খ।

(ঙ) র্না খুন্নুংয়েক্কী মতুংদা লাক্লগা তিন্নরবদি রফলা (রনা ফলবা) কৌহুনা মসক ওন্নৌ। ক+র=ক্র খ+র=খ্র ম+র=ম্র।

(চ) খুন্নুংয়ক্পু হকতম যেকপ্ন কৌনৈ। খুন্নুং য়েক্না তাম্বু হকতাম্ নরেগা হসন্ত কৌনৈ। করম্না পাগদগ মাদুদি :— চাক্- 'চ্ আকার ক্ হকতাম্' অমুম্না প গনি

(ছ) খঙ্ বগদবা অঙিবা য়াকোক লোন্দা 'ক' বু 'কোক্' 'খ' বু খো অমুম্না পাগনি হায়নৈ; মসি তাকপদি 'ক' অসি কোকী মতৌতম্বনি, খ না খোবিগী মতৌ তম্ব নে হায়বদনি; কোক, খো হায়হুনা পাগদবা নত্তে। সংস্কৃতকা লৈতেলোনগা খোন্দোক মান্নৈ, অদুনা সংস্কৃতকুম পাগনি। কনাগুম্বনা 'ক' বু বাঙ্গালীগী মতৌতমদুনা "কো" হায়না পানৈ। মৈতৈগী খোন্দোক্কা বাঙ্গালী খোন্দোক্কা খেন্নৈ। কো খো গো ঘো ঙো—হায়বগী মহুত্তা ক খ গ ঘ ঙ অমুম্না পাগদবনি।

মাদুদি :— ক্+অ=ক, খ্+অ=খ, গ্+অ=গ, ঘ্+অ=ঘ, ঙ্+অ=ঙ অমুম্না হায়গনি।

# ময়েক খোন্দোক

## ( বর্ণগী উচ্চারণ )

ময়েকশিংসি হায়দোকপা নম্রগা শোনবদা মুক্ মু-লৈনা য়াগুংগী সরাক কয়ামুক সোক্লগা ঙৌ নম্রগা খৌনা হোংনজুনা হায়দোকই—অসিবু ময়েক্কী খোন্দোক ( বর্ণগী উচ্চারণ ) কৌনৈ। মৈতৈ ব্রাকপা চানা ( কবিনা ) ময়েক মশোন. চৈতপ্ পোত্তপ্ খোন্দোক কায়বসি লূনা খন্নবনই। খোন্দোক্কী তিল্লি লাইরি মতাং অসিদা খন্নরি।

ময়েক্কী খোন্দোকসি হায়দোকপদা হোংনবা ( প্রযত্ন ) অমা চঙ্ই। করি কবিনা হায়দোক্লবা হোংনবগে হায়ববু ১। খৌরি (কণ্ঠ) ২। ঙৌপাক (তালু য়াগুংগী মথক্কী মথুম ৩। ঙৌ (মুর্ধা) য়াগুংগী মথক থংবা য়ারি পবেংগী মথক্তু মক্রক মক্রকপা লৈবা মফম ৪। য়া ৫। চীনবান (ওষ্ঠ) ৬। নাতোন (নাসিকা) অসি-নচিংবনা হোংনরগা মখোন খোরকই। মখাদা করম করম্বা ময়েক্তা মখোয় অসিনা মরু ওইনা চঙবগে তাকলি

১। খৌরিদগী খোকপা - অ, আ, ক, খ, গ, ঘ, ঙ, হ ময়েকশিংসিগী খোন্দোক্তি মুকমুলৈনা খৌরিগী অহোবগী পাঙল লোই অহুনা মখোয়বু খৌরিদগী খোকপ কৌই।

২। ঙৌপাক—ই, ঈ, চ, ছ, জ, ঝ, ঞ, য়, শ মখোয়সিগী খোন্দোক্তি মুকমুলৈনা য়াগুংগী মথক থংবা অনানবা মপাক অকোনবহুগী পান্মৈন হায়দোকপা য়াই—অহুনা ঙৌপাক্তগী খোকপা ময়েক কৌনৈ

৩। ।'ঙৌ (মুর্ধা)— ঋ, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, র, ষ মখোয়সি হায়দোকপা খোঙ্গোক্তি ঙৌপাক্কী মমাঙদা লৈবা মথক থংবা য়ারি পরেংগী মন্থ' থংবা লৈয়িগুম থব থব মক্রক মক্রকপা মকম অহুদা মুকমুলৈনা সোক্লগা হায়দোকচ অহুদগী মখোয়বু ঙৌদগী খোকপা ময়েক কৌনৈ। ('ত' ময়েকপু য়াংনা হাযবা ভারবদা 'ট' অমুম্না শোনবা ভাই। অহুবু য়ারা থর নত্তন। অঙৈদা ইনরমদে।)

৪। য়াইয়েক — ত, থ, দ, ধ, ন, ল, স চয়েকশিংসি হায়-বদা মুকমু লৈনা য়াগী মতেং লৌই মরম অহুদগী মখোয়বু য়াইয়েক কৌই। (লৈভোনগী মথক থংবনা য়াদা হাইকেং সোকই, অরুম্বা 'শ' সি সনা ওইবা য়াও)।

৫। চীনবান—উ, ঊ, প, ফ, ব, ভ, ম মযেকসি হায়দোকপদা চীনবান অনিমক্না মুকমুলৈ য়াওনা থবক ভৌই, অহুদগী মখোয়বু চীনবানদগী খোকপা ময়েক কৌই

৬। নাভোনময়েক—ঙ্, ঞ, ণ, ন, ম্ অহুগাং নামুং খয়সি শোনবা মতমদা নাভোনগী মতেঙ্ লৌবদগী নাভোন্দগী খোকপা ময়েক কৌনৈ।

এ, ঐ ময়েক অনিসি খোব অমমুং ঙৌপাক্তগী খোকপা ময়েক কৌনৈ ক'বন হায়বনু অ+ই=এ; অ+এ=ঐ ওইবনি।

† মী থবনা ঙৌবু কোকপী খোকপা কৌনৈ। 'চ' অমা হায়বদা খোইনা লৈ (লৈই) কোনগদবা নওে লৈভোয়া মথকী য়ার পরেং মক্রক মক্রকপদু হাইকেংঙা সোকপানি।

ও, ঔ অনিসি খোরি অমসুং চীনবান্দগী খোকপা ময়েকনি হায়দুনা খোরি অমসুং চীনবান ময়েক কৌই। করিনা হায়রবদু অ+উ=ও; অ+ও=ঔ ওইরবনি।

'ব' সি যা অমসুং চীনবান খব সোক্নবা হায়বা ময়েকনি, মরম অদুদগী ময়েকসিবু য়া অমসুং চীনবান্দগী খোকপা ময়েক কৌই।

## ময়েক্ মশোনগী তাক্রম্

| খোকক্ম্ | ইনুং | খুনুং | অংসোকপা | অথাবা, মরক, লৈবা |
|---|---|---|---|---|
| খোরি উত্তোং | অ আ | ক খ গ ঘ ঙ | হ | Gutturals (কণ্ঠ) |
| তৌপাক | ই ঈ | চ ছ জ ঝ ঞ | য শ | Palatals (তালব্য) |
| তো | ঋ | ট ঠ ড ঢ ণ | র ষ | Cerebrals (মূর্ধ) |
| য়াদগী খোকপা | — | ত থ দ ধ ন | ল স | Dentals (দন্ত) |
| চীনবান | উ ঊ | প ফ ব ভ ম | — — | Labials (ওষ্ঠ) |
| খোরি+তৌপাক | এ ঐ | .... | .. | কণ্ঠতালব্য |
| খোরি+চীনবান | ও ঔ | ... | | কণ্ঠৌষ্ঠ্য |
| য়াগা চীনবানদগী খোকপা | .... | ব ... | ... | দন্তৌষ্ঠ্য |
| নাতোনগী খোকপা | | ঙ ঞ ণ ন ম | | নাসিক্য |

খেংলদবা—খোরিদগী খোকপবু খোরচা, তৌপাকদগীবু তৌপাকচা, তোদগী খোকপবু তোচা, য়াদগী খোকপা য়ারচ, চীনবানদগী খোকপবু চীনবানচা নাতোনদগী খোকপবু—নাতনচা কৌই।

# ইনুংয়েক

## অল্লম-অয়াং

মৈতৈলোন্দ ইনুংয়েক অসি অল্লম অয়াং অনি থোল্লা চাউ রাক্না থায়নৈ। মথুর্দি :— ১। অয়াংবা অ, ই, উ অসিনি। ২। অল্লম্বা আ, ঈ, ঊ, ও, ঔ অসিনি।

### খুনুংয়েক্কী অল্লম অয়াং।

১ খুনুংয়েক্তি ই অয়াংবা খুনুংয়েকী 'কার' হাপ্লগা অয়াংবা। অদুগা অল্লম্বা হাপ্লগা অল্লম্বা ওইনৈ।

২ ' নাগুংশোব হাপ্লগা অয়াংবা, ঙ্ হাপ্লগা অল্লম্বা খঙ্নৈ

৩। হোৌজিক মতমদা পথাপ ইনাই নাইদনা মনিং ভল্ল ইবা চংনার রাহৈ রাতাগী মতুংইন্না খঙনৈ।

৪। 'ই' না চম্ব য়ারানা অয়াংবা 'য়' না চম্বনা অল্লম্বদা সিজিন্নৈ।

১। অল্লম অযাং ইনুংয়েক কাবা ময়েক :—

কি=থুকই, কু=থোঙ্গানবিউ।

মি—কক্লাংদা লৈবা জীব মখল অমা। অদুগা মিহুল, মীগী মশিং।

মী=ভাইবংমী।

লৈ=মুকমু লৈ, য়ানুংগী লই; শীংঙেল লৈ (উদা শাংপা লই)।

খঙবিগদবা :— লে অসি করিগুম্বদা 'লয়' গী মহুত্তসু শিজিন্নৈ।

২। পোতপ্ হাপ্তুনা অরাম অয়াং শেম্ব .—

কং=কাঙহুগী মপাক 'কং'।

কঙ্ =ঈশিংদা তাউবা পোং।

খংবা=কিছুনা পাখংপা। (খংবা ওইনা ইবসু য়াই

মরমদি অয়াংবদি কাখংনৈ)।

খঙবা=মশক খঙবা নত্রগা যানবা

৩। হৌজিক মতমদা পথাপ হন্দনা শিজিন্নবা কয়ামুক্তি—

'ঐখোই'=ঐখোয়গী মহুত্তা।

খংবা=খঙবগী মহুত্তা।

ঙাংবা=ঙাঙবগী মহুত্তা।

৪। ইনা চম্বনা অয়াংবা 'য়' না চম্বনা অরাম্বা অহুবু 'ঐকারবা' নত্রগা 'ঔকারবা' অসি দ পথাপশিং হন্দ। মহুদি—

চাই=ঙানা ঈশিংদা কোয়।

চায়=( চাক ) পুক্তা চঙনবা য়াদা চাবা।

মহৈ=(মহৈ) তমহুনা খঙবা (বিদ্যা)।

মহৈ=(মহয়্) থবক্কী থোকপা

৫। 'ও' না চম্বনা অরাম্বা 'উ' না চম্বনা অয়াংবা ওইনা সিজিন্নৈ। মহুদি—

চাওবা=ময়া হেন্তোকপা

চাউবা=রাং চাউবা।

৬। 'ঔ' না কারবা ময়েক্তি পথাপসি ইন্নদে, রাহৈ-রাক্তা মফুংইন্না খঙনৈ।

হৌবা (অয়াংবা)=থবক তৌবা থোঙশানবা।

হৌবা (অরাম্বা)=মথোল লাউবা।

তৌবা (অয়াংবা)=থবক থোঙ পাঙথোকপা।

তৌবা (অরাম্বা)=লৈপাক য়োংনা য়ানবা।

৭। 'ট' অসি 'ত' গী অয়াংবা ওইনা শিজিন্নবা থোংনৈ।

টা=থুংলাই মথল অমা।

# নৈনবা

## সাজেন

১। লোল কদায়বু কৌবগে? মথল কয়ানো?

২। কাইবয়োন কদায়বু কৌই? কনানা হান্না ইরম্বগে?

৩। ইশুংয়েক অহুগা খুশুংয়েক কদায়বু কৌবগে? করিগী দমক ইশুংয়েক কৌরিবনো? খুশুংয়েকপু সংক্তা করি কৌনবগে অহুগা মৈতৈ লোন্দা অতোপ্পা মমিং করি করি লৈবগে?

৪। ট ঠ ড ঢ ণ বু কদায়দগী থোয়োক থোকহনবগে? 'ঢ' করিগী মহুত্তা শিজিন্নবগে?

৫। মৈতৈলোনগী অরূম অয়াংগী মরমদা খঙবা মথৈ হায়উ।

৬। অ, ক গী থুং, তগী থুংকী থোককম তাকউ।

৭। মরক্তা লৈবা ময়েক কদায়বু কৌবগে করিগী কৌরিবনো?

# অনিশুবা মতাং ।

## য়াৰা-থিরেন।

### ( শব্দ বিচার ) Ety-mology

না-ভাবা ( নোকোংনা ভাবা ) খোনবু ময়েক অমা নত্রগা ময়ায়া তিন্নরগা ইবাতু, মিংনা উরগা করি হায়রিবনো খঙ্লবাদদি মাতুবু যারা ( শব্দ ) কৌই ; কনাগুম্বনা য়ারাবু রা-হৈনু কৌনৈ। মতাং অসিদা য়ারা সেম্বা, লমদাং, শীংখেক শীংথা অমদি লাইপুং খৌগী থিরেন লীগনি।

য়ারা সি অনিথোক্না থায় (১) ( লাইরিক ) থীবা (নিরর্থক) অমুগা (২) ( লাইরিক ) হায়বা ( সার্থক )।

১। থীবা ( নিরর্থক ) লাইরিক থীবাগুম, করি হায়রিবনো খঙ্দনা লাউবা, হেকপাবু থীবা কৌই। মাতুদি নোংনা খোংবাগুম্বগী মখোন 'খ্রাক্খ্রাক", ঝা ঝা ঝিং ঝিং, ম্যাও ম্যাও অসিনচিংবানি। নোং খো'বা মুংশিং মুংশাগী মখোন, সরিক, অমুগা হৌদোংগী মখোন ম্যাও ম্যাও নচিংবাসি থীবা ( নিরর্থক অর্থ লৈতবা ) কৌই

২। হায়বা ( সার্থক )—লাইরিক হায়বা না অর্থ হায়বা-গুম,-অর্থ-চেনবা য়ারাবু-'হায়বা' কৌনৈ, 'অর্থ' য়ারা সিবুসু মৈতৈলোন্দা "হায়বা" কৌই। মাতুদি 'ঈরিন' না অরাংলোমগী চাংদগী চেন্নকই। 'ঈরিন' সি ঈশিং মরিন লৈবা তুরেননি খঙ্নৈ, ঈশিং মরিনতবু খঙ্নদে, অমুনা 'ঈরিন' 'হায়বা' লৈবা ( অর্থ

লৈবা ) য়ারাল্নি। কাইবরোন লাইরিক্তা 'হায়বা' য়াওবা ( অর্থ লৈবা ) য়ারাগাক সিজিন্নৈ।

## বাঙাংগী সরুকশিং।

### ( Parts of Speech )

মৈতৈবু শালাই তরেৎ খায়বগুম, কাইবরোনগী য়ারা ( শব্দ ) শিং অসি শালাই নিপাল খোল্লা খায়ল্লি। শালাই নিপালসি মরা ওইবা শালাইদি তরেৎতনি। শালাই নিপাল অছুদি অসি-নে :—

| * শালাই ৮ গী মমিং | হিন্দী মমিং | ইংরেজী মমিং |
|---|---|---|
| ১। ( মঙাং ) অপানবা | সংজ্ঞা | Noun |
| ২। ( অঙোম ) পুরৈলোম্বা | সর্বনাম | Pronoun |
| ৩। ( লুরাং ) | বিশেষণ | Adjective |
| ৪। ( খারৌ ) কাই | ক্রিয়া | Verb |
| ৫। খা-ঙানবা | ক্রিয়াবিশেষণ | Adverb |
| ৬। ( মোইয়াং ) মৈয়াং | সম্বন্ধবোধক | Preposition |
| ৭। সয়াং লৈশাং (চেংলৈ) | সমুচ্চবোধক | Conjunction |
| ৮। হোয়োক কোম্বো | বিস্ময়াদিবোধক | Interjection |

---

* শালাই ৮ গী মমিং অসি বাকোকলোন খিরেন অমসুং মৈহৌরোলক-পী খোজবনি। মঙাং অাদগী মরমদা খাংমৈবদা তৌখিবা কাইবরোনগী মীতিন, খোমডৈ কুলগী মরেকী মীতিন অছুগা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী থোইরাংদা কদা মীতিন্দা ঐনা ওাংকপ্রবনি।

মথকী শালাই নিপালসি কাইবরোন মতুংইন্না থূংপু অনি থোক্লা থাই। মদুদি—

১। শাওনবা অহুগা ২। শাওন্দবা।

১। শাওনবা ( De·clinable ) ৱারাশিং অহুগী মসা নত্রগা মসক অহুগা ফিজেং চাকচা, লমদাং, শীংচন শীংথা, লাই-পাংথোগা লৈমিন্নবগী মতুংইন্না মসক ওন্নি—মথোয় অহুদি ১। অপানবা ২। পুরৈলোম্বা ৩। লুৱাং অহুগা ৪। কাই শালাই মরি অসিনি। মরম অহুদগী মথোয় ৪ বু শা-ওনবা ( বিকারী ) কৌই।

২। শা-ওন্দবা ( মসক ওন্দবা ) ৫। মৈৱাং ৬। সায়াং লৈশাং ৭। খা-ঙানবা অহুগা ৮। হৌরোক কোম্নোদি ফিজেং শীংথা লাইপাংথৌ, মতমগী মতুংইন্না মসক ওন্দে অহুনা মথোয়বু শাওন্দবা ( অবিকারী ) কৌনৈ।

## ৱাৱাগী তাক্রম।

ৱারা ( শব্দ )

১। খীবা ( সার্থক ) ২। হায়বা ( নিরর্থক )।

১। শাওনবা ( বিকারী ) ২। শাওন্দবা ( অবিকারী )

১। অপানবা ৫। খা ঙানবা

২। পুরৈলোম্বা ৬। মৈরাং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩। | লুয়াং | ৭ | সারাং-লৈশাং |
| ৪। | কাই | ৮। | হৌয়োককোম্বো। |

# শাগুনবা য়াবা
## ( Declinable )
## অপানবা ( Noun )
### ( সংজ্ঞা। )

"তাইবংসেম্বা লোইরবদা অত্যানা নিংথৌ অপানবগা লোয়ননা হুমিত্তা কাথরে ; হুমিত্তগী থা-জগী মচীদা থুংলরে, টাউ-রোই নাইনা থাগী মচীদগী লৈপাকী সেকনিংদা অপানবাবু পিররে, অতিয়ানা অপানবাবু য়া-পিরোক শানা য়ারমলে

অসিগী অসম্বা রাদি অতিয়াদা লৈবা মঙাম্না হুমিত্তা চঙ্শ্রগা থা দা তাই, থাদগী পৃথিবীদা তারগা মঙান ( মঙাং ) অত্থনা জীব পোকলে ; জীবনা তাইবংগী নিংথৌ ওইরে। রারিসিদগী খঙ্লে তাইবং পান্দা লৈরিবা পোৎশিংসি তাইবংগী নিংথৌ ওইরিবনি 'অপানবা' নি।

তাইবং পান্দা উরিবা, লৈরিবা পাল্লিবা পোৎকী মমিংবু অপানবা ( সংজ্ঞা ) কৌই।

তাইবংপান্দা উরিবা মী, স', উচেক, মৈ, ঈশিং উ রা লেঙ্জি-পাল্লিবা পোৎ, লেঙদবা পোৎ, পুন্নমক্না তাইবংগী নিংথৌনি মথোয় পুন্নমকপু 'অপানবা' কৌই। সম্না হায়রবদা মিং খঙনবা য়াবাবু অপানবা কৌই।

লাইরেনলোন পীনাইদবাদি মংঙানে, হায়বাদি অপানবাগী মম্মা লৈতবা মথল মংঙানে — মাহুদি * (১) তিল্লিরেন (২) খৈরেন (৩) লৈরোন (৪) লিংতাউরোন অমুগা (৫) টাউরোইনাই

১। তিল্লিরেন ( Common Noun ) — তাইবং পানদা পাল্লিবা পোৎ ( মী, সা, মকম নচিংবা ) সিগী মমিং অমা হায়রগা মাগী শালাই তিল্লিবাহ্ খঙ্নরবদি তিল্লিরেন (Common Noun) কৌই। মাহুদিঃ — মী, চৌং, শগোল, মণ, তুরেন, ফাল, খুন, কুপী, অঙাং অসিনচিংবা। 'মী' হায়রগা মীনা তিল্লিবা শাল্লাই খঙনৈ।

খুদম্মঃ — সনামহীনা গুরুগী মম্মি তম্লগা মী শাখি। অকোনবদা য়োকপা সাবু শগোল কৌই অহানবদা য়োকপা সাবু সা অহন সণ নত্রগা মণ্ কৌই।

মথক্কী অসিদা মী, শগোন, মণ্ বা অমা হায়রগা মহাকনা তিল্লিবা শালাই খঙ্নরি মরম অমুদগী য়ায়া খুদিংমক তিল্লিরেন অপানবনি।

২। খৈবেন — য়ায়া অমুনা মী, পোৎ, মকমগী অখৈবা মমিং ওইরবদি মাহুবু খৈরেন অপানবা ( Proper Noun ) ( ব্যক্তি-বাচক সংজ্ঞা ) কৌই। — মাহুদি —

লাইনিংথৌ খাগেম্বানা মোগল নিংথৌরেন আকবর না দিল্লিদা পানবা মতমদা মণিপুরদা পানখি।

---

* মযিশিংসি সাজনবা মাসং নত্তে, মৈতৈ পুয়াদা লৈবা মামংনি। লৈহোরোম্বা কংবিগনি।

**মিৎথেম** বু নোংদা লাইরেন **পাথংবা** কৌনৰি। **মিৎথেম** দগী লৌরগা নিংথৌবুসু **মিৎথেম** কৌনৰি।

মথক্তা য়াইহেৌশিংদা মথাদা লৈই চিংলবা য়ারা মমিংশিংসি অথৈবা অথোইবনি অতৈবু খঙ্নদে, তিন্নিরেনগুম্না শালাই পুন্নম-ক্তা মমিং নত্তে, অদুদগী মমিং অসিগুম্ববু থৈরেন কৌই।

৩ লৈরোন ( Collective Noun ) —য়ারা অদুনা পোং, মী, সা লৈন্নিবা থরবু পুনশিন্নগা পোং থর লৈরে হায়দুনা মমিং থোন্নবদি লৈরোন কৌই মাদুদি— কাঙ্বু খুংপু মপৈ, শঙ্গু, লুপ, সভা, ইকু, মীতিন, অসিনচিংবা।

খুদম—

খগ খল্লুপ অমা হোইরকলে
চন্না **ইকু** অমা লৈ।
মথোয়গী **খুংপুদো** ওয়োক্লা কজক্রে।

মথক্তা অসিদা খগ অরৈবা থরবু লুপ অমনি হায়দুনা খল্লুপ, চন্না থর লোনশিন্দুনা থন্নগা ইকু। অদুনদি **মরোন** মরোন লৈন্নগা মমিং অমা থোনববু '**লৈরোন**' কৌই।

৪। লিংতাউরোন ( Material Noun )— মমিং অদু য়ান্না লিংবা হায়বদি হোংদবা মমিংদু তাউদুনা লৈবা, লুম্না লৈতবা মচেৎ পিক্লা থাইরবসু, তোতাম্না লোথোক্লবসু হান্নগী মমিং থক লুত্তবা হোংদবা খুৎলিংদুনা তাউদুনা লৈবা মমিং অদুবু লিংতাউ-রোন কৌই। মাদুদি ঈশিং থুম, চাহ, চেঙ্ অসিনচিংবা।

খুদম :—

থুম খজিক্ত পিউ,

লৈপাক্ত খজিক্ত তাবা চুহিবুস্নু অহুগা চম্ু অমা থনববুস্নু চুহি কৌই।

চেঙ মরূ অমবুস্ন চেঙ্, চেঙকোক্ অমবুস্নু চেঙ্ কৌই।

লৈই চিংলিবা অপানবাশিংসে মচেৎ পিন্না খাইদোক্লবস্নু মমিং হোংজ্ল মমিংছু য়াম্না লিংনা তাউহ্না লৈরে অহ্না মখোয়বু লিংতাউরোন কৌই।

৫। টাউরোইনাই ( abstract Noun ) —মহোশা অসিদা টাউহ্না লৈবা, তাইবংমপুগী মনাই ওইবা—লৈবদি লৈ হায়বা খঙলগা মসক্তি উবা ফংদবা মঙন কয়ামুক লৈ হায়বদি মী -অমদি পোৎ, খুদিংগী অকবা কত্তবা লৈবা মঙন্ অহুবু টাউরোই নাই কৌই।

মাহুশিংদি অশাংব, অচুম্বা, হুংশিবা, নিপা-থোকপা, হুপী-থোকপা নিংথিবা, ফজবা, অথুম্বা, অয়াঙবা, অপাম্বা, অশাউবা মিহোবা, নাপল, লৌশিং, পঙ্বা, মনম অসিনচিংবা মঙন ( মগুণ ) খঙনবা য়াব্বা শিংসে তাউরোইনাইনি।

খুদম থয় :— নিপাথোকপাসি থাগৎকমনি। লমচৎ, লিংজেল, লমজেল লনা হোবা মঙন অহুমসি তানবা ফংদবা মীওইবগী মরলনি। নাপল না পুনসিগী অপলবা থোকহল্লি।

মসক্তি উদবা মঙন্দি লৈ খঙবা অসিবু তাইবংমপুগী টাউহ্না লৈবা লোয়নবা মনাইনি হায়বদগী টাউরোইনাই ( abstract Noun ) কৌই।

# অপানবা মসকপী

## শাগুনশিং।

১। তিন্নিরেনবু খৈরেন ওথোকপা :—

তিন্নিরেন অপানবদি শাগাই খঙ্নবা, ময়াম—তিনবগী অথোইবা মমিংনি, অদুবু কয়িগুম্বদা অরেম্বা অখৈবা মমিং খৈরেনগুম সিজিন্নে।

খুদম :—

'লালোং হৈরব য়েংখোইবনা পাউনানা সিন্নাংবা লাম্লোং য়াথিদে। য়েংখোইবমক লৈরমম্লবদি মৈতৈ লাম্মী মশীং নাইদনা খোংজোম লান্দা শিরমগনি।"

য়েংখোইবা, পাউনা য়াম্বা অনিসি শাগাই (শাগৈ) গী মমিং-নি। রুদ্র সিংহ মেজর জেনেরেলবু য়েংখোইবা হায়রগা, অদুগা নাওলসিংবু পাউনা হায়রগা খঙনৈ। মখোয়গী অখৈবা মমিং রুদ্র অমসুং নাওলসিং হায়বসিগী মহুত্তা সিজিন্নখিবা য়েংখোইবা অদুগা পাউনা শাগৈ মমিংসি খৈরেন অপানবনি।

২। খৈরেন অপানববু অমুক তিন্নিরেন ওইনা সিজিন্নে য়াহুদি :—

রাজপুত নিংথৌ প্রতাপসিংহ মণিপুরগী চৌংথংখোম্বনি।

কবি উসা মৈতৈ লৈপাক্তা বাল্মিকী নি, মহাক্না মৈতৈগী অহানবা কবিনি।

চৌংথংখোম্বা, অদুগা বাল্মিকী অনিসি খৈরেম্না, তিন্নিরেনগুম

সিজিন্নবা য়ারানি। মরৈপাক মনিং অমব লাকবা, অদুগা অহানবা কবি ওইখিবা ফোংতোকপনি।

৩ টাউরোইনাই অপানববু (ক) করিগুম্বদা তিন্নিরেন (Common) অপানবা ওইনা সিজিনৈ। অদুগা (খ) করি-গুম্বদা মৈতৈলোনগী টাউরোইনাই অপানবসি, লুরাংগা মসক মান্নে। লৈফম, তিন্নফম মতুংইন্না মসক খঙগদবনি।

থুদম :—

(ক) মৈতৈ মণলাবগী থোৌনা অসামদা থাগৎনৈ। মৈতৈ চন্নুগী থোৌনা মীনা কিনৈ।

অসিদা 'থোৌনা' যাত্রাসি তিন্নিরেনগুম সিজিন্নরি।

(খ) অথুম্বদি চাবা হৈনদে।

অথুম্বা পোৎ চাবা হৈনদে।

অহানবা 'অথুম্বা' টাউরোইনাই অপানবনি, অনিশুবা "অথুম্বা" লুরাংনি।

# তাউরোইনাই

## সেম্বা।

অপানবা টাউরোইনাইদি টাউদুনা লোয়নদুনা মনাই ওইনা লৈবনি; মরম অদুদগী অপানবা, লুরাং, পুরৈলোম্বা অমদি কাইদগী মাগী মওং সেম্বা য়াই।

মথাদা পিরিবা লীরিসি য়েংবিউ :—

১। তিন্নিয়েন অপানবদগী তাউরোইনাই সেম্বা :—

| তিন্নিয়েন | তাউরোইনাই | তিন্নিয়েন | তাউরোইনাই |
|---|---|---|---|
| মী | মীওইবা | মুপী | মুপীখোকপা<br>নত্রগ' ওইবা। |
| নিপা | নিপাখোকপা<br>নিপা ওইবা | অঙাং | অঙাং ওইবা। |
| মচ্চা | মচ্চা ওইবা | নিংখৌ | নিংখৌ ওইবা। |
| মন্নাপ | মন্নাপ ওইবা | হুয়ানবা | হুয়ানবা ওইবা। |
| সা | সাওইবা | মপু | মপুওইবা। |
| লাই | লাই ওইবা | য়েক্লবা | য়েক্লবা ওইবা। |

২। লুবাংদগী তাউরোইনাই সেম্বা।

| লুবাং | তাউরোইনাই। | লুবাং | তাউরোইনাই। |
|---|---|---|---|
| অতনবা | অতনবা,<br>তনবা | মুংশিবা | মুংশিবা,<br>মমুংশিবা। |
| মনিংতম্বা | মনিংতম্বা,<br>নিংতম্বা | অশিংবা | অশিংবা,<br>শিংবা। |
| কান্নবা | কান্নবা,<br>মকানবা | অরাম্বা | অরাম্বা,<br>লাম্বা। |
| নিংথিবা | নিংথিবা,<br>মনিংথিবা | অরুবা | অরুবা,<br>লুবা। |
| অশোনবা | অশোনবা,<br>শোনবা | খোয়াংবা | খোয়াংবা,<br>মখোয়াংবা। |
| | | মান্নবা | মান্নবা,<br>মমান্নবা। |

৩। কাইদগী তাউরোইনাই সেম্বা।

(ক) মসক ওন্দে মাত্থদি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| কাই | তাউরোইনাই। | কাই | তাউরোইনাই। |
| পীথোংপা | পীথোংপা | শাবা | শাবা। |
| হৌগংপা | হৌগংপা | নোকপা | {নোকপা, মীনোক। |
| ত্থুম্বা | ত্থুম্বা | কুমথবা | কুমথবা। |
| মাইথীবা | মাইথীবা | ইবা | ইবা। |
| পাবা | পাবা | তকপা | তকপা। |

(খ) মসক ওনবা :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| কাই | তাউরোইনাই। | কাই | তাউরোইনাই। |
| হৌগংপা | মহৌগং | ইবা | ময়ি, ম-ই। |
| চাবা | মচা | তকপা | মতক। |
| ত্থুম্বা | মত্থুম | কুমথবা | মকুমথা। |
| পাবা | ম-পা | লূম্বা | মল্লম্। |
| শাবা | মশা। | | |

খঙগদবা :— অসিদা 'মতৌ' খঙহনবা তাউরোইনাইনি মতৌগী 'ম' হাপ্লগা কাইগী মম্মৈ থংবা 'পা' নত্রগা 'বা' মাঙ্খি।

## পুরৈলোম্বগী সেম্বা।
## টাউরোইনাই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| পুরৈলোম্বা | টাউরোইনাই। | পুরৈলোম্বা | টাউরোইনাই |
| ঐ | ঐ মঙাইবা | নং | {নংমঙাইবা, নংমঙইবা। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| মা | মা মচাইবা, মা মওইবা | ঐখোয় | ঐখোয়মচাইবা |

## সাক্ষেন।

১। অপানবা কদায়বু কৌবগে মথল কয়ানো ?

২। চাউবা, হৌদোং, থাগেম্বা, মুবা নিংথৌ, মুংশিবা, লুপশিন, সভা, শঙ্গু, কাওবু, চেঙ মখোয় অসি কন্নি কন্নি অপানবনো তাকউ।

৩। টাউয়োই-নাই অপানবা কদায়বু কৌবগে ? কন্নিগী মমিং অসি কৌন্নিবনো, টাউয়োইনাইগী খুদম অনিদঃ উৎলু।

৪। করম করম্বা শাজাইদগী টাউয়োইনাই সেম্বা য়াবগে ?

৫। লুরাংগা টাউয়োইনাইগা করম তৌনা মসক খণ্ডগ-ন্নুগে ?

৬। মুমথোং খুদিংদা টিকেৎক্সজিৎ লৈন্নগা মৈতৈ শাজাই মুংজোইদবনি। লৈমা তাংজখোম্বী মুম খুদিংদা লৈহল্লু। মিংথৌজাম্বাগী রাহেংবগী পণ্ডিত অনি পোকখি।

মথকী ন্নাইহেশিংদা মন্নেক অচৌবনা ইন্নিবা ন্নান্নাশিংসি করম্বা মথলগী অপানবনো হায়উ।

---

# অহুমশুবা মতাং।

## অপানবগী শা-ওন।

হান্না হায়খ্রে—য়ান্নাশিংসি মখল অনিনি শা-ওনবা অমসুং শাওনবা। শাওনবদি অপানবা, পুবৈ লোম্বা, মুরাং অমসুং কাই-নি; মতাং অসিদা অপানবগী মসক ওনবগী মরমদা ইন্নি।

## অহানবা ওনবগী মসক।

লমদাং ( লিংগ ):— নিপামচানা পান্নি; নিপীমচানা পান্নি।
শীংচন ( বচন ):— নিপামচা অমা পান্নি; নিপামচাশিং পান্নি।
লাইপংথৌ ( কারক ):—নিপামচা পান্নি; নিপামচানা পান্নি।

মথক্তা ইন্নিবসিদা 'নিপামচা' য়ান্না অসিগী লমদাং শীংচন অমসুং লাইপংথৌদা মসক কয়া ওন্নি। হৌজিক লমদাং থিরেনগী মরমদা হায়গে।

## লমদাং ( লিংগ ) Gender

নিপানি নিপীনি খঙ্‌হনবাবু * লমদাং ( লিংগ ) কৌই।
মৈতৈলোন্দা লমদাংসে মখল মরি থোক্না থায়রি।

(১) † পান্নম্ ( পুংলিঙ্গ ) Masculine

(২) নুরম্ ( স্ত্রীলিঙ্গ ) Feminine

---

* মৈতৈনা য়েংকী লমদাংদা ওয়গী লমদাংদা হায়বসি নিপা নিপীগী মরমদা থায়নদগী চংনরকপা মাবানি।

† পান্নম্ অমসুং নুরম্ মাবানি মুমিৎ কাপ্পা পূন্নাদা চংনরবানি। অনৌবা থোকবা মমিং নত্তে।

(৩) পুপাং ( উভয়লিঙ্গ ) Common

(৪) কৈদা ( ক্লীবলিঙ্গ ) Neuter

১। পাবম ( Masculine ) নিপাগী লমদাংদা লৈবা থব্রাই পানবাশিংবু 'পাবম' ( পুংলিঙ্গ ) কৌই। মাহুদি :— পাবা, তাদা, নিপা, ষণলাবা, লামচা মাপাশা; উচিলাবা; উচেক লাবা অসিনচিংবা।

২। মুরম ( Feminine )— য়াব্রাশিং অহনা মুপী নত্রগা নিপী থঙ্নবদু মুরম ( স্ত্রীলিঙ্গ ) কৌই। মাহুদি :— ইমা নত্রগা মা, ইচে, নিপী, ষণ-অমোম, হাতম, অমোম-মচা, উচি-অমোম, উচেক-অমোম উচেকমপী।

৩। পুপাং ( Common )— নিপা মুপী নত্রগা পী পা অনিমক ওইবা খঙনবা য়াব্রাবু পুপাং ( উভয়লিঙ্গ ) কৌই। মাহুদি :— মী, ষণ. শগোল, উচি, হুই, লোলা।

৪। কৈদা ( ক্লীবলিঙ্গ ) Neuter Gender—নিপা মুপী লাবা অমোমনি খঙদবা পোৎ কয়ামুকী লমদাংদি কৈদা (ক্লীবলিঙ্গ) নি মাহুদি :— কাংথোন্, পুখম, ভেঙ্গোৎ, য়ুম, ইংখোল, নুং, শীং।

অকায়বা চৎপা ( অপবাদ ) হায়বদি মথকী পথাপশিংসি ইল্লবাবু 'অকায়বা-চৎপা' কৌই।

মথব্রাই লৈতে খঙনবা পোৎ কয়ামুকপু নিপা নত্রগা মুপী ওইনা সিজিনৈ। মাহুদি :— মথাগী য়াব্রাশিংসি মী ওইনা ভাংনবা মতমদা পারমদা সিজিন্নবনি মাহুদি :—

(১) চৌংগী মমিং—কৌব্রু, লোইয়ারাকপা, নোংমাইজিং, লাইমতোন, হিমালয়।

(২) খবী-খবা খণ্ডনবাশিং—চুমিং, খা, চয়োনগী চুমিংকী মমিংশিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, মুমশকৈশ, শগোল্সেন, ইরাই খাংজ, নোংমাইজিং, হনি নারৎ।

(৩) লোইদাম খাগী মমিং—লমতা, শজিবু, কালেন, ইঙা ইঙেন অসিনচিংবা।

(৪) কোন (ধাতু)—সনা, লুপা, য়োৎ, কোরী, পিথ াই।

মথাগী য়াৱ কয়ামুকসি কৈদা ওইরবসু মী ওটবগী মসকুম খন্দুনা ওাংবা মতমদা মুরম (স্ত্রীলিঙ্গ) দা সিজিমৈ। মাদুদি :—

(১) তুরেনগী মমিং—ইরিন, গঙ্গা, যমুনা, ইম্ফাল তুরেন অসিনচিংবা।

(২) লোন্গী মমিং—মৈতৈলোন্, বাঙ্গালালোন, হিন্দিলোন অসিনচিংবা।

(৩) টাউরোইনাই খওনবা য়ারা—লুংশিবা, অচুম্বা, মজবা, নিংথিবা।

(৪) চৌংগী মমিংদা লুপীওইনা সিজিমবদি কৌব্রু।

## পারমবু ন্নুরমদা ওমনবা

### পথাপ।

১। 'আ' না মথৈভাবা য়ারাগী পারমবু নুমর্দ লৈবদা 'আ' গী মহুত্তা 'ঈ' ওই।

| পারম | সুরম | পারম | সুরম। |
|---|---|---|---|
| চাউবা | চ'উবী | তোম্বা | তোম্বী। |
| নিপা | নিপী | কজবা | কজবী। |
| সুপা | সুপী | নিংথিবা | নিংথিবী। |
| লুহোংলিবা | লুহোংলিবী | অয়েংবা | অয়েংবী। |

অকায়বা :— 'মচা' য়ারাসি তিল্লরবদি মরু ওইবা য়াদা তাক ওললি, অচুগা শা-মণ খণ্ডনবদি মাত্র অমুক ইন্দে।

| পারম | সুরম | পারম | সুরম। |
|---|---|---|---|
| নিপামচা | নিপীমচা | নিংথিবা-মচা | নিংথিবী-মচা |
| সুপামচা | সুপীমচা | মণমচা লাবা | মণমচা অমোম |
| | | চুহমচা লাবা | চুইমচা অমোম |

২। মীয়োন নত্রগা সংস্কৃতকী য়ারাশিংদি অয়াবদা লোনশিং অচুগী মতুং ইমৈ।

| পারম | সুরম | পারম | সুরম |
|---|---|---|---|
| প্রিয় | প্রিয়া | বাবু | বাবুনী |
| শূদ্র | শূদ্রাণী | গোপ | গোপী |
| ব্রাহ্মণ | ব্রাহ্মণী | রাক্ষস | রাক্ষসী |
| শ্রীমান | শ্রীমতী | কুমার | কুমারী |
| ভগবান | ভগবতী | গুণবান | গুণবতী |

৩। মী নত্তবা শা-উচেকীদি লাবা অমোম হ পতুনা পারম সুরম শেমই। মাদুদি :—

| পাৱম | মুৱম | পাৱম | মুৱম |
|---|---|---|---|
| নোংশা লাবা | নোংশা অমোম, | মণ লাবা | মণ অমোম |
| কৈ লাবা | কৈ অমোম, | হৌদোং লাবা | হৌদোং অমোম |
| রাহোং লাবা | রাহোং অমোম, | সেন্দাং লাবা | সেন্দাং অমোম |

৪। মহৌশানা মথক্কী পথাপশিংসি ইয়িন-য়িন্দানা পাৱম মুৱম সেম্বা দৈ।

| পাৱম | মুৱম | পাৱম | মুৱম |
|---|---|---|---|
| ইপা | ইমা | ইচানুপা | ইমৌ |
| পাবা | মা | ইকুবোক | ইনেমবোক |
| ভাদা | ইতৈমা (তৈমা) | খুরা | ইন্দোন |
| ইবাই | ইচে | ইপল | ইস্কাল |
| নবাই | নচে | মাম্মা | ইনে |
| ইশেন | ইচন | ইনাও | ইনাও নুপী |
| ইবুঙো | ইবেম্মা | নিংথৌ | লৈমা |
| মপাশা | হাতম | কাও | মণবী হাতম |
| ইবাই-ইবুঙো | ইচে ইবেম্মা | | |
| পাত্রা | লুখ্রা | মৌরা | মভূ |
| পিবা | নিংঙোল | | |
| মকূ | মনেম | নকূ | ননেম |
| অজ্ঞা | ঠৌরাণী | সুখা | সিজ্ঞা। |

৫। মীয়ৈপাক্কী পাৱমবু মুৱমদা ওনবদা নুপী হায়রবদি তপশিন্দুনা শেম্মি দৈ। মাহুদি ঃ—

| পারম | মুরম | পারম | মুরম |
|---|---|---|---|
| ময়াং নিপা | ময়াং নিপী | পাঙন নিপা | পাঙন মুপী। |
| তেলি নিপা | তেলি মুপী | বাঙ্গালী নিপা | বাঙ্গালী মুপী। |

৬। পু-পাংবু পারম অচুপা মুরমদা ওনবদি মী নত্তনা থরাই পানবা অতৈদি নিপা থঙনবদা 'লাবা' মুপী থঙনবদা 'অমোম' হাওনা সেমই অথুপা লাবপী মহত্তা মপা হায়রবদি মপী হাপনৈ। মাহুদি:—

| পু-পাং | পারম | মুরম |
|---|---|---|
| ওঝা | ওঝা নিপা | ওঝা মুপী |
| মী | নিপা<br>মুপা | নিপী<br>মুপী |
| কবি | নিপা কবি | মুপী কবি |
| ইচা | ইচা মুপা | ইচা মুপী |
| মচা | মচা মুপা | মচা মুপী |
| খোইমু | খোইমু লাবা | খোইমু অমোম |
| যণ | যণ লাবা | যণ অমোম |
| শগোল | শগোল লাবা | শগোল অমোম |
| তুই | তুই লাবা | তুই অমোম |
| | তুই মপা | তুই মপী। |
| উচি | উচি লাবা | উচি অমোম |
| | উচি মপা | |
| ডাক্তর | ডাক্তর নিপা | ডাক্তর মুপী |

| পু-পাং | পারম | সুরম |
|---|---|---|
| পেবেং | পেবেং লাবা | পেবেং অমোম |
| কাক | কাক লাবা | কাক অমোম |
| চোঙা | চোঙা লাবা | চোঙা অমোম |
| কৈ | কৈ-লাবা | কৈ-অমোম |

১০। কৈদা দি মথক্তা হায়খ্রে—নিপ সুপী খঙদব' পোং অমসুং মীবু খঙৈ। অদুবু মীগী মতৌগুম পন্দ্রুবা ঙাংবদা নিপা সুপীগুম ইবা অমসু' ঙা'বা থে'নৈ।

(ক) নিপাগুম শিজিন্নবা :— সুমিং, থ', খোংনাং পাম্বী, উ-অচৌবশিং, থব্রানমিচাক সিদব অতিয়া, সুংশিং অসিনচিংবনি।

(খ) সুপীগুম শিজিন্নবদি :— খঙ্গাল, থৌ, লৈপাক, লোন, লাইরিক, মালেম, সুংশা, উরুম, মহৌশা, থৌরানমিচাক, থব, শজিক, নোংঙানবা, চীংথৈ, পাং, তুরেন, লৌবুক অসিনচিংবনি।

# শাঁংচন ( বচন )
## Number

ৱারো ( শব্দ ) অদুনা অম' নত্রগা ময়াম খঙনববু শাঁংচন ( বচন ) কৌই মৈতৈলোন্দা শাঁংচন অনিনি (১) শাঁংচন অমা (২) শাঁংচনশিং।

১। শাঁংচন অমা ( Singular )— ৱারো অদুনা মশীং অমত্তা খঙনববু শাঁংচন অম' ( এক বচন ) কৌই। মাহুদি :— মী, ষণ, হুই, নিপা, উ অসিনচিংবা।

২। শীংচনশিং ( Plural )— অমদগী হেনবা মশীং থঙ্নবা মাৱাবু শীংচনশিং ( বহুবচন ) plural কৌই। মীশিং, যণশিং, হুইশিং, নিপাশিং, উশিং অসিনচিংবা।

শীংচনশিং অসি থঙ নবা অপানবা অমস্থং পুরৈপোস্বনচিংবদা খোই, য়াম, ময়াম, ওয়মক, কুথা শিং অসিনচিংবা তিয়গা শীং-চনশিং সেমই

১। মাৱাগী মতুংদা 'খোই' নত্রগা খোয় হাপ্পনা শীংচনশিং সেমই। মাহুদি :—

| শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|
| মী | মীখোই, মখোয় |
| যণ | যণখোই |
| চক্ষু | চক্ষুখোই |
| মা | ম খোয় |
| নং | নংখোয়। |

২। 'ওয়মক' হাপ্পনমু ময়াম থঙনবা সেমই। মাহুদি :—

| শীংচন অমা | শীংচনশিং | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| মী | মী ওয়মক | চক্ষু | চক্ষু ওয়মক |
| যণ | যণ ওয়মক | লৈল | লৈল ওয়মক |
| হুই | হুই ওয়মক | থুম | থুম ওয়মক |

৩। 'শিং' হাপজুনা শীংচনশিং সেমই। মাহুদি :—

| শীংচন অমা | শীংচনশিং | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| মী | মীশিং | উচেক | উচেকশিং |
| নিপা | নিপাশিং | উ | উশিং |
| কৈ | কৈশিং | চফু | চফুশিং। |

৪। য়াম নত্রগা ময়াম হাপ্তুনবু শীংচনশিং সেমই। মাদুদি :—

| শীংচন অমা | শীংচনশিং | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| মী | মীয়াম, মীময়াম | হুই | হুইময়াম<br>হুইয়াম |
| যণ | যণয়াম, যণময়াম, | | |
| লৌ<br>কৈ | লৌয়াম, লৌময়াম,<br>কৈয়াম, কৈময়াম, | লাই | লাইয়াম,<br>লাইময়াম |

খঙগদবা :— মথাগী য়ারা কয়ামুক অসিদা—‘য়াম’ হাপতে, য়ামগী মহুত্তা ময়াম হাপই।

| শীংচন অমা | শীংচনশিং | শী'চন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| হৌদোং | হৌদোংশিং<br>হৌদোং ময়াম | লফু | লফুশিং,<br>লফু ময়াম |
| চফু | চফুশিং<br>চফু ময়াম | বাবু | বাবুশিং,<br>বাবু ময়াম |
| মন্দোন | মন্দোন ময়াম<br>মন্দোনশিং | ইচে | ইচে ময়াম,<br>ইচেশিং |
| তাদা | তাদশিং<br>তাদ ময়াম | ইবাই | ইবাইশিং,<br>ইবাইময়াম |

৫। হপ্না হ'প্তুনা শীংচনশিং খঙনবা য়ারা খর লৈ। মাদুদি :—

| শীংচন অমা | শীংচনশিং | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| খুন | খুন হম্মা | লৈকাই | লৈকাই হম্মা |
| ইমুং | ইমুং হম্মা | লৈপাক (প্রজা) | লৈপাক হম্মা |

৬। 'লোইনবক' হাপ্তুনা য়াম্না কয়ামুকপু শীংচনশিং লেমই।
মাহুদি :—

| শীংচন অমা | শীংচনশিং | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| মী | মী লোইনা | যণ | যণ লোইনা |
| তুই | তুই লোইনা | উ | উ লোইনা |
| লাইরিক | লাইরিক লোইনা | লকু | লকু লোইনা |

৭। য়াম্না অমবু হম্মা হম্মা হায়রগা শীংচন ময়াম লেপস্থ লৈ।
খুদম :— মা-মানা = মখোয়না, নং-নংনা = নখোয়ন',
খুম-খুম তাক্লা তাইরে = খুম য়াম্না লৈরে।
চাক-চাক তাকনি = চাক য়াম্না লৈ।

# ● লাইপুংথো

## ( কারক )

## Case

লাইপুংথোগী মিংথৈ অসি শোনবদা মুত্তাইনবা চৈথল মতুংগী অসি তাক মতুংদা ইকগনি। য়াকোক লোন খিরেন্দবি থয় শাংনা ইবা মিংথৈশিংদা ইরি।

● পুযাদা লাইপুংথো যাপন্. লাই-হূযা ভরেংনা লৈপাক থোক্লি হাযবি। বাহৈ ( বাক্য ) শিং থোনবদা লাইপুংথো ৮ ( নিপান ) চঙই। লাইপুংথো যাপন ভবদি 'চৈথৈ" নি লৌমনি। লাইপুংথো যাপনদম্ব নত্তবা ১০ ( তরা ) লাওবা বাকোক লোন ইবি।

## লাইপুংথৌবু 'কারণ' ( Case ) হায়নসু খণ্ডনৈ।

য়ুম শাবদা 'কারণ' হন্নু হায়দনা চীথেক মরিগা মাইকৈ মরিগা লাংজৈ-গা তরেৎ চিংনৈ অমুনা 'কারণ' দি তরেৎনি হায়বা য়াই। কাইবরোন মতুং ইন্না লাইপুংথৌ ( কারণ ) নিপাল থোক্না থাররি। কারণ মক্রগা লাইপুংথৌ হায়বদি অপানবা পুরৈলোম্বা অমুগা লাইগা মরি লৈনববুনি।

লাইপুংথৌ

(১) ( কুরু ) সলাইরেন Nominative কর্ত্তা।

(২) ( কোয়ৌ ) পাজনবা Objective কর্ম্ম।

(৩) ( থাংচিং ) কোইরেন লাই Instrumental কারণ।

(৪) নোংপোক ( চিংখে ) অপানবা Dative সম্প্রদান।

(৫) খানা চাউবা ( রাংপুরেন ) Ablative অপাদান।

(৬) ( পুরিং ) লাই Possessive সম্বন্ধ কারক।

(৭) ( কোনসেন ) তুরৈহনবা Locative অধিকরণ।

(৮) অরাং ( কৌক্র ) অসুম্না Vocative সম্বোধণ কারক।

য়েংগদবা :—

লাই সুরাদি তরেত্তনি, ৮ শুবা অসিদ মশীং চন্দে।

লাই সুরা তরেৎ ( বিভক্তি তরেৎ ) তি :—

অহানবী, ২ বী, ৩ বী, ৪ বী, ৫ বী, ৬ পী অমুগা ৭ পী অসিনে। মামংশিং অমু পাকথোয়া তাকৱে।

## অসম্বা ঙিংথৈশিং

| * মুয়া— | লাইপুংথো | ফিরেং |
| --- | --- | --- |
| ১ বী | কুরু | না ( য়াওদবসু লৈ ) |
| | | বু, বো, (কয়া হায়বদা) |
| ২ বী | কোয়ৌ | পু, বু ( য়াওদবসু লৈ ) |
| ৩ বী | খাংচিং | না |
| ৪ বী | চিংথৈ | তা, দা। |
| ৫ বী | য়াংপুরেন | তগী, দগী। |
| ৬ পী | পুরিং | কী, গী। |
| ৭ পী | কোনসেন | তা, দা। |
| কৌবা | . কৌরু | ও, হো। |

মথক্তা লাইপুংথো কদায়বু কৌবগে তাকলে। অমুকসু হয়া হায়গে.— মাহুদি অপানবা, পুরৈলোম্বনা কাই পুবদা কয়া পুবগে থওহনববু লাইপুংথো কৌই। মথাগী তাক্লিবা অসি পুরিং-পীনা য়েংবিউ :—

## লাইপুংথো ( কারক ) Case গী লাংওন ( লক্ষণ ) গা লোয়নবা তাক্লম।

| লাইমুয়া লাইপুংথো (কারক) | লাংওন (লক্ষণ) | ফিরেং (বিভক্তি) কী থুদম। |
| --- | --- | --- |

১। কুরু (কর্তা)— থবক তৌরিবা নত্রগা কাই করিসু য়াওদবা

* লাইমুয়া অসিবু সংস্কৃতা প্রথমা, দ্বীতীয়া; তৃতীয়া, চতুর্থী, পঞ্চমী, ষষ্ঠী, সপ্তমী অহগা নিপাল তংদদি মাখোয়গীসু লাই মুয়া লৈতে, মায়ুকবদি মতৌ তশা নত্তে থওবিও।

| লাইথুমা | লাইপুংথৌ (কারক) | নাংওন (লক্ষণ) | ফিকেং (বিভক্তি) কৌ থুদম। |
|---|---|---|---|
| | | পুরিথবু বুরু কৌই। মাছুদি —চাউবা চংখে। চাউবনা লাইরিক পারি। | নৈ নগ্রপা 'না' ফিকেং থেংপা। বু, বো, হাগ্নপা কমা হায়খা তাকই। |
| ২। | কোরৌ (কর্ম)-- | কাইপী মহে তাকম অছুবু কোরৌ কৌই। মাছুদি—চাউবনা তোখীবু কৃই। চাউবনা চাক চায়। চাউবনা মহাকপু পীজে। | বু, পু নগ্রপা করিনু য়াওবা তা, দা |
| ৩। | থাংচিং (করণ) | কাই পুবদা চঙ্‌বা থাঙ্‌ তেমা চিংবা থুংলাইবু থাংচিং কৌই। (থাংচিং কোইয়েন লাইনা বুরু শিদবপী য়াথংনা মালেম পুথংলকথি।) অসিগুমা — চাউবনা থাঙ্‌না হৈ থোকই। "থাঙ্‌না" হায়বসি থাংচিংনি। | না |
| ৪। | চিংথৈ— (সম্প্রদান) | নোংতানবা চিংথৈ হনবদা তাইথং মপুনা অহিং চুমা পঙথরুবা থরাই | তা, দা, পু বু। |

লাইরবা লাইপুংথৌ লাংওন ফিরেং (বিভক্তি) কী
(কারক) (লক্ষণ) থূদম।

পানববু শিংহল্লকই। অহুদগী
করিগুম্বা পীবা থওনবদা
চিংথৈ কৌই।

মাহুদি :— চাউবনা তোম্ববা ফি অমা পী।
চাউবনা মহাকপু খেল থরম্
পীরে। চাউবনা লৈপাকতা
[ প্রজাদা ] লনথুম কৎলমই।

৫। রাংপুরেন — করিগুম্বা ১দগী চংথোকপা ভগী, দগী
(অপাদান) থাইতোকপা, তাথবা থওনবদা
রাংপুরেন শিজিরৈ।
[ মথা মায়কৈদা হিংচাবা
তমথিবা কাম্নকপবু লিন মুরা
রেগ্না মচা অতোনববু লাইরাখদগী
থাইদোকহুনা লাই লৈপাক
তারবা থাখি। থাইতোকথিবা
মচা অতোনববু রাংপুরেন
কৌই, মাগী মমিং অমনা খা-দা
চাউবম্ কৌই।] থূদমদি :—
লাইরাম লক্ তগী রাংপুরেম্না
তগম্মা লেতখি। উপাল দগী

লাইচুরা লাইপুংথৌ লাংওন ফিরেং (বিভক্তি) না
(কারক) (লক্ষণ) থৃদম।

উটে অমা কেন্নে।
লাইয়ামনকুগী, উপালদগী
য়ারা অনিসি য়াংপুরেনগী
থৃদমনি।

৬। পুরিংলাই অমগা অমগা মরী গী, কী
(সম্বন্ধ) লৈবা ভাকতুনা লাইনিংথৌ
পুরিং লাইনা মপু ওইবা, মরী
লৈবা থওহল্লি। মাতদি:—
চাউবা গী লাইরিক অমা লৈ।
মাহাক-কী মগ অমা লৈ
অসিদা গী-কী শেংলগা
মপু ওইবা থওহল্লি।

৭। কোনসেন লমতু শেনবনু কোনসেন তা, দা
(অধিকরণ) তুশেনবা কৌই। কোন
হায়বদি ইংথোল, তু হায়বদি
তুরেলবু কৌনৈ। মকম সেন্নবা
থওনবদা কোনসেন কৌই।
( মনামহৌগী য়মিং অমা কোনসেন
তুসেনবগ্ন কৌনৈ। ) চাউবা
লোকতাক-তা তা কাবা চংথি।

লাইহুয়া লাইপুংথৌ লাংওন ফিরেং (বিভক্তি) কী
( কারক ) (লক্ষণ, খুদম।

তোম্বনা চুরেনবা ঈশিং
শোকপা চৎলি। অসিদা
লোক্তাক্তা, চুরেম্বা অসি
কোনসেননি।

কৌক্র—কৌবগী মরু ওইব মকমবু হো, ও,
(সম্বোধন) কোবা+মরা কৌক্র কৌই।
(অশিবন) তাইবং শেম্বা
লোইরবদা কৌক্রনা কারগ
মপা ইবুঙোবু কৌথি অহুনগী
কৌক্র কৌনৈ।

লোইরৈ ( পৃথিবী ) দা য়ুম্ফম থোনবদা লাইপুংথৌ মাপলনা নৈপাক পীরগা লাইহুয়া ওরেংনা নৈভাই লোংদাই জগোই শাহুনা য়ুম্ফম মপুং ফাহনখি। মতৌ অহুগুম লাইপুংথৌ ( কারক ) মাপল অহুপা লাই হুয়, ওরেং নৈবা রাহৈ ( বাক্য ) সেম্বা খুদম অমা মথাদা উৎচগে। মাহুদি :—

"হো লোইরৈভোন-ও। তা ইবং মপুনা সনামহীগী তমথিবু থাওনা মতুপ ওরেং খোক্না করুপা য়ুমগী নিংথৌদি সনামহীবু পীরগা তাইবং মোংশা ভান-দগী কুয়ম চৌংগী মাকপাকতা থুপখি।"

# কোয়ৌ চিংখৈ খেন্নবা

কোয়ৌগা চিংখৈগা ফিজেংতি মাটৈ, হায়বদি ত্তা, দা, পু, বু হায়বা ফিজেং অসি অনিমক সেংদি। ঙোঙানববু চিংখৈ, মুংথিলবু কোয়ৌ কৌবগুম, কোয়ৌগী থবক্তা কুরুগী তৌবা ওবগী মতাঙ তাই। মথক্তী খুদমদা কুরু (কর্তা) না তৌরিবা থবক্তি অমখিববু ককপনি অহুগা পীবদি কনাবু 'সনামহৌবু',—অসি সনামহৌগীদমক্তীনি খঙবৈ।

খুদম অমনা :— "লাইয়ববু শেল পিউ।" অসিদনু 'বু' হায়বনু লাইবথগীদমক শেল পিউ হায়বনি। মরম অহুনা 'লাই-য়ববু' চিংখৈনি।

মথক্তী অসিদগী খঙবিয়ো 'বু', মত্রগা 'পু' তায়বনু 'চিংখৈ' খঙনবদা "ময়মগীদমক" হায়বসি কুমহুনা নৈ।

'য়াংপূয়েন' লাইনিংথৌগী য়া অমুক হন্না থয়া শাংথনা হায়গে। লাইপুংথৌসি কিবা, থবক হৌকমদগী চংথোকপা, চাংত্তয়বা, মহৈ (মহই) ত্তবদা শিজিনৈ। মাদুদি :—

(ক) কিবা খঙনবদা — মুশীমচাসে য়োংনা খিগৎপদগী কিবে। "খিগৎপদগী" সি য়াংপূয়েননি।

(খ) চংথোকপা খঙনবদা — পুরিদগী ঈশিং পূমক চেন-থোকখ্রে। 'পুরিদগী' য়াংপূয়েন্নি।

(গ) চাং ত্তয়বদা :— হৌজিক মতমদদি নিপামচাদগী মুশীমচানা য়েন্না করে। "নিপামচাদগী" য়াংপূয়েননি।

(ঘ) মহৈ ত্তবদা —নংনা হৈরিবা নহৈসি মহাক্তগী হৈজবনি। "মহাক্তগী" য়ায়াসি য়াংপূয়েননি।

খঙ্গনবা :— য়াৱাশিং অহুগী মথৈদা ক্, ত্ (৫) লৈরবদি 'দগী' গী মহুত্তা 'তগী' হাপই।

খুদম :—

চাউবদো থাক্ তগী ওইরকলে।
নোংথক্-তগী ( নোংথক্তগী ) নোং তাই।
চীংথংহং-তগী মীশিং ৱাকারোয়দা চেল্লি।
মিংতগী থঙহৌদনা পি তাখি।

# পুরিংলাই

লাইপুংথৌ খুদিংগী ফিৱেংশিং অমদা নত্রগা অমদা 'ৱাহৈ' ( ক্রিয়া ) গা মরী লৈনৈ ; অদুবু লাইপুংথৌ পুরিংলাইগী ফিৱেং 'কী' নত্রগা 'গী' অসি ৱাহৈগা মরি লৈনদে। ৱাহৈ ( বাক্য ) গী অতোপ্পা য়াৱা ( শব্দ ) গা মরি লৈনৈ। ৱাখল্লদি সিনে :—

ছু পুনা অত্যাদা কাখিহনা অপাকপগী চেংথৌ থিবু কংখিদে।
ঈশিংগী মহাউ লৈতে।
চেকৌ মুম নিংথৌ তাউথিংমাংগী ময়াম্বুং য়োইহেনবনা থাবা হৌদোকখি।

মথক্তা উংলিবা অতৌবা মরেকনা ইহিবা য়াৱা খুদিংমক পুরিং লাইনি।

মপু থিক্কবগী পুরিংলাইবু পুখিবম কৌই। পোংকী মপু ওইবদি পুরিংলাইনি।

# লাইপুংথোগী মতুংইন্না অপানবগী

## শা-ওন

অকার 'বা' না মথৈ তাবা য়াবা, 'লাবা', লমথাংনা পারম

| লাইহুরা | লাইপুংথো | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক | লাবনা, লাবা | লাবশিংনা |
| ২ | কোয়ৌ | লাব-বু, লাবদা | লাবশিংবু, দা |
| ৩ | থাংচিং | লাবনা | লাবশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | লাবদা | লাবশিংদা |
| ৫ | য়াংপুরেন | লাবদগী | লাবশিংদগী |
| ৬ | পুরিং | লাব-গী | লাব-শিংগী |
| ৭ | কোনসেন | লাবদা | লাবশিংদা |
| | কৌক্রু | হে লাবা | হে লাবশিং। |

অকার 'বা' না মথৈ তাবা পারম
'ফজবা' য়াবা।

| | লাইপুংথো | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক | ফজবা | ফজবশিংনা |
| ২ | কোয়ৌ | ফজববু, ফজবদা | ফজবশিংবু<br>ফজবশিংদা |
| ৩ | থাংচিং | ফজবনা, ফজবদা | ফজবশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | ফজবদা | ফজবশিংদা |
| ৫ | য়াংপুরেন | ফজবদগী | ফজবশিংদগী |

| | লাইপুংথো | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ৬ | পুরিং | কজবগী | কজবশিংগী |
| ৭ | কোনসেন | কজবদ' | কজবাশংদা |
| | কৌক্রু | হো কজবা | হো কজবশিং। |

'ই' না তাবা পারম, 'লাই' য়াবা।

| | লাইপুংথো | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক | লাইন', লাই | লাইশিংনা |
| ২ | কোরৌ | লাইবু, দা | লাইশিংবু, দা |
| ৩ | থাংচিং | লাইনা | লাইশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | লাইদা | লাইশিংদা |
| ৫ | রাংপুরেন | লাইদগী | লাইশিংদগী |
| ৬ | পুরিং | লাইগী | লাইশিংগী |
| ৭ | কোনসেন | লাইদা | লাইশিংদা |
| | কৌক্র | হো লাই | হো লাইশিংও। |

'ঈ' না মৈমৈ তাবা নুরমগী য়াবা, 'লাইরেম্বী'

| | লাইপুংথো | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক | লাইরেম্বীন | লাইরেম্বীশিংনা |
| ২ | কোরৌ | লাইরেম্বীবু, দা | লাইরেম্ব শিংবু, দা |
| ৩ | থাংচিং | লাইরেম্বীনা | লাইরেম্বীশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | লাইরেম্বীদা | লাইরেম্বীশিংদা |
| ৫ | রাংপুরেন | লাইরেম্বীদগী | লাইরেম্বীশিংদগী |

| | লাইপুংথৌ | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ৬ | পুরিং | লাইরেম্বীগী | লাইরেম্বীশিংগী |
| ৭ | কোনসেন | লাইরেম্বীদা | লাইরেম্বীশিংদা |
| | কৌক্র | হে, হো লাইরেম্বী | হে, হো লাইরেম্বীশিং |

## উকার 'বা'না তাবা পুং-লাং থঙনবা 'মকু' য়াবা।

| | লাইপুংথৌ | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক্র | মকু, মকুনা | মকুশিংনা |
| ২ | কোরৌ | মকুবু | মকুশিংবু |
| ৩ | থাংচিং | মকুনা | মকুশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | মকুদা | মকুশিংদা |
| ৫ | রাংপুরেন | মকুদগী | মকুশিংদগী |
| ৬ | পুরিং | মকুগী | মকুশিংগী |
| ৭ | কোনসেন | মকুদা | মকুশিংদা |
| | কৌক্র | মকু | মকুশিং। |

## ঐকার 'ব'না তাবা সুরম 'মৌ' য়াবা।

| | লাইপুংথৌ | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক্র | মৌ, মৌনা | মৌশিংনা |
| ২ | কোরৌ | মৌবু, দা | মৌশিংবু, দা |
| ৩ | থাংচিং | মৌনা | মৌশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | মৌদা | মৌশিংদা |

| | লাইপুংথৌ | মী·চন অময় | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ৫ | ৱাংপুরেন | মোদগী | মোশিংদগী |
| ৬ | পুৱিং | মোগী | মোশিংগী |
| ৭ | কোনসেন | মোদা | মোশিংদা |
| | কোক্রু | মো | মোশিং। |

## লানুংসায়না চপ্পা কৈদা লমদাং 'চাং' ৱাবা।

| | লাইপুংথৌ | মীংচন অময় | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক | চা·না | চাংশিংনা |
| ২ | কোৱৌ | চা·বু, চাং | চাংশিংনা |
| ৩ | থাংচিং | চাংনা | চাংশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | চাংদা | চাংশিংদা |
| ৫ | ৱাংপুরেন | চা·দগী | চাংশিংদগী |
| ৬ | পুৱিং | চাংগী | চা·শিংগী |
| ৭ | কোনসেন | চা·দা | চা·শিংদা |
| | কোক্রু | চাং | চাংশিংও। |

## কু না তাবা কৈদা 'চাক' ৱাবা

| | লাইপুংথৌ | মী·চন অময় | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | কুক | চাক্না, চাক | চাকশিংনা |

খঙগদবা :— মথরাই পান্দবা পোংঙি কোৱৌগী 'বু' হায়দে করিগুম্বা হংবদদি হায়ঙ্ম ৱাওই।

| | লাইপুংথৌ | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ২ | কোয়ৌ | চাক, চাকপু | চাকশিংবু |
| ৩ | থাংচিং | চাকনা | চাকশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | চাকতা | চাকশিংদা |
| ৫ | য়াংপুয়েন | চাকতগী | চাকশিংদগী |
| ৬ | পুরিং | চাক কী | চাকশিংগী |
| ৭ | কোনসেন | চাক তা | চাকশিংদা |
| | কৌক্রু | চাক | চাকশিং। |

## ত_না তাবা পুংপা লমদাংগী
## মাবা 'উরিং'

| | লাইপুংথৌ | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | হুক | উরিংনা | উরিংশিংনা |
| ২ | কোয়ৌ | উরিংপু | উরিংশিংবু |
| ৩ | থাংচিং | উরিং না | উরিংশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | উরিং তা | উরিংশিংদা |
| ৫ | য়াংপুয়েন | উরিং তগী | উরিংশিংদগী |
| ৬ | পুরিং | উরিং-কী | উরিংশিংগী |
| ৭ | কোনসেন | উরিং-তা | উরিংশিংদা |
| | কৌক্রু | উরিং | উরিংশিং। |

## প_না লোয়বা কৈফা লমদাংগী
## মাবা 'কাপ' ( পুংগী কাপ )

| | লাইপুংথৌ | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ | হুক | কাপনা | কাপশিংনা |

| | লাইপুংথৌ | মীংচল অমা | মীংচলশিং |
|---|---|---|---|
| ২ | কোৱৌ | কাপ পু | কাপশিংবু |
| ৩ | থাংচিং | কাপ-না | কাপশিংনা |
| ৪ | চিংথৈ | কাপ-ডা | কাপশিংদা |
| ৫ | রাংপুরেন | কাপ-তগী | কাপশিংদগী |
| ৬ | পুরিং | কাপ-কী | কাপশিংগী |
| ৭ | কোনাসেন | কাপ-তা | কাপশিংদা |
| | কৌত্রু | কাপ | কাপশিং। |

থওগদবা:— ক্ ত্ দ্ প্ অছুগা ব্ ন' লোইবা ৱাৱা-শিংগী মীংচল অমদা (২) কোৱৌন', দ'. পু (৪) চিংথৈনা 'তা' (৫) রাংপূরেননা 'তগী' (৬) পুরিংনা 'কী ফিজেৎ লেৎলি। অছুগা লমদাং পুৱমক্তুদি ঙমান মাৎৱ দ্ না মথৈ হাবদি 'কূদ্' (কয়াই ১ গী কম), ব্ না মথৈ ত'বদি 'থুদব্' (পানা থুদপ) অসিনি থওবিও।

# অপানবগী তৌন্নি লাইরী থিবা

## Parsing of Noun

## (সংজ্ঞাকা পদ পরিচয়)

ৱাহৈ (ৱাক্য) গী মনুংদা লৈরিবা ৱাৱা (শব্দ) খুদিংবু থোংকম (পদ) কৌই মাহুদি "পোইরৈতোম্বা শিদা-নাদ লম থিরমই।" ৱাহৈ অসিদা 'পোইরৈতোম্বা' 'শিদা নাদ' 'লম, অছুগা 'থিরমই' ৱাৱা খুদিংমকপু ৱাহৈগী থোংকম অমমম কৌই।

ৱাহৈ ( ৱাক্য ) অমদা হায়বদি ৱাহৈ পরেংদা থোংকম তাকপা হায়বদি অপানবা, পুৱৈলোম্বা, কাৎনচিংবগী য়াৱাগা ৱাহৈগী অতোপ্পা য়াৱাগা করি মৱী লৈবগে তাকপবু 'তৌল্লি লাইরি' থিবা ( parsing ) কৌই।

অপানবগী থিকম— (১) মথল, (২) লমদাং, (৩) শীংচন, (৪) লাইপুংথৌ, (৫) লাইগা করি মৱী লৈনবগে হায়ববু তৌল্লি লাইরি থিবা কৌই। খুদম :—

"অসিবনা মপাগী য়াথংনা তাইবং সেমলে।"

অসিবা— অপানবা, খৈৱেন, পারম, শীংচন অমা, লাইপুংথৌনা 'কুরু', সেমলে হায়বা কাইসিগী 'কুরু' নি।

মপাগী— অপানবা, তৌল্লিৱেন, পারম, শীংচন অমা, লাইপুংথৌদি— পুরিং, পুরিংলিবদি য়াথংনি।

য়াথংনা— অপানবা, তাউৱোইনএ, কৈদা, শীংচন অমা— থাংচিংনা লাইপুংথৌনি।

তাইবং— অপানবা, খৈৱেন, পুংপাং, লমদাং, শীংচন অমা, লাইপুংথৌদি 'কোরো' সেমলে 'কাব'গী কোরৌনি।

## সাজ্জেন।

১। লাইপুংথৌ কদায়বু কৌবগে ?

২। লাইনুৱা হায়বনা করিনো ? অতুগা ফিজেৎশিং করি করিনো ?

৩। 'চাক' ৱাৱাসি— লাইপুংথৌ পুম্নমক্তা শেংপা ফিজেৎ য়াওনা হায়উ।

। লমদাং কদায়ৰু কৌবগে, মথল কয়ানো ? পুংপাং হায়ৰদি করিনো ?

। মৈতৈলোন্দা মুরম খঙনবদা করি করি য়া'রা নত্রগা কিজেং হাপ্পবগে ?

৬। মথাগী য়ায়ারিং অসিগী 'লমদাং' ওনবিউ। মকু, শগোল, লৈশাবী, ইবাই, অমুবা, নোংখোম্বা, ইচে, ভেলি, কৈ, নোংমা, ডাক্তর, হৌদোং।

---

## মরীগুবা মতাং

# পুরৈলোম্বা

## ( সর্বনাম ) Pronoun

মমুংদা অর্থ অমা পুরগা মহুৎলোম্বা ( শিনবা ) বু পুরৈলোম্বা কৌই। করিবু পুহনা লৈরগা মহুৎ লোম্লিবনো হায়রবদি—মী, পোৎ, শানচিংবগী মহুৎ লোম্বা মখোয়গী রাখল পুবনি। শম্মা হায়রবদা "অপানবা ( Noun ) বু হমা হমা হায়বা ভোক্লবা মাগী মহুৎ লোম্লবা মাথাশিংবু পুরৈলোম্বা ( Pronoun ) কৌই।"

খুদম :— অতোৌপানবানা নিংথেম পাখংববু মৈরিংদগী মৈরম কাওনা পুরকপদা, মীনা করিনো-কনানো মৈগুম্বা অমা পুরিবসে হংখি। মাহাক্না অপানবাবু পুরগা মরে লোমশিন্নহনা মাহাকতুবু ভাকখিদে। মমৈখংদা কংলৈ নিংথৌগী খুডম মানা লোম্নবু পাখংবদা পিত্রে ; অতোৌপানবাবু পুরৈলোম্বা কৌনখি।

ঐ নংগী য়ুমদা লাকনি। মানা মাখোয়গী য়ুমদা লৈ।

মথক্তা পিরিবা য়াহৈ ( বাক্য ) শিংগী মচুংদা য়াওরিবা অচৌবা ময়েক্তা হৈরিবা য়ারাশিং পুরৈরোম্বনি। য়ারাশিং অসিনা অপানবগী মহুৎ লোম্নি অমমুং শিন্নি।

ঐ, নং, মা, মহাক, মাসি, মাদু, ঐখোয়, নখোয়, মখোয় অসিনচিংবা য়ারাশিং অসি পুরৈরোম্বা ( Prououn ) নি।

পুরৈরোম্বসি সাদাই তরুক খোক্তা থায়রৈ। মাদুদি :—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| * ১। | চিংমিং পুরৈরোম্বা | Personal pronoun | | পুরুষ বাচক |
| ২। | থমমুং হৈরাউ ,, | Reflective Pronoun | | নিজ বাচক |
| ৩। | তুপ্ পুরৈরোম্বা | Demonstrative ,, | | নিশ্চয় বাচক |
| ৪। | থাংহাত ,, | Indefinite | ,, | অনিশ্চয়বাচক |
| ৫। | চৌংবাংলকী ,, | Relative | ,, | সম্বন্ধ বাচক |
| ৬। | কইনৌ চিংশোনবা | Interrogative | ,, | প্রশ্ন বাচক। |

## ১। চিংমিং পুরৈরোম্বা ( Personal Pronoun )

করিগুম্বা অমগী য়া তাংবদা—মীশক অহুম চঙই মাদুদি (১) য়াতাংলিবা মী অমা, (২) য়াদু তারিবা মী অমা (৩) তাংকম অমা মথক অহুম অসিবু চিংমিং পুরৈরোম্বা কৌই।

* পুম্নমক পুরৈরোম্বগী মিংহৈ তাক্লি। ঐহাকী ইপুকপোকী মিংহৈ নৎতে। চিংবাংলকী পুরৈরোম্বদগী অতোমগী থাহৈ য়ুমচঙবা লৌখি। অহুমগী মথাংদা থাগে লাইরমদে। অতোমগী থাহৈ তাবগী অহানবা থাগেদি লোংজমনি।

চিংমিং পুরৈরোম্বসি মরম অসিদগী মীতা অহুমনি হায়বা থওলে রাঙাংলিবা মীচ * (১) মীৎময় ( First person ) (২) রা ভাবিবা মী অচুবু মীৎশাবি ( Second person ) (৩) ভাংকম ওইরিবা মীৎশাখা ( Third person ) কৌই।

লোংপোক নিংথৌ পুরৈরোম্বা ( শব্দ ) গী মীং অহুম পাগ্নি হায়বগুম, কাইবরোনগী পুরৈরোম্বশীসু মীং অহুম পাগ্নে।

(১) মীৎময় ( First person )— রা'ভাংলিবা মরা ওইবা মীং নমগা মী হায়বদি ঐ, ঐখোয় অসিনে থওবিউ।

(২) মীৎশাবি ( Second person ) — রাচু ভাবা শারিবা মীং নমগা মী অদো—মীৎশারিনে—মাচুদি নং অতুগা নখোয়নে।

(৩) মীৎশাখা ( Third person )— পোং অতুগা মী অতোপ্পগী মরমদা রারি শাবা, খাইবনচিংবা তৌরবদি— মাচুবু মীৎশাখা কৌই। মাচুদি :— মা, মাহাক, মখোয় অসিনে।

(ক) মীওইবনা মীদি অমত্তা ওইরবসু 'ঐ' হায়বসিগী মহুত্তা 'ঐখোয়' হায়বসি শিজিনৈ। রা-ভাংবা মী, পাউকোংবা মী, চাউখোকপা, অশাউব', কম অরাংবদা লৈবা মীনা 'ঐ' গী মহুত্তা 'ঐ'খোয় হায়না শীজিন্নবা য়াওই, মাচু লাগ্নি লৌনদে। ঐখোয় হায়না শীজিন্নবা :—

পাউকোংবা মী ( সম্পাদক )—ঐখোয়না হায়না হায়জগে।

* মথক্তা ইংলিশকি মহুমদা মওইবা পোকই, মরমদি, মৈতৈ পুয়াদা ওননা মঙাং, নুবাং, থুমন, ওক অহুমবু মীৎময়, মীৎশাবি, মীৎশাখা থোক্লমই। ( মৈতৈ পুবারি )।

কম্ অয়াংবদা লৈবা মী— ঐখোয়গী থবক অসি খিংলবস্থ ঐখোয়না লৈপাকীনি খন্দুনা ত্তৌগনি।

(খ) 'নং' য়ায়াসি ইখাগী মীদা শীজিন্নৈ, অদুবু অঙাংকাওবদা ইকাই-খুম্নমা নিংলবদি হায়নদে। করিগুম্বদা মতিক মগুণ চাউবা খঙনবদস্থ শীজিন্নৈ। মাদুদি "কে!— পাখংবা নংনা ত্তাইবংগী পম্মৌনি।"

(গ) হিন্দি অমসুং বাঙ্গালাগী 'আপ', 'আপনি' য়ায়া অসি থাইনবৈদা 'ইভো' নত্রগা 'ইভো-ইবেম্মা' হায়দুনা শীজিন্নৈ, হৌজিক মতমদা ইভোগী মহুত্তা 'অদোম' হায়ন' শীজিন্নরে।

## ২। থমনুং ইরাই

## Reflective Pronoun

## ( নিজবাচক )

ঈশিং ঈয়াইনা লৈবায়দা য়ৈয়গা থমসুং থম্রগা হুমকপগুম, হায়রিবা মী অদুনা হায়কবগা মাভোন্দা হনজিনববু থমনুং ইরাই পুরৈলোম্বা ( Reflective Pronoun ) কৌই। খুদম :—

ঐনা থবকসি ইশামক্না ত্তৌগনি। নং মাহাক্না নশামক্না উয়পদবনি। মা মামক্না ( মাহাকমক্না ) মখোভদা শীংজেংনা য়ানজবনি। অসিদা ইশামক্না, নশামক্না, মা মক্না অসিমচিংবসি থমনুং ইরাই পুরৈলোম্বনি।

## ৩। তু পু পুরৈলোম্বা (Demonstrative Pronoun)

অদু, তু অসিনচিংবা ত্তাকদুনা, উৎদুনা খঙহনবা পুরৈলোম্ববু তুপু পুরৈলোম্বা (Demonstrative Pronoun ) কৌই।

( পুরাগী রাশিদি তুপুদা শুরুনা তাক্লনা তুপুনা অপানববু থিরুবদা তুমিত্তুগী থা-মচিদ', থ.-মচিদগী লৈপাক্তী সেকনিংদা আ: দা তু: ! লৈরে হায়হনা তাকলে। তুপু বু মপু থিবগীদমক পুথিবা কোপোয়নরে। )

খুদমদি :— অসি, আদগীসে, অদো, অসে. মাসি. মাশু অসি-নচিংবসি 'তুপু' নি। নকপা থন্তনবদা অসি, মাসি, অতুগা লাপ্পা লৈবা তাকপদা আদো, আদৈসে, আসে, মাসে অসিনচিংবা শীজিলৈ। মাহুদি :—

'অসি' পুথো 'আসে' পুরকউ।
'অহু' মাগীনি, আদগী 'আদো' চাউবগীনি।

## ৪। থাংহাও
## Indefinite Pronoun.
## ( অনিশ্চয়বাচক )

পুরৈলোম্বা ( Pronoun ) অহু মগদা পৌশি থাংবা হাওলগা ইহাও-হাওবা অহুওবগী অর্থ লোক্তনা থাংহাও, পুরৈলোম্বা কৌই। খুদম:— 'কনা-না তুমিং থুদিং চারগা হিংই, 'কনানা' 'থরদং' চারগা হিংই। অসিদা 'কনানা' 'থরদং' য়ারাশিং অসি রাৈই অসিদা থাংজিল্লে, অরেপ্পাদ করিনো থওদে, ইহাও হাওলে—অহুদগী থরদংসি 'থাংহাও 'পুরৈলোম্বা কৌই।

কহিগুম্বা, কনাগুম্বা, থর, থরদং অসিনচিংবাসি 'থাংহাও' পুরৈলোম্বনি।

## ৫। চিংথাংলকী পুরৈলোম্বা
## (Relative Pronoun)

চিংগাংলকী পুরৈলোম্বদগী অতোম শাগৈ তাবা হৌহনা মরী লৈনবা ফোংতোকই, চিংনবা অতৃগা অরাংবা মথক্তা লৈহনা শাগৈ মরী তাবনি। অতোপ্পা য়াবা অমগা তোঙানবা য়াবা অমগা মরী লৈনবা ফোংতোকপবু চিংথাংলকী পুরৈলোম্বা (Relative Pronoun) কৌই। খুদম :—

চৎলিবা 'অসে' উমগদবসু 'অসি'নি।
হায়রিবা 'অদো', ইজ্রিবসু মা' হুনি।

তুপ্পু পুরৈলোম্বগুম' মসক মাথরবসু শীজিন্নবা মতুং ইন্না চিংথাংলকী পুরৈলোম্বনি। মরমদি 'অসে' 'অসি' মরী লৈনৈ, 'অদো' 'মাহু' মরী লৈনৈ।

## ৬। কইনো পুরৈলোম্বা
## (Interrogative Pronoun)

কনানা, করিনো, কৈনো হায়না হংবদগী কইনো পুরৈলোম্বা থোকই। হংবা থওনবদা শীজিন্নবা পুরৈলোম্ববু কইনো পুরৈলোম্বা নত্রগা কইনো চিংশোনবসু কৌই। [চিংশোনবা হায়বদি চিংনহুনা মথন্তা শোনবা]। খুদম :—

'কনানা' কৌরি? 'করি' চাগদগে? নমিং 'করি'? 'কৈনো' অমা তোরে। 'করিনো' নংনা হাঙরিবসিবো? তংকানমুগী তংকানচঙ তঙ্কানা পাম য়ানবা উবদা চিংশোনবনা

গাউ শিন্নখি "মুন্না নংবু কনানো ?" মখকী অচৌবা মমেকনা ইন্নিবা হংবা থঙনবা পুরৈরোম্বশিংসে কইনো পুরৈরোম্বনি।

# পুরৈরোম্বগী লমদাং

পুরৈরোম্বগী লমদাং ( gender ) অসি খোইদোকপা মমক ওনবা নৈতে।

## পুরৈরোম্বা ম্রাবাগী শা·ওন।

### মীৎ-মক্ক পুরৈরোম্বা 'ঐ'।

| নূম্বা | লাইপুংথৌ ( কারক ) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কূক | ঐ, ঐনা | ঐখোয়, ঐখোয়না |
| ২ বী | কোরো | ঐবু, ঐঙোন্দা | ঐখোয়বু ঐখোয়দা |
| ৩ বী | থাংচিং | ঐনা | ঐখোয়না |
| ৪ বী | চিংথৈ | ঐঙোন্দা | ঐখোয়দা |
| ৫ বী | রাংপুরেন | ঐঙোন্দগী, ঐদগী | ঐখোয়দগী |
| ৬ শী | পুরিং | ঐগী | ঐখোয়গী |
| ৭ শী | কোনসেন | ঐঙোন্দা | ঐখোয়দা। |

খঙবিপদবা :—(ক) কোরো, চিংথৈ, রাংপুরেন, কোনসেন্দা 'ঙোন' হাপ্পগা ফিবেং নৈতেংই, অদুবু শীংচনশিংদা ওন্দে।

(খ) 'ঐখোয়' অসি "ঐখোঈ" অদুগা "ঐখোই" অমুম-নমু ইনৈ, খঙনবা ( অর্থ ) দি অমত্তনি।

## মীৎ শাল্লি পুরৈলোম্বা 'নং'

| নূল্লা | লাইপুংথৌ (কারক) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক্ক | নং, নংনা | নখোয়না |
| ২ বী | কোল্লৌ | নংবু. নংঙোন্দা | নখোয়বু, নখোয়দা |
| ৩ বী | থাংচিং | নংনা | নখোয়না, নহোয়না |
| ৪ বী | চিংথৈ | নংঙোন্দা | নখোয়দা, নহোয়দা |
| ৫ বী | ল্লাংপুরেন | নংঙোন্দগী, নংদগী | নখোয়দগী, নহোয়দগী |
| ৬ পী | পুল্লিং | নংগী, নহাকী | নখোয়গী, নহোয়গী |
| ৭ পী | কোনসেন | নংগীদা, নংঙোন্দা | নখোয়দা, নখোয়গীদা নহোয়দা। |
| | কৌঞ্র | নংবো | |

খঙগদবা— নখোয়গী মহুত্তা নখোই, নত্রগা নখোঞ্জিস্ন হইনে, চংনবা লোন্দা 'নহোই' অসুমন্ন সিজিনৈ।

## মীৎশাথা 'মা' পুরৈলোম্বা

| নূল্লা | লাইপুংথৌ (কারক) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক্ক | মা, মানা | মখোয়না, মখোয় |
| ২ বী | কোল্লৌ | মাবু, মাঙোন্দবু | মখোয়দা মখোয়দবু, মহোয়বু |
| ৩ বী | থাংচিং | মানা | মখোয়না, মহোইনা |

| য়া লাইপুংথৌ (কারক) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| বী চিংথৈ | মাতোম্না | মখোয়না, মহোয়না |
| বী য়াংপুরেন | মাতোম্নগী, মাদগী | মখোয়দগী মহোয়দগী |
| , পী পুম্বিং | মাগী | মখোয়গী, মহোয়গী |
| , পী কোনসেন | মাতোম্দা, মাদা | মখোয়দা, মহোয়দা |
| কৌক্র | × | × |

## মীৎশাবা পুরৈরোম্বা য়াবা 'মাহাক'

| নূয়া লাইপুংথৌ (কারক) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| ১ বী কুক | মাহাক, মাহাক্না | মখোয়না, মখোইনা |
| ২ বী কোরৌ | মাহাকপু | মখোয়বু, মখোইবু |
| ৩ বী থাংচিং | মাহাক্না | মখোয়না, মখোইনা |
| ৪ বী চিংথৈ | মাতোম্না | মখোয়দা, মখোইদা |
| ৫ বী য়াংপুরেন | মাহাক্কগী | মখোয়দগী, মখোইদগী |
| ৬ পী পুম্বিং | মাহাকী | মখোয়গী, মখোইগী |
| ৭ পী কোনসেন | মাতোম্না | মখোয়দা, মখোইদা। |

## তুপু পুরৈরোম্বা য়াবা 'অসি'

| য়া লাইপুংথৌ (কারক) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| ১ বী কুক | অসিনা | অসিশিংনা |
| ২ বী কোরৌ | অসিবু | অসিশিংবু |

| নূরা | লাইপুংথৌ ( কারক ) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ৩ বী | থাংচিং | অসিনা | অসিশিংনা |
| ৪ বী | চিংথৈ | অসিদা | অসিশিংদা |
| ৫ বী | রাংপুরেন | অসিদগী | অসিশিংদগী |
| ৬ পী | পুরিং | অসিগী | অসিশিংগী |
| ৭ পী | কোনসেন | অসিদা | অসিশিংদা |
| | কৌক্রু | — | — |

## তুপ্পু পুরৈলোম্বা য়াবা 'অহু'

| নূরা | লাইপুংথৌ ( কারক ) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুরু | অহু, অহুনা | অহুশিংনা |
| ২ বী | কোরৌ | অহুবু | অহুশিংবু |
| ৩ বী | থাংচিং | অহুনা | অহুশিংনা |
| ৪ বী | চিংথৈ | অহুদা | অহুশিংদা |
| ৫ বী | রাংপুরেন | অহুদগী | অহুশিংদগী |
| ৬ পী | পুরিং | অহুগী | অহুশিংগী |
| ৭ পী | কোনসেন | অহুদা | অহুশিংদা |
| | কৌক্রু | — | — |

## মীৎশাথা পুরৈলোম্বা য়াবা 'ইভো'

| নূরা | লাইপুংথৌ ( কারক ) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুরু | ইভো, ইভোনা | ইভোশিংনা, ইভোথোইনা |

| মুয়া | মাইপুংথৌ ( কারক ) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ২ বী | কোয়ৌ | ইচোবু, ইচোদা | ইচোশিংবু, ইচোখোইবু |
| ৩ বী | থাংচিং | ইচোনা | ইচোশিংনা, ইচোখোইনা |
| ৪ বী | চিংথৈ | ইচোদা | ইচোশিং, ইচোখোইদা |
| ৫ বী | য়াংপুরেন | ইচোদগী | ইচোখোইদগী |
| ৬ পী | পুৱিং | ইচোগী | ইচোশিংগী |
| ৭ পী | কোনসেন | ইচোদা | ইচোখোইদা |
|  | কৌক্রু | ইচোবো | ইচোশিংবো। |

## থাংহাও পৈরেলোম্বা ( Indefinite )
## 'মায়া' 'কনা' মীৎশাথা

| মুয়া | মাইপুংথৌ ( কারক ) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক | কনা, কনানা | কনানোশিংনা |
| ২ বী | কোয়ৌ | কনাবু | কনানোশিংবু |
| ৩ বী | থাংচিং | কনানা | কনানোশিংনা |
| ৪ বী | চিংথৈ | কনাদা | কনানোশিংদা |
| ৫ বী | য়াংপুরেন | কনাদগী | কনানোশিংদগী |
| ৬ পী | পুৱিং | কনাগী | কনানোশিংগী |

| নূম্বা | লাইপুংথৌ (কারক) | মীংচন অমা | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ৭ শী | কোনসেন | কনাদা | কন নোশিংদা |
| | কৌক্র | কনানো | কনা কনানো |

## চৌংবাংলকী পুরৈলোম্বা ( সবন্ধ বাচক )
## ম্বাবা 'অচুগী'

| নূম্বা | লাইপুংথৌ (কারক) | মীংচন অমা | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক | অচুগীনা | অচুগীশিংনা |
| ২ বী | কোরৌ | অচুগীবু | অচুগীশিংবু |
| ৩ বী | থাংচিং | অচুগীনা | অচুগীশিংনা |
| ৪ বী | চিংথৈ | অচুগীদা | অচুগীশিংদা |
| ৫ বী | ম্বাংপুয়েন | অচুগীদগী | অচুগীশিংদগী |
| ৬ শী | পুয়িং | অচুগগী | অচুগীশিং |
| ৭ শী | কোনসেন | অচুগীদা | অচুগীশিংদা |
| | কৌক্র | — | — |

## চৌংবাংলকী পুরৈলোম্বা ( সম্বন্ধবাচক )
## ম্বাবা 'মাচুগী'

| নূম্বা | লাইপুংথৌ (কারক) | মীংচন অমা | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক | মাচুগীনা | মাচুগীশিংনা |
| ২ বী | কোরৌ | মাচুগীবু | মাচুগীশিংবু |

| নুমা | লাইপুংথৌ ( কারক ) | শী'চব অমা | শীংচবশিং |
|---|---|---|---|
| ৩ বী | থাংচিং | মাচুশীনা | মাচুশীশিংনা |
| ৪ বী | চিংথৈ | মাচুশীদা | মাচুশীশিংদা |
| ৫ বী | হাংপুরেন | মাচুশীদগী | মাচুশীশিংদগী |
| ৬ পী | পুরিং | মাচুগী | মাচুশীশিংগী |
| ৭ পী | কোনসেন কোক | মাচুশীদা | মাচুশীশিংদা |
| | | — | — |

## কইনো পুরৈরোম্বা ( প্রশ্নবাচক ) য়াৱা 'করি'

| নুমা | লাইপুংথৌ ( কারক ) | শী'চব অমা | শীংচবশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক | করি | করি করিনা |
| ২ বী | কোয়ৌ | করিবো, কাবনু | করি করিবো |
| ৩ বী | থা'চিং | করিন' | করি করিনা |
| ৪ বী | চি'থৈ | করিদা | করি করিদা |
| ৫ বী | হাংপুরেন | করিদগী | করি করিদগী |
| ৬ পী | পুরিং | করিগী | কারি করিগী |
| ৭ পী | কোনসেন কোক | করিদা | করি করিদা |
| | | — | — |

## কইনো পুরৈরোম্বা য়াৱা 'করম্ব'

| নুমা | লাইপুংথৌ (কারক) | শীংচব অমা | শীংচবশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক | করমনা, করম্বনা | করম, করমনা |

| মুয়া | লাইপুংথৌ ( কারক ) | মীংচন অমা | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ২ বী | কোরৌ | করম্বু | করম করম্বু |
| ৩ বী | থাংচিং | করম্না | করম করম্না |
| ৪ বী | চিংথৈ | করম্দা | করম করম্দা |
| ৫ বী | য়াংপুরেন | করম্দগী | করম করম্দগী |
| ৬ পী | পুরিং | করম্গী | করম করম্গী |
| ৭ পী | কোনসেন | করম্দা | করম করম্দা |
| | কৌক্ৰ | — | — |

## কইনৌ পুরৈলোম্বা ।
## য়াবা 'করিনো' মীৎশাখা

| মুয়া | লাইপুংথৌ ( কারক ) | মীংচন অমা | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুরু | করিনো | করিনোশিংনা |
| ২ বী | কোরৌ | করিনোবু, করিনো | করিনোশিংবু |
| ৩ বী | থাংচিং | করিনোনা | করিনোশিংনা |
| ৪ বী | চিংথৈ | করিনোদা | করিনোশিংদা |
| ৫ বী | য়াংপুরেন | করিনোদগী | করিনোশিংদগী |
| ৬ পী | পুরিং | করিনোগী | করিনোশিংগী |
| ৭ পী | কোনসেন | করিনোদা | করিনোশিংদা |
| | কৌক্ৰ | করিনোবো । | |

## কইনো পুরৈলোম্বা

### য়াবা 'খর' মীৎশাখা।

| মুয়া | লাইপুংথৌ (কারক) | মীংচন অমা | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক | খর, খরনা | খরশিংনা |
| ২ বী | কোয়ৌ | খরবু, খর | খরশিংবু |
| ৩ বী | থাংচিং | খরনা | খরশিংনা |
| ৪ বী | চিথৈ | খরদা | খরশিংদা |
| ৫ বী | য়াংপুরেন | খরগী | খরশিংগী |
| ৬ পী | পুম্বিং | খরগী | খরশিংগী |
| ৭ পী | কোনসেন | খর। | |

## কইনো পুরৈলোম্বা

### য়াবা 'কদায়' মীৎশাখা

| মুয়া | লাইপুংথৌ (কারক) | মীংচন অম | মীংচনশিং |
|---|---|---|---|
| ১ বী | কুক | কদায় | কদায় কদায়না |
| ২ বী | কোয়ৌ | কদায়বু | কদায় কদায়বু |
| ৩ বী | থাংচিং | কদায়না | কদায় কদায়না |
| ৪ বী | চিংথৈ | কদায়দা | কদায় কদায়দা |
| ৫ বী | য়াংপুরেন | কদায়দগী | কদায় কদায়দগী |
| ৬ পী | পুম্বিং | কদায়গী | কদায় কদায়গী |
| ৭ পী | কোনসেন | কদায়দা | কদায় কদায়দা |
| | কৌক্ক | কদাইবো | কদায় কদায়বো |

খণ্ডবিগদবা :— কইনৌ পুরৈরোনবগী মীংচনশিং খণ্ডনবদা 'কদায়-কদায়না' হায়বগুম 'করি'গীগুম্ব করি করিনা অমুম্না অনিম্নক হন্দুনা মীংচনশিং খণ্ডবৈ, 'কনা'গী 'কনা কনানা' অম্মা সিজিন্নৈ।

# পুরৈরোনবগী ভৌনি লাইরী

## ( Parsing of Pronoun )

পুরৈরোনবগী ভৌনি লাইরী থিবদা--(১) মখল (২) মীৎ (৩) মীংচন (৪) লাইপুংথৌ তাকপথনি। মাহুদি :— মাহাক্না বংঙোন্দা করি হায়বগে?

মাহাক্না— চাংমীং পুরৈরোনবা, মীংশাথা, মীংচন অমা, নমথাং পুংপাং, লাইপুংথৌদি 'কৃত্ত' নি।

বংঙোন্দা— চাংমীং পুরৈরোনবা, মীংশারি, মীংচন অমা, নমথাংদি—পুংপাং, লাইপুংথৌদি 'কোনো' নি।

করি— কইনৌ চিংশোনবা, মীংশারি, মীংচন অমা, নমথাং—কৈদা, লাইপুংথৌদি 'কোনো' নি।

পুরৈরোনবসি করিগুম্বদা লান্না সিজিন্নবা থোংনৈ।

অন্নানবা (ক) নথোনশিংনা অমতা লাক্কবা করিনো?
অচুম্বা (খ) নথোন্ন কনা অমতা লাক্কবা করিনো?
অন্নাববা (ক) ঐখোয়না ঐখোনশিংগী কনবা তৌরি।
অচুম্বা (খ) ঐখোয়না ঐখোয়গী কনবা তৌরি।
অন্নাববা (ক) ঐনা মখাগীদমক চংলি।
অচুম্বা (খ) ঐনা ইশাগীদমক চংলি।

## শাক্সেন।

১। মথাগী ৱাহৈদগী পুরৈলোম্বা থম্মোকউ।

(ক) ঐনা চাউবদু হায়খি— মাহুদি মাহাক্কী মরূপপু পুন্না লাকউ

(খ) নংনা মাবু হেক উবদা, নহাক্না লোয়না চেনখিবা নত্রা?

২। মথাগী ৱাহৈদা অপানবা ( Noun ) গী মহুত্তা পুরৈ-লোম্বা ( Pronoun ) সিজিন্নৌ।

থোংজাং পোইরৈতোম্না কৈনাউভাবী পুন্না থোক্লুনা চা-নবা হিংবা চা নবা পোৎলম চাম্ব চাম্না থুচিং ওইনা পুরকখি। থোংজাং পোইরৈতোনগী মচা মংত্তা শিরবদা কৈনাউভাবীবু শিজ-নাদবা হিদাক পুরক্তগী না-ওইখি। থোংজাং পোইরৈতোম্না মৈত্রবাক্তা লাক্লগা হৌনবা লোনচং, অদুগা লাইনিং লাইশোন তম্লমই। মৈত্রবাক্তা মী শিরদা মীবু মৈ থাবদু থেংনখি। মাদা পুরকপা পোৎশিং অদু অদোমগী চেক্তেকবগি মৈত্রবাক্তা কৈরবদা নৎলমহে।

৩। 'ঐ' অদুগা 'নং' গী মসক ওববশিংদু ইথোকউ।

৪। পুরৈলোম্বা কদায়দু কৌবগে? অদুগা মাগী মথক কয়ানো?

৫। 'নং' য়ায়াদি কয়বা মকম, কয়বা মীওংদা সিজিন-নবগে?

৬। চিংমীৎ পুরৈলোম্বগী মীৎ কয়ানো? থূদবগা লোয়-নবা তাকউ।

৭। কইনৌ চিংশোনবা পুরৈরোম্বা কদায়বু কৌবগে ?
অরানবা চুমথোক্লগা ইউ :—

ঐ মশানা নং মশাবু য়েংনিংদে।
ঐথোয়শিংদি কদোইৈদসু অরানবা তৌখিদ্রি।

## মঙাশুবা মতাং

## লুবাং

### Adjective ( বিশেষণ )

মপা থঙবা মচ্চাবু পাখঙবা কৌই।
ফজবা লমচংনা মীওইবশী নৈলেডোংনি।
বা অথুম্বা খোইহিদশীসু হেম্না থুমই।
ভমথিবা হুয়ানবছনা অহিং ভংলমই।

মথক্কী বাটৈ ( বাক্য ) শিংদা মপ-খঙবা, ফজবা, অথুম্বা অহৃপা ভমখিবা য়'য় মখি অসিন' মচ্চ'বু লমচংনা, বা, হুয়ান-ছনা হায়বা য়াবা মখি অসিগী মতৌক ময়াই ভাক্লগা মথোয়গী রাসি লুনা বাংনা হায়খ্রি। সম্ম' হায়ব্রবদা —

অপায়বগী মতৌক ময়াই লুনা বাংনা হায়ববু লুবাং Adjective ( বিশেষণ ) কৌই।

লুবাং শাটৈগেসি কাংবু মখিদং খোক্কা থায় মাছদি :—

১। লুবাং-খৌ Adjective of quality গুণবাচক।

২। লুরাং-লী Adjective of quantity পরিমাণবাচক।
৩। লুরাং চৈ Adjective of Number সংখ্যাবাচক।
৪। লুরাং ভুপ্ Demonstrative Adjective নির্দেশক।

১। লুরাংখৌ ( Adjective of quality )

লুরাংনিংখৌ পুনশিবসি মতৌক চাউরবা ওকনি। মাহাক চহী চানবিরোম পুনশিথি। মাহাক্না নোংদা লাইরেন পাখঙবগা হাইকেং মায়না পোক্লগা নিংখৌ নাউখিংখোংনা পানবা কাওবা লৈরম্বী। মহাক্কসিবু লুবাং ( বিষ্ণু ) সী শাওমী খরৈ। মাহাক্না কোওইবী 'হৈড়াংপা' লাইরিক ইরমই।

"পোংকী মতৌক ময়াই অক-কত তাকপবু লুরাং নিংখৌ নত্রগা লুরাংখৌ কৌই। মাহুদি :—

মচু তাকপদা :— অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা, কোম্বিরৈ।
কিভম তাকপদা :— নাদবা, অনাবা, অনোয়বা, য়াগংবা, লাইরবা, অরাবা।
মওং তাকপদা :— অকোয়বা, অচেপ্পা, অকায়বা।
লৈপাকী মচা তাকপদা :— মৈতৈ, নাগা, জাপানি, নেপালী।
মতম তাকপদা :— গুমিং খাদংগী, খা খুদিং, ভাইহাকী, নোং-ঙানলমদাই।
মকম তাকপদা :— মখুংখংবা, মপানয়াই, অরাংবা, অনেশা, ময়াইখংবা।

কি অঙাংবা মী অমুবনা শেংপসি মৈতৈবা নোকনৈ, মরাং কুপীনঃ লেমনৈ। অনাবা মী অমা অকোয়বা কাখল

অমদা কপ্পি তুমিংথুমিংবী চেকোংচ চাউবনা মসুংথংবা কা-
থলদা থমই। ডাইহাকী ওইজব' পামগনু।

মথক্তা ময়েক অচৌবনা ইরিবা য়ারাশিংসি লুরাং-থৌনি।

২। লুরাং লী ( Adjeotive of quantity )

মৈতেগী চংনবা'দা' থুম, লী অসনচি'বসি পোংকী চাং
ওয়নবা চফুনি। সম্না লায়থবদা 'চ ং থডনববু লুরাংলী' ( Ad-
jeotive of quantity ) ( পরিমাণবাচক বিশেষণ ) কৌই।
মাত্রদি :- চেচেক, সের, কিলোগ্রামনচিংবা মচাং থডনবা
অসিনি।

থুদম :— চেচ, চেঙকোক অমনা মী কয়া চাবগে?
থুম কিলোগ্রাম অমা লৈকচো।
চিনি অয়াম্বা লৈপাক্তা ভারে
চুপি থাক্তা পাবজ।

মথক্তা লী'রবা অ'সদ মেয়েক অচৌবনা ইরিবা য়ারাশিংসি
লুরাংলী'নি। অদুবু চেচকোক, কিলোগ্রাম অসি অপানবা ওই
নম্ নীজিমে।

৩। লুরাং-চৈ ( Numeral Adjeotive )

মশীং থডনবা লুরাংবু লুরাংচৈ কৌই। লুরাং-চৈগী থডনবা
অমনা নিংথৌনা পায়বা রায়েন চৈবুত কৌই। লুরাং চৈ অনি
থোক্তা থাই। মাত্রদি :— (১) অয়েক্সা থডনব চৈ, (২) লেপ্তবা চৈ।

(১) অয়েক্সা চৈ :—

(ক) মশীং তাকপা :— অমা, অনি, অহুম, মরি, মঙা নচিংবা অসিনি। খুদম :— অঙাং অমা লৈ। নিপা অহুম কল্লি।

(খ) খংথনাবা থক্তনবা :— অহানবা, অনিশুবা, অহুমশুবা, তরাশুবা, কুনশুবা অসিনচিংনি খুদম :— স্কুলদা খোমজোন লাক্টৈমাগী মঙাশুবা মপারিনি।

(গ) সরুক থক্তনবা :— অমরুক, অনিরুক, অহুমরুক, মংঙারুক, অসিনচিংবা খুদম :— শক্লোমদা ঊশিং অনিরুক য়ানবদি ঊশিংনগী হেন্না কল্লে।

(ঘ) পুন্নমক থক্তনবা :— অনিমক, অহুমমক, তরামক, কুনমক। খুদম :— মী অহুমমক মকম অসিদা লৈ।

(১) লেপ্তবা ঁচ :—

মশীং অয়েক্না থক্তনবদ 'সঙ্খ্যাব' লুরাংদি অসিনে— থর, করিগুম্বা থর, অয়াম্বা খুদম :— মী থরুনা লুচুম্বা চাংহৈ। মী অয়াম্বা কোয়না লৈখোকই উহে করিগুম্বা থর পিউ।

## ৪। লুরাং তুপু (Demonstrative Adjective)
## (সার্বনামিক য়া নির্দেশক)

তু, অহুবু অসিনচিংবা থিন্দুনা ত'কপা লুরাংশিংবু 'লুরাং তু-পু' কৌই। তুপুদি অপানববু খিকব' পুখবনিস্থ হাহঙ্গে। মাব্রা কয়ামুকসি অপানবগা লৈমন্নবগ লুরাং 'তুপু' ওই ; মখন্তা লৈরগা পুরেলোবনি। মাফমদি :- অসে, অদু, অসি, অদো ; তুঃ তুঃ। খুদম :— নিপা অসে চত্তকম থক্তনা লৈরি। মী অসি

পুকচেল ফজবা অহলনি নিংথৌ অহো পাখঙবা লাইনিং থৌশোক্লগা মৈতৈগী লাইনি।

খঙগদবা :—মৈতৈলোন্দা লুরাংগী কমকমসি অপানবগী থোগল ওইনা তুংদগী অহুগা মাঙদগী চংলি, অদুবু মশীং থঙনবা লুরাংদি তুংদা ইল্লি।

ফজবা লৈরাংনা মকা কলনা শাংই।

অতাং ফজবা উবদা অমুকী লৈরাংগুম থলই।

নিংথৌ পোংবা তারানা চুমিংকী থোংগুল লৌবদা কংথিদে।

মথকী য়াহৈ অনিদা লুরাংনা মতুংদগী, মমাঙদগী চংলি অহুগা 'তারা' হায়বসিদদি মতুংদা ইল্লি, 'তারা'না মাঙদা চংলবদি য়াহৈহৌ অয়ানবনি।

## চাংতম্বা।

### Comparison ( তুলনা )

মৈতৈনা মালেম অকোয়বা অসিবু সিংগাই ৩৬০ থোক্না থাঙৈরমই। সিংগাই অমমম্না নোংমেগা পাংথকপি লৌতনা চাউ-রাক্না মুমিং ৩৬০ না চৌ শাবমই। সিংগাইবু শিংগ্রে (degree) থায়বা কৌই।

লুরাংবু শিংগ্রেং অহুমথোক্না থায়। মাহুদি :—

১। শিংনৈ, ( Positive ) মূলাবস্থা।

২। শিংতম, ( Comparative ) উত্তরাবস্থা।

৩। শিংলেন, ( Superlative ) উত্তমাবস্থা।

১। শিংথৈ :— করিগুম্বা পাল্লী আমুনচিংবগী মমক থক ওন্নবা হায়রগী মরম অদুবু শিংথৈ কৌবগুম, ন্নুরাংগী চাংতম্নবা মমকপু শিংথৈ ( positive degree ) কৌই। থবক্তী ফৌরক-কমবুসু শিংথৈ কৌই। অসিনিসে :—

'ন্নুমা ইবেমা থাংজোইদি অশিংবী ন্নুজানি।'

ন্নুমা রাংজমদোনদি কজরবী থৈতৈ চন্নুনি।

মোইরাংগী নিংথৌমচাবু 'থাংজোই' নিংথৌজাগী নিংথৌ-মচা ন্নুপীবু 'রাংজমদোন' কৌই। মকম অসিদা 'অশিংবা' 'কজরবী' অনিসি চাংতম্নবা ন্নুরাং শিংথৈ ( positive degree ) নি।

২। শিংতম :— মশীং অনি তন্নবদা অমমা অমদগী রাংপা নত্রগা হেনবা থঙনববু শিংত্রোং শিংতম ( Comparative degree ) কৌই। 'হেম্না নত্রগা থম্ন' হাপজুনা শিংতম সেমই। মাহুদি :— চাউবনা অমুবদগী হেম্না কবা মীনি।

চাউবনা অমুবদগী থম্ন কবা মীনি।

৩। শিংলেন ( Superlative degree ) পোৎ অমগা মন্নামগা চাংতম্নবদা থ্বাইদগী হেনবা নত্রগ তাবদা, লেন ওইবা থঙনবদা শিংলেন শিংত্রোং সিজিনৈ। মাহুদি :—

পোইরৈতোনগী মচ্চাশিংগী মন্নুংদা থোবাইদগী হেম্না পুন-শিবা মচ্চাদি শিংত-পুংনি। পোইরৈতোনগী মচ্চা শিথিবশিং অদু মশিং থোনবা ন্নানবদগী শিথিবনি।

'থোবাইদগী হেম্না পুনশিবা' মাহা অসি ন্নুরাংগী শিংলেন শিংত্রোংনি।

"পাম্থোইবীনা শিংগ্রেং মতোম্দা শগোল থৌরমই।" অসিগী অর্থ হায়রবদি— খোরাইদগী ম্নাওনা থৌরমই হায়রবনি।

খণ্ডগদবা :— শিংলৈদগী শিংতম, অদুগা শিংলেন সেমগে হায়রবদি শিংলৈদা 'খর' য়ারাসি অদুগা 'খোয়াইদগী (খ্বাইদগী) হেনবা নত্রগা য়াংগা' অসি হাপ্লগা শিংলেন সেমই। মাদুদি :—

| শিংলৈ | শিংতম | শিংলেন |
|---|---|---|
| য়াম্বা | খর য়াম্বা | খ্বাইদগী য়াম্বা |
| থোংপা | খর থোংপা | খ্বাইদগী থোংপা |
| লুবা | খর লুবা | খ্বাইদগী লুবা |
| লুংশিবা | খর লুংশিবা | খ্বাইদগী লুংশিবা |
| কনবা | খর কনবা | খ্বাইদগী কনবা |
| থীবা | খর থীবা | খ্বাইদগী থীবা |
| কনবা | খর কনবা | খ্বাইদগী কনবা। |

## লুবাংগী মসক ওনবা।

১। অকারবনা নত্রগা আকারবনা মমৈ তাবা লুয়াং খণ্ডবা য়ারাশিংদি অপানবগী মসক মতুং ইন্না— লমদা (লিংগ) গী মসক হোংবগ্নি খাওই, হে, দখল চংলৈ। অদুগা লাইশংথৌগী ফিজেৎতি অপানবদা শেংজনা লুয়াংদা শেংই। (ক) লমদাংদা শেংপা :— কনবী লৈশাবী।

কনবা পাথং।

(ব) লাইপুংথৌ ( কারক ) কী ফিরেং ওনবসি :—
লুরাংনা অপানবগী মতুং ইন্নবদি লুরাংনা ফিরেং অহু লেংই।
মাহুদি :— **কজবী** লৈশাবীনা লাইরিক তমই।
লৈশাবী **কজবী**না লাইরিক তমই।

লৈশাবীগী ফিরেং 'না' মাগী লুরাং 'কজবী' অসিগী মতুং ইনবনা 'না'সি 'কজবী' অসিনা লেংলি।

মৈতৈগী য়ারা কয়ামুক্তা তোঙান তোঙানবা পাকল (প্রত্যয়) হাপ্নগা অপানবদগী লুরাং সেমই।

ইক হাপ্নগা সংস্কৃত য়ারা কয়ামুকপু লুরাং সেমই :—

| অপানবা | লুরাং | অপানবা | লুরাং |
|---|---|---|---|
| অর্থ | আর্থিক | ভুগোল | ভৌগোলিক |
| ইতিহাস | ঐতিহাসিক | মন | মানসিক |
| বেদ | বৈদিক | সংসার | সাংসারিক |
| দিন | দৈনিক | সমাজ | সামাজিক |
| মাস | মাসিক | নীতি | নৈতিক |
| নগর | নাগরিক | শরীর | শারীরিক |
| বিজ্ঞান | বৈজ্ঞানিক | | |

মৈতৈলোন কয়ামুক ঈ-নত্তগ, পী, গী হাপ্লুনা লুরাং সেমই।

| অপানবা | লুরাং | অপানবা | লুরাং |
|---|---|---|---|
| ইমা | ইমাঈ, ইমাগী। | মপা | মপাগী, মপাঈ। |

"খুদিংগী" হাপ্নগা সেম্বা :—

| অপানবা | লুৱাং | অপানবা | লুৱাং |
| --- | --- | --- | --- |
| মুমিৎ | মুমিৎ খুদিংগী | থা | থা খুদিংগী |
| চহী | চহী খুদিংগী | মিংকুপ | মিংকুপ খুদিংগী |

'কুম্বা' 'গুম্বা' হাপ্নগা সেম্বা :—

| অপানবা | লুৱাং | অপানবা | লুৱাং |
| --- | --- | --- | --- |
| ঈশিং | ঈশিংগুম্বা | কৈ | কৈগুম্বা |
| লাই | লাইগুম্বা | চাক | চাকুম্বা |

'চেনবা' হাপ্নগা সেম্বা :—

| অপানবা | লুৱাং | অপানব | লুৱাং |
| --- | --- | --- | --- |
| ধর্ম্ম | ধর্ম্মচেনবা | পুন্ন | পুন্নচেনবা |
| পাপ | পাপচেনবা | মহাও | মহাও চেনবা |
| লৈহাও | লৈহাও চেনবা। | | |

'কদবা' নত্রগা 'গদবা' হাপ্তুনা লুৱাং সেমই :—

| অপানবা | লুৱাং | অপানবা | লুৱাং |
| --- | --- | --- | --- |
| ইড়াংপা | ইড়াংকদবা | চাবা | চাগদবা |
| থৌজাম | থৌজানবিগদবা | তুম্বা | তুমগদবা |
| য়েংবা | য়েংবিগদবা | কপ্পা | কমগদবা |
| থগুবা | থগুগদবা | হিপ্পা | হিপকদবা |

'ঈ'—হাপ্তুনা লুরাং সেম্বা :— সংস্কৃত য়ারাশিং।

| অপানবা | লুরাং | অপানবা | লুরাং |
|---|---|---|---|
| দেশ | দেশী | ত্যাগ | ত্যাগী |
| প্রেম | প্রেমী | পাপ | পাপী |

'খোকপা' হাপ্তুনা লুরাং সেম্বা মৈতৈ য়ারাশিং :—

| অপানবা | লুরাং | অপানবা | লুরাং |
|---|---|---|---|
| নিপা | নিপাখোকপা | কজবা | কজখোকপা |
| মুপী | মুপীখোকপা | চংপা | চংখোকপা, চংপা-খোকপা |

'হৈবা হাপ্নগা লুরাং সেম্বা :—

| অপানবা | লুরাং | অপানবা | লুরাং |
|---|---|---|---|
| খোজান | খোজানহৈব, | মুঙাইবা | মুঙাই হৈবা |
| মু'শিবা | মুং শহৈবা | খনবা | খনবা হৈবা |
| ভুবা | ভুম্বা হৈব | চাবা | চাবা-হৈবা |

খঙপদবা :— অপানবা তাউরোইনাই (abstract noun) কয়াযুক্তি লুরা'গ মসক চপমাদৈ; মসকা মত্তোগা চপমাদৈ হায়-বতুনি। মাতদি :—

| তাউরোইনাই অপানবা | লুরাং | তাউরোইনাই অপানবা | লুরাং |
|---|---|---|---|
| অকবা | অকবা | নিংথিবা | নিংথিবা |
| কত্তবা | কত্তবা | অথুবা | অথুবা |

'রবা' 'লবা' হাপ্তুনবা লুরাং সেমই :—

| ভাউরোইনাই অপানবা | লুরাং | ভাউরোইনাই অপানবা | লুরাং |
|---|---|---|---|
| কণবা | কণরবা | কণ্ডবা | কণ্ডরবা |
| নিংথিবা | নিংথিরবা | কবা | করবা |
| হিংবা | হিংলবা | তুম্বা | তুমলবা |
| তোণবা | তোণরবা | হৌগৎপা | হৌগৎলবা |

## লুরাংগী চিল্লী লাইরী থিবা
### ( Parsing of Adjective )

অপানবা ( Noun ) পুরেলোম্বা ( Pronoun ) গী চিল্লী লাহৌরী থিবদা মথল লময়াং শীচন, ফিংগ্রেং অহুপা অপানবগা মরী লৈনবা ভাকনি।

মাহুদি :— 'শিংলবী সেম্বন' অপুম্বা কোলোই মাবানা মবেম্বদা হাবখি।"

শিংলবী— লুরাংথৌ, মুরম লময়াং, শীংচন অমা, শিংচৈল শিংগ্রেং মাসিগী অপানবদি 'সেম্ব' নি

অপুম্বা— লুরাংথৌ, লময়াং কৈকা, শীংচন অমা, শিংচৈল শিংগ্রেং মাসিনা থোগনবা অপানবদি 'কোলোই-মাবা' নি।

"চাউবনা তেংবদগী থয়া কবা অচাংনি।"

থয়-কবা— লুরাংথৌ, লময়াং পারম, শিংতম শিংগ্রেং— মাসিনা থোগনবদি 'অচাং' অপানবসিনে।

## সাজেন।

১। মথাগী রাকৈ ( বাক্য ) শিংদগী লুরাং পুথোকউ।

(ক) লমচং-করবা মীতি তানবা কংবদে,
লন-লৈবনা করি তৌনগনি।

(খ) নিপা অমা মরুম সিদা লৈবদুদি,
থোনা কবা অমা লৈবনা কগনি।

২। লুরাং কদায়বু কৌবগে? মথল কয়ানো হায়উ।

৩। মথাগী য়ু'রাশিংদগী লুরাং লেঙউ :—
করবা, চ'ব, অকবা, অকপ্প' থৌজ'ন, লুংশি, প্রেম, দিন।

৪। তু পু পুরৈলোম্বগ', তু পু লুরাংগা করি থেন্নবগে খুদমগা লে য়নন' হায়উ।

৫। চাং তেন্নবা মথল কয়ানে? শিংদৈন কদায়বু কৌবগে?

৬। অপানব কদায়বু কৌবগে? মাগ৷ লুরাংগা কয়ম তৌনা লৈমিন্নবা নত্রগা চৎমিন্নবগে?

৭। চাং তেন্নবগী পথাপ অমতং হায়উ।

৮। মথাদা ইঙ্গিবা মায়'শিং অসি লুরাং ওইবা বাহৈদা সিজিন্নৌ :— করবর, থৌজানহৈব', অয়াম্বা, অকবা, করবা, ধর্মচেনবা, হু চেনবা।

৯। মথাগী বাহৈশিংসি চুমথোকউ :—
মাহাক্না মংগা-লুপা ঐহোম্দা পিরে মুন্নীমচানা অকবনা মাবু লুনা তৌরমই। চাক তারা চায়ে। অনি গ'ড়ী মাহাকী লেয়ে।

---

## ৬৩বা মতাং

# • কাই ( খাস্রো )

## ( Verb ক্রিয়া )

লাইবিংথো বিংথেয়া পাথতবা লাইবিং শস্তোকখি।

নোংগানবদা হুমিং থোকই।

কৈনা তোকপা পোকপা হোমথে।

কত্তবনম্ম কম্মিত্তবদা অকবা ওইরকই।

মথক্কী য়াহৈ নত্রগা য়াহৈ পরেংশি সিদা কনানা করি তৌই, তৌরমই, তৌখি, ওই অসিনচিংবা ত'কাল। মথক্কী মথেক অচৌবনা ইহিবা য়ায়া খুদিংনা য়াহৈশিং থাক্তরে অতদগী অয়োইবা, খাজিনবা য়ায়াবু খা-য়ো ( খাজিনব —লো ) কৌই। খাস্রোবু 'কাই' কৌই।

সয়া হায়রবদা তৌবা, ওইবা, লৈবা অসিনচিংবা য়াহৈগী লোইশিনবদা হায়রিবত্ত 'কাই' ( ক্রিয়া ) কৌই থবক অমা শুমিয়বদা য়াওবা মীশিংবু, 'কাই — কা নব', থবক পুম্বিবশিংবু 'কাইপুবা' অত্তগা থবক পুম্মা তৌকমবু কাইরম' কৌই। য়াহৈবু খুমজিরে হায়বগী কাইবু 'খুম্মন' লাযনম্ম থতৈ।

• 'খাস্রো' য়াবাসি মতাংগুকনা সিজমবা য়াবাস। মীওইবগী লন্নাইদা খুমন কৌতৈ। 'খুমন' গী থতবা অমা 'অমম', অত্তগা 'মনাল মাইথব'নি, খুমনবু "ভঙ্গ:গুধ"মু থতৈ।

যাবা করায়ক লৈ মথোয়বু কোনচাক ( কোন ) (root of verbs) কৌই। কোনবু সংস্কৃত লোন্দা 'ধাতু' কৌই। যারাগী কোনদা 'প' নত্রগা 'বা' থিন্নগা কাই সেমই।

| কোন ( ধাতু ) | | কাই | কোন ( ধাতু ) | | কাই |
|---|---|---|---|---|---|
| চা+বা | = | চাবা | কং+বা | = | কংবা |
| তুম+বা | = | তুম্বা | তুম+বা | = | তুম্বা |
| থম+বা | = | থম্বা | থুম+বা | = | থুম্বা |
| কপ্+পা | = | কপ্পা | কাপ+পা | = | কাপ্পা |
| থাক+প | = | থাকপা | চাক+পা | = | চাকপা |
| হিপ+পা | = | হিপ্পা | লং+পা | = | লংপা |

খঙগদবা :- হিন্দিগী 'না', বাংলাগী 'আ, য়া' অমসুং ইংরেজীগী 'টু' শাপ্তুনা অবেদা লৈতবা কাই ( হৈ চক ) সেমই।

## কাইগী মথক

( ক্রিয়াকা ভেদ ) Kinds of Verbs

কাই—মথক অনিনি :—

১। কাইবংবা ( সকর্মক ) Transitive Verb

২। কাইবংদবা ( অকর্মক ) Intransitive Verb

১। কাইবংবা-- কোত্রো ( থবক মতম ) লৈবা কাইবু কাইবংবা ( Transitive verb ) কৌই।

মাহুদি :—

লৈপাক্পা ( প্রজানা ) নিংথেমদা নিংথৌ থুবম পিথি।

থোংবাং-থাবনা শাইরিক শাগি।

খুদম :—

মাহাকনি। ঐবা অথৌবনি মা অকবনি।

ৱাহৈশিংসিদা 'মাহাকনি' হায়বদু কনানো, অথৌবদু, কবনি হায়বগি কনানো হায়বা ৱাহৈ অমা লোক্লকই। অদুগি 'মাহাক চাউবনি', ঐহাক ৱাহৈগী অথৌবনি 'মসিগী অকবনি' আমনচিংবা থুবা তাই। অসিদ 'নি' হায়বসি ৱাহৈচেৎ কাচকাইনি অদুগা 'অথৌবা' অকবা অসি মপুং ফাহনবা চঙ্গা ৱাহৈগী হাকথং (complement) নি।

হাকথং (মপুং ফাহনবা ৱাহৈ) সি মখল অনি তাই :—

(১) কুকগী হাকথং অমসুং (২) কোরৌগী হাকথং

## (ক) কুকগী হাকথং (Complements of Subjects)

মাহাক লাই নি।

মাহাক মাঙক চাবা নি।

ৱাহৈ অনি অসিদা 'লাই' অমসুং 'মাঙক চাব' অসি কুক 'মাহাক' অসিগী মপুং ফাহনবা হায়বাদ মসা ফংবা ওইবা ৱাহৈনি। 'লাই' অমসুং 'মাঙক চাবা' ৱাহৈ অনি অসি কুকগী হাকথংনি।

## (খ) কোরৌগী হাকথংশিং (Complements of Objects)

কোরৌগী মপুং ফাহনবা ৱাহৈদু কোরৌগী হাকথং (Complement of Object) কৌই মথক্তা :—

| মপুং ফাদবা ৱাহৈ | ৱাহৈগী হাকথং হাপ্লবা মপুং ফাবা ৱাহৈ। |
| --- | --- |
| ঐনা মাবু ওইনা থমই | ঐনা মাবু অপাঙবা ওইনা থমই। |

| | |
|---|---|
| তোম্বনা চাউববু সেন্দি | তোম্বনা চাউববু অঙাওবা সেন্দি। |
| মানা তোম্ববু হাযরে। | মানা তোম্ববু পাগুক্ত হাযরে। |

মথক্তা ব'হৈশিংগী মমুংদা অচৌবা মরেক্তা ইরিব' মাবাশিং অসি কোয়ৌ হাকথং ( complement of objects ) নি।

কাইরংদবা (Intransitive verb) গী কুরু (Subject) পু সিজিনরগা হাযবদি তৌরূপা কাই কয়ামুকপু ক ইরংবা কাই ( Transitive verb ) সেম্বা য়াই। মাহুদি :—

| কাইরংদবা | কাইরংবা |
|---|---|
| অমুবা কপই। | তোম্বনা অমুববু কপহল্লি। |
| পাখি হৌরে। | চাউবীনা প'খী হৌহল্লে। |
| অতাংজাও নোকই। | মচানা অতাংজাওবু নোকহল্লি। |

কাইরংবা ( সকর্মক ) কাইবু 'তৌহনব' থওহন্দুনা কোয়ৌ অনি থোনহনবা য়াই। মাহুদি :—

| কাইরংবা | কোয়ৌ অনি থোনবা |
|---|---|
| ইবোমচা লাইবিক পাল্লি। | ওঝানা ইবোমচাবু লাইরিক পাহল্লি। |
| অঙৈংবীন' মগোম থকই। | মম্মানা অঙৈংবীবু মগোম পিথকই। |
| থবাতোম্মা অচাপোৎ চাল্লি। | নৈবিক্তা থবাতোম্বু অচাপোৎ চাহল্লি। |
| ভৌব্রাম্মা লাই খুরম। | মপানা ভৌব্রাম্বু লাই খুরমহল্লি। |

খণ্ডগদবা :— কাইরংথ কাইণী ।কাম্মৌ অনি খোননবা অমবু কোম্মৌবেন (Direot) অমগা অমবু কোম্মৌ অথেব (Indireot Objeot) কৌই।

মথক্তা পিল্লিবা বাকেশংদ অচৌবা মরেক্ত ইরিবা মী খঙ-নবা ইবোমচাবু, অঙ্গবীবু, থগাজোমবু অমগ খোম্মাম্বু হায়ব কোম্মৌ শং অনি কোম্মৌ-অথেব নি, অমগা লাইরিক, মঙোম, অচাপোং অমগা লাই অনিমচিংবসি কোম্মৌবেন (Direot ob-jeots নি।

## কাইরংদবা-দগী কাইরংবা সেম্বা পথাপ অমা।

তাউরোইনাই (A'ostraot uoun) দাগ্না কাইরংদবু কাইরংবা সেমই। মাতুদি :—

লাকও, মশাম্মা অম শান্নাস।
চাত্তবনা অশাংবা মচেন অমা চেনখ্রে।
খাগেম্বনা আকবা লাহেংনবা অম লাহেংনখি।
ইবেম-পিশক্তা মীনোক অম নোকখি।

মথক্ত বাকেশং অসিগী অচৌবা মরেক্ত ইরিবা তাউরোই-নাই খপ নবাশিং (Abstract nouns) মশাম্মা, মচেন, লাহ-খেংনবা, মনোক আসান।

তোইনবা (প্রেরণার্থক ক্রিয়া) Causative কী অমুক হন্না তোইনবা খঙনবদগ্নি সিজিন্নে। মাতুদি :—

চাহনবা, তুমহনবা, নোকহনবা অসিমচিংবসি তোইনবা

( causative ) কাইনি। অছবু অতোপ্পা মথং মতৈ মতৈ অবুক তোইনবমস্ন সিজিমবা লৈ। মাছদি :—

| | | |
|---|---|---|
| কাইরংনবা | হনবা হাগু না | অনি খোলহনবা |
| | কাইরংবা সেঙ্খবা | কাইরংবা |
| কপপা | কপহনবা | কপনহনবা |
| নোকপা | নোকহনবা | নোকনহনবা |
| হৌপংপা | হৌপংহনবা | হৌপংনহনবা |
| লেপ্পা | লেপহনবা | লেপ্পহনবা। |

কাইরংববু মতৈ নৈ তোইনবা খঙনবমস্ন সিজিমৈ :—

| | | |
|---|---|---|
| কাইরংবা | ১বা তোইনবা | ২বা তোইনবা |
| চাবা | চাহনবা | চানহনবা |
| ইবা | ইহনবা | ইনহনবা |
| খঙবা | খঙহনবা | খঙনহনবা |

খুদম :— চাউবা চাক চায়। ইবোহমা চাউববু চাক চাহল্লি। মধ্যানা ইবোহলগা চাউবগবু চাক চানহল্লি।

# মিং-কোন্ কাইশিং

## ( নাম ধাতু ক্রিয়াবং )

## ( Verb by Nouns )

কাইগী কোনচাক (ধাতু) ওগী কাই শাত্রহনা পোংকী মমিং ওগী কাই শাবা য়াবা কয়ামুক লৈ। মথোয় অছবু মিং-কোন-কাই (নাম ধাতু ক্রিয়া) কৌই। মাছদি :— 'খুং' হায়বা অপানবগী

মখিং অসিদগী সেয়গা থুংথোক্লবা থুংনাইবা। 'মিং' তগী সেয়গা মিংতাবা, মিংনাবা, অসিনচিংবা কাই কয়ামুক সেমই, মখোয়সিবু 'মিং কোনকাই' কৌই।

১। কাই মিংকোন নত্রগা মিংকোন-কাই সেয়বা চংনবী কয়ামুক লৈ। মিংশিং অহুমা, থাব', নাবা নচিংবা য়ায়া কয়া তিন্নগা সেমই মাতুদি :—

থুংথাব, থুংথোক্লবা, থোঙ-শানবা, থোঙনাইবা, মিংনাবা, মিংয়েংবা, মিংতাবা।

২। ভাউরোইনাই অশানবু মসক ইহোং হোংদনা কাই ওইনা শিজিনৈ। মাসি মৈতৈলোনগী থোকদোকপা মওংনি। মাতুদি :—

| ভাউরোইনাই | কাই |
|---|---|
| অপানবা | |
| তুখা | তুখা |
| চাব' | চাবা |
| শাবা | শাবা |
| মিহোবা | মিহোবা |
| ইকাইবা | ইকাইবা |
| য়াবা | য়াবা |

পাখঙবনা চাবা' থজলমদে। পাখঙবনা 'চায়মদে'। অহানবা য়াহৈদা 'চাবা' অপানবনি; অনিশুবদা 'চাবা' কাইদগী শা-ওনজিনবদি 'চায়মদে' কাই ওইনা শিজিন্নবনি।

৩। 'অ' না হোবা অপানবা নত্রগা লুহাং কয়াগুম্ভু 'অ' চংথোকপ্রগা কাই লেমহৌ।

| লুহাং নত্রগা অপানবা | কাই |
|---|---|
| অকবা | কবা |
| অচিকপ | চিকপা |
| অমুনবা | মুনবা |
| অতোনবা | তোনবা |
| অলুবা | লুবা |

## সাজেন।

১। কাই কদায়বু কৌবগে? মমং কতে করি কার কৌবগে? মাঙ্গী মথক ওয়ানো?

২। 'ন'. থকবান 'সন্নচিংববু করি কাই কৌবগে?

৩। তোপ্পন নোকয় ঃবেচা কপই আসনাচিংবা অসি কাই হংবা লেংউ।

৪। 'হৈবেত্তোমা মাবু ফুক' হাইবে অসি তোঙনবা হাইদা লেম-ত্তোকউ।

৫। 'থকবা. চাব', থৈবা, চুপ্প' কাইথিংসি তোঙনবগী হায়দা লেমউ।

৬। মিংথোন-কাই কদায়বু কৌবগে? খুদম অনিদং উৎলু।

৭। কোয়োয়েন অমদি কোয়ৌ অথৈবা কদায়বু কৌবগে? খুদম উৎতুনা তাকউ।

## ৭ শুবা মতাং

# কাইশিংগী শাওন।

## ( Conjugation of verbs )

হিন্দি, সংস্কৃত, ইংরেজীদ 'কাই' অসি কুক ( Nominative ) নচিংবগী মতুং ,ইন্না জমদাং ( লিংগ ), শীংচন ( বচন ), মীংলম ( পুরুষ ), রাচ্য voice ( রাচ্য ) মতুং ইন্না য়ায়া ওক্সি। মৈতৈলোন্দদি হেওন ওন্দে। অদুনদি ওইরগা লোগলোনগী মতাংদা তত্তনা মসক ওনবা লোংদৈ। মসক ওন্দবাদু খঙবিনবা খরদং উৎচরি।

### জমদাং ( লিংগ ) Gender

অপানবগী জমদাং মরি লৈ কায়রে, অদুবু 'কাই'গী জমদাং মসক ওন্দে। মাহুদি :—

পারম — পাজৌনা রাহু খঙই।
স্ত্রুম — হন'না রাহু খঙই।
পুংপাং — ইমা-পাজৌনা রাহু খঙই।

### শীংচন ( বচন ) Number.

অপানবগী শীংচন্দা মসক ওনবগুম কাইগী মসক ওন্দে।
মাহুদি :—

শীংচন অমা — হৈনৌ অমা লৈ।
শীংচনশিং — হৈনৌশিং লৈ।

## মীৎলম ( পুরুষ ) Person.

মীৎকী মতুং ইন্না থৈথৈভনোন্না কাইপী ওনবা লৈতে।
মাহুদি :-

মীৎময়া ( First person ) — ঐ চাক চাদি।

মীৎশাদি ( Second person ) - - নংনা চাক চারি।

মীৎমাখা ( Third person ) — মানা চাক চারি।

## বাঙাং ( বাচ্য ) Voice.

চৎনবী লোন্দা রাঙাংসি মখল য়ামই, মপু ওইবগী রাঙাং, থবকী রাঙাং, চৎনবা ভাংবা রাঙাং অমুপা মথোংড থওদবা রাঙাং অসিনচিংবনি। কাইবরোন্দা রাঙাং অহুমদমক লৌখংলি।
মাহুদি :—

(১) মপুওইবগী রাঙাং (২) থবকী রাঙাং অমুপা (৩) চৎনবা রাঙাং।

মপু ওইবগী উৎচুনা কুপনা মরু ওইনা ভাংবা রাঙাংবু মপু-ওইবা রাঙাং—কুক রাঙাং (কর্তৃবাচ্য) Active voice কৌই। মাহুদি :— 'চাউবা চাক চারি।' মাদৈ অসিদা চাউবনা মরু ওইবদগী রাঙাংসিবু কুক রাঙাং অমদি মপু-ওইবা রাঙাং কৌই।

তোপদবা থবক্কা মরু ওইনা লৈতুনা চায়বদি মাও থানা লৈরপা ভাংবা রাঙাংবু থবকী রাঙাং "কোয়ো রাঙাং" (Passive voice) কৌই। মাহুদি :— চাক চারি।

{ চাক, চাউবনা চারি।
{ চাকনি চাউবনা চাহুন, লৈরিবা।

রাহৈশিং অসিদা 'চাক' কোরৌ অসিনা মরু ওইনা তৌই। মরম অদুদগী রাহৈশিং অসি কোরৌ রাঙাং ( কর্মবাচ্য ) Passive voice কৌই।

কাই ( ক্রিয়া ) না মরু ওইনা লমাঙংবা রাঙাংবু রাঙাং কাই ( চংনবা রাঙাং ) Quassive Passive কৌই। মাদুদি :—

'মাগী রা ভাবদা নোকপনা লোয়নরে '

রাহৈ অসিদা কাহ 'নোকপ' অসিনা মরু ওইরে, মরম অসিদগী অসিগুম রাঙাংসি চংনবা রাঙাং নত্রগা রাঙাং কাই ( ভাববাচ্য ) কৌই।

# রাঙাং ওনবা

## ( বাচ্য পরিবর্ত্তন )

## ( Change of Voice )

হৈত্তৈলোনগী র'ঙাং ওনবসিদা কাইসি মসক ওনদে, মরম অদুদগী রাঙাং ওনবা লেতবগুম তৌই। অদুমকপু কুরুনা মাও থাবগা কুরু রাঙাং, কোরৌনা মাও থাবগা কোরৌ-রাঙাং, অদুগা 'কাহ'না মপু ওইনা চংনবা রাঙাংবু কাই-রাঙাং কৌগনি।

কোরৌ ( Object ) লৈতবা কাইদি রাঙাং ওনে।

কুরু রাঙাং ( Active voice ) — চাউবা চাক চারে।

কোরৌ রাঙাং ( Passive voice ) — { চাক চাউবনা চারে।<br>চাকনি চাউবনা চারিবা

মথক্তী অশুগ্না ইগ্নাই লাইনা ওনব গ্নাই অতুগা গ্নাহৈ কয়া মক্নম লৈ,- মাতুদা 'কুক্ন' ( Nominative ) কুমতনা কোয়ো গ্নাঙাং সেমই। মাতুদি :—

চাক চারে
উচি কাগ্নি।
কম থাই।

গ্নাহৈ অতমসি কোয়ো গ্নাঙাংনি চাক চাগ্নিগ, উচি কাগ্নিবা, কম থাগ্নিবা অত্ত কনাননো তাকথোকতে। অতুগা থবক ( কোয়ো ) না মক্ন ওইনা মাঙ থান লৈগ্নি, মথম অতুদগী অসিগুম্বা গ্নাঙাংবু কোয়ো গ্নাঙাং ( Passive voice ) কৌই।

## ★ চক্

### ( প্রকার Mood )

কাইগী কোংতোকপা মওংবু চক্ ( Mood ) কৌই। চক্ অসি মক্ন ওইথদি মগ্নিনি। মাতুদি :—

১। হৈ চক ( Infinitive mood ) আনশ্চয়ার্থক।
২। হৈয়াচক্ ( Indicative ,, ) সাধারণ প্রকার।
৩। লাংবাচক্ ( Imparative ,, ) প্রবর্তনার্থক প্রকার।
৪। কোয়াচক্ (Subjunctive ,,) সম্ভাবনার্থক প্রকার।

* চক্ থায়বদি থাকোকলোন থিরেন মতুং ইগ্না থায়বনি।

* মথক্কস্ম হায়রে, কাইগী কোনচাক ( ধাতু ) দা পা নত্রপা বা হাপ্নপা সেপ্পা কাই অহু হৈ-চক ( Infinitive mood ) কৌই। মাহুাদ :—

ই + বা = ইবা, ঈ + বা = ঈবা
উ + বা = উবা, ও + বা = ওবা
কপ + পা = কপ্পা, তপ + পা = তপ্পা

২। হৈয়াচক Indicative mood ( সাধারণ প্রকার )।

চক আসি তোঙান তোঙানবা মতমদা কাইগী ওইবা য়াবা, তৌগদবা, আনংবা, পুকানংদা পানবা, চিংনবা লেপ্তবনচিংবা কোং-তোকই। মহুাদ :—

(ক) হৌজিক মতমদা ওইবা :— চাউবা পাই।

(খ) হৌজিক মতমদা লোইশিনবা :— চাউবা পাখি।

(গ) হৌখ্রব মতমদা ওইবা :— চাউবা পাখি।

(ঘ) হৌখ্রবা মতমদা হোৱা লোইশিনবদা :— চাউবা পারমই।

(ঙ) তুংগী মতমদা ওইবা :— চাউবা পাগনি।

অসুম্না মতমগী থেমবা মতুং ইন্না ওনবা মমিং কাইবরোনগী হৌনবী মথাদা হ'য়।

---

* হৈ-চক ( Infinitive mood ) অসি ইংরেজীদা য়াবাগী মমাংদা To হাপই. হিন্দীদা 'না' অচুম্বা বাঙ্গালাদা 'তে' হাপই। বাঙ্গালাগী 'যাতে' বা ওইনা উচ্চারণ তৌই।

খুদম :— চৎপা To go, চলনা ( হি ) যাওয়া ( বাং )।

৩। লাংবা চক ( Imperative mood ) য়াথং।

থবক্তৌগমক ভাক্তবা— থৌয়াংবা, য়াথং পীবা, হায়জবা, হংবা, চেকশিন্না ত্তৌবা, ভাকপা আসনাচংবা ক্রোংতোকই; লাংবা গী অর্থ কংপন্থু থত্তনৈ।

(ক) য়াথং পীবা— অড্ডাংশা! থৌরাই য়াওনা পাও।

(খ) হায়জবা— হে লাইনিংথৌ! চানবিত্থনা য়োমবা কাদা কনাবিউ।

(গ) পাউত্তাক পীবা-- মহৌম কৈবা ফিবক্তা লমচৎ কজবা তমউ।

(ঘ) নুনা ত্তৌব কৌজবা— লোশিননবিয়বউ, শুক হাবিথো।

(ঙ) হংবা— করি শাম্নরিবা?

(চ) ভাকপদা— আস তারবাদি কগন, তৌবিউ।

৪। কোয় চক ( Subjunctive mood )— থবক অমা তৌরগা কোয়া অত্তোপ্প থবক অমা তৌবা ভাবান। মাতুদি:—

(ক) মানা লত্ত্রবাদি চাউবনা হৎগান— চিনবা।

(খ) নংনা লত্ত্রবদি চাউবন হবা ভাহ— হোৗজকী চিংনবা।

(গ) নং তৌরোহ হায়রবসু চাউবনা ভদি ইবা য়াই— ভুংগী থোকদবদা চিংনবা।

## মতম

### ( কাল ) Tense

কাইগী ওইরিবা, চৎলিবা অমু কয়গা পুংকমদা চৎপনো ভাকপবু 'মতম' ( কাল ) কৌই। কাম্পী, লাইচা মাদং য়েম্নি

মরিনা শিং-শিংনা পুনগী মাসি য়াংকোকাংলোন থিরেম্না ইবি। লৈথক-লৈথারোংননচিংবা পুম্নমা :— পুরিবা পুংকমসি চাউরাক্না অহুম থোকই। মাগুদি :—

১। তাংখোং ( Present tense )— মতমগী মথুং ( বর্ত্তমান কাল )

২। লেমথোং ( Future tense )— লেমলিবা মতমগী থোং ( ভবিষ্যৎকাল )

৩। থাপ্রম ( Past tense ) লেমথোং তাংখোংনা থত্রাং চৎখ্রবা তোখ্রবা মতমবু থাপ্রম (ভুতকাল) কৌই।

তাংখোং (present tense), লেমথোং (future tense) অমুগা থাপ্রম ( past tense ) অসিবু অমুক পুংকম ওম-ওমনা চৎলি কায়ত্রে; মসিগুমনা তাকপদা অসিনে :—

১। মাপং ( Indefinite )— লেপ্তবা, তপ্তনা লৈবা মতম।

২ কামপী ( Inperfect )— থবক্তি হৌগৎলগা মৈ চাকপ-ওম চাকলিবা, লোইত্রিবা।

৩। মেখ্রি ( Perfect )— থবক লোইখ্রবা মপুং ফারবা।

৪। লাইচ ( Continuous )— মৈশিংনা চেনবগুম অমুম চেংহৎনা লাকইবা।

হৌজিক্কি মতমগী কুপ্পবা মরোলবু থগনবা মাচা থারগে :—

১। তাংখোং— মতম অসিবু কি শাবগা পাম্দমহনা তিংহনা লৈবা কিনী মথুংগা, হৌজিক হৌজিক চৎলিবা মতমগা চাং তয়রগা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা মতমবু তাংখোং ( বর্ত্তমান কাল ) present tense কৌই।

২। লেমখোং— কিশী মকেন শাজিনগদবগা লাকদৌরিবা মতমগা চাংতমনৈ। পুনসিসী তিংলিবা মতমগী মমুং 'ভাখোং' অসিদা লাকদবা মতমগী মকেন 'লেংখোং' কেন্নগা পুনসি কৌখি। লাকদবা মতমবু লেমখোং ( ভবিষ্যৎকাল ) future tense কৌই।

৩। মমুংগা মকেনগা ( ভাখোং+লেমখোং ) তিন্নরগা শাজিনখ্রবা হৌখ্রবা মতমবু, খাজিনখ্রে খাত্রা চংখ্রে কায়বদগী খাপ্রম ( অতিতকাল ) past tense কৌই।

মতম্না অনুমনা তৌবসি ভাইবংশান হৌরকপদগীনে, সুংখি খ্রবা য়ানে। হায়রিবা চক মতমগী খোঙকম অহুম অচগা ওয়-ওম্না মতাং-সুরাং খুমনা চংগা খোঙচৎ তৈয়া চকী য়া লেংবিউ :—

ভাখোং ( বর্ত্তমানকাল ) Present tense

চক্— তৈয়াচক ( Indicative mood ).

য়ায়া— 'কৌবা'

য়াঙাং (Voice)— কুক য়াঙাং ( Active voice ).

১। মাদং ভাখোং ( Present Indifinite tense )

| মীৎ (person) | শীংচন অমা | শীংচনখিং |
|---|---|---|
| মীৎমর | ঐনা কৌই | ঐখোয়না কৌই |
| মীৎশারি | নংনা কৌই | নখোয়না কৌই |
| মীৎশাথা | মানা কৌই | মখোয়না কৌই |

খঙগদবা :— য়ায়া কয়াবুক্তা 'ই' তিনবগী মহুত্তা 'ভি' 'দি' 'য়' তিন্নি। মাহুদি :— ঐনা য়েংই নত্রগা ঐনা য়েংভি, ঐনা চায়, ঐনা চংদি, অনুমনবু সিজিনৈ।

২। কায়পী তাংখাই ( Present imperfect )

| মীৎ (person) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| মীৎময় | ঐনা কৌরি | ঐখোয়না কৌরি |
| মীৎশারি | নংনা কৌরি | নখোয়না কৌরি |
| মীৎশাখা | মানা কৌরি | মখোয়না কৌরি |

খঙগদবা :— 'রি' গী মহুত্তা 'লি' লম্ভু ওই। মাহুদি :- চৎপা, ককপা অসিনচিংবদা 'রি' গী মহুত্তা 'লি' ওই।

৩। মেঞ্জৌ তাংখাই ( Present perfect )

| মীৎ (person) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| মীৎময় | ঐনা কৌরে | ঐখোয়না কৌরে |
| মীৎশারি | নংনা কৌরে | নখোয়না কৌরে |
| মীৎশাখা | মানা কৌরে | মখোয়না কৌরে |

খঙগদবা :— 'রে' গী মহুত্তা 'পা' লোইবা য়াবা গী মতুংদা 'লে' ওই।

৪। লাইচ তাংখাই ( Continuous )

| মীৎ (person) | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| মীৎময় | ঐনা কৌরকলি | ঐখোয়না কৌরকলি |
| মীৎশারি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাখা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

খঙগদবা (ক) : –'রকলি' গী মহুত্তা 'পা' না লোইবা য়ায়াদি 'লকলি' ওই।

(খ) মৈতৈলোন্দা থোগললোন হায়ছুনা ইকাইখুম্নবা ( res-pect ) উৎপন্ন কাষ্ট ( ক্রিয়া ) verb তা 'চ' নত্রগা 'জ' হাপ্নে। মাহুদি 'কৌই' দা 'কৌজই (কৌজৈ), কৌরিদা কৌজরি, কৌরেদা কৌজরে, কৌজরমলদা কৌজরকলি অসুম্না সিজিনৈ।

## মৈয়াচক্ (Indicative mood) য়াবা 'চাকপা'

### ভাষোং ( Present tense )

### কুক্ক য়াভাং ( Active voice )

#### মাদং ভাষোং ( Present indifinite )

| | | |
|---|---|---|
| মীৎয়ম | ঐনা চাকই | ঐখোয়না চাকই |
| মীৎশারি | নংনা চাকই | নখোয়না চাকই |
| মীৎশাখা | মানা চাকই | মখোয়না চাকই |

#### কায়পী ভাষোং

| | | |
|---|---|---|
| মীৎয়ম | ঐনা চাকলি | ঐখোয়না চাকলি |
| মীৎশারি | নংনা চাকলি | নখোয়না চাকলি |
| মীৎশাখা | মানা চাকলি | মখোয়না চাকলি |

#### মেগ্রী ভাষোং

| | | |
|---|---|---|
| মীৎয়ম | ঐনা চাকলে | ঐখোয়না চাকলে |
| মীৎশারি | নংনা চাকলে | নখোয়না চাকলে |
| মীৎশাখা | মানা চাকলে | মখোয়না চাকলে |

লাইচ ভাম্বোং

| | | |
|---|---|---|
| মীংময় | ঐনা চাক্লকলি | ঐখোয়না চাক্লকলি |
| মীংশারি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীংশাখা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

খওপদবা :— খোপক্লোন্দ'— চাকই দা চাকচৈ ( চাকচই ), চাকলিদা চাকচরি, চাকলেপী মহুত্তা চাকচরে, চাক্লকলিগী মহুত্তা চাকচরকলি ওইগনি।

## হৈয়াচক (Indicative mood) মাৰী 'চৎপা'।

### ভাম্বোং ( Present tense )

### কুক্ন রাভাং ( Active voice )

মালং ভাম্বোং

| | | |
|---|---|---|
| মীংময় | ঐনা চৎই (চৎলি) | ঐখোয়ননা চৎই (চৎলি) |
| মীংশারি | নংনা চৎই (চৎলি) | নখোয়ন' চৎই ( চৎলি ) |
| মীংশাখা | মানা চৎই (চৎলি) | মখোয়না চৎই ( চৎলি ) |

কামপী ভাম্বোং

| | | |
|---|---|---|
| মীংময় | ঐনা * চৎ-লি | ঐখোয়না চৎ-লি |
| মীংশারি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীংশাখা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

* 'চ' দা অক্লবা পীহনা হায়গদবনি।

মশ্রী তাঙ্গোং।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎময় | ঐনা চৎলে | ঐখোয়না চৎলে |
| মীৎশারি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

লাইচ তাঙ্গোং।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎময় | ঐনা চৎলকলি | ঐখোয়না চৎলকলি |
| মীৎশারি | নংনা ,, | নখোয়ন ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

খঙগদবা :— (ক) থোৌগল্লে'ন্দা চৎলিগী মহুত্তা 'চৎচৈ'; চৎলেগী মহুত্তা 'চৎচরে', চৎলকলিগী মহুত্তা 'চৎচরকলি' ওইগনি।

(খ) চাকপা, তাকপা, হাপ্পা, তৎপা, চৎপা অসিনচিংবগী কাযগী তাঙ্গোং ( present imperfect ) মশ্রী ( present perfect ) তা কাইগী মতু'দা 'ই' গী মহুত্তা 'লি' অমগা 'রে' গী মহুত্তা 'লে' হাপই। অহুনাদ কুপা' তৎপা না মমৈ তাবা কাই-শিংদি লি, লে হাপকনি।

(গ) মালং তাঙ্গোং-দা 'চৎপা', তৎপা নচিংবগী মওংদা কাযগীগা মাটৈ হায়বদি মমৈদা 'লি' তাই। মা-তাংনবগদি কাযগীদা অহানবা থোঙ্গোক চৎ, তৎ অসিদা অরুবা থোঙ্গোক শীবনা কাযগী (present imperfect or progressive) নি; অহুগা মাংন' হায়দোগুগা 'চৎই', তৎই গী থোঙ্গোক লৈবা 'চৎলি',

চৎলিনা মালং ফাংহোংবি। মীয়োম্বা হৌজকপদা থাখনদি তৌবিউ।

তৌথিক অমুক মতং মরি অসি খারেব (Past tense) দা য়েংবিউ।

### হৈয়াচক (Indicative mood) থাবা 'তৌবা'।

#### মতম—খারেব (Past tense)

#### থাডাং—হূক (Active voice)

মালং খারেব (Past indefinite)

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরু | ঐনা তৌখি | ঐখোয়না তৌখি |
| মীৎশানি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

কাবলী খারেব (Past imperfect)

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরু | ঐনা তৌরমই | ঐখোয়না তৌরমই |
| মীৎশানি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

মেৱা খারেব (Past perfect.)

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরু | ঐনা তৌখরে | ঐখোয়না তৌখরে |
| মীৎশানি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

লাইচ থাপ্রম।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরূ | ঐনা কৌখিরমই | ঐখোয়না কৌখিরমই |
| মীৎশারি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

খঙগদবা :— 'মাদং'গী 'খি' গী মহুত্তা রম্মি, লম্মিস্ত হৌজিক কাথপীগী কৌরমহৌগী মহুত্ত' কৌরমদি, মেত্রাগী কৌখবেগী মহুত্তা কৌরমলে, কৌরমখ্রেস্স হায়রৈ।

## হৈয়াচক ( Indicative mood ) য়াবা 'চৎপা'।

### মতম—থাপ্রম ( Past tense )

### মাওং—কুক ( Active voice )

মাদং থাপ্রম।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরূ | ঐনা চৎখি | ঐখোয়না চৎখি |
| মীৎশারি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

কাথপী থাপ্রম।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরূ | ঐনা চৎলমই | ঐখোয়না চৎলমই |
| মীৎশারি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

মেত্রী থাক্রম।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরু | ঐনা চৎখরে | ঐখোয়না চৎখরে |
| মীশামি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

লাইচ থাপ্রম।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরু | ঐনা চৎখিরমই | ঐখোয়না চৎখিরমই |
| মীৎশামি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

খওগদবা :— 'পা' না লোইবা ম্রাম্রাদা কামপীদা 'মমই' মী মহুত্তা 'লমই' ওই। মাতদি :— 'কৌরমই' হায়বদী মহুত্তা 'চৎপা' দদি 'চৎলমই' ওইরি।

## ক্রিয়াচক ( Indicative mood ) ম্রাবা 'কৌবা'

### মতম—লমখোং (মতৈক) Future tense ভবিষ্যৎ

### মাতাং—কুক ( Active voice )

মাঙাং লেমখোং।

| | | |
|---|---|---|
| মাৎমরু | ঐনা কৌগনি | ঐখোয়না কৌগনি |
| মীৎশামি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

কায়পী লেমখোং।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎমরু | ঐনা কৌর ৱগনি | ঐখোয়না কৌর ৱগনি |
| মীৎশামি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

মেত্রী লেমথোং ।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎয়ম | ঐনা কৌরকলে | ঐখোয়না কৌরকলে |
| মীৎশাগ্নি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

লাইচ লেমথোং ।

| | | |
|---|---|---|
| মীৎয়ম | ঐনা কৌরখিগনি | ঐখোয়না কৌরখিগনি |
| মীৎশাগ্নি | নংনা ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাথা | মানা ,, | মখোয়না ,, |

মথাদা ইরিবা তাক্লমদা করবা মতমদা করি হাপকদগে মমলবা উৎচরি ।

মিংশিংশদবা থৌগল্লোন্দা— কোগনিগী মহুত্তা কৌজগনি, কৌরগনিদা কৌজরগনি, কৌরকলেদ. কৌজরক্রে অস্তুর ওইগনি ।

তাকপর ।

---

চক—লৈয়া ( Indicative mood )
মতম—তাথোং ( Present tense )
বাচাং—কুক বাচাং ( Active voice )

---

১। মাপং তাথোং 'ফিরিবা' থুপম :—
Indefinite tense. ই, চি, লি, য়, ঐন' কৌই ।
ঐনা লেংচি
নজপা থোংই ।

ঐনা চংলি, চংই

ঐনা চায়,

নত্রগা চাঙ্গ ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২ । | কাযগী তাম্বোং | 'তিত্নিবা' | খুদম :— |
| | Present imper- | রি, লি, | ঐ চারি । |
| | fect or progressive | ( পা' না লোয়-বদা 'লি' ওই) | ঐ লাকলি । |
| | tense. | | ঐ হিপলি । |
| ৩ । | মেয়ী তাম্বোং | রে, লে | ঐ চারে । |
| | Present perfect | | ঐ লাকলে । |
| | tense | | ঐ হিপলে । |
| ৪ । | লাইচা তাম্বোং | রকলি, | ঐ চারকলি । |
| | Present continuous | লকলি | ঐ চংলকলি । |
| | | | ঐ লাক্রকলি । |
| | | | ঐ হিপলকলি । |

---

## তাকলম ।

---

* চক—হৈয়া ( Indicative mood )

মতম—খাপ্রেম ( Past tense )

হাউং—কুরু ( Active voice )

---

* চংনবী লোম্বা— অহুপ মুয়া মেংশিন্দে । অতগা কৌক্কী মতমদা অহৈবা থিংনা কয়া মুয়া মেংদনা ইবগুব তোই ।

## ভাক্রুম।

চক — হৈয়া ( Indioative )

মত্তর — সোমখোং ( Future Tonse )

রাওাং — বুকু ( Aotive Voioe )

| | | |
|---|---|---|
| (১) মালং সোমখোং | ফিফিরবা | খুদম। |
| Future Indefinite | গামি, কনি | ঐনা চাগনি। |
| | | ঐনা কৌগনি। |
| | | ঐনা দাক্‌কনি। |
| | | ঐনা হাপ্‌কনি। |
| (২) কাযশী সোমখোং বগনি। | | ঐনা কৌযগনি। |
| Future pogressive | সগনি | ঐনা দাকসগনি। |
| Or Imperfeot+দুন | গনি | ঐনা কৌদুনা দৈগনি |
| " | +কনি | ঐনা চাদুনা চংকনি |
| (৩) রেস্রী সোমখোং | বকসে | ঐনা কৌবকসে। |
| Future perfeot | সকসে | ঐনা চাবকসে। |
| (৪) সাইচং সোমখোং | যযগনি | ঐনা কৌযগনি। |
| Future Contiuuous | সযগনি | ঐনা হাপসযগনি। |

## দাংবা চক।

### Imperative Mood.

খাথং পিবা, দাবজবা, নিজবা অসিনচিংবনী দাংবা অসি দাংবা চক ( Imperative Mood ) কৌই। দাংবা চজা বুকু (Nominative) উংখে, গোজ্জুনা থদ্বনা নযই।

লোক্‌ৎনা থম্বা কুক

( নং ) কৌ, (কও ) ... য়াথং পীবা।

নহাক } কৌরু, } ... কৌনবা হায়বা

নখোয় } কৌরুচৌ }

কৌরুরো } কৌরগা কোয়া

কৌখো } থবক তৌনবগী হায়বা

নং নত্রগা } চৎলো = ইচম্ চয় হায়বা

নখোয় } চৎলু—চৎনবা হায়বা

চৎলুচৌ } চৎলগা কোয়া।

চৎলুরো } হায়গদবা নত্রগা

চৎলুখো } হায়নবা।

য়ারা 'চাবা'।

(১) চয়া হায়বদা :— নং চাও নখোয় চাও

(২) ঐকায় থুম্বা :— ইচো হাবউ, ইচোশিং হাবিউ।

(৩) খোল্লাদবদা :— নং চাজো, নখোয় চাজো।

(৪) চুম্না য়াথং নিংদ—ঐ চৎলগে ঐখোয় চৎলগে।

(৫) ঐকায় থুম্বদা—ঐ চৎচয়গে ঐখোয় চৎচয়গে।

কৌ; খো, চৌ, দা, দে, রু, লু ফাইদা ভিন্নগা কনশিনবা, পাউমেনবা, লোখবনচিংব, থওনৈ।

খুদম :—কৌরুই, কৌরুরে, কৌরুরি; চৎলোকো, চৎলুখো, চৎলুচৌ, চৎলুদা চৎলু অসিনচিংবনি। নৈশেলেদা 'চৎলু দে' হায়য়গা পোৎথাবা থওনৈ।

## কোম্ন চক।
## Subjunotive Mood

য়াৱা খৱা হ'য়ৱগা মাছগা কোম্নবা য়াৱা খৱ লাকই, অদুগুম্বা ৱাহৈ (Sentence) বু কোম্নচক Subjunotive mood (সম্ভাবনার্থক) কৌই।

ভাংহোং ( Present tense )

মালং ভাংহোং — মা লকুগা, ঐনা কৌই।
কায়গী „ — ম' লাক্লগা, ঐনা কৌরি।
মেত্রী „ — মা লাক্লগা ঐমা কৌরে।
লাইচা „ মা লাক্লগা ঐ কৌরকনি।

মথক্তী অসিদগী খঙলে, কোম্ন চকতি 'লগা' 'ৱগা' 'বদি' হায়গা সেমই। খুদম:—

মা ল'কুবদি ঐ কৌই।
মানা চারগা ঐনা পেলই।
মানা ভুম্নগা ঐন ভুমই।

খংগদবা— ক্, ম্, প্, না কাইগী কোনচক (পীভু) বী অরোইবা ময়েক ওইরবদি 'ৱগা'গী মহুত্তা "লগা" ওই।

## হৈ চক্।
## (Infinitive Mood)

চক অসিগী কাইদি 'প' নত্রগা 'ব' হায়া নত্তনা করিম্নু ওন্দবতম তৌই:— মাছদি

চা+বা=চাবা; তাক্+পা=তাকপা।
ভুম্+বা=ভুবা, লক্+পা=লকপা।

লমদম+বা=লমদমবা,  কক্+পা=ককপা।

পুংথ+বা=পুংথবা,  পং+পা=পংপা।

তপ্+পা=তপ্পা,  চপ্+পা=চপ্পা।

খঙগদবা—ক্ ত্ প্ না মরৈ তাবা কাইগী কোনচাক (ক্রিয়া ধাতু) কী মতুংদা 'বা' গী মহুত্তা 'পা' ওই। হৌজিক মতমদা 'বা' 'পা' গী মহুত্তা 'ব' 'প্' দা সিজিন্নবসু য়াওই। থৌগনবগী খঙনবদা 'চাবা' গী মহুত্তা (হাবা) চাকপ, তুম্বী মহুত্তা তুমজবা (চেপ্পা) তাকপ' গী মহুত্তা তাকচবা সিজিন্নৈ। হৈ চক কাই অসি অপ'নবা ওইনসু সিজিন্নৈ। খাতুদি:— মাহাক চাবা চংকনি। মাহাক তুম্বা লাকনি।

## কোয়ো বাঙাং।

### Passive Voice

(কর্মবাচ্য।)

মৈতৈলোন্দা কাইগী মসক হোংদবদগী কোয়ো বা'ঙাংসি খর লৈরপ্ থোকই; অদুগা করিগুম্বা মতমদা কুক (কর্ত্তা) অহু কোংতোক্কে।

### হৈয়া চক (Indicative mood)

য়ায়া 'কোবা''

মাদং তাংখোং (Present Indefinite)

| | শীংলে অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| মীং মরু | ঐ কোই | ঐখোয় কোই |
| মীং থারি | নং ,, | নখোয় ,, |
| মীং থাবা | মা ,, | মখোয় ,, |

খণ্ডগদবা:— 'ঐ কৌই' হায়বসি ঐনা কৌই, অদুগা 'ঐবু' কৌই অনিমক খঙবে 'ঐবু' কৌই" খঙনবদা কোরৌ থাঙাং ( passive Voice ) নি।

মশো অদুনা কুক ( কর্ত্তা ) দা 'ন' য়াওত্রবদি কোরৌ থাঙাং ( passive voice ওইবনা ঙমই। পুমক্কা ওই হায়বদি য়াদে।

"উচি কার।"

"উচিনা কারি।"

মাদু অমা অসিদ এথক অসি কোরৌ থাঙাং ( passive voice ) নি। মথাগী অসিনা 'কুক থাঙাং (Active Voice) নি। 'না য়াওত্রগা কোরৌ থাঙাং (passive voice) ওইদে। মাদুদি উচি ভাল কার"

"উচিনা ভাল কারি।"

'ভাল' কারি' কাকপী কোরৌ ( object ) নি; মাদু অসি অসিদদি কুক থাঙাং ( Active Voice ) নি। কোরৌ (object) লৈতবা য়াওদবা মাদুদা কোরৌ থাঙাং ( passive voice) ওইনা লোইগনি।

কাবুগী তাখোং ( present imperfect )

কোরৌ থাঙাং ( passive voice )

| | শীংচন অমা | শীংচনশিং |
|---|---|---|
| মীংথর | ঐ কৌরি | ঐখোয় কৌরি |

| | | |
|---|---|---|
| মীৎ শারি | নং কৌরি | নখোয় কৌরি |
| মীৎ শাখা | মা ,, | মখোয় ,, |

ঐ, নং মা, ঐখোয় না চিংথসি ঐবু নংবু মাবু ঐখোয়বু, নখোয়বু মখোয়বু হায়র খঙনবা বাঙানি মরম অদুনা কোয়ো বাঙাং passive voice ( কর্ম্ম বাচ্য ) নি।

বেস্তী তাংহোং ( Present perfect )

কোয়ো বাঙাং

| | | |
|---|---|---|
| মীৎময় | ঐ কৌরে | ঐখোয় কৌরে |
| মীৎশারি | নং ,, | নখোয়না ,, |
| মীৎশাখা | মা ,, | মখোয় ,, |

লাইচা তাংহং ( present continuous )

| | | |
|---|---|---|
| মীৎময় | ঐ কৌরক্লি | ঐখোয় কৌরক্লি |
| মীৎশারি | নং ,, | নখোয় ,, |
| মীৎশাখা | মা ,, | মখোয় ,, |

খঙগদবা :— মরক 'ক' নত্রগা চ বাপ্পগা পোগঞ্জোন খঙৈ। মাহুদি :— কৌরি না কোঙার, কৌরে মা কৌঙরে, কৌরক্লি না কোঙরকলি হায়রবদি পোগঞ্জোন নি খঙৈ।

বাঙাংকাই। Impersonal voice.

( ভাব বাচ্য )।

চংনবা রা-ভাংদা কাইনা মক ওইনা তৌবা বাঙাংনি। কাইরাংদবা ( Intransitive verb ) কাইগী মসক মৎং অমনি।

মতম—তাশোং ( বর্তমান )

কাইরংদবা 'লোকপা' কাই।

১। মাপং তাশোং ( present indefinite ) ঐনা, নংনা মানা—লোকপা লোকই ঐখোয়না, নখোয়না মাখোয়না, লোকপা লোকই।

২। কায়পী তাশোং ( present progressive )

ঐনা নংনা মানা—লোকপা লোকপি।
ঐখোয়না নখোয়না মখোয়না ,, ,, ।

৩। মেম্রি তাশোং ( present perfect )—ঐনা নংনা মানা—লোকপা লোকলে।

ঐখোয়না নখোয়না মাখোয়না লোকপা—লোকলে।

৪। লাইচা তাশোং ( present continuous ) ঐনা নংনা নত্রগা মানা—লোকপা লোক্লকপি। ঐখোয়না, নংখোয়না মাখোয়না লোকপা লোক্লকপি।

মথক্তী অনুগ্রা লোকপা' আসিনা মত্র ওইনা ভাংবা অসি কাই রাভাং কাই ( চৎনবা রাভাং ) নি। মগ্না হবতনি।

## তিন্নিবা কাই।

কাই কয়ামুকনা কাইগী কোনচাক ( ধাতু ) তিন্নগা তোভানবা অর্থ থতনৈ মহুদি :—

১। হৌবা খণ্ডনবদা—'হৌবা' কাইসি হাপ্নগা থবক হৌবা খঙনৈ. মাহ্রদি :-

অঙাং দো হৌদোং উরগা কপ্পা হৌরে।
মপ ন উরগা অঙা'দে পাবা হৌই।

২। তৌঙবা খণ্ডনবদা 'ঙবা' হাপ্তুনা সেমই' মাহ্রদি :—
অরাবদি ঐনা ইঙোপী থবক তৌবা ঙমত্রে।
নাহাক্না ত'ইবুগে' থবক তৌবা ঙমই।

৩। লোইবা খণ্ডনবদা 'লোইব' য়াবা সি হাপ্তনা সেমই।

মাহ্রদি :—

মহাক চাক চাবা লোইরে।
মাহাক লৌ পেংবা লোইগে'

৪। তৌদবা যাদবদা :— 'তাই' হাপ্তনা কাইগা তিম্নগা সেমই।

ঐ মোইরাংদা চৎপ তাই
নাহাক ঐথোয়দা চ'বা তাই।

৫। ঙমবা খোকপা খণ্ডনবদা কাইদা ঙম্না হাপই মাহ্রদি :-- চাউবা পুং ঙয়াদ চাবা ঙৎত্তে.

৬। পাম্বা খণ্ডনবদা 'নিংবা' হাপই। মহ্রদি :—

মাহাক চুম্বদি চুমনিংই।
মাহাক চাবদি চানিংই।

৭ হংবা খণ্ডনবদা (ক) তাথোংদা বয়া, ব্রা, হায়রবা অসি মরূ ওইবা কাইদা হাপ্নগা সিজিনৈ। মাহ্রদি :—

(ক) মাপং তাহোং — নং চাক চাবা ?
(present Indefinite) কৈমা তা চাবা ?

কাম্পী ,, — নং চাক চারিবা ?
( present progressive ) মা লাইরিক ইরিবা ?

মেদ্রি ,, — নং চাক চারে হায়বা ?
( present perfect ) মা চাক চারে হায়বা ?

লাইচ ,, — নং চাক চারকনি হায়বা ?
( present continuous )

(খ) মংবা থঙনবদা খাপ্রমদাসু র বর প্রবর হাওনা সেবই ।

মাপং খাপ্রম — মা চাক চাখিবয়া ?
( past Indefinite ) চাখ্রিবা ?

কাম্পী খাপ্রম — মা চাখ্রিবয়া ?
( past progressive ) চাখ্রিবা ;

মেদ্রি খাপ্রম — মা চাখ্রবর
লাইচ ,, -- মা চাহুনা লৈরকপিবর ?

(গ) হ'ব' থঙনবদা লেমবোং ( Future tanse ) দা গদরা, গেরা হাপই :—

মাপং লেমবোং — মা চাক চাগজা ?
( Future Indefinte ) নং ,, চাগজা ?
কাম্পী লেমবোং — মা চাক চারগে হায়রিবা ?
( Future progissive ) নং চাক চারগে " ,,

| | |
|---|---|
| মেত্রী লেমথোং | মা চাক চাগে হায়রা |
| ( Future perfect ) | মা চাক চাগে হায়রা |

৮। হায়াপা ( Negative ) খণ্ডনবদা (ক) তাম্বোংদা তে, দে ত্রি, 'ত্রি', ত্রেত্রে বক্তি ক্তে। হাপই

| | | | |
|---|---|---|---|
| (ক) মালং তাম্থাং | — | মা চংতে। | মা কৌদে। |
| কামপী ,, | | ম চংত্রি। | মা কৌত্রি। |
| মেত্রি ,, | | ম চংত্রে। | মা কৌত্রে। |
| লাইচ ,, | | ম চংলক্তি, | মা কৌরক্তি |

(খ) খাপ্রম খণ্ডনবদা — দে, ত্রি, ত্রে। লমত্রি হাপই।

| | | |
|---|---|---|
| মালং খাপ্রম | — | মা চংখিদে। |
| কামপী ,, | — | ,, চংখি রমত্রি। |
| মেত্রি ,, | — | ,, চং খি ত্রে |
| লাইচ ,, | — | ,, চং লক লমত্রি। |

(গ) লেমথোং, খণ্ডনবা রোই, লোই রিরোই, ররোই হাপই

| | | |
|---|---|---|
| মামং লেমথোং | — | মা চংলোই ; মা কৌরোই |
| কামপী ,, | — | ম চংলরিরোই মা কৌররিরোই |
| মেত্রি | — | মা চংলররোই মা কৌররোই |

৯। সোয়দনা তৌনবা য়াখং পীবদা কাইদা 'কদবনি' 'গদবনি' হাপই মাহুদি :—

'মাহাক মকম অহুদা চংকদবানি।
নহাক খবক অহু তৌগদবনি।

১০। থুনা থোকদনা মতাদা ( at once ) 'কদৌরে', "গদৌরে" হায়ই। মাহৌদ :—

'য়ুম কিম্ব গদৌরে থোরকউ।'
উ অদে তুরকদৌরে লাকও।

১১। হৌজিক মক লোক থোকপদা "থোকপা" হায়নৈ। মাহৌদি :—

চাক অচু চাথোকউ
থুনা অসিদগী চৎথোকউ।

১২। থবক অমুম অমুম চৎথবদা 'থবা' হায়ই। মাহৌদি :—

লান অমুম তৌথবা তাই।
মাহাক মুমিৎ কুইনা চৎথবা তারে।

১৩। কুইনা চৎনব' য়ায় থাওবা থওনবদা "লৈবা" নত্রগা 'চৎপা' হায়নৈ। মাহৌদি :—

মচু অসি কুইনা লৈগনি।
থুম অসি কুইনা চৎনগনি।

## থুদক্তা থোকপা কাই

থুনা থুদক্তা থোকপদা কাইগী মমাদা 'হেক' মতুংদা 'মক্তদা' হৈরে। মাহৌদি :—

মাহাক্না হেক চাবমক্তদা
অচাপোৎ য়ায়া পুরকই।

## সাক্সেন।

১। বা ভাং কদায়বু কৌবগে ? মখল কয়ানো ?

২। কাইর'বা ( সকর্মক ক্রিয়া ) কদায়বু কৌবগে ? খুদম পিউ।

৩। চক্ মখল কয়ানো ? মথিং কব্রি কব্রি কৌবগে ?

৪। মতমবু মখল কয়া খোক্লা খায়বগে ?

তাহোং মমুং লেমখোং মকৈ অহুমা খাপ্রম কদায়বু কৌবগে ?

৫ মালং, কামগী, মেত্রি অমসুং লাইচা কদায়বু কৌবগে ?

৬। য়ারা 'লাকপা' গী তাহোং মতমগী শক-তন মথৈ হায়উ।

৭। মৈতৈ লোন্দ কোরৌ য়াঙাং ( passive voice ) গী কাই ( ক্রিয়া ) গী মওং করম তে বগে ?

৮। 'চৎপা' হায়বা কাই অ'সগী মালং তাহোং Present indefinite ) অমসুং কামগী-তাহোং ( Present imperfect ) মখক মায়রবদি করম ভোনা থেম্বা থড্ পদগে ?

৯। য়াকৈশিং অসি চুমথোকউ।

নং চাবা পামলেরা ? মাহাক চাক চাবিজে অহুগী ঐনা য়াবিজে। নাহাক থবক্ তৌগনিরা ? তা অমসুং ওয়াং থোইদা থুগনিয়া ? যম্না লৌবু চাবিয়ে।

১০। 'মেত্রি' কদায়বু কৌবগে ? মেত্রি অসি করম্বা মতমদা সিজিন্নবগে ?

# ৮শুবা মতাং

## শা ওন্দবা ৱাৱাশিং

## Indeclinable words

( অবিকারী শব্দ )

ৱাৱা ( শব্দ ) কয়ামুক লৈ। মখোয় অসি লাইপুংথৌগী ফিরেং শেংলগা ওনবা লৈতে। মরম অদুদগী শা ওন্দবা (অব্যয়) কৌই। শা ওন্দবা চায়বাগী খণ্ডনবদি মওং অমত্তা ওইনা লৈবাবুনি। শা-ওন্দবা ৱাৱাদি মখল মরী থোক্না খায়রি।

১। থাওান ( ক্রিয়া বিশেষণ ) Adverb

২। সায়াং লৈথাং ( সংযোজক )। Conjuntion

৩ লৈয়াং—( সংবন্ধবোধক ; pre or post position

৪। হৌরোক কোংখ্রৌ ( বিস্ময়াদিবোধক ) Interjection.

### থাওানমা ( ক্রিয়াবিশেষণ )

### Adverb

(ক) ইবুঙো! খুনা চংলু, চাম থুংসি।

(খ) ইচ্চাথা! ঐগী কিদো কোইরেং য়েংউ, তায়থা ৱাই।

ৱাহৈ অনি অসিদা খুনা, চাম, কোইরেং মকম অমদা অসিন-চিংবসিবু 'থা-ওানবা' নত্রগা থা ওান্ কৌই।

কাইবু থায়ো কৌই, হায়রে ৱাহৈবু থাবনি। থাবু ওালহনবদা ৱাইগী কিভর ওাকপবু 'থা-ওানবা' নত্রগা থা-ওান্

কৌই। খা তানবা অসিনা কাইতবু শু নত্তনা মাপী মসাগী, অদুগা লুরাংগী কিতম তানহনবা ঙংবে। মাহুদি :—

ইবুঙো! য়াম্না খুনা চৎলু।
মাহৈ অসিদা ‘খুনা’ অসিনা চৎলু’

হায়বা কাই অসিবু কয়ম তৌবা কিতম ওইগদগে হায়রি; অদুগা ‘য়াম্না’ য়াবা অসিনা ‘খুনা’ য়াবাসিগী কিতম্ অমুকম্ তাকই।

“ময়ম অসিদগী খঙ্বা ঙমদে—মাগ্গদি খাতানুবনা—কাইগী অমম্বং—খাতানবা মসামকোং কিতম ঙংবে তাকই।

“মাসি য়াম্না ককবা পোৎনি।” মাহৈ অসিদা য়াম্না হায়বা য়াবা অসিনা ‘ককবা’ হায়বা লুরাং অসিবু অমুক তানহল্লি অদুদগী লুরাংবুসু তানহনবনি খঙৈ

খাগী-তানবা শাগৈদি পাক্লোনবীগী ওংতম, নোংপোক্কী তকাস সোনতগনি। শাগৈ অমনা শাগৈ অমত্তা ওইথিবনি হায়রৈ। অময় অতানবু খাবা-তানব কৌনৈ। খা তানবসি কাইগী মথাওদদা কম্বনা নমই। কাইবরোনগী মচুং ইয়া হৌজিকতি।

শাগৈ মরী থোক্না খায়রে। মাহুদি :—

১। খা তানব হুমিং Adverb of time কালবাচক।

২। লেমপু-তপু খাতানবা Adverb of place স্থানবাচক।

৩। খা-তানবা চোয়-চাং Adverb of quantity পরিমানবাচক।

৪। খাঙানব' লোনচং :— Adverb of manner রীতি বাচক।

১ খাঙানবা তুম্বিং—খাঙানবগী কোংথিং থৈবগী পাম্বত্না নোংঙমলেন অঙানবা নত্রগা খাঙানবা-তুম্বিং পোকই। তুম্বিং হায়বদি মওমবু খঙই। তুম্বিং কদায় য়োরে হায়বদি মওম কয়া য়োরবগে খঙই খুদম :—

চাউবা 'হোয়েন' লাকনি।
চাউবা 'ঙায়াং' লাকই।

বাহৈ অনি অসিদা 'হোয়েন' 'ঙায়াং' অনিসি মওম নত্রগা তুম্বিং খঙনবা খাঙানবনি খাঙানবা তুম্বিং খঙনব য়ারাশিংদি—হৌজিক, কৈদৌঙৈ মওমদুদা, নাকাল, ঙত্তনা, ঙয়াং ঙসি হয়েং, হংচং, মসেম, মত্তো, কদৌঙেদম্ব তুম্বিং খুদং, চয়োনমী, খাগী মাংজোননা খুনা, খীম, ঙগ্না, হাখু হাখুনা, অমুক, অমুক হয়া, তুংদা হৌনা, পুক্তা চুপ্পা, খীনদানা, কুহনা অসন'চংবনি।

২ খাঙানব-লম্পু তুপু (Averb of place) লম্পী মপু, তুপী মপু হায়বদি মফম খঙনবদা লমপু তুপু খাঙানবা সিজিনৈ।

'মাহাক্না মাঙদা চংলে।'
'তোম্বনা লাপ্পা ইরমই'

বাহৈ অনি অসিদা চংলি' অমসুং 'ইরমই কাহ অনি অসি কদায়দা পুরিবা 'মাঙদা' নত্রগা লাপ্পা হায়বা লমদা পুরি অহুগা অমুকা য়েংও।

'মহাক তুরেল মহুংদা কি শূরি।

(খ) অরেপ্পা মতৌ ভাকপদা—'সোয়দনা চৎলু।  মতৌ অনিঙন্না চপচানা, চুয়া, শরিঙো, চিংনপানা থাঙেশেংনা অসিন-চিংবা অসি অরেপ্পা মতৌ ভাকপা থাঙানবনি।

*(গ) সেঙবা খঙনবদা থাঙানবা লোনচৎ শিজিন্নৈ। মতম অমুদা কাহন্নী কিভম চিংনবা মতৌ উৎপা ওইখন্নরাই, করিঙখদনু।

(ঘ) য়াবা খঙদনাদা - হোয়নে, অচুম্বনে, ওইসনু, অমুম্না অসিনচিংখ।

(ঙ) খোরম ভাকপদ:—অসন্নী মরম্না, অচুন্নী মরম্না, করিন্নীনো হায়রবু, কনাহন্নীনোদা।

(চ) থাকজবা থিংবা ভাকপদা:— হঁ, উঁ হুঁ, নত্তেদা, ত্তোম্ম, মাইবো, তন্নে, তাল্লেদা।

## থা-ভানবা সেম্বা।

থাবা সানাইংদা ভানব' সানাইংগ' তিররগ: থাব' ভানবা সানাই সেমথি। নিংথৌ থাবা শোংশ্রোকপনা পাখোংবাবু মমৌ ওইনা থমথি। মমৈদা নাহরৈমা খঙহন হন্নাংপা থৌ ত্তোবা চাকলোঙ্ কৎপনচিংবা থাবা শাগেন' হোদোকাখ। পাখোংবী, হায়বদি "মহাপ্রকৃতি"বু কৌই।

পাখোংবী নিংথৌচা চমুনি অপ নবন্নী নিংত্তোলনি. থাবা সাগৈদা লৈরুরগা লোংপোক নিংথৌ পুরেংলাম্বীদা লৈথি। মন্না ওইবা অর্থদি মহৌশান্নী কজবসি লোংচুপ লোমদা চুমিৎ

তায়মদাইদা হাইকেং কজৈ অহুবু নোংতানবদা নোংপোক্তা কজবনা হেল্লি হায়বনি।

কাইবরোলগী খা-তানবসি ( ) অপানবা ( Noun ) (২) পুরৈরোম্বা ( pronoun ) (৩) নুরাং ( adjeotive ) অহুমা (৪) কাই ( verb ) দগী লেপ্পা য়াই।

১। অপানবদগী লেপ্পা—মুমিং চুপ্পা, খা-চুপ্পা রাখন চতনা, রাখন তোদানা, অয়াবনা, রাখন তোনা, রাখন তোদনা।

২। পুরৈরোম্বদগী ওইবা খাত্তানবা—অসিদা, অহুদা, অদোমদা, কদোমদা, অমুয়া মাহুম।

৩। নুরাংদগী ওইব—অতপ্পাদগী তপা, অকাওবদগী কাওনা।

৪। কাই (ক্রিয়া) দগী লেপ্পা—চং খোংপনা, তুম্না, হোগৎপনা।

অসিদসু নত্তনা খাত্তানবা
লেয়বগী পাদে অতৈ।

৫। তোত্তান তোত্তানবা রাত্তানা—অহিং মুংখিল হয়েং হংচিং, অমুকতোইন', মথক মথা, অনেম অয়াং।

৬। মতোতপা খোম্বোক্লসু খাত্তানবা ওইনৈ।

দমদম্, বমবম, তরক তরক, খংখং
থুথু, পিরংপিং, প্রংপ্রং, ত্রোংত্রোং

৭। য়ারা কয়ামুক্তা মথাগী কিজেং তোপশিল্লগা খা-তানবা ওইনৈ। কিজেংশিংদ—তৈদা, খুদিং, গুম্ কুম্, চুপ্পা, কাত, রোম, হয়াওন, হায়াহয়া, ছুম্।

খুদম :—

থর ওল্লিবৈ চৎলু।
ফুরিৎ খুদিং লাকই।
ফুমদাংবাই লাকউ।
ইমুং হুপ্পা চৎখ্রে।
হায়ণুম লৈয়ু।
চৎতুম চৎলো।

৮। মায়াকাইগী অহানবা খোল্লকতা 'হ' নত্রগা পং হাপ্পগা খাওানবা সেমই। মাহুদি :—

ঈশিংসি ইচম চমই।
মাহাক্না মাবু ইউ উরমদে।
কৈক্কাওনা পৎতুম তুম্মই
ইবোবানা পৎওাং ওাংলমই
হকচাংসি ইহাক হাকলে।

মরেক অচোবনা ইরিবা মায়াশিং অসি খা-ওানবানি। কাইগী অহানবা খোল্লোক উ, তুম, ওাং হাক অসিদা 'হ' নত্রগা 'পং' হাপ্পগা খাওানবা সেমলি।

## সাজেন।

১। খা-ওান্ কদায়বু কৌবগে? মখল কয়ানো মখিং হায়উ।

২। মখাগী খা-ওান অসি বাহৈ (বাক্য) অমমম সেম্নগা করম্বা মখলশীনো হায়উ।

নাকয়েন্তা, নাকোইনন', চুংবনো, করিওইদনা, চান্নিতৈ, শান্নিতৈ, মমাংতৈ, কজনা, তথা, হয়া হয়া।

৩। খা-ভানবা সেয়বা পথাপ চাউরাক্লা মশীং কয়ানো? অপানবা, পুরৈরেনোঙ, লুমাংদগী সেখা খা-ভানবা থয় উৎলু।

৪। রাদৈদ খাভানবগী লাইকম কদায়দনো তাকউ।

## ৯শুবা মতাং

### মৈয়াং ( Post position )

### ( সম্বন্ধ বোধক অব্যয় )

ইবেচা' য়েংউ, হুমগী মনুংতা কনা লে।
উগী মথক্তা উচেক অমা তোংলি

য়ারাশিং অহুনা অপানব ( Noun ) অমুগা পুরৈরেনোক্লা ( pronoun ) গা মরেদা লৈহন, য়ারাশিং অহুদা—যৌগদ লাংজবাবু মরৈদা লাংই হায়চনা মৈয়াং কৌই। লাংবাগী অর্থ কংপা নত্রগা পকপা মৈয়াংগী খুদম খরা মথাদা উৎলে :—

মৈয়াংশিং

অয়োইবদা—কুমৈগী অয়োইবদা মাহাক লৈগংখি।

অহানবদা—পায়া পাবাগী অহানবদা মানা ওক্লাদা য়াহং অমা হংখি।

কাইনথংদা—মীকম কবগী কাইনথংদ মাহাক্লা লেপখংলগা ইথৈ শকখি।

ওয—নংমু মাওম ইনাকথুনবা লাক্লো।

চুংদা—চুইন হিংলবগী চুংদা পাখংবাবু ঈশ্বরনি থকলে।

মৈয়াং মৈতৈ

মাতদা—ইচেগী মাতৃদা, তৌ'খ্রবনা' করি হংলকপা তমগনি।

মর্যাদা—কাংথোন মর্যাদা কোল্লিক থমউ।

মপাল্লা—তাইবংগী মপাল্লা' লৈরবা অপঙ্বা ঐনি।

মসুংদা—ঐশিং মসুংদা চানপনা' মথৌ কায়রবা' উবা চাউবানি।

থক—অমৌহিনা নোংলোন থক চেক্রাশুম পাইরি। অমৌহিবু চৌশিক্তি এরোপ্লেন কৌ'নরে অহিরা মৌনস' হি হায়বনি।

হুং—লাইকমুং অসে কোর্বয়ুংগী লৈকমদা নথে, থমানগী চৌতর্নি

মঙ—নায়ক শাংপা ইরেনবৈদ চিরদনা কেনখ্রে।

দমক—মচাগী দমক মপ।। পুনস' চুয়া কনবা থিংই

য়াই—পাংয়াইদা মুরৈনবা লাইকনা চাংলেমদি।

মাতশোক—মাশোনগী ম'তশোক লৈমাসিকনা কাবৈ।

ইথক—ঐগী ইথক কনা অমত্ত' লৈরমদে

মায়বা—থমানমায়বা মিংথৌ পুকশিং হুংগী মিংয়োং-নি।

নাক—মাগী নাক কনাপু চঙ্বা থমলমদে।

নজমা—অহাউবা নজনা মাদি করি অমতা চাদে।

সোয়নবা—মাগা সোয়নবা নহাক কৈথেন কাক্র।

## থা-ভানবা অমসুং মৈয়াং অনিগী থেয়বা।

মতম অচুমা মকম খঙনবদা থা-ভানবাগা মৈয়াংগা মাটৈ, অদুবু কম্বকম সেংলগা অনি অসিগী মসক লেপকদবনি।

মখাগী অসি য়েংসে :—

| খাণ্ডানবা | মৈয়াং |
| --- | --- |
| নংগী নমিত্তু মখক য়েংউ। | য়ুমগী মখক অদুদা চফু থমউ। |
| অমুবীন' অসিদা হাম্না লাক'খ | মাঙোন্দগী হাম্না ঐন' লাকই। |
| অমুবা! মাঙ্ খাউ | মতৈমাগী মাঙ্ অদুদা অমুক কমদি। |
| খশোণ অমা তুং চংলু | মাগী তুং অদুদা মী অনি লৈ। |
| মাহাক মচুং চঙথরে। | মাগী মচুংদা করি লৈবগে খঙ্বা? |

খণ্ডগদবা :—

কাইগা মন্নী লৈরগা হায়বদি মতৌমঙ কোংতোক্লগা খাণ্ডানবানি, অদুগা অপানবগী মচুংদা লৈরগা মৈয়াং ওইনৈ।

মৈয়াং অসি ফিজেৎ য়াওবা য়াওদবা লৈ।

(ক) ফিজেৎ য়াওবা মৈয়াং।

মাদুদি :— মথক্কী উৎপা, মপান্দা ডকনবা, মাঙ্গী খোঙোক, নাকয়েংকী বা, মথায়োমগী মুম, মকমতুগী পাউ, অসোয়বগী মুমলৈকৈরে।

(খ) ফিজেৎ-তবা মৈয়াং।

কাও, য়াওনা, অসিকাওবা, লোয়ননা, থম্না, মাতুতা, লৈতবা অসিনচিংবা। খুদম :—

থবাই-কাও, ইমা য়াওবা, খুন-কাও, শেল-য়াওনা, শেল-লৈতবা পুনসি অয়েম্বনি।

(গ) ফিজেৎ য়াওবাসু য়াবা য়াওদবসু য়াবা মৈয়াং শিং :—

লাইনিং 'দানা'—লাইবু নিংদানা। চাববু নত্তনা,—চাদানা মুনিগুবা—মুনিগী মতৌগুবা।

## সারাংলৈশাং (সম্মুচয়বাচক)।

## ( Conjunction )

য়াহৈপা য়াহৈগা অহগা য়ারাগা য়ারাগা সমজিন্নহনা লৈ শাং-থবাবু সারাংলৈশাং (Conjunction) কৌই।

মৈত্রবাক্তী হায়া লৈরবা মৈতৈ সলাইদি সারাং লৈশাংথেবনি। শাগৈসিগী নিংথৌ চিংজেন-নাহন পাঙলবা য়ায়া মপাঙল কনখি বদগী মাগী ময়মদা য়াহি য়ায়া লৈ। সারাংলৈশাংথেয়া শাগৈ অমগা অমগা ভাইনাহনা মৈতৈ সালাই সেমখি। হৌজিক্তি কাইবরোলগী সারাংলৈশাংগী খুদম য়েংসে :—

"তথেন-পা অয়া-পা পুয়া মৈত্রবাক্তা লাম্বাখি, অহবু লাইনিংথৌ খাগেম্বনা মথোয়বু মাবথৌবা পিখি "

য়াহৈ অসিদা 'পা পা' অসি সারাং লৈশাংনি, য়ায়া অনি ভাইনবনি। 'অহবু' য়ায়া অসিনা 'তথেনপা ····· লাম্বাখি" য়াহৈ অসিগা 'লাইনিংথৌ ········· মাবথৌবা পিখি" য়াহৈ অনি অসিবু ভাইশিন্নহি।

'সরাং লৈশাং' অসি সালাই অনিনা তিন্নবনি (১) সারাংনা শমজিন্নবা (২) লৈশাংনা—শাংতোকহনবা থাইতোকহনবা।

শমজিন্নবগী খুদম :—

১। তোম্বা অমসুং তোম্বী তিন্নবা চৎখি। অসিদা "অমসুং"

বা তোগা তোগী য়ায়া অনিসি শব্দজিম্মি। কা, কা, গা, গা, অহমকপু, তৌইগিদি, তৌইগুবস্থ অসিনা চিংবাসি সায়াং লৈশাং-থেবগী শব্দজিম্ববা কাংবুনি।

২। লৈ-শাংতোক্হনবা- তায়বাদি খাইক্তোকপা 'হরি-বু শোয়ু নত্রগা পাথংবা শোয়ু।" মুংয়াংবা অমদি খাগেম্বনা বিষ্ণু নিংবা হৌখি। য়াটেং অনি অসিদ' 'অমদি' 'নত্রগা' অনি অসি খাইতোকপানি। —মংতৌ অহগুয়া, নত্রগা অমদি, নত্রবস্থ, নত্রবাদি অসিনচিংবা খায়তোকপা সায়া-লৈশাংন। সায়াং লৈশাংসি অনি চংপস্থ থেংনৈ

খুদম—'মাহাক চংলবক্সি মপাস্থ চংকনি। 'বদি' নত্রগা 'সু' অসিনি।

মথকী অসিগুবা সায়াং লৈশাং কয়াসুক মথ'দা ইখি :—

'অহগা' অহমকপু, অমস্থ', বস্থ-সু, ক কা' 'গা গা'', তৌইগুবস্থং, অমদি, নত্রগা', নত্রবস্থ, বদি, অহমগুইনমক, অহমকস্থ অহবু, অহমদি গুইমগা, করি হায়বাবু।'' অসিনাচিংবা অসিনি।

## হৌয়োক-কোহৌ

### ( ক্ষোভক )

### ( Interjection )

আঃ! পাখংবা ইবুঙো! মৈতৈগী পাম্বৌ

অহাঃ! করি হায়রিবনো।

হেয়া! লেঃ খাদোকও।

রাহৈশিংদা 'আঃ' 'অহাঃ অসিনচিংবা য়ারাশিংসিনা অওকপা মুংওাইবা, অরাবা অসিনচিংবা রাখল কোংতোকই। অসিওবা য়ারাশিংবু হৌরোক কোম্বো কৌই।

পুন্নিংদা অওকপা, হয়াওবা, লাংওক্লবা, ভুকলবা, অরাবানচিংব হৌরক্ল্ন কোন্নুনা থাওহনা লাউরকপা য়ারাশিংবু হৌরোক-কোম্বো কৌই। হৌরোক কোম্বোশিংগী মওং য়েংবিউ:—

(১) **অওকপা থওনবদা** ওহো; ওঃ, হায়, এঃ, হেয়াঃ সিজিরৈ। খুদম:—হেয়া! হৌজিককাও ভুমশিবর?

(২) **হয়াওবা থওহনবদা**—কৈ কৈ! এঃ ভাপোঃ হোয়দা, হোয় হোয়, কঙ্ক করে।

(৩) **অরাবা কোংবদা** -আঃ, ইমাঙীপেন্না ওহোকইদা, ওহোকপাশিংকে, মাওংল মাওংলে অরাবনি, হো লাই-ইবুঙো! হাঃ লাইনিংথৌ।

(৪) ভুকলব পুওাইওব কোংকোকপদা:—চয়োহাই, থৌদা! হুঁ, থুঃ, য়েনিংথদাঃ, ভুং হিয়াই নত্রগা ইমাঙী।

(৫) য়াবা থওহনবদা—.হায়নে! হাঁ, য়ায় কৈ, করেদা, উ, অহোয়, মাতুমক ন অহানৈদন।

(৬) কৌবদা সিজিন্নবা—হোঃ, ওঃ, হৈ; অতো, ভনা, অতো চাউবা।

(৭) য়াইকবা উংপদা:— অতাওবনি। কৈ। কজৈদা।, করেদা, । নিংথিদা।

## অহুকপা কোংতোকপা

### হৌরক-কোম্বৌ কয়ামরাম।

অসিগুম্বা হৌরক-কোম্বৌ কয়ামরমদি, অপানবা ( Noun ) পুরৈরোম্ব ( pronoun ) মুরাং ( Adjective ) অমুগা কাই ( verb ) কয়ামরমবু হৌরোক-কোম্বৌ ওইনা সিজিন্নৈ। মথাগী অসি য়েংসে :—

১। অপানবনা হৌরককোম্বৌ ওইবা—হৈমাঃ ইমা ইবেম্মা ; হৈপা ইবুঙো ; হে লাই।

২। পুরৈরোম্বদগী সেম্বা হৌরক কোম্বৌ—হো কনা! কনানো! করি। করিনো! হো কনা কনানো!

৩। মুরাংনা ওইবা হৌরককোম্বৌঃ— ওম্বোকপা! চাউখ্রবা! কিখ্রবা! ওঙবা!

৪। কাইদগী ওইবা—চৎলোনে হাই! হস্তোকখো ; ফুকৈক্ষো; নমিৎ উজ্রা! ওকয়েদাঃ হোয় হোয়দা।

৫। খাণ্ডানবদগী সেম্বা—কয়া! কমা! হয়া!

খণ্ডগদবা—হৌরককোম্বৌ কয়ামুকপু খপানবা ( Noun ) ওইনা সিজিন্নবাসু লৈ। মাহুদি :—

ইবোতোম্না 'হোয় হোয়' হায়দুনা খবক পুরমক মাওহল্লে। মাহাক্না 'ওম্বোকপনি, দো করিসু নঙদা লাউবনি।

## মাজেল।

১। খা-ণ্ডানবা কদায়বু কৌবগে, করিগী খা-ণ্ডানবা হায়রিক নো? খাণ্ডানবগী মথলকয়ানো, মমিং হায়উ।

২। খা-ঙানবগা মৈরাংগা অনিগী খেন্নবা খুদম উত্‌না তাকউ।

৩। মৈরাং কদায়রু কৌবগে ? কিজেৎ য়াওদবা মৈরাং থরগী মমিং হায়উ।

৪। সারাং-লৈশাং কদায়রু কৌবগে ? সারাং হায়বনা করিনো, লৈশাং হায়বনা করিনো ?

৫। হৌরোক কোম্বৌ হায়বাসি হিন্দি অদুগা ইংরেজীদা করি কৌবগে ?

৬। অপানবা, লুরাং, খাঙানবা না ওইবা হৌরোক কোম্বৌ অময়ম খুদম অময়ম পীদুনা তাকউ।

৭। হৌরোক-কোম্বৌনা অপানবা ওইবা খুদম অমা উৎলু।

## * লাংপুন।

### ( সন্ধি )

### Loss of Assimilation of letters

করিঙম্বা য়াগ্রা না য়াপা থংনবা য়ারাগা তিন্নগা য়াগ্রা অমতা ওইবারু লাংপুন ( সন্ধি ) কৌই· লাংপুন মখল অনি খোক্রা থায়রি—

* জীবশিংগী পায়ম দগী মচাওনবা য়াবা লোৎ অমা পোকই মাদুরু সুমিং ( Sperm ) কৌই। অদুগা সুমমদগী পারমদগী পোকপা সুমিং অদুগা তিন্নবা মতম অমা পোকই মাদুরু খা ( ovum ) ; সুমিং-খা অনি তিন্নবারু লাংপুন কৌই। [ মৈতৈ পুয়া—মৈরম লীবা ]

(১) ইনুং লাংপুম ( স্বরসন্ধি )।

(২) খুনুং লাংপুম ( ব্যঞ্জন সন্ধি )।

খণ্ডগদবা :— ইনুংয়েক ( স্বর ) য়াওনবা খুনুংয়েক ( ব্যঞ্জন ) অমদা, ইনুংয়েক অমা চণ্ড্‌ববু—সন্ধি কৌদে।

মাহুদি ক্‌+উ=কু; প্‌+ই=পি—।

মতৌ অসুম তৌবদি লাংপুম কৌদে। মখক্তা হায়রে য়ারা অমগা য়ারা অমগা তিন্নবগী য়ানি।

ইনুং লাংপুমগী খুদম :— অমগা+অমগা=অমগামগা নত্রগা অমগমগা।

খুনুং লাংপুম খুদম :— মৈতান্‌+মখনা=মৈতান্নখনা।

## ইনুং লাংপুম।

( স্বর সন্ধি )

১। য়ারাগী মথৈদা 'আকারবা' লৈবদা 'অ' না হৌবা য়ারা অমা তিন্নবদি 'অ' অদু মাঙ্‌খি। খুদম :—

অমগা+অমগা=অমগামগা।

ইবা+অহু=ইবাহু।

চাবা+অহূগী=চাবাহুগী।

কাম্বা+অচদা=কাম্বাচদা।

পাবা+অহন=পাবাহন, পাহ্বন।

মখুড়া+অতোনবা=মখুড়াতোন্।

মম্মা+অতোনবী=মম্মাতোন।

তাদা+অতোনবা=তাতোন।

মরেক অচৌথনা ইথিবা য়াৱা অহৌমসিদদি মাথৈ তাবদা মরেক 'বা' 'বী' মাঙখি অহুগা 'তাদা' অসিগী 'দা' অসিদু লুপথ্রে।

২। ই, ঈ গী মতুংদা অ নত্ৰগা আ লাক্লবাদি মথৈগী 'আ' নত্ৰগা 'আ' লোংখি। মাহুদি :—

অসি+অমদি=অসিমদি। অহু+অহুমক=অহুহুমক
ওসি+অসি=ওসিসি।
মণি+অহুগী=মণিহুগী। লাই+অসিদা=লাইসিদা
মফি+অহু=মফিহু। কৰুবী+অহুগী=কৰুবীহুগী।
নিংথিবী+অহৌদা=নিংথিবীহৌদা।

৩। ই, ঈ গী মতুংদা ই, ঈ না হৌবা য়াৱা পা লাংপুম ওইরবদি ই নত্ৰগা ঈ অমা লোংখি।
মাহুদি :—

ইবাই+ইবুঙো=ইবাইবুঙো।
নোংয়াঈ+ইবুঙো=নোংয়াঈবুঙো।

৪। ই না হৌবা য়াৱানা মমাংদা 'আকারবা' লৈবা য়াৱাগা লাংপুম ওইরবদি মমাংগী আকারবা তপ্পা মরেক মাঙখি। মাহুদি :—

তাদা+ইবুঙো=তাইবুঙো,
মামা+ইবুঙো=মা-ইবুঙো

চংবদবা :— পথাপসি চংনদবা লৈ। মাহুদি :—

খুড়া+ইবুঙো=খুড়া ইবুঙো।
ইপা+ইবুঙো=ইপাইবুঙো।

৫। উ, ঊ শী মথাদা অ না হোবা য়াবা গা লাংপুম ওইরবদি 'অ' হু লুপথি। মাহ্নদি :—

মতু+অহু=মতুহ ; মতু+অহু=মতু·হু।

মকু+অমা=মকু-মা ; মকু+অহু=মকুহ।

মকূ+অহু=মকূ-হু। মপূ+অহু=মপূ·হু।

৬। এ, ঐশী মতুংদা ই নত্রগা ঈ লাক্লবাদি মমৈ থংবা য়াবাগী ইমুংয়েক লুপথি।

মাহ্নদি :—

ইচে+ইবেম্মা=ইচেবেম্মা। নবে+ইবেম্মা=ননেবেম্মা। মনে+ইবেম্মা মনে-বেম্মা। চৈথৈ+অহু=চৈথৈহু। লমথৈ+অহু =লমথৈ-হু। লৈথৈ+অমা লৈথৈ-মা। পাম্না মথৈ+অহু= পাম্নামথৈ হু।

৭। ও, ঔ শী মথাদা 'অ' না হোবা য়াবা লাক্ত্রবা লাংপুমবদি 'অ' লুপথি। মাহ্নদি :—

অদো+অকবনি=অদোকবনি।

অদো+অতাওবনি=অদো·তাওবনি।

লৈহৌ+অকবা=লৈহৌ·কবা।

খোঙ্হৌ+অকবা=খোঙ্হৌ-কবা।

৮। 'অহন' য়াবা অসি তিল্লগা য়াবা কয়ামুক্তি হুশী মহুত্তা ধ নত্রগা ভ ওই। অহুগা মমাংশী মরেককা 'অ' গা মাওথি।

তাদা+অহন=তাধন।

চাউবা+অহন=চাউভন।

চৎনবদা :— পথাপ অসি য়ারা থূদিংদা চৎনদে। মাহুদি :—
ইযা+অহল=ঈযাহল, ইম্মাল।

## থুন্নুং লাংপুম।
### ( ব্যঞ্জন সন্ধি। )
### Assimitation of Consonants.

১। ত্ (ৎ) গী মথাদা চ লাক্লবদি ত্ মাঙ্খিহনা চ্ ওইরৈ, অহুগা ন্ গী মথাদ জ্ লাক্লবদি ন্ গী মহুত্তা 'ঞ' সিজিরৈ। থায়না ঙৈদি চৎরমদে, হোৎজকাত্ত চৎনরে। খুদম :—

কৎ+চবা=কচ্চবা।
থাগৎ+চবা=থাগচ্চবা।
মন্+জরি=মঞ্জরি।
ভান্+জরি=ভাঞ্জরি।
ভান+চাবা=ভাঞ্জাবা।

২। মৈতৈলোন্দা য়ারাগী অরোইবদা ল্ নত্রগা ন্ অসি ওম-ওয়না সিজিন্নবা থোংরৈ। ল্ নত্রগা ন্ গী মথাদা ত কাংলুপকী মরোক লাক্লবদি ল্ হু ন্ ওই অহুগা ন্ ওইরবদি ওন্দে।

তেন্+তনি=তেন্তনি।
তেল+তনি=তেন্তনি।

৩। ন্ না লোপ্পা য়ারাগী মতুংদা 'চ' না হোৎবা য়ারা লাক্লবদি ন্ গী মহুত্তা ঞ সিজিরৈ,। অহুগা চ না 'জ' ওই—

চান্+চাক=চাঞ্চাক, চাঞ্জাক।

তান+চাবা=তাঙাবা।

তীন+চাবা=তীঙাবা।

৪। ক্‌ ঙ্‌-প্‌-ল্‌ না তাবা য়ারা গা 'অ' না হৌবা য়াবা গা শাংপুম ওইরবদি 'অ' অসি মাওথি অহুগা মমাঙগী ময়েক্তা লুপথি অহুগা অকোনবা শাকলিবঃ য়ারাগী অয়োয়বা ময়েক মাঙ্‌থি। মাছুদি :—

চাক+অকাবা=চাকা, চাক+অহাওবা=চাক হাও ; কোক +অচাওবা=কোক-চাও তাং+অচাওবা=তাংচাও ; তল্‌+ অকঙ্‌বা=তলকঙ্‌।

মথক্কী অসিদা 'অ' অসি লুপশিনখ্রগা 'ক' মাঙখ্রে।

৫। য়ারা কয়াযুক্কী মতুংদা 'লেন' না শাংপুম ওইরবদি লেন সি 'য়েন' ওই। নিংথৌ+লেন=নিংথৌয়েন, মাইবা+লেন =মাইবয়েন। লাই+লেন=লাইয়েন।

চৎনদবা :— 'ক' না লোপ্পা য়ারাদদি 'লেন' অদুমক ওই, য়েন ওইদে।

চাক্‌+লেন=চাকলেন।

কক্‌+লেন=কক্লেন।

৬। —'মচা' য়ারাসি 'ক' 'ম্‌' না মথৈতাবা য়ারাগা শাংপুম ওইরবদি 'মচা' গী 'ম' মাঙথি। মাছুদি ;—

চাক+মচা=চাক-চা, লাক+মচা=লাকচা, থাক+মচা থাকচা। হৈবম+মচা=হৈবমচা ; য়েংথোম+মচা=য়েংথোমচা, নোংথোনবম+মচা=নোংথোবমচা, হিকম+মচা=হিকমচা। ময়োথাইবম+মচা=ময়োথাইবমচা। অসিনচিংবা

## সাজেন।

১। লাংপুর কপায়রু কৌবগে? মখল কয়াবো? খুদম উত্তনা তাকউ।

২। ইমুং লাংপুর অহুগা খুমুং লাংপুর অনি অসিবু সাংস্কৃত লোন্দা করি করি কৌবগে?

৩। ইমুং লাংপুরগী পথাপ ওয়েক উত্তনা তাকউ।

৪। খুমুং লাংপুরগী পথাপ কয়াবো? খুদম অমমম উৎলু।

৫। মখাগী য়ায়াশিংসি লাংপুর তোকথাইহল্লু। কাংলেন; য়েংথোযচা, চাউরেন, লাইরেন লাবা; চাক চা।

৬। মখাগী অসিগী লাংপুর লেমউ। তাদা+অহল; ইমা +অহল; চাউবা+অহল; কং+চব', তুপ+চবা।

# ১০শুবা মতাং।

## কোন্‌জিনবা।

### (সমাস)।

### Compound.

অমগামগা মরী লৈ-নবা য়ায়া অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা য়ায়াশিং তিমবাবু কোনশিনবা অমদি কোনজিনবা (সমাস) Compound কৌই।

'কোনজিন্‌" বগী হৌনবী:— কোনশিনবা মতমদা য়ায়াগী কিজেং 'বু' 'দগী', 'গী' নচিংবা লোথোকই; অহুদসু নত্তনা মরী লৈন নবা থম্লিবা য়ায়া লৈরবাসু লোথোকই। সিনিসে:—

নিংথৌ-গী মচা=নিংথৌমচা ( 'গী' লোথোকলে। ) ইমা অছুবা ইপা=ইমা ইপা ( 'অছুবা' লোথোকলে। ) থাক্তা মায়বা মাইথোং=থাক মাইথোং ( 'গা-মায়বা' লোথোকলে )।

কোনজিনবসি মরুওইবা মখল মরীদগী থোকই। মখম অমুক্ত কোনজিনবাসি মখল মরীনি। মাচদি :—

১। কোজিন থা-ভানবা Adverbial Compound ),

২। কোজিন তুংথাবা ( Determinative ,, ),

* ৩। কোজিন ভাইবিরাক্ ( Copulative ,, ),

৪। কোজিন তুথোকপা ( Attributive ,, ),

## ১। কোনজিন থাভানবা
### Adverbial Compound.
### ( অব্যয়ীভাব সমাস )

কোনজিন থ'-ভানবা অসিদা, মমাঙথংবা য়াহা ( শব্দ ) না মরুনি। —কোজিনরবা মতুংদা য়াবা অমা থোরকই, থোরকলিবাদু থা-ভানবা ( Aberverb ) গী থবক তৌই। অসিনিসে :—

থুং+থক্তা=থুং থক্তা। ( থুনা )।

ভথা+মথৈ=ভথামথৈ। ( ভথাদু মথৈ কংনা )

চুমিং+থুদিং=চুমিংথুদিং ( চুমিং-চুমিং )

মতুং+ইমা=মতুংইমা ( তুংইমনা )

* ভাইবিলাক—য়াব'সি মৈরম লীবা পুরাণগী লোবনি। অমুমা ইরি— "পুক্রীং অমি মক্তো হযোইনাখানা মসা মগা লেতনবে —কোইবেং কৌই। মসা অমি ভাই-বারে 'ভাইবিলাক" কৌই।

পুনসি+চুপ্পা=পুনসিচুপ্পা ( পোকপদগী হোৱা )
নাক+য়েং=নাকয়েং ( নকনা )

চংনদবা :—

তুংগী য়াৱাসি খাঙানবা নত্রবস্তু য়াৱা অনি হন্জিন হন্জিন হায়ৱগা—খাঙানবগী থবক তৌই। মাছুদি :—

অহিং+অহিং=অহিং অহিং ( অহিং খুদিং );
খুং+খুং=খুংখুং ( খুংশয়না )।
তপ্পা+তপ্পা=তপ্পাতপ্পা ( খুদানা )।
মহৈ+মহৈ=মহৈমহৈ

খাঙানবা কোনজিনগী অতৈ খুদম খর :—

নায়কা মায়বা=নায়কুবা ;
য়িরেন পা মায়বা=য়িরেনগুবা,
মিংকুপ মিংকুপতা=মিংকুপ খুদিংদা ;
চুমিং চুমিং=চুমিং খুদিং ;
মুম+মুমদা=মুম খুদিংদা মুমথোঙদা।
তমথিবা য়াংনা=তমথিদানা।

লৈপা মায়বা=লৈগুবা।
অৱাবদগী চাংহেনবা=হায়নবা।
অমগা অমগা=অমমম্
লৈথাকী।

## ২। কোনজিন তুংথাবা।

### Determinative

### ( তৎ পুরুষ )।

মমাংগী য়াৱাগা মতুংগী য়াৱাগা হায়বাদি খুং ওইরোম থংবা য়াৱাগা খুং য়েংলোম থংবদা লৈবা য়াৱাগা লাংপুম ওইবদা মতুং

থংবা হায়বাদি ৱেৎলোম থংবদা মরু ওইরবাদি মহৎবু কোনজিন ফুং-থাবা ( তৎপুরুষ সমাস ) কৌই। মফুংলোম থংবদা থা-বা হেনবা কোনজিন কৌই। খুদম :—

ওই থংবা য়াম্না+ৱেং থংবা য়াম্না মঙ্গা ফুংথাবা য়াম্না

লাই+মচা=লাইমচা।

অসিদ—'মচা' না মরুনি। অসিবু কোনজিন ফুংথাবা কৌই। ( বৈভৈভলোনদি অকোনবদা হায়বদি ৱেৎলোমদা লৈবাবু ফুং কৌই। ) হায়বাদি পা দবা হায়বানি মরু ওইবা হায়বানি।

কোনজিন ফুং থাবা অসি লাইপুংথৌ কোয়ৌ, থাংচিং; চিংথৈ, য়াংপুরেন, পুরিং অদুগা কোনসেনবী ফিভেং মাওংগা কোনজিনবা য়াওই।

১। কোয়ৌগী ফিভেং লৌথোক্নবা কোনজিনবা (তৎপুরুষ সমাস) মাগুদি :— ঊ-বু য়াববা=ঊয়াববা।

ফুরিৎপু ভুবা=ফুরিৎ ভুবা;

শা 'বু' কায়=শাকায়।

থাওবু শাবা=থাওশাবা; কৈবু কাবা=কৈকাবা

২। থাংচিংগী ফিভেং "না" সি লৌথোক্লগা কোনজিনবা —থাংচিং কোনজিন ফুংথাবা (করণ—তৎপুরুষ) —মাদুদি :— থাও্না কবগা মকম—থাও্কম। য়াম 'না' ওমথৈ লৈতবা— য়ামওমথৈ-লৈতবা • খুৎনা য়িবা—খুৎয়ি। থাওনা কবগা—থাও্-কক্। মুংশিনা য়েংবা য়িৎয়োং—মুংশিয়িৎয়োং।

পুকনিং 'না' য়াম্বা—পুক্নিংয়াম্বা।

অমাম 'বা' লৈবা—অমাম্বা লৈবা।

৩। চিংথৈ-গী 'দা' লোথোক্‌না ওইবা কোনজিন ফুং-থাবা। গী খুদম :—

কুদাদা থামবা লীং—কুদা লীং।

লাইদ. কংপা—লাইকংপা।

শায়োইদা থাওবা—* শায়োই থাওবা।

লম্বী-দা তিংনবা শেল—লম্বীচাদিং।

৪। য়াংত্রেনগী 'দগী' 'তগী' লোথোক্লগা ওইবা কোনজিন ফুংথোবা। মাহুদি :— কৈদগী কিবা—কৈকিবা।

কুয়িংতগী কুদাম—কুয়িং কুদাম।

লম্বিদগী মাওনবা—লম্বীমাওনবা, লম্মাংনবা।

নোংতগী তাবা মৈগীসিংজ—নোং 'মৈ' সিংজং।

লাই-নিংবদগী কায়রবা—লাইনিংকায়রবা।

থবাকতগী 'ঈ' পুম—থবাক ঈপুম।

জাং তগী তায়বা—জাত-তায়বা।

৫। পুক্নিংগী 'কী' নত্রগা 'গী' লোথোক্লগা কোনজিনবা লাংপুম :— হৌদোংগী মমিং—হৌদোং মিং।

লাম্নুপ কী লমজিংবা—লাম্নুপচিংবা

ফুংশিগী খুদোন—ফুংশিখুদোম।

---

* "শা-য়োই থাওবা" অসিগী অর্থ ঐথোয়পা লোয়নবা শা-শিংবু পিজবানি। সংস্কৃত লোন্দা "জীবযজ্ঞ" কৌই।

নৈপাক-কী কোইবা=নৈপাক কোইবা।

হুইগী-মরৈ=হুইরৈ।

ইংখোলগী কোইবা=ইংখোল কোইবা।

ঐখোয়গী য়ুম=ঐখোয় য়ুম।

লাইরিক কী সং=লাইরিক সং।

লাইনিংবগী মফম=লাইনিংফম।

লুপাগী থাউ,=লুপা থাউ।

৬। —কোনসেনগী 'তা' 'দা' লোথোক্লগা সু কোনজিরৈ। মাহুদি :— থবক্তা-হৈবা=থবক-হৈবা। নায়ক—তা লৈবা=নায়কলৈবা ; হোনবদা থওবা=হোনবী থওবা॥ থাওদা হৈবা=থাওহৈবা ; চাক্ তা-কাবা=চাকাবা। চীংদা লৈবা মী=চীংমী লমদা লিবা মী=লমলি। মায়াংদা চৎপা=মায়াং চৎপা।

## ৩। তাইবিলাক কোনজিন

( দ্বন্দ্ব সমাস )

### Copulative Compound.

তাইনরিবা কোনশিনবা মায়া অনিমক মরু ওইবা তাকনি। তাইবিলাক হায়বাদি তাইনবা, মগী অনি লাকশিনবনি। 'অমুগা' নত্রগা 'অমদি' য়ায়াশিংসি শিজিরৈ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| চাক | অমুগা | য়েনশাং | = চাকয়েন্শাং। |
| ইচে | অমদি | ইচন | = ইচে ইচন। |
| অয়াবা | অমুগা | মুওাইবা | = অয়া-মুওাই। |
| ইমা | অমুগা | ইপা | = ইমা ইপা। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| মপা | অচুগা | মচা | = মপা-মচা। |
| নিপা | অচুগা | নুপী | = নিপা নুপী। |
| অনৌব | অচুগা | অম্রাং | = অনৌব অম্রাং। |
| খোঙ | অমদি | খুৎ | = খোঙ্-খুৎ। |
| অয়াল | অচুগা | অহৈ | = অয়াল অহৈ। |

তাইনারিবা য়ারা অনিমক মরু ওইবা থাবা মায়বানি।

## কোনজিন থোপুবা

### ( কম ধারয় সমাস )

কোনজিন থোপুবদা পান্দম তৌনবদা পা—নবা ( পাঃ-নবা ) অচুগা পা—নরিবা অনিমকী কোজিন্নবনি। মাহূদি :— থুরা থম্বাল অসিদা 'থুরা' না পা নৰনি, থম্বালনা পা-নরিবনি।

অনিসিগী কোনসিন্নবা ( সমাস ) থুরা-থম্বাল, মাইথোং থম্বাল, থাজামাইথোং।

থুরা-থম্বাল = থম্বালগা মান্নবা থুরা।

মাইথোং থম্বাল = থম্বালমুক কজবা মাইথোং।

থাজ মাইথোং = থাজঙবা মাইথোং।

অহানবদা পান্নরিবা :—

থম্বাল মান্নবা থুরা = থুরা থম্বাল।

থম্বোহেরা মানবা পাম্বোম = পাম্বোম থম্বোহেরা।

থাগা মান্নবা মমায় = মমায় থাজ।

থম্বালগা মান্নবা মখোঙ = খোঙ্ থম্বাল।

নোংসাগা মান্নবা নিপা = নিপা নোংসা।

মৈগা মায়বা মোংসা = মোংসা মৈ।

অহানবনা পাঃ—নবা মায়া : –

খা গা মায়বা মাইখোং = খা মাইখোং।

খয়ালগা মায়বা মিংতা = খয়াল মিংতা।

শক্তিগী মিং মায়বা মিংতা = শাক্ত-মিংতা।

মৈগা মায়না খোংপা = মৈমুক খোংপা।

## সন্ধি কোজিন থোপুম।

### ( রূপক কর্মধারয় )

মহৈ-শুগা ( মসক কুপা ) লন = মহৈলন।

অয়াবাগী মসক কুপা মাইখোং = অয়া মাইখোং।

আয়াবগী „ কুপা মৈ = অয়া-মৈ।

মিংচংকী „ „ কিয়াল = মিংচং কিয়াল।

কোজিন অথোনবা।

মথক্তা হায়খ্রিবা কোনজিনশিংসি মশীং

খন্নবগা কোনাশিন্নবদি কোনজিন অথোনবা ( দ্বিগু ) শীংতেন-লৈ-অনি অহুম লোয়া শাংপাবু অথোনবা কৌই। মৈবু অথোনবা কৌবগুমনি। মাহুদি :—

শুরু তরেংনা জিনবা = শুরুতরেং।

কুম চাম্মনা জিনবা = কুমচা।

চহী চাম্মনা জিনবা = চহীচা।

থয়ানমিচাক তরেংনা জিনবা = চয়োন তরেং

মশীং খন্নয়বসু—তিয়মুনা অমতা ওইয়বদি অথোনবা ওইদে।

অহাবা কোনজিন।

মাসিদা মরক্তী রা— মূপ্রগা কোজিনবানি কিপী মরক্ত লং— মাওপ্রগা অহাবা কি কোনওবনি।

ভিক্ষাদগী কংবা চেঙ = ভিক্ষা-চেঙ। (কংবসি মূপত্রে)

ইনা কুপ্পা যুম = ইযুম (কুপ্পা মূপত্রে)।

সনা না শাবা খুজি = সানা খুজি (সাবা মূপত্রে।

## নাইস্থু নাইবা কোজিন্।

(নঞ তৎপুরুষ)

সমাস।

নত্তবা, লৈতবা অসিনাচিংবাগা কোনশিন্নবাবু নাইস্থু-নাইবা কোজিন কৌই। পুরুনিংদা চিংনবা মুত্তাইতবা লৈবাবু নাইস্থুগনা কৌবৈ।

মাহৌদ :— চাবা + নাইদবা = চাদবা।
থুপ + নাইদবা = থুবদবা।
লাপ্পা + লৈতবা = লাপতবা
কপ্পা + নত্তবা = কত্তবা
চুবা + নত্তবা = চুবদবা অসিনাচিংবা

মথক্তী অসিদা নত্তনা লৈতবা অসি নাইস্থুনি।

## ৪। কোজিন ফুথোকপা।

(বহু ব্রীহি)

সমাস

কোনজিন অসিদা কোন্নরিবা মায়াশিংগী অর্থদি তোপ্পা তোপ্পা থত্রহনা অতোপ্পা অর্থ অমা ফুথোকই হায়রবদি কোংতোকই।

মাছুদি :—

নোংমবু পোকহনবা নিংথৌ=নোংপোকনিংথৌ ( মহাদেব )

কোয়ৌবু হনবা মহাক=কোয়ৌহনবা ( মুবিং )

খোঙজোম ওইনাচংশীমুপী=খোঙজোমমুপী (থয়ান মিচাক তকক)

মচ্চা পোক্তবী মহাক=চাপোক্তবী ( অথুংবী )

কোক লোঙ্ খোকপা মহাক=কোকিলোঙবা

( মকোক মচি পানবা )

মচীন খীবা মী মহাক=চীনখীবা (রা-য়াম্না তাংবা । মানবা তাংবা)

খুং তরেং লৈবা মথোয়=খুংতরেং ( মীচং তরেং লৈবা )

মপাবু খঙবা মহাক=পাখঙবা ( লাই নত্রগা অভাং )

থয়াল মানবা মাইখোং লৈবী=থয়াল মানবী ( মুপী ) ।

চিংনবাবু উবিয়িবা মাহাক=চিংউ ( লাই )

শিবা লৈতবা মাহাক=সিদবা ( ঈশ্বর )

কোজিনবু ছুখোকপা মহাক=কোজিন ছুখোকপা ( মুবিং )

নপপু খবক খবক য়ানবা মহাক=নপলাকপা

( -কয়ালূ হেন্দগা মী )

পোইরৈদা কোয়া তোয়া লাকপা=পোইরৈতোন ( তোংকাংবু নত্রগ' নৌনা ধর্ম্ম লোবামী )

চীংবু মপু ওইনা লোয়নবা=চীংপুয়োই ( চীংমী )

ভমবু মপু ওইনা লোয়নবা=ভমপুয়োই ( মৈতৈ )

থংবু—মকোন ওইবা মহাক=থংকোন ( মুংশিং )

নৈপাক্কী মশা লেন ওইবী=নৈমরেন ( থিংখৌভুগী অথোইবী )
যাবু লোইবা মপু মহাক=মপুরোই ( ভুগী মৌবা )

## মাক্কেন।

১। কোনজিনবা কদায়বু কৌবগে? মথল কয়ানো?

২। কোনজিন ভুথোকপাবু সংস্কৃত লোন্দা করি কৌবগে? —অহুগা করবা মওংগী কোনজিনবু কোনজিন ভুথোকপা কৌবগে?

৩। কোনজিন ভুং-থাবা ( ভুং-থ্রাবা ) কদায়বু কৌবগে? —মাতংগী য়ারাগা ভুংগী য়ারাগা করম্বনা মরূ ওইবগে? মসিবু সংস্কৃতা করি কৌবগে?

৪। কোনজিন থাওনবা কদায়বু কৌবগে?

৫। কোনজিন ভুংথাবাবু তৎপুরুষ সমাস কৌরিবা করিগীনো?

৬। মাইকু মাইবা কোনজিনগী খুদম খরদং পিউ।

৭। কোনজিন ভাইবিদাক কদায়বু কৌবগে? খুদম খরদং পিউ।

৮। অহাবা কোজিনগী খুদম অনিদং পিউ।

৯। কোনাজিন ভুথোকপা কদায়বু কৌবগে?

# ১২শুবা মতাং।

## উন ওইবা।

### ( উপসর্গ )

### Profixes.

অসিবানা হন্না হন্না সেম্বদা হায়াপানা থুগাইরে, থুগাইবাশুনা 'উন' ওইরে। উনগী থওনবা অমনা উনশা নত্রগা মকু হায়বাতু

য়াই। উইদগী মমাংদা মতোং পোক্তিত্তৈনা উয়া ( মকুনা ) য়োমই। মীসু অহু মতাই। মতৌ অহুত্তয়া য়ায়া কয়ামুকী মমাংদা ময়েক কয়ামুক হাপনৈ, মপোয়হুবু উন-ওইবা ( উপসর্গ ) কৌই। মথাগী উন-ওইবাশিংসি য়ায়াগী মমাংদা হাপ্লগা অর্থ ওনবা য়েংবিউ :—

১। 'অ' কাইগী মমাংদ হাপ্লগা অপানবা ওই। মাহুদি :—

অ+ইবা=অইবা। অ+কংবা=অকংবা। অ+কাবা= অকাবা, : অ+চাবা=অচাবা। অ+ভূবা=অভূবা, ; অ+ পৎপা=অপৎপা।

২। 'ই' না অপানবগী মমাংদা উন ওইয়বদি ঐগী হায়বানি খত্তনৈ। মাহুদি :—

ই+পা=ইপা ( ঐগী পাবা ); ই+মা=ইমা ( ঐগী ইমা। ই+য়ুম=ইয়ুম ( ঐগী য়ুম ) ই+লম=ইলম ( ইরম ) ( ঐগী লম )।

৩। 'ই' দা ভিনগদৌরিবা য়ায়াগী অকানবা পোয়োক ভিন্নগা ভত্তনা, য়ায়া অসিনচিংবা কোংতোকই।

ইকক্+ককপা=ইকক্ ককপা ( য়ায়া ককপা )। ইচা+ চাবা=ইচা চাবা ( য়ায়া চাবা )। ইথৎ+থৎপা=ইথৎ থৎপা ( য়ায়া থৎপা )। ইচৎ+চৎপা=ইচৎ চৎপা ( ত্তত্তনা চৎপা )। ইলৈ+লৈত্তবা=ইলৈ লৈত্তবা, ইরৈ লৈত্তবা ( য়ায়া লৈত্তবা )।

৪। 'পত্ত্' উন-ওইবনা ভিনগদৌরিবা অকোনবগী য়ায়াগী অহানবা পোয়োকী ময়েক হাপ্লগা মপোত্ত্ মমম খত্তদবা, চাং নাইদবা অর্থদা সিজিয়ে।

পঙ.উ+উবা=পঙউ উবা ( চাংনাইদনা উবা ); পঙচা+চাবা =পঙচা চাবা ( চাং নাইদানা চাবা ); পঙতিন+তিনবা=পঙতিন তিন্‌বা ( চাং নাইদানা তিনবা )

৫। পুম, পূম নত্রগা পূংনঃ ঊন ওইবা, মাগা তিম্নগদবা য়াৱাশী অহানবা খোংহোক্লা তিম্নগা পূম্নমক্কী অর্থ কোংতোকই। মাহৃদি :— পুমই+ইবা=পুমই ইবা ( পূম্নমক ইবা ); পূংই+ইবা=পূংই ইবা ( পূম্নমক ইবা ); পূমকং+কংবা=পূমকং কংবা ( পূম্নমক কংবা ); পূমচৎ+চৎপা=পুমচৎ চৎপা ( পূম্নমক চৎপা )।

৬। (ক) য়াৱাশী মমাংদা 'ম' ঊন-ওইবাসি হাপ্লগা মতৌ থঙনৈ। মাহৃদি :—

ম+কাবা=মকাবা; ম+চাবা=মচাবা; ম+তূবা=মতূবা; ম+চৈবা=মচৈবা; ম+ফূবা=মফূবা।

(খ) য়াৱা করাম্বুক্তি 'ম' হাপ্লগা মাহাক্কী অর্থ থঙনৈ :— মাহৃদি :— ম+মম্বা=মম্বা ( মাগী মম্বা ); ম+চা=মচা ( মাগী মচা ); ম+যুম=মযুম।

## ১৩শুবা মতাং।

### পাকন ( প্রত্যয় )

### Suffixes.

অসিবানা ভাইবং সেম্নবদা লৈপাক পুনবা মকুগা থেংকু ( -তিম্নবা য়াৱা ) গা তাম্নগা পাকন ( প্রত্যয় ) খেনদে। ঊন-ওইবানা য়াৱাশী মাঙদা হাপই, পাকনা মরক্ত মতুংদা হাপই।

পাকন মথল অনিনি— (১) অপানবগী মতুং ইন্না (পকপা শাবা) পাকন (২) কাইগী মন্না (ধাতু) পকপা পাকন।

১। অপানবাগী মতুং ইনবা অসি মথল ৪নি। (ক) পাকন ওইবী; (খ) পাকন তোক্কনেন (তদ্ধিত প্রত্যয়); (গ) পাকন লাইস্নরা (বিভক্তি প্রত্যয়); (ঘ) মিংনাইবা পাকন (নাম ধাতু);

## (ক) পাকন-ওইবী

### (স্ত্রীপ্রত্যয়)

'পাকন' অহনা তোংলগা লুপী থংনয়বদি নুপা পাকন (স্ত্রীপ্রত্যয়) কৌই। মহোশানা নিপ' থওনবদা ঈ, চনু, নুপা, নিংথোল, লুপী, নী, হাপ্লগা নুপা পাকন নত্রগা পাকনবী সেমগৈ

খুদমদি :— ঈ-হাপ্লগা :— নিপা+ঈ=নিপী, অসিগুম্না য়োং-মানবা—য়োংমানবী; অতাকপ—অতাকপী। ককবা—ককবী। তোল্লবা—তোল্লবী। নিংথিবা—নিংথিবী।

চনু হাপ্লগা :— মৈতৈ—মৈতৈচনু। হাওবম—হাওবমচনু। নোংথোনবম—নোংথোনবমচনু। বাঙালী—বাঙালীচনু।

নুপা :— মৈতৈ—মৈতৈনুপা; নেপালী—নেপালীনুপা।

নিংথোল :— য়েংখোম—য়েংখোম নিংথোল; হাওবম—হাওবম নিংথোল।

লুপী—তেলী—তেলী লুপী। মরাং—মরাং লুপী; ইও—ইওলুপী

'নী' হাপ্লগা মীয়োনগী নুপা পাকন ওইবৈ। বাবু—বাবুনী; তেলী—তেলীনী।

ꯈꯨꯗꯝꯗꯤ :— ꯔꯥꯖꯥ—ꯔꯥꯅꯤ ꯊꯥꯀꯨꯔ—ꯊꯧꯔꯥꯅꯤ।

ꯃꯁꯤꯗꯥ ꯑꯁꯤ ꯂꯦꯡꯁꯥ ꯈꯪꯂꯦ ꯏ, ꯆꯨ, ꯃꯨꯗꯥ, ꯅꯤꯡꯇꯝ, ꯃꯨꯅꯤ ꯑꯃꯁꯨ ꯅꯤ ꯍꯥꯌꯕꯥ ꯄꯥꯀꯝ-ꯃꯨꯗꯥ ( ꯄꯥꯀꯅꯕꯤ ) ꯁꯦꯝꯃꯤ।

## (খ) পাকন তোক্লেন।

### ( তদ্ধিত প্রত্যয় )

### Secondary Suffix.

করিগুম্বা অমসী মতোকলেন লৈবাদি মকোতথা নত্রগা মথাদা হাপকৎপনি। মতো অহুমরা পাকন অসিদা তোকলেন অমুক হায়বু অনিগুবা পাকন ( Secondary Suffix ) কৌই। হায়া পাকন সেম্বগা অমুকম্ব তোপশিনবনি।

পাকন তোক্লেন ( তদ্ধিত প্রত্যয় ) অসি অপামবা ( Noun ) অমসুং পুরৈলোম্বা ( Pronoun ) খাগুনবা না তোংনবা পাকননি। 'তোকলেন' হায়বসি পাকনগী মতোক অথোইবনি। পাকন্দা হাপচিনবানি হায়বসি কাউরোইদবানি। মতোক গুইমম্বিনা ব্রাতাদি :—

১। বা, পা—মুমাক খঙনবদা বা নত্রগা পা হাপই,—'ম্' না লোইবা য়ারাদা 'ম' সি চৎথোকপগা 'ই' লাকই অমসুং 'বা' পা তিরৈ।

থৈত্তে শাগৈ অহানবা তাবাদি য়েংথোমনি। য়েংথোম + বা = য়েংথোইবা।

পথাপসি অতৈদা চৎনবে —মাদুদি :— রাইথোম + বা রাইথ্বা। লোংজম + বা = লোংজাম্বা ; লৌপাইজম + বা = লৌপাইজাম্বা।

২। 'ম্' 'অ' না তোকপেন ওইবদা মথাংগী মাওই। চনম্ম+আ=চনম্বা। খোংবানতাবম+আ=খোংবানতাবা। নোংখোম্ম+আ=নোংখোম্বা। মেপ্রম+আ=মেপ্রা। তোংব্রম+আ=তোংব্রা। চোংথাম+আ=চোংথা। ওইনাম+আ=ওইনা।

৩। করিগুম্বা অপাববা (Noun) অমদগী তাড্রোইনাই (Abstract Noun) সেমগে হায়রবদি "ওইবা, "মতৌ" য়াবা অনিসি হাপ্পনা সেমই। মতুদি :—

মী+ওইবা+মতৌ=মীওইবামতৌ; লাই+ওইবা+মতৌ=লাইওইবা মতৌ।

৪। মপু ওইবা থওননবদা রোইবা মত্রগা লোইবা হাপনৈ। যণ—লোইবা=যণলোইবা, হি+লোইবা=হিলোইবা, হিরোইবা।

৫। মতৌমানবা থওনবদা কুম্বা নত্রগা গুম্বা হাপনৈ। ক্, ত্ না লোইবা য়ারাদা কুম্বা, অতৈদনা 'গুম্বা' হাপনৈ।

চাউবা+গুম্বা=চাউবাগুম্বা। মা+গুম্বা=মাগুম্বা। চাক্+কুম্বা=চাকুম্বা। ওক্+কুম্বা=ওকুম্বা।

৬। লোংথক নত্রগা মরৈ (মহুই) অমা থওবাগী পাকন তোকপেম্দি "হৈবা" য়াবাসি হাপনৈ। মাতুদি :—

থাও+হৈবা=থাওহৈবা। লাইরিক+হৈবা=লাইরিকহৈবা। তেল+হৈবা=তেলহৈবা।

৭। পাকন তোকপেম্দা 'বা' হাপ্পগা হায়নী অহু হোংদবনু য়াওই :—

কক+বা=ককবা। অশং+বা=অশংবা; নিংথি+বা= নিংথিবা।

৮। 'হনবা' না তোকলেন ওইবা য়াৱা কয়ামুকন্তু লৈ য়াওদি :— হাও+হনবা=হাওহনবা। নিংথি+হনবা= নিংথিহনবা।

৯। মশিং থঙনবা য়াৱাদা 'ণ্ডবা' তোকলেন হাণ্ডনা অমত্তা ওইবা থংলৈ। অনি+ণ্ডবা=অনিণ্ডবা; অহুম+ণ্ডবা =অহুমণ্ডবা। অদুবু মশিং অমা থংনবদদি 'ণ্ডবগী' মহুত্তা 'অহানবা' হায়লৈ।

১০। রেন, লেন, লেল, না তোকলেন ওইবা য়াৱা কয়া মুকন্তু লৈ। ক ত্, প্ ম্ না লোইবা য়াৱাদি—রেন, রেনগী মহুত্তা লেন নত্ৰগা লেল ওই :—

নিংথৌ+রেন=নিংথৌরেন। চাক+লেন=চাকলেন। লাই+রেন=লাইরেন। কাও+রেন=কাওরেন। তাং+লেন =তাংলেন। হাম+লেন=হামলেন (মুংশিং)। হুম+লেন= হুমলেন (মুংশিং)। তেক+লেন=তেকলেন।

১১। 'পোকপী' হায়বা তোকলেনসি হাণ্ডনা মকম থঙনবা য়াৱা কয়ামুক সেমই য়াওদি :— রা+পোকপী=রাপোকপী (মকম ১গী মমিং) থয়া+পোকপী=থয়াপোকপী (মকম ১গী মমিং) কুয়াও+পোকপী=কুয়াওপোকপী (মকম ১গী মমিং)। উাব+পোকপী=উয়িপোকপী, উয়িপোক।

১২। 'অহম' অহল য়াৱানা পাকন তোকলেন ওইরবদি মথাগী য়াৱাগী 'অ' 'আ' মাওথি।

তাদা+অহেন=তাদহেন, তাথন। ইমা+অহেন=ইমাহেন, ইমাহেন। ইবাই+অহেন=ইবাই-হেন। ইবো+অহেন=ইবোহেন। তাদা+অহেন=তাদহেন।

১৩। হৈবা খণ্ডনবদা পাকন তোকপেন 'তোন' হাপনৈ। •ড়া+তোন=খুড়াতোন। তাদা+তোন=তাতোন (দা) মাওখি। মামা+তোন=মামতোন। ইচে+তোন=ইচেতোন। ইবাই+তোন=ইবাইতোন।

১৪। রপ্-লপনা পাকন তোকপেন ওইদুনা হাইরেং ওইবা খণ্ডনৈ। মাহুদি :— মু+রপ্=মুরপ; চাউ+রপ=চাউরপ; রাং+লপ=রাংলপ; ভুম্+লপ=ভুমলপ।

১৫। তক্, লপ, রপ হাপ্রুনদু হাইরেং ওইবা খণ্ডনৈ চাউ+রপ=চাউরপ (হাইরেং চাউবা); শাং+তক=শাংতক (হাইরেং শাংবা)।

১৬। 'দা' 'তা' পাকন তোকপেন হাপ্পগা মওং মতৌ খণ্ডনৈ। মাহুদি :— খোঙ+দা=খোঙদা (খোঙগী মতা)। খুং+তা=খুংতা (খুংকী মতৌ)। রা+তা=রাতা (রাগী মতৌ)। পুক+তা=পুক্তা (পুকী মতৌ)।

খণ্ডদবা—আ, ক্, ত্ না লোয়বদা 'দ' গী মহুতা 'তা' ওইনৈ।

১৭। 'নৈবা' হাপ্লুবা মপু ওইবা খণ্ডনৈ। লন+নৈবা=লনৈবা। যণ+নৈবা=যণনৈবা। মপু+নৈবা মপুনৈবা। লেন+নৈবা=লেনৈবা।

১৮। রক, লক না তোকলেন ওইবা পাকন কয়াদি মমীং হনখিনবা থওনৈ। চাম্না+রক=চাম্নরক। তারা+রক=তারারক। অহুম+লক=অহুমলক। তরেৎ+লক=তরেৎলক। মাপল+লক=মাপল্লক।

থওগদবা :— র্, ত্, ল্ না লোইবদা 'রক' নত্রগা 'লক' ওই।

১৯। যক :— পুরপকী অর্থদা 'যক' সি তোকলেন ওই। মংঙা+যক=মংঙাযক। তরুক+যক=তরুকযক।

২০। হাক :— কনখিনবা থওনবদা ঐ নং মা অসিদা 'হাক' লাপই 'নং' দা ং সি মাওথি। ঐ+হাক=ঐহাক; নং+হাক=নহাক; মা+হাক=মাহাক।

২১। য়োম লোম :— চাউরাকপা থওনবদা য়োম মতুপা লোমনা তোকলেন ওইনৈ। মংঙা+য়োম=মংঙায়োম। তারা+য়োম=তারায়োম। নিপাল+লোম=নিপাল্লোম।

থওগদবা :— ক্ ল্ না লোইবা মমীংদি 'য়োম' হাপ্লগা নত্রগা 'লোম' হাপকনি।

## (খ) লাইহুয়াবী পাকন।
### ( বিভক্তি প্রত্যয় )

| লাইহুয়াশিং :— | ফিরেৎ | খুদম |
|---|---|---|
| ১ বী লাইহুয়া | না | পাখংখনা। |
| ২ তবী ,, | বু পু | পোইরৈতোমবু। |
| ৩ বী ,, | না | তোলাইনা। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪ বী | ,, | দমক | লাইস্নাগী দমক |
| ৫ বী | ,, | ভগী দগী | ঙৈরিন মপান্দগী |
| ৬ ভবী | ,, | কী, গী | মাগী, (পাথংবগী ) |
| ৭ ভবী | ,, | দা তা | কোচুংদা কৌথি। |

(খ) মিংকোল পাকন।

( নাম ধাতু প্রত্যয় )

মিংকোল পাকন :—"থোক্নবা" 'হনবা' 'সানবা' অমসুং শাংবা হাণ্ডুনা সেমই। খুদম :— খুং+থোক্নবা খুংথোক্নবা; মা-থোক্নবা=মাথোক্নবা; পাম্বা+হনবা=পামহনবা, মাথা+হনবা =মাহনবা, খোঙ+সানবা=খোঙসানবা, খুং+শাংবা=খুংশাংবা।

## কাইগী কোনচাক।

নম্নগা কাই মন্নদগী সেম্বা পাকন।

কাইগী কোনচাক নম্নগা মখোঙ, মন্নদগী সেম্বা পাকন অসি অনি থোকনৈ।

১। কাই পাকন। ( ক্রিয়া প্রত্যয় ) ২। শিংদো পাকন। ( কৃৎ প্রত্যয় )।

১। কাই পাকন। ( ক্রিয়া প্রত্যয় ) কাই পাকন হায়বাদি— কাইগী মসক ওনবচুনি।

| কাইগী কোনচাক। ( ধাতু ) | পাকন হাপ্নবা খুদম :— |
|---|---|
| ই | ইখি, ইগনি ইরোই, ইগে। |
| চং | চংকনি, চংলোই, চংকে, চংনিংই। |
| চা | চাগনি, চারোই, চায়, চাই, চাও। |

মথক্কী অসিদদু মথনা মাই ( verb ) গী মমক ওনবদু মাই পাকল ( ক্রিয়া প্রত্যয় ) কৌই।

২। শিংলী পাকল।

( কৃৎ প্রত্যয় )

শিংলী পাকলদি মাইগী মরু মত্রগা কোনচাক্তা তিনশিন্নগা অপানবা ( Noun ) সেম্বু কৌই। মসিস্থু মথল কয়ামুক লৈ, হকচাংদা শিংলী পাকল লৈবওবনি।

মরু থতনবা শিংলী পাকল :—পাকলসি হাপ্পগা মরু ওইবা· থবক্তী শিংলী পাকল থতনৈ, মাইদগী সেম্বনি।

| কোনচাক | পাকল | খুদম | কোনচাক | পাকল | খুদম |
|---|---|---|---|---|---|
| চাবা | হু | চাবহু | ( চাবামী )। | | |
| খারবা | হু | খারবহু | মাংবা | হু | মাংবহু |
| শকপা | হু | শকপহু | তুবা | হু | তুমবহু |
| মোনবা | হু | মোনবহু | তুবা | হু | তুবাহু |
| কাউবা | হু | কাউবহু | তৌবা | হু | তৌবহু |
| ইবা | হু | ইবাহু | হায়বা | হু | হায়বহু |
| থকপা | হু | থকপহু | কবা | হু | কবাহু |
| কিবা | হু | কিবহু | লৈবা | হু | লৈবহু |
| নোকপা | হু | নোকপহু | হুবা | হু | হুবাহু |

মাহৈ সেম্বা :— কাউবাহুনা পোং অমতা পুরকপা ওথিদে। চাবহুনা মুংশিং কাহল্লমই।

(খ) কোয়ৌগী থবক তৌবা পাকন :—

| কাই কোনচাক (মক্ত ওইবা) | শিংলী পাকন | খুদম |
| --- | --- | --- |
| কাই | মরক্তা হাপ্পা | |
| কহ্পা | র | কপ্পরবা। |
| চাবা | র | চা রবা |
| চুমবা | র | চুম-রবা। |
| কমবা | ন | কম-রবা। |
| থকপা | র | থক রবা |
| চাবা | গদবা | চাগদবা |

(গ) থাংচিংগী শিংলী পাকন 'না' লাক্লগা মমাঙ্গী কাইগী 'বা' গী 'আকাপ্পবা' লুপথি।

| কাইকোনচাক | শিংলী পাকন | লুপথিবা। খুদম |
| --- | --- | --- |
| খুবা | না | খুবনা |
| চুবা | না | চুবনা। |
| তবা | না | তবনা। |
| চাবা | না | চাখিবানা। চাবনা |
| পাবা | খিবনা | পাখিবনা। |

(ঘ) খ্রবা—হায়বগা হুক্ক, কোয়ৌ অহ্গা কাইগী রাঙাংলা শিজিন্নৈ। চাবা+খ্রবা=চাখ্রবা। চুবা+খ্রবা=চুমখ্রবা।

পীথোকপা+থ্রবা=পীথোকথ্রবা। চাথোকপা+থ্রবা=চাথো-কথ্রবা।

(ঙ) হনা, ছুনা দনা তনা হাপ্ছুনা শিংলী পাকন মেখা অহানবা থবক তৌরগা অমুম তৌথবদা হনা, তনা নচিংবা সিজিন্নৈ:— চাথ+হনা চাহনা, হাপপা+ছুনা=হাপ্ছুনা, ককপা+ছুনা=কক্ছুনা। হায়বা+দনা=হায়দনা। লাকপা+তনা=লাকতনা। খুদম:— মামা চাক চাহনা লাইরিক তম্বা চংলমই।

(চ) য়গা, লগা হাপ্ছুনা লেখা পাকন। থবক অমা লোইরগা অমা তৌনবা থওনবদ সিজিন্নৈ। চাবা+য়গা চারগা। ছুবা+লগা ছুম্লগা। কবা+লগা কম্লগা। অসিগুম্বা কাইবু মাওংচিংবা নম্বগা মাওথাবা কাইস্রু কৌনৈ।

## শাক্সেন

১। মথাগী য়াবা অসিদা কাইগী মরু অহুগা পাকন তোঙানা উৎলু। ককবী, চাবাওবা, চারবা, তাগিবা, চাগদবা, কজদবা।

২। মথাগী পাকনশিং হাপ্ছুনা য়াবা শেমউ।

য়া, দৈ, অ, নী, হাক।

৩। তৌনবা পাকনগা করি খেন্নগে?

৪। তাইবিদাক কোনদিনবা কদায়বু কৌবগে? খুদম অমিদং পিউ।

৫। কোনজিন ছুথোকপা কদায়বু কৌবগে? খুদম থম উৎলগা তাকউ।

# ১৪শুবা মতাং।

## * খুদম।

## ( চিহ্ন )

মীনা য়া-তাংবা, ইবা, তাবা, অহুগা পাবা মুতাইনবা মরক-মরক্তা লেপটৈ। ইবা মতমদা লেপ্লাহ্‌ খওনবা খুদম কয়ামুক লিজিনৈ। মাদুদি মথাগীসিনি :—

১। অমুচি—

২। থম্ লেপ্পা ( Comma ),

৩। অংথাই লেপ্পা ( Semicolon );

৪। লৈটৈব ( Full stop ) —. । . ।

৫। অঙকপা খুদম ( Sign of exclamation !

৬। য়াহং খুদম ( Sign of interrogation ) — ?

৭। সম্নবা য়াথা ( Hyphen ) -

৮। তাক্নবা খুদম ( Dash or colon dash ) :—

৯। পাউতম্ খুদম ( Inverted Commas ) " ,,

১০। লৈথন মরুগা পন্নাম্নবী ( ) { } [ ]

১১। য়া-সমতপা খুদম ...............

১২। অরাংপা হাপ্পা খুদম ✓

* খুদম খাদি মতমগী মতুং ইন্না মখোং হেনজ্রবদি, হায়দি মখুক য়ায়া লৈরমদে। হায়দগী হেনবা ওমহনবাবু চাওখৎপা ( উন্নতি ) কৌই। চাউখৎপা Civilisation হায়বাদি হায়গী কিথমদা লৈবা মথে।

১৩। মথঙীলে ( Ditto ) ,, ,,

১৪। থরাম্মিচাক খুদম — * † ‡

১৫। রাংহনবা খুদম ... ... ... ... ...

১। অন্নচি ( ৲ )—খুদমসি নৈতৈ লাইরিক্তী ইবা হৌবগী অহানবদা থমনৈ। থরাই পানবগী য়োন্ সি, মরোননি কথী অচুম্বনি। ইংরেজীদা Sperm কৌই। ( মাইক্রো-স্কোপ্তা য়েংলগা মমকসি মাপ্পি )

২। থম্ন লেপ্পা ( , ) কোমা — খুদমসি চাইহাক শোয় হোল্লোকখম ওইবা, নত্রগা পোৎ অমগী মমিংগা অতোপ্পা অমগী মমিংগা তোঙানা খওহনবদা হাপনৈ। মাহুদি :— পাখংবা, সনামহী অনিমক গুরু শিদবগী মপান্নিনি। বাহৈ মতেক অমগা অমগা তাইনবদসু সিজিন্নৈ :— "ঐ অমুক চৎকনি, নংহয়েং চম্না লাকউ।" কৌবা তাকপদসু—'ইবুঙো, চাইহাকং লেপখো।

৩। ভংথাই লেপ্পা ( সেমিকোলন ) ( ; ) — খুদমসি থম্ন চুইনা লেপ্পদা নত্তমা, ৱাহৈ অমগা অতোপ্পা বাহৈ ( Sentence ) অমগা মন্নী নৈনদবদা হাপনৈ। মাহুদি :— নোংথাং চুপলে ; লেপ্পা নোং থোংলগনি। অহিংদো চন্না মন্নবই ? রাকন পহোংদা পেতংতানা তেংথাখি।

৪। চৈথৈ ( ।, ॥ ) অম্নিবা নৈতৈ লাইরিক্ত ( । ) কোমাগুম সিজিন্নৈ, অদুগ ( ॥ ) চৈথৈ ( full stop ) ওইনা সিজিন্নৈ। মাহুদি :— পুন্না লাইরিক্তা ইবা :— হয়াহে। ইপুথৌ। লাইম্নিংথৌ। খৌজাল-মরণ চুখিউ॥ হৌজিক মতমদদি ( । )

—চৈথৈলি রাহৈ থৈবদা সিজিয়ৈ। মাছুদি :— লমচং কজবগা মায়বা লন অমা লৈলে।

৫। অওকগা খুদম ( ! )—খুদমসি ওকগা, রাবা, হরাওবা অহুগা কৌবা থওনবদা সিজিয়ৈ। মাছুদি :— রাবা :— ওথোক-পনি! মাওলেদনা! ওকগা—লিল্! লিল্! হত্তোকই চিরগনি। কৌবা—হো অমুদোন! নোংয়াই থবা!

৬। রাহং খুদব ( ? )—খুদবসি হংবা থওনবদা হাপনৈ। মাছুদি :— 'ইবুহো, চাক চারবয় ? নমিং করি কৌই ?

৭। চৈথল নত্রগা পল্লাপবী :— মথল অহমনি অহানবা ( ) অনিওবা { } অহমওবা [ ] (ক) অহানবা ( ) অসি থংনবা রারাগী অর্থ তাকপওবদা সিজিয়ৈ।

মাছুদি :— অপকমা ( চুমিং-খা পল্লাম্মিচাক ) গী মখুং ( শাটৈগ ) মথৈ অসিবানা ( অভিয়ানা ) লেমলে অসিদা চৈথল অহানবগী মচুংদা লৈরিবা রারাসি মাগা থংনবা মমাওগী রাবু লেংমা চাকপনি।

অহুগা { } [ অনিওবা অহমওবা চৈথলশিংদি অহ তোবদা জিয়ৈ,। অহুগা অনিওবা পোং অমগা ময়াবগা মায়বদা ময়ানগী ংদা কোংশিন্দুনা থমনৈ। মাছুদি :— অভিয়া ( নোংদোন, ) ংথক ]।

৮। ময়বা রারা (—) অসিদি রারা অমগী মরুক থম ইয়গা থম ইবা তায়বদা সিজিয়ৈ।

ছুদি :— মাহাক্ষা লাই কদিবী অমা লায়মই। অসিদা

‘লাই’ গা ‘কদিবী’ গা অনিগী মরক্ত লৈছনা য়ার। অনিসি অমত্তনি তাকই।

৯। তাকপা খুদম ( :— ) কোলনড্যাস। খুদম তাকপদা সিজিন্নৈ।

১০। পাউতম খুদম “ ” inverted Commas—খুদমসি মী অমনা হায়খাড়ু মাহুমক মাম্না তম্বদা সিজিন্নৈ। মাহুদি :— মহাত্মা গান্ধিনা হায়খি “ মী পুম্নমক না লাইরিক তম্বগা খি, এ নত্রগা এম, এ পাশ তৌবা ভবদে অহুমকপু তম্নরি, মতৌ অহুওম্না কংবা য়ায়বা অহিংসা কংনবা তমগদনি।”

১১। সমজিনবা খুদম … … খুদম অসি য়াহৈগী মরক্ত সমজিনবা থওনৈ। মাহুদি :— “মাহাক………চারে……… লাকনি।”

১২। চিংথবা খুদম ‘√’ :— খুদমসি চিংথবা মেয়নবা খুদমনি :— মাহুদি :— “ঐ লুপা √ কংলে।” মৈতৈশিং মহোশা √ পামজে। তম্না অহুগা লুবা চিংথরে থওনবা খুদম পীরি।

১৩। মথক্কীহু ( Ditto ) ,, ,, খুদমসি মথক্তা ইখিবাগা মান্নৈ হায়বানি। মাহুদি :— লুপা ১০ না চিনি থম্ন লৈরে।
লুপা ৫ ,, ,, ,, ,,।

১৪। থম্নাদ্মিচাক * * ‡ † অসিনচিংবা পৌম্নানমিচাক খুদমশিংসি, মথাদা ময়োল লোম্নি তাকপনি।

১৫। ( , ) ৱাৎহনবা খুদম :— শমজিনবা ৱাৎহনবদা সিজিনৈ। প' জহৱলাল = পণ্ডিত জহৱলাল ডা' চাউবা = ডাক্তর চাউবা।

## সাক্সেন।

১। 'ভংখাই লেপ্পা' খুদম কদায়দু কৌবগে? করিদা সিজিন্নবগে?

২। 'চিংথবা খুদম' করম তৌবগে কদায়দা সিজিন্নবগে?

৩। চৈথল-অহানবা অসি করম্বা মফমদা সিজিন্নবগে?

৪। 'মথক্তীগুম' হায়ব: খুদম অসি করম্বা মফমদা সিজিন্নবগে?

৫। ৱাৎহনবা ( ' ) খুদম অসি সিজিন্নবা য়ারা অমা অনিদং উৎলু।

৬। পুষাদা থর লেপ্পা ( কোমা ) গী মহত্তা করম্বা খুদম সিজিন্নবগে?

৭। থৱাম্বিচাক খুদমগী কান্নবা করিনো?

## অনিশুবা সরুক্।

## ১বা মতাং।

## অয়ানবা শেথতোকপা।

কনাগুম্বনা 'ক' বু কোক্, 'খ' বু খদাং অসিমচিংবা হায়দুনা পাগনি হায়নৈ। মৈতৈশিংনা 'ক' বু 'ক' হায়না সংস্কৃতকা মান্ননা পাৱৈ। বাঙ্গালী, অচুপা আসামী না 'ক' বু কো, 'খ' বু খো হায়না পাই। মৈতৈলোন হিন্দি, সংস্কৃত কী খোম্হোক ( উচ্চারণ )

শাবৈ। কো, খো, গো, ঘো, ঙো, অদুগা পারোইদবনি'। 'ক্ষ' দু মতুনা 'ক+ষ' অদুগা পাগনি।

লানবগী মরম।

১। সংস্কৃত লোন সিজিন্নবদা লানবা :— মী অয়াম্বনা হিন্দি সংস্কৃত কী মশোন ( বাণান ) লাগা সিজিনৈ। লানবা শিংদি :— আশাবু 'অ ছা' ইবসি লাদই। অসিগুম্বা য়ায়া নৈ।

২। চৈত্তপ্‌ নত্রগী অকায়ৌবা ময়েক লায়া সিজিন্নবা মী= তাইবং মী, মি=চৌপ মথদ, অমা। অদুবু মী অয়াম্বনা লায়া সিজিনৈ।

৩। 'ঙ' অসি হেক্লিনা সিজিন্নবা। মাদুদি :— 'ইবুঙো' অসি লানবনি 'ইবুঙো' ইগদবনি। অসিদসু নত্তনা 'ঙ' অসি হয়া হয়া সিজিন্নবা উই।

৪। জ্ঞ অসি 'গ্যা' ওইনা সিজিন্নবা। জ্ঞান অসি গ্যান, আজ্ঞা ইবদা আগ্যা ইবাসি অয়ানবদি।

৫। 'শ' অসি পংশিনদা সিজিন্নবা। 'শ' সি অয়াংবা খোঙোকনি অদুবু অরাপসু অয়াংবাদসু তত্তনা সিজিনৈ।

৬। ঔকার ( ৌ ) অসি লায়া সিজিন্নবা, লৌ=লবুক, লও=তাং, হৈ=উগী মহৈ, হই=মহই হইবা ( অদুবু সিজিন্নবনা কনবদগী লাইরিক অসিদসু লও, 'হই' সিজিন্নরে )

৭। মৈতৈলোনগী ঐকার ( ৈ ) অসিগা 'য়' গা লায়া লায়া সিজিন্নবা থোংনৈ। অদুম্বা :— হয়=উহয়, পীংডেম উগী হয়। হৈ=হই, 'খঙবা' দা সিজিনৈ।

৮। খৌগরোন লায়া সিজিন্নবা। "ঐ লেৎজগে'=অয়ানবনি। ঐ চৎলগে=অচুম্বনি। নং লেংলো=অয়ানবনি নং চৎলো=অচুম্বনি।

## অয়ানবা চুম্বোকপা

১। সংস্কৃত নত্রগা উর্দ্দু লোল লায়া সিজিন্নবা।

| অয়ানবা | অচুম্বা | অয়ানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| মনিপুর | মণিপুর | দরখাষ্ট } দরখাস্ত } | দরখ্‌াস্ত। |
| ছাত্রি | ছাত্রী | ইশ্বর | ঈশ্বর। |
| প্রথনা | প্রার্থনা | প্রনাম | প্রণাম। |
| সোর } শোর } | স্বর | শোভা | সভা। |
| স্বরসতি | সরস্বতি | ভগবতি | ভগবতী |
| মান্দোপ | মাণ্ডব | বির | বীর। |
| বামোন | ব্রাহ্মণ | বিনাপানি | বীণাপানি। |
| শ্রীমতি | শ্রীমতী | রাস্ত্রপতি | রাষ্ট্রপতি |
| দেবি | দেবী | মোকদমা | মুকদ্দমা। |
| মুর্ত্তি | মুর্ত্তি। | মন্ত্রি | মন্ত্রী। |
| রিতু | ঋতু। | শেবক | সেবক |
| মাহাত্মা | মহাত্মা। | সর্গীয় | স্বর্গীয়। |
| পৃথিবি | পৃথিবী। | আশা | আশা। |
| মন্দোল } মন্দল } | মণ্ডল। | পরিক্ষা | পরীক্ষা। |

মথকী অসিদগী মতুনা মী কমাগুনা য়ায়া লায়া ইবা থোংবে।

২। চৈতন্যা লায়বা।

| অয়ানবা | অচুম্বা | অয়ানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| মি ( ভাইবংশী ) | মী | হী (তোংচেংহি) | হি |
| মী ( তীল কাত অমা ) | মি। | হি ( মণিমুক্তা ) | হী। |
| কৌয়ম্বী | কৌয়মই। | তা ( খিয়নবা খুৎলাই ) | টা। |
| খংডি | খঙ্ই। | মহয় | মহৈ |
| লৈ ( মপাল ) | লই। | মহৈ | মহই। |
| লয় | লৈ। | লৌবা | লঙ-বা (মরৈতৌবা |
| লঙ ( লবুক ) | লৌ। | লওবা (পোং পায়বা ) | লৌবা |

৩। 'ঙ' হেক্সিন্না সিজিন্নবা

| | | | |
| --- | --- | --- | --- |
| ইবুঙেঙা | { ইবুংঙো। ইবুংঙো। | মাঙঙী | মাঙ্ই। |
| | | পুঙঙবা | পুংবা। |
| চঙিঙ | চঙ্ই | তুঙ্ঙবা | তুংবা। |
| | | মাঙ্গোল্দা | মাংগোল্দা |

৪। জ্ঞগা গ্যা পা ওয়বা।

| অয়ানবা | অচুম্বা | অয়ানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ঐগ্যা | আজ্ঞা। | গ্যান | জ্ঞান। |
| যগ্য | যজ্ঞ। | বৈগ্যানিক | বৈজ্ঞানিক। |

৫। 'শ' দা পংসি সিজিন্নবা।

অরিবা মৈতৈ লাইরিক্ত ল অসি য়াম্না সিজিন্নৈ। —অয়াম্বদা 'স' অয়াংবদা 'শ' সিজিন্নবদি খুদোং চাগনি।

৬। ঔকার লাম্না সিজিন্নবা

হৌজিক মতমদা অয়াম্বদা 'ও' অমুগা অয়াংবদা 'ঔ' সিজিন্নৈ ম্যাসি অয়ানবনি।

| অয়ানবা | অচুম্বা | অয়ানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| লওবুক (লবুক) | লৌবুক। | হৌজিক | হওজিক |
| তৌবা (থবক পাঙথোকপ) | তওবা। | চওবা | চৌবা |
| তওবা (নৈাক য়োংবা তৌবা) | তৌবা। | কৌবা | কওবা (লাকউ হায়বা) |

হৌজিক অসি কয়া চংনব্রি। কাইথয়োন্দম্ভু অনৌবা ময়াম্ভী ইরক্তে।

৭। 'য়' অসি (ৈ) ঐকারগী মহুতা য়াম্না সিজিন্নৈ। (ৈ) ঐকার অসি থম্নগা অয়াঙ্বদা 'ই' হাপ্না য়াই।

| অয়ানবা | অচুম্বা | অয়ানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| মহৈ (বিদ্যা) | মহাই। | লৈ (মনম মুংশিবা লই। মপাল) | |
| মহয় (থোকপা effect) | মহৈ। | লয় (উক ২ লৈবা) লৈ। | |

মথক্কী অসি মানা মানা থোকপা ইনম্নি; মাহৈ ময়াম্ভী মথোঙ্ য়েংলগা খঙবা তাই।

৮। খৌগপোন লান্না সিজিন্নবা।

| অয়ানবা | অচুবা |
| --- | --- |
| ঐ লেঙজরগে। | ঐ চৎচরগে। |
| নং লেঙ্ও। | নং চৎলো। |
| ঐ হায়বিগে ( অহন্বা ) | ঐ হায়জগে। |
| স্নাথ্বা লাকও | স্নাথ্বা লেংলকউ। |
| ঐ লুক ভাইহাক চাথিগে | ঐ চাক ভাইহাক চাথিগে। |
| ঐ চাক হাজরগে। | ঐ চাক চারগে। |
| চাক হাবিউ। | লুক হাবিউ। |
| নং কদোম লেংগেগে। | নং কদোম চৎকগে ? |
| নিপামচা। যঙোম কান্নু। | নিপামচা যঙোম থকউ। |
| ঐ ভলপ পোংথাগে। | ঐ ভাইহাক পোংথাগে। |
| ঐ গ্যা লুক চারো। | আজ্ঞা লুক হাবিরো। |
| নং চে খ্রীরো। | নং ছুমলো। |
| চৎলো হৈ। | চৎলো। |
| মহারাজ নং চাক চারবর ? | স্নাথ্বা ইবুঙো ! লূক হাবিরবর ? |
| আজ্ঞা ! ভাইহাক কমজৌ | আজ্ঞা ভাইহাক লেঙ্সিনবিখো। |

যঙগদবা :— হৌজিক মতমদা রাজবংশশী নিংথৌজা মখেবু স্নাথ্বা কৌনরে। থায়নদি ইবুংসিজ মঙ্গপা স্নাতুং অপ্তরা কৌনৈ। হৌজিকনু নিংথৌবা কথা সভাদা ইবুঙো, ইবেম্মা, স্নাথ্যা স্নাথ্বা

হায়না কৌবসি হৌনবা খঙদবনি থৌগল্লোন খঙদবা ( etiquette খঙদবা ) কৌই।

**সাক্সেন।**

১। মখাগী য়াৱাশিংসি চুমথোকউ মনিপুর, ঐগ্যা ; গ্যান, খণ্ডিত, প্রর্থনা, মন্ত্রি, মুখ্যমন্ত্রি, ৱিতু, পরিখা শ্রীমতি, বির, দেবি, মাহাত্মা।

২। মখাদগী ৱাহৈ অসি চুম্না ইথোকউ। ঐ লেঙজরগে ; আজ্ঞা নং লুক চারবর ? মুখ্যমন্ত্রি! চাক চাবরা ? ইবেমজিনা, চাক হৌরে। ঐগী ইচানুপাদো কদোমদা লেঙ্গ্রবনো খঙব্রে। উচেকসি কদায়দা লুক হাগদৌরিবনো ? হৌদোং লাবা অমা লেঙলকনে। আজ্ঞা কমফৌ ঐ ভাইহাক চাক হাবিগে।

# অনিশুবা মতাং।

## য়াৱা থিরেন ( orthography )

### ( শব্দ জ্ঞান। )

মৈতৈরোন হৌরককনগী ময়মদা পণ্ডিতশিংনা ভিব্বতো ব্রহ্মননি হায়রি ; অদুগা প'ণ্ডিতশিং অদুনা চাং তয়বদা আর্য্যভাষাগা খক চাং তয়বিরে, বোদো, ভিবতিয়ান, কাছাড়ী অসিনচিংবগা মান্নৈ হায়না তারবা হোংলৈ। হিন্দি, উর্দ্দ , পারসিক, সংস্কৃত-তগী লৌবা য়ারা অদুগা মায়বা অথৈবা কয়ামুক লৈ। চায়বা (তৎসম) অদুগা অথৈবা ( তদ্ভব ) খরদং মখাদা উৎলি মাদুদি :—

| চাম্বা (তৎসম) | অথৈবা (তদ্ভব) | চাম্বা | অথৈবা |
|---|---|---|---|
| অক্ষর | ক্ষোয়ার (খোরি) | গর্দভ | গধা (লোলা) |
| উষ্ট্র | উট | ছত্র | ছাত্তিন ( পে ) |
| ক্ষেত্র | ক্ষায়ি ( খায় ) | তটিনী | তুয়েন। |
| কূপ | কুহা | দশ | ভয়া |
| কর্ণ | নাকোং | নিম্ব | নিম্ |
| কার্য্য | কাই | নব | নৌবা |
| কর্ম | কর্ম | গৃহ | গোন, কোন |
| কোকিল | কোকিল | ঘৃত | ঘী |
| কর্পূর | কপুর | ভিক্ষা | ভিখা |
| মজ্জা | মযোম, মোম | মুখ | মায় |
| মাতা | মা ( ইমা নমা মমা ) | স্বর্ণ | সনা |
| মেঘ | অমঙব। নোং | নাগ | নাপি |
| স্ত্রী | তালোয় | সন্ধ্যা | সন্ধ্য |
| নাসিকা | নাত্তোন | স্বর্ণকার | সনাশাবা |
| প্রিয় | পামুবা | হীরক | হীরা |
| পিতৃ | পাবা | হৃদয় | থমোয় |
| লক্ষ | লাখ | পুত্র | পারি |
| লবন | নোইমু, থুম | অশ্ব | শকোন |
| বার্ত্তা | বা | | শগোন |
| মস্তক | মকোক | সৃষ্টি | সেস্বা |
| মানব | মী | মিত্র | মরূপ |
| শাক | শংলো | সূর্য্য | সমুয়েং |

| চাম্বা | অথৈবা | চাম্বা | অথৈবা |
| --- | --- | --- | --- |
| শৃংগার | শাগৎপা, শেম্বা | মিত্র | মৈত্রেং অয়াবা |
| পাদপ | পাম্বী | ( সুমিৎ ) | |
| মূত্র | মত্থুং | কপি | কক্রোং |
| মিত্র | মরূপ | আকাশ | অতিয়া |
| স্কন্ধ | সাকন্ | ব্যাঘ্র | পাম্বা |
| স্নেহ | নুংসিবা | | |

মথক্কী অসিদা এস্তনা য়ান্না মান্নবা লৈরি ; নিংশিংনবা থয়দং উৎচবনি।

### সাজেন।

১। মথাদা ইন্নিব সংস্কৃত কী লোন্দা অথৈবা য়ান্না ইউ। মুখ, মস্তক, মিত্র, নাগ, নাসিকা, সন্ধ্যা।

২। য়ান্নাচাম্বা কদায়দু কৌবগে অচুম্বা অথৈবা কদায়দু কৌবগে ?

৩। মথাদা ইন্নিবা য়ান্নাসিগী অথৈবদা হন্নগা য়াইহ সেমউ। সৃষ্টি, পুত্র, হীরক, স্ত্রী, লক্ষ, পিতৃ, প্রিয়, স্নেহ।

---

## তশুবা মতাং।

### বাতা মান্নবা।

য়াম্না অমগী দমক তোঙান তোঙানবা মায়ামা হায়রগা থঙনবাহ্ মামরবদি য়াতা মান্নবা কৌই। খুদম :—

অতিথী—অথুংবা, থুংলবা মী, অয়াকপা, খুন্নানবা, উনজা।

অতিয়া—অত্যা, কোয়ৌ, কোয়ৌথক, নোংমদোন, নোংদোন, মালং পান, তড়ংপান, সেংবা, শোয়ায়েন, নোংথক, অসিবা, থ-মুম, অতিং কোক।

অপোকপা—ঈশ্বর, তাইবং মপু, মহীয়েন মীয়েন, কৃষ্ণশিদবা, সেম্বীবা মপু, পাখংবা, লাই-ইবুঙো, লাইনিংথৌ, চিংউ, খোমুম লাইয়িংথৌ।

অমৃত—অথুবা, লাংপন থোইহি ( তাইবং লাং পনবা থোইহি )।

অহংকার—নাপল, ঐখত্তাইয়ে, চাউথোকপা, গর্ব।

আজ্ঞা—য়াথং, হুকুম, পাউথোনসিবা।

ইমা—(ঐগী) পলেম, ( ঐবু ) পোকপী, (ঐগী) অপোকপী ; জননী।

ঈশিং—লাইজ, লাইচ', জল, ঈ।

ঈশ্বর—লাই ঈবুঙো, তাইবংমপু, অপোকপা, কৃষ্ণ, পাখংবা, চক্র শিদবা ; চিংউ, কসন পাখংবা।

উদ্যোগ—সিন্নাংবা, সেমশাবা, থৌয়াং।

উৎসব—চাক শিজব', ভক্তা, হয়াও কুম্মৈ, চাবা থকপা।

উন্নতি—চাউখংপা, হেনগংপা, কাখংপা।

উপাস—পাম্বী, উপাম্বী, উ।

ওলাংথা—কালেমথা, অশাওবা মতম, কালেন।

ঔয়া—অয়া, ব্রহ্মাণী মী, কবো।

কুম—চহী, বৎসর

কুমওন—চহী ওনবা, সম্বৎসর।

কোইরেন লাই—থাংচৌং, ব্রহ্মাণ্ড পতি, ঈশ্বর।

থয়ুম—অভিয়াদা ময়ুম ওইবা, লাই।

থাংকোন—ফুংশিৎ, নোংশৎ, ছয়লেন, হায়লেন, অশিৎপা, থাবা, মালংবা, হারা।

খোইযোম—লাই, রাখনদা ওনফনা লৈবা মপু, ঈশ্বর।

গভুং—কফুং, গর্ভ, পুকফুং, নাউয়ুম, সিয়োমফুং সিফুং ( Uiterus )

যড়ী—পুং, মতমগী খুৎলাই।

ছৈ ( ওই )—কোক্, হকচাং।

চম্বরবা—শুকপা, মথোং থওদবা, রাখলতদবা, রাখলনা ময়া।

ছাত্র—লাইরিকতগা মচা, পক্লবা।

জাল—লৌনর, নমথাক ;

ঝাল—মহী, ফেনঝাং মহী

টা—তা, লোঙ্, লাংশোই

ঠাকুর—বামোন, ব্রাহ্মণ মচা।

ডাক্তর—মাইবা, বিদাক লাংথক লৈবা।

ডাউতলবা—ফুমিৎ, সঞ্জেং, লৈজেং অরাবা, থবী শেলকোইরেং, সনা খোমদোন, কোরোরেন ডাউহইরেং, মিৎতরেং কোরোহনবা, পুজী রাই ওইবা, কোঞ্জিন ভুখোকপা।

থা—চন্দ্র থাজ, থাজ; লোইতাম অপানবা, কোঞ্জিন ভুথবা, ফুপত্রেং, অতৌ পানবা।

থাঙ্‌খাং — ফচোং থাঙ্‌, জানফিরচনা।

হৃংশিং—নোংশিং, মালংবা, খংকোন কুম ওইবা, হুমলেন, খাবা, হামলেন, শোর।

পম্বৌ—পাবা, বাজৌ, বাজৌ, পাবু, যেনপা, অপোকপা, বাবা।

পলেম—( মা ), অপোকপী, পোকপী

ফমেন—ফমফম অথোইবা, নিংথৌগী ফমফম, যুবগী মাজোনগী মথা থংবা সরুক।

মচা হুপী—মযোম, আংলেন।

মরাম—মহাউ, শারাম।

লহু—পুহুং, লাপাম্বী, লকোংই মউ।

লৈপাক—পোইবৈ, মালেম, লৈ, পৃথিবী, লৈমরেন শিদবী।

লৈপাক—প্রজা, নিংথৌগী মখাদা লৈবা মী।

সংসার—তাইবংপান, জগৎ, লেঙইপাল্লিবা।

স্বর্গ—লাইবৈপাক; নোংমদোন, অতিয়া, নোংথক।

হারা—হুমলেন, হৃংশিং, হামলেন, নোংশিং, খংকোন।

শরৌ—ষড়যন্ত্র চুমশিন্নবা, ফত্তবা ভোনবা না শাম্নবা।

শাবৌ—হকচাং লৌরিবা, নাহা ওইরিবা, হুপী ( Minor )

শাবী—হকচাং মপৃংফারবা মপুরোইবা, হকলামপী ওইরবা (Adult)

শোর—স্বর, হৃংশাশোর, মন্ত্র ওইবা রাখন, নাডোম্দা হোনবা হৃংশিং।

শোয়া—শোয়ারেন, সোয়ারেন। —তৈরবা ৩ শোয়ারেন্দা চিংথৈবগী মতান তৈরবা, চিংথৈহনবা।

### সাজেন

১। মথাগী য়ায়াশিংসিগী য়াভা মায়বা মথৈ ইউ : নোংদোম, অভিয়া, সংসার, মাদেম, পাবা, সুবিৎ, থাঙশাং।

২। মথাগী য়ায়াশিংগী ৱহনবা ( অর্থ ) হায়উ : কোঞ্জিন ছুথবা, গদুং, অথুংবা, মৈত্রেং অয়াবা, পাখংবা, চৌংথৌছনবা।

৩। মথাদা ইরিবা য়ায়াগী লয়িচিংবা মায়াবু থঙনদবা য়ায়া মথৈ কক্থংনু : লন। খেল। নৈকবা। পোৎচৈ। লম্মী। চৌং। শেলোই। অভোঙবা। নৈপুং। অমৃত। অথুবা। থুমহী। লাংপন থোইহি। মুরিৎ। তাউতালবা। থবৌ শেলকোইরেং, থবা।

---

## ৪শুবা মতাং।

### তয়নবা লোন ( বিলোম )।

লোন অমা থঙনবগী দময় ওয়-তৈ-নবা লোনমু থঙবা কায়ে। মথাদা থয়দং পিরি।

| য়ায়া ( শব্দ ) | তয়নবা ( বিলোম ) | য়ায়া | তয়নবা। |
|---|---|---|---|
| অঙীংবা | অশাবা | অথুবা | অতম্বা। |
| অউম্বা | অফলবা | অনিবা | অপীবা। |
| অ ওবা | অহাঙবা | অনংবা | অথুনবা। |
| অককপা | অশাংবা | অনঙ্‌বা | অপাবা। |
| অকংপা | অয়োবা | অনৌবা | অরিবা। |
|  |  | অপঙ্‌বা | অ শিংবা। |

| মায়া | ওয়া তয়নবা | মায়া | ওয়া তয়নবা |
|---|---|---|---|
| অকনবা | অসোনবা | অপংবা | অতুম্বা। |
| অথাবা | অথুম্বা | অকবা | কগুবা। |
| অথেংবা | অউইবা | অমনবা | অহনবা। |
| অথৈবা | অহৌবা | অমোংপা | অনানবা। |
| অঙনবা | অথেঙবা | অশেংবা | অমাংবা। |
| অঙৌবা | অমুবা | অয়াঙবা | অঙয়া। |
| অচাওবা | অপীকপা | ইকং থা | ইপান থা। |
| অচম্বা | অয়াকপা | ইম্ফাল | লৌমাই। |
| অপৌবা | অপঙ্‌বা | উকন | উমাং। |
| উম্বা | কলবা | উকোন | উ হৌদবালম |
| ওয়শিনবা | হাংতোকপা | উখোঙ | উতোন। |
| কপ্পা | লোকপা | দান তৌবা | লৌথোকপা। |
| কংকাল | ঔশিং | নুংঙাইবা | অরাবা। |
| কংবা | চোংপা | নাবা | মশাকবা। |
| কুবিবা | মাঙহনবা | নোংচুবা | কাংবা। |
| কুনবা | হৌগংপা | লোনবা | চাউথোকপা। |
| খম্বা | হৌবা | মুংথিল | অহিং। |
| খাম্বা | ইনশিনবা | নোম্বা | ভলবা। |
| ঙানবা | মম্বা | পঙবা | শিংবা। |
| চাবা | (চায়া) হেনবা | পাম্বা | লৌনিংদবা। |
| চম্বা | য়াকপা | কৈবা | চুম্বা। |
| থাগৎপা | চৈবা | মলবা | হনবা। |

| স্রাব্রা | ওয়া ভগ্নবা | স্রাব্রা | ওয়া ভগ্নবা |
|---|---|---|---|
| ভনবা | নোম্বা | মাঙ্‌বা | ভোংবা। |
| ফুবা | হোগংপা | ম্বুংনবা | { স্রা-নবা। হাউবা |
| থংবা | দোথোকপা | | |
| থ্রীনবা | থুবা | মূবা | ভৌবা। |
| থুংবা | সানবা | মোংপা | লুবা। |
| থুবা | ভগ্না | মোথংপা | কংথবা। |
| থম্ব। | দোবা | স্রাগ দৈবা | পান্দবা। |
| থলবা | হাঙবা | লনবা | কুংবা। |
| থানিল | থাশি | লন দৈবা | লাইস্রবা। |
| থেনবা | অরুবা | লানবা | চুম্বা। |
| থৌনাকবা | অম্রম্বা | লোংবা | উম্না। |
| থৌবা | পংবা | স্রাংপা | হেনবা। |
| শিবা | হিংবা | স্রাংবা | নেম্বা। |
| শোইদোকপা | নপশিনবা | শাবা | ঈংবা। |
| শোনবা | কাউবা | শোবা | চোংদবা। |
| হাম্বা | চঙ্‌বা | সেম্বা | মাঙহনবা। |
| হোদোকপা | দোইহনবা। | | |

অনোবা মথলগী ওমতৈভনবা স্রাব্রা থিক্কুনা শাম্রবা ফুই।

## সাক্কেন।

১। মথাগী স্রাব্রাশিংগী ওমবা স্রাব্রা ইউ। অথেঙবা, অচানবা, থুম্বা, লাকপা, লোংবা, থেঙবা, থুবা, হাম্বা।

২। মখাগী য়াৎৈশিংগী ওয় তৈনবা ইউ।

(ক) মাহাক চাক চায়রই।

(খ) চীংখোঙদা মণিপুর লেপ্তে।

(গ) মাহাকী মোংপাচ য়েংনিংলমদে।

(ঘ) অলনবা ইরুকি ইল্লরই।

---

# ৫শুবা মতাং।

## য়াৰা ময়ামগী মহুওা অমতনা শিমবা।

অপক মাগী থুং—অভিপ্রায়। পকাপব খোয়ানমিচাকী কাংবু।

অপোকপা—তাইবংপানগী লেংাপ পায়িবা হিংলিবা পুরমকপু পোকপা (ঈশ্বর)

অমৌ-হি—(অরিবা লান)—আওয়া লানবা হি (এরোপ্লেন)।

আসীবা—তাইবংপানবা আসবু লেখড হাধহুনা থবক তৌনবা সীবা (থাবা) আতয়া।

অহন—পুকনিং হয়রবা মা নঙ্গ চহী হয়বা।

কাদাম্বা লৈশুংশি—উগী কাইকা তাঙ্গব মকমদা পানবা শুংশিরবা লৈ।

চুরু—কুবিবা খোজানবীবগী ময় গুহব।

চুরু শিদবা } —কুরবগী ময় গহবা শিবা পোকপা লৈতবা
চরু ,, } মপু।

কাইরেন লাই—তাইবংপান অকোয়বাসগী লাই।

ককোয় লৌওনবী—তাইবংপানবা কে (কয়)।

মকোয় অসিবু লৌ তোহ্নন ওলহল্লিবা।

কোমুং—অচৌবা কোনগী মমুং ( মহে )।

খংকোম—খং হায়বদি অভিরা অহাওবদা মকোন ( মমুম ) ওইবা
=মুংশিং।

খরলাংবৈ—অয়োইবা পুনসিগী অচাকপা বৈ।

খাম্বী বৈ—হেক শোকপদা থেংবদ খাম্বা চাকথেকপা বৈ।

খোঙ্‌বু—খোঙ্‌না চংপদা চংমিয়বা কাংবু।

খোঙগী—মখোঙ্‌না চত্তুনা লান তৌবা মীশিং।

খোঙলোই—খোঙনা চংপদা লে মনবা মী।

খোঙ্‌লৌবা—খোঙনা চংপদা অপনবা, অয়োব খোকপা।

খোঙ্‌রা—খোঙনা লাকপগী অয়াবগীদমক পীবা .শল ( Tour
allo sence )।

খোজন বেরৈ—মখোঙ্‌ কনবা, উগী কায়ক মেনবা বৈ।

খোইযোম—তাহবংপানবা খোইরাবু ওমলিবা মপু।

খোইযুম -খোই হায়বদি পুকনিংগী মযুম নত্রগা খোকক্ম।
তাহবংপানবা খোইবাগী মযুম ওইবা।

ভারৌ—অয়োবা ভা।

চমু—মচ্চা মুপী।

চাগা—চা-নবা কায়কপা পোংচৈ-শেল।

চয়াইলোংবা—চায়া হায়বদি ককলোংদা ( চায় লোংবদা ) হিপ-
তুনা থদা য়োকপা।

চৌং—ঈশিং মমুংদগী লাইনা চিংথংলকপা পোং।

চৌংপুয়োই—চৌদা মপু ওইনা পানবা মী।

চাদিং—চা-নবা লাকপা, পোং চৈ ভিংখোকপা।

চয়ুব—ভমপাক্তা য়ুম পানবা মী।

চাইবংপান } —পোং অমগা অমগা ভাইনন্থনা পক্লনা পানবা
চাইবংবান } =সংসার।

ভাউ ভলবা—অভিয়াদা ভাউছনা, ভলছনা (পম্দুনা) লৈবা=চুমিং

নোংসা-মৈ—মৈগী মভোগুম খোলা নোংসা।

পোইরৈ—চুমিংকী অকোয়বদা পোইছনা লৈবা পোং=লৈপাক।

মৈভিংতো—মমা ওইবগী গুকচুংগী মৈ (মামৈ) মতম কুইনা
তাংলগা (খাহল্লগ) খোয়াই পানবনু সেমবগী খভবা
সাগাইগী মবুভো।

মিতৈ—ভাইবংপান মপুগী মম্মিদগী তৈরকপা হায়বদা মিতৈ।

মৈতৈ—মৈ ম. (ব্রহ্মা) বু হকচাংদা ভেবা নত্রগা, মৈদা ঐখোয়
লৈম্নিবনি খভবা সংলাই।

লাই পাখংবা—লাইচ উবুভোদো ভাইবংগী মপানি খভনবা।

লাইরৈমা—লাই ওইবা লৈপাকী মমা

লকু—লাগী কু হায়বদি লাগী লনগৈ।

লাই—লৈ হায়না হ কনবা মপু, নত্রগা ইবা।

লৈথৈ—লৈপাকী ওমথৈ।

লৈপাক—উক্ক উক্ক লৈছনা চৎপা মপাক।

য়াংথৈ কৈতুবা—অয়াংবা ওমথৈ লৈভবা অভিয়াদা কৈ (কোং)
ওইবা=চুমিং।

য়াংলেন পুং—অয়াংবা পুয়মকী লেন ওইবাগী পুং=মতম।

লৈমা—লৈপাক (প্রজা) কী মমা ওইবী=য়াণী।

য়াংকোন নিংথৌ—লৈপাকপীদি এইক্রিবা অয়াংবা কোন ( লৈকম ) গী নিংথৌ ( যুবরাজ )।

য়ারোইপোৎ—তুপী হায়বদা য়া লোইনবগী পোৎচৈ ।

য়া-য়াম্বা—য়া য়াম্না তাংবা, খৎনবা।

হয়েন লাল—য়েন ( য়েন ) তুবা লান হায়বদি অকবা মরোন ওইবা মাঙহনবা লান।

## ৬গুবা মতাং

### য়াবা অমবু তোঙান তোঙায় খঙনবা ( অর্থ )।

অওম্বা—মী য়াম্না তিনবা; কোনচিংবগী মরক্তা খম্নগা বুলহনবা।

অবস্থা—য়ুস্বান, কিভম, যুমলৈ-কৈরৈ।

উথুম—উচেক জাত অমা; উপাম্বী জাত অমা।

ইয়ু—ঐগী থক্নবা য়ু; ঐগী ইশু: তাইবং মপু।

ঈশ্বর—লাই, ঈ ১ম্পুং স্বরগী মপু; নিংথৌ।

ঈ—শাগৈ, হকচাংগী মী, ঈশিং নক্সগা তুরেন।

ওয়—খুৎ ওয়; তুপী; তৈনদবা ( ওয় ওইনবা )।

খুৎ—হকচাংগী শা; মরীমতা; কাংবু তুপী খুৎকী কাং, নিপা খুৎ কাং)।

খোম—মম্মাগী মখোম; তুপী নক্রগা নিপাগী থবাক অতোঙবা; উগী অতোবা মনপ।

খুন—লৈকাই কয়ামুক পুনবা লম; লৈপাক ( দেশ ), মর্ত্ত।

খোইরোম—লাই, খোইদৌগী মপু; তেয়া খোইরোম।

কূ—চকু, শাগৈ, পুকৈ।
ভুত—অশিবা মী, সনাময়ী অপোইবা, অপণ্ডবা।
কাং—রথ, শায়নবা পোং ( কাং ), থুকউপী কাং।
মক্ল—ঈরুজবগী মতৌ; পোংলৌকপা; তুবেন হৌকন।
মথাঙ—নোংপোক থংবা মাইকৈ, থবকী মাঙ; মীগী মথায়রোম থংবা মাইকৈ।
কুচু—হকচাংগী মচু; বিচার শঙ (দেওয়াণী লোইশং)।
খোইদৌ—রাখন, হকচাংগী খোয়।
কুম—চহী; নিম্মানবা মচু।
খোয়রেন—পুনসী, খোয়রি লেনবা।
চাক—চেঙনা খোংবা পোং; পুনশি; চিঙাক
চীংথৈ—অরাংগা নোংপোকা লোয়বা লাইজি; নোংভানবা।
থা—চন্দ্র-থাজা; নুমিৎ ৩০ নি; থবাক, খোম।
নুমিৎ—তাউওলবা; নোংমা ( চয়োনগী নুমিৎ ), পুনশি; কনী ( বীর্য্য ) গী মরু, অনচৌ।
নোংপোক—নুমিৎ থোয়কপা মাইকৈ; শিব মহাদেব।
লৈ ( লই )—চৌনগী মতুংগী লৈ ( মুকমু লৈ ); উপাহীগী মপাল, শীংতেন লৈ।
লাংকোন-চৈ—স্তোত্র, হায়জবা, লাংগোনজবা চৈশীং থাবা।
লৈপাক—প্রজা; খুন ( দেশ ); মৃত্তিকা।
লম—থুং অমি তিংথোকপগা থবাকী অপাকপগী অশাংবা; লমদম
লূ—শরা; ভা-কানবা খুম্মোক্লুবা পোং 'লূ'।
রা—চৌদগী থোকপা রাজা; হৌরিবা রা; লোন।

# ৭শুবা মতাং।

মৈতৈলোনগী অরুপ অয়াং, এচুগ ময়াই ওইবা খোঙ্খোক লৈবা য়াম্রাশিং স মখীং য়ামই। অরুপ অয়াংস ইঙুংয়েক (স্বর) গী মতুং ইন্না লুপ্পা নত্রগ, য়াংবা, সেমনৈ। সেম য়াদবা থরদং উৎলি

| অরুপ | অর্থ | অয়াংবা | অর্থ |
|---|---|---|---|
| অটব। | —মিৎনা টবা | অডবা | —লৌডবা |
| অকনবা<br>অকলবা | = মপাঙ্গল লৈবা | অকনবা<br>অকলবা | তাক্না থম্বা। |
| অকপ্পা | —খাঙ্না য়ানবা | অকপ্প | —মহাউ লৈতবা, চম্বা। |
| অকাউবা | -নিংশিংদবা | অকাওবা | —খাঙনা কাওবা। |
| অকাবা | — মথকলোয়দা চৎপা | অকাবা | —মৈতালগুম কাবা। |
| অকাপ্পা | —অমোৎপা | অকাপ্পা। | —মে য়ুংশাখোয়না কাপ্পা, কনকৎপা। |
| অকোনবা<br>অকোলবা | —তিংদবা | অকোনবা<br>অকোলবা | - মখৈ থংবা |
| অখনবা<br>অখলবা | —তাঙ্গু য় লোখোকপা | অখনবা<br>অখলবা | —মরুম লাংহনবা। |
| অখৈবা<br>অখয়বা | —চেংনাচংবা খোনগী খৈবা | অখৈবা | অমখৈ ওইবা |
| অঙপ। | —খেন্নোংবনবা | অঙম্বা | —থবক তৌবা ঙম্বা। |
| অঙৌবা | —মৈদা থাউদা মুলহনবা | অঙৌব<br>অঙওবা | —মচু ঙৌবা, মুদবা। |
| অচাবা | —মতৌক ওইবা মরাদা চাবা | অচাবা | —কোয়না চৎপা, ঙা চাবা। |

অন্নম্বা অর্থ

অচেনবা }
অচেলবা } —লেপ্তুনা লৈতবা

অচৌবা—ময়াচৌবা

অতাবা—নাকোংনা তাবা
মতুম তাবা

অতৌবা—লৈপাক্লচিংবা
য়োৎনা খোৎপা

অনম্ব' -নমহুনা থম্বা

অমনবা,
অমলবা —হেনজিনবা

অমাবা--খুৎনা শোক্তুনা
হুমহুনা য়েংব৷

অয়ানবা,
অয়ালবা—লাম্বোক্তুনা চৎপা

অয়ানবা--থাওনা কম্বা

অরৈবা—মমল পীতুনা লৈবা,
উরু ২ লৈবা

অহৈবা,
অহয়বা—কোলজিক

অহৌব—হৌরিবা পাম্বী,
থুমচিংবা চোংখোকপা
মখোল য়াংবা

ই-পা—ঐগী পাজি

ইয়া—ইচাম্বুপীগী মরা
'য়া

অয়াংবা অর্থ

অচেনবা—মীয়ৈবাক্তগী পোৎ
লৈবা, পাউচেনবা।

অচৌবা,
অচাওবা — পিক্তবা।

অতাবা—মথক্তগী তাবা।
(অটাবা)

অতৌবা }
অতওবা } থবক তৌবা নত্রগা
পাওখোকপা।

অনম্বা — মনম লৌবা।

অমনবা, }
অমলবা } অনৌবা নত্তবা
লিয়বা।

অমাবা—অচওবা নত্তবা,
( য়েরুম অমাবা )।

অয়ানবা—দোষ লৈবা,
ময়ান লৈবা।

অয়ানবা—য়ান্দুনা থম্বা।

অরৈবা (অরাইবা)—মপু ওই-
তুনা লইবা।

অহৈবা,
অহইবা মহৈ মশিং হৈবা।

অহৌবা,
অহওবা—থবক্তা খোঙশানবা।

ইপা (ইঃ পা)—মায়োক্লবা মী
নত্রগা মপা।

ইয়া—ঐগী য়া ( দাঁত )।

অরুবা — অর্থ

উ-না } — উ পাম্বী
উ-ম্বা } মনা

উদনা—উরগা

কনবা,
কলবা—শোম্দবা

কম্বা—থাঙনা য়ানবা

কৈ, (কয়)—পোৎ থক্ম

কৌবা—ত্তেনবা

খনবা,
খলবা—তোঙায়া লোথোকপা

খৈবা (খয়বা)—চেঙ তোঙায়া
লোথোকপা

ঙনবা,
ঙলবা—চাউথোকপা

ঙম্বা—খেলোংনদবা

চা নবা—অওইবা, চা-নবগীদমক

চাবা—কোমদবা, চপচাবা,
চীম্বা হুকপা

চাম্বা—মমায়দা মহুৎ ২ লৈবা

চেক (চ্যেক)—লৈপাক্লা শাবা
মৈ ইকপা পোৎ

তাবা—নাকোংনা তাবা,
খোংপাক্লা মতুম তাহনবা

তৈবা,
তয়বা—য়াই তৈবা

অয়াংবা — অর্থ

উনা—উহুনা।

উদনা
উদানা—মিৎনা উবা লৈতনা

কনবা } — মথয়াই কনবা,
কলবা } মকম কন্দুনা থম্বা

কম্বা—মহৌ য়াওদবা।

কৈ (কই)—পাম্বা।

কৌবা (কওবা)—লাকউ হায়বা

খনবা
খলবা—মরুম লাংহনবা।

খৈবা
(খইবা)—ঙমখৈ ওইবা।

ঙনবা,
ঙলবা—খেঙদবা।

ঙম্বা—থবক পাঙবা।

চা নবা -সুংশিবা।

চাবা—কোয়না চৎপা,
ঙা চাবা।

চাম্বা—ঈশিংনা শেংতোকপা।

চেক—উচেক।

তাবা } — মথক্তগী
টাবা } মথাদা তাবা।

তৈবা
টৈবা—থর হুম্বা।

অক্লপ্বা অর্থ

ভোবা—লৈপাক্লচিংবা
য়োংনা খোংপা

থাবা—পা-দবা,
কূংবা

থোবা—গাড়ীনচিংবা
চংহনবা

না ( ন্বা )—উ-মনা

নাব ( ন্বাবা )—লাম নাবা

নম্বা—অক্লম্বা পীবা,
ছাপা ভোবা

পানবা—কি শূবদা লূবা

পা-বা—থা-দবা

পাম্বা (প্বাম্বা)—কৈ, ( কহ )

পৈ ( পয় )—চুমদে

ফানবা—থকপা

ফাবা—পুনবা

মনবা } —হকমনবা,
মলবা } হেনবা

মরাণ—লাম্হোকপা ( উদ্ধার )

লা ( ল্বা )—লফুগী ম-না

লানবা—অরান খুভম ফংবা

লাবা—ময়েক শেংবা

লাম্বা—চাক

অয়াংবা অর্থ

ভোবা

তওবা—থবক ভোবা।

থাবা—হোৎনবা,
শূবা ( চৈনা থাবা )।

থোবা ( থওবা )— থাঙনচিংবা
য়ানবা য়াবা, থোনাকবা।

না (না:)—নাকোং, নাভোন।

নাবা—হকচাং ভমদবা।

নম্বা—মনম শম্বা।

পানবা—ডথঙা উহৈ পানবা
নত্রগা য়ুম পানবা।

পাবা—লাহারক পাবা,
অপোকপা দিপা।

পাম্বা—লোনিংবা।

পৈ (পহ)— হকচাং খোঙ অমা

ফানবা—কোকথোকপা ( নাপী
ফানবা )।

ফাবা—ভোঙান ভাবা,
ইচোই চোইবা।

মনবা } —য়েনশাং মনবা,
মলবা } কুহনা শিজিন্নরবা

মরাণ—য়োনবা ( দোষ )।

লা—ফো-ফোনবা লা, (থরবান)

লানবা—মরাল লৈবা,
পোৎলানহুনা পীবা।

লাবা—শা মণগী নিপা।

লাম্বা=থুং তিংখোক্ত্না লাম্বা

| অরাম্বা অর্থ | অয়াংবা অর্থ |
|---|---|
| লোনবা—লীনা য়েংপা, মরোল ঙাংবা | লোনবা—মৈদা শাহনবা ফুংপা |
| লৈ— উরু উরু লৈবা | লৈ (লই)—শীংঙেন লৈ, মুকম্ব লৈ। |
| লৌ—কৌ পাম্বী | লৌ (লও)—লৌনম, লৌশিং। |
| য়ানবা—থাঙনা ককপা | য়ানবা—য়েগুনা অয়াংবদগী থম্বা। |
| য়োনবা— লোয় ভোবা, মরালগী থবক ভোবা | য়োনবা—পোৎ মমল লৌরগা পীবা। |
| হৈবা (হয়বা)—কোলালিক মহী চেল-হম্লগা চেঙ্গোৎনচিংবা হৈবা | হৈবা (হইবা)—মহৈ হৈবা। |
| হৈ (হয়)—উপালগী মহৈ অশীনবা | হৈ (হই)—য়াম্না শঙই। |

## সাজেন

১। মথাগী য়ারাশিংগী অরাম-অয়াংগী তোঙানবা অর্থ তাকউ। লা, তৈবা, লাম্বা, মরান, মনবা, থৌবা, তাবা, ওম্বা, থৈবা।

২। মথাগী য়ারাশিংগী অরাম্বা থঙনবগী য়াহৈ সেমউ। লৌ, য়ানবা, লৌবা, পাম্বা, কৌবা, অহৌবা, লাবা।

৩। মথাগী য়াহৈশিং অসিদা যাওরিবা অসি অরাম্বা অয়াংবা থম্দুনা উৎলু।

(ক) মাহাক্না ফুরিৎ অকৌবা অমা লিৎলি।

(খ) মাহাক্না অকৌবা মী থাখি।

(গ) লা-অমদা ঔশিং খরগা লৈগা পুরকউ
(ঘ) অরৈবা পোৎ পুরকউ।
(ঙ) অরৈবা (অরইবা) পোৎ পুরকউ।

———=

## ৮-শুব মতাং।

### খণ্ডনবা (অর্থ) দি মান্নবা অচুপা মরু-ওইনা করি খেন্নবা উৎপা।

১। অকুইবা=পাদম লৈবা হায়ব'দ—অণ্ডনবা লৈরবা।
অশাংবা=ওনবা লৈতবা—শাংই হায়বদা খনবা।

২। অতিয়া=আকাশ!
অতিঙা=মুংশিং।

৩। অথনবা=খলদি খল্লপা হেন্দি হেন্দবা।
অচোনবা=খল্লচনা য়াংখৎপা—হেন্দুনা ভাবা।

৪। অপঙবা=খঙলবস্ন হায়দোকপা ওৎদবা।
লৌশিং লৈতবা=অক-কত্ত খনবা ওমদবা।

৫। পাম্বী=উ নত্রগা কয়িওম্বা নাপীনচিংবা।
পামেন=উ অচৌবা।
পান্দোং=মপান অমদা ময়াম লোওখোকপা (পানওম্বা)।

৬। খুৎমু=চৈ, খাঙ্ মখুৎনা শুনবা।
খুৎলাই=খাঙওম্বা অঙকপা পোৎ শাবা য়াবা—খুৎমু।

৭। চাউখোকপা=মওন খরদি লৈরগা হেয়' ঙাংবা উৎপা।
নাপল=উনাওম কায়দবা পোৎ লৈরগা উৎপা।

৮। চোইনৌ=চোইরগী নৌবা হায়বদি কুদোংলগা লংবা।
মনা=মন্বদা—মনাওম পা-মা মৈখোকপা য়াবা।

৯। তম্বা=মহে মশিং হৈয়বা মী।
নিপা=মুপী মতবা মী।

১০। থুম=খোদেংমী পংতুং তংবা চাবা থুংনবা মপোৎ।
নোইথু=নোইহনা কক্তুনা লেখবা থুম।

১১। খোপ=য়াথম থমকম, থুম্মোক।
লিনয়াই লেমফু=য়াংলেন মরু মতুংদা লিনগী মসক ওইবা লিংলিপী য়াইকম—মরু।

১২। পুকনিং=নিংলিবা য়াথম, পুরিবা য়াথল (মন)।
খোইদো=থম্বা য়াথল।

১৩। পুক খোনবা=পুকী মমাঙ থওবদা চাউখোকপা।
পেং খোনবা=থংগী নাকল্দা পেখোকপা।

১৪। পেং চোইবা=চুমদি ওাংলগা মরক্তা অয়ানবা ওম্বা য়া য়াওবা।
য়াথল চোইবা=থল্লিবা য়াচু মখোঙ থওদবা।

১৫। মিতৈ=ঈথলগী মমিদা লেবা।
মৈতৈ=মৈশাংগী তাইরকপা।

১৬। লাইনিংথৌ=নিংথবু থোগৎপা লাই।
লাইরিংথৌ=অরিংথবু থোগৎপা লাই।

১৭। য়াবা=পুকনিং চুপাইতবা নত্রগা হকচাংদা থবক তৌনিংদবা
চোকথবা=থবক শুয়গা তমদবা, ডাইহাক পোথায়গা কবা।

১৮। সনামহী—সম্ভোকপা মহী, থৌরাই (আত্মা)।
সনামহীরেল—লাইনিংথৌ অথোইবা (পরমাত্মা)।
সনামহী অপোইবা—লানবা হুমজবা আত্ম, ভূত।

১৯। হয়ুম—'হ' অসি অনচিপী মওংনি, অসিপী দৈকম ওইবা।
হয়া—'হ' অসি অনচি মওংনি অসিবু য়াবা নত্রগা ওকপা।

২০। হুই—হৌ হৌ খোংবা মকম ময়াং খঙদবা শা।
তাউবা—হুইদি ওইরগা য়ায়া শিংবা, ত্যারিবা থোকইবা উবা।

২২। হায়লেন—নোং য়াওদবা নুংশিং।
হুমলেন—হুমহুনা লাকপা অথোইবা নুংশিং অকনবা।

২৩। নোংশিং—নোং হুমহুনা শিংপা (নোং পুবা হাবা)।
নুংশিং—খমোয় মনুং শিংপা (শোয়)।

## সাজেন

১। মথাপী য়ায়াশিং করি থেৎনবগে ?—অকুইবা, অশাংবা, পাম্বী, পামেন, পাম্লোং,।

২। সনাপী অতোপ্পা মমিং করিনো ?

৩। পেং চোইবপা য়াথল চোইবগা করি থেয়বগে ? পেংপী অর্থ করিনো ?

৪। নোংশিং হায়বনা করিনে' অহুগা নুংশিংকা করি থেয়বগে ?



# ১৩শুবা মতাং

## ৱাহৈ থিরেন।

## ( ৱাক্য বিচার )

## Syntax

'ৱাহৈ' বু মৈতৈরোল্দা "ৱাহৈ পরেংশু" কৌনৈ ৱাহৈ হায়বদি ৱা নত্রগা ৱারাগী মহৈ ( মহয় ) য়াম্লবা হায়বনি। ৱাহৈবু কনাগুম্বনা 'শব্দ=ৱাৱা ওইনা শিজিন্নবশু কৌই।

ৱাৱা অমতনা ওইরবশু ময়াম্না ওইরবশু নিংশিবা হায়গদবশু কোংবদা মহৈ ( মৃহয় ) য়াম্লবদি মাহু * ৱাহৈ ( ৱাক্য ) Sentence কৌই।

ৱাহৈ চাউরাক্না মখল মঙানি মাহুদি :—

(১) হায়নবা (২) হায়বা (৩) হংবা (৪) হায়জবা অহুপা (৫) খংহায়।

১। হায় নবা — চুম্না অমগা অমগা ৱা ঙাংনবান।

Assertive — খুদম—উচেক অমা পাইরি।

মাহাক চাক চারি।

২। হায়বা :- য়াথং পীবা, থিংব থোদাবগু হায়বা Imperative কৌনৈ। খুদম :— নিপা মচা ! লাইরিক তম্বা চৎলু।

ভুগীমচা ! ওইদবা ৱা ঙাংগনু।

ইবোমচা ! কি অমতা ঙাইহাক্তা পুব়ক

বু

* কনাগুম্বনা ৱাহেবু ৱারাগী অর্থদা অহুপা Senter ৱাহৈ পরেং নত্রগা ৱারেং হায়নশু কৌনৈ।

৩। হংবা :— বা হংবা ; লৈথর-লৈতথর খঙবনা হংবনি।
( Interrogative )

তোম্বা চাক চারবরা ?
নং করি তৌরি।
মাহাক করম তৌরব্বা ?

খঙগদবা :—রা, বর, পর, প্রা হাপ্তনা হংবা লেমলৈ।

৪। হায়জবা :— লাইদা নত্রগা অচৌবদা হায়বনি।
( Dative ) হে লাই পাথংবা ! ননাইবু পুনসিহনবিউ।
ওবাবু ! ননাই ইচাসিদদি থর তৌবিউ।

৫। থংহায় :— থংহনা নত্রগা চিংহনা হেক লাউথোকপা
( Exclamatary ) বাহৈনি।
হোঃ করিনো সিদে।
এ, ইমাই, কনা ওইরিপবা।

বাহৈ ( sentence ) শিং অসি অযুক চাওয়াক্লা অনিদা খোক্লা থারবা যাই।

(১) হোইয়া ( affirmative ) যাই ( Negative )

হোইয়া — তোম্বা চাক চারি।
যাই — তোম্বা চাক চাত্রি।
খে, হোইয়া — তোম্বা চাক চাই।
যাই — তোম্বা চাক চাদে।
হোইয়া — মাহাক লাকই।
যাই — মাহাক লাক্তে।

হোৎয়া — মাহাক চাক চাগনি।

মাই — মাহাক চাক চারোই।

হোইয়া — মাহাক লাকনি।

মাই — মাহাক লাকলোই।

খঙবিগদবা :— হোইয়াদা দে, তে, ত্রি, রোই, লোই হাপ্লগা মাই ( Negative ) সেম্মই।

## ৱাহৈ খায়বা

( ৱাক্য ৭৩ )

ৱাহৈ নম্বপা ৱাহৈ পরেং অমবু সরুক অনি থোক্না খায়নৈ (১) নোংতম্বা ( উদ্দেশ্য ) (২) নোংখাইবা ( বিধেয় )।

খুদম :— পাখংবানা তাইবংপানবগী নিংথৌ ওইখি।

ৱাহৈ অসিদা "পাখংবানা" য়াম্না আস 'নোংতম্বা' কৌই, অদুগা "তাইবংপানবগী নিংথৌ ওইখি" আসনা 'নোংখাইবা' কৌই।

(ক) নোংতম্বা ( Subject ) লোং অদুগী মরমদা করিগুম্বা পাউ তম্বা তাম্বদি মাহবু নোংতম্বা ( উদ্দেশ্য ) কৌই।

(খ) নোংখাইবা ( Predicate ) নোংতম্বগী মরমদা করি করি খায়না হায়রিবগে তাকপবু নোংখাইবা ( Predicate ) কৌই।

## নোংতম্বগী মরু মতাং

নোংতম্বসি অপানবা ( Noun ), পুৱৈরোম্বা ( Pronoun, মুরাং ( Adjective ) অদুগা ৱাহৈ মতেক ( বাক্যাংশ ) অমমম্বু ওইনৈ।

অপ্‌নবানা ওইবা—কাংবাকাখয়া লাইনিংলম্বী পুখোকখি। ৱাহৈ অসিদা "কাংবা কাংখন" অপামখনি।

পূরৈরোম্বনা—'ঐখোয়না' ইরোলবু লুনা তৌজগনি। 'ঐখোয়না' নোংতম্বনি। ৱারাসি পূরৈরোম্বনি।

নুরাংনা ওইবা—'অনংবানা হায়জবা কনানসু তাখিদে। 'অনংবা' ৱারাসি নুরাংনা নোংতম ওইনা সিজিন্নখনি।

ৱাহৈ মতেকনা ওইবা—'মীগী মাওনবা তৌবনা' নশাগী মাওখনি। "মীগী মাওনবা তৌবনা" ৱাহৈ মতেক অসিনা নোংতম ওইনা সিজিন্নরি।

## নোংতম্বগী মরী মতাং

নোংতম্বা অসি ৱারা অমতনন্ন ওইনৈ অহুম মাগী লুরাং, মপু ওইবা খংনবা কয়ানা মাবু মশা মরেং কন্তোকহনবা য়াওই।

নুরাংনা কনহনবা—কজয়খী মুজানা মোমোন নোকখি। 'কজয়খী' নুরাংসি 'মুজানা' নোংতম্বসিগী মশামরেং ওইরি।

মপু ওইবা খঙনবা ৱারানা—তোম্বগী মচানা অকবতা তৌই। 'তোম্বগী' অসিনা 'মচানা' হায়রবা নোংতম্বগী মশা-মরেং ওইরি।

পোংশক অমবু হয়া হায়রবদা মশামরেং কন্তোকহন্নি } মাহাক, তোম্বীনৌনা ককচিংদা চংখি। 'মাহাকসি' তোম্বীনৌনা হয়া হায়রুনা কন্তোকহনখনি।

ৱাহৈ মতেক (Clauses) } মপাজল মখোনা নৈরবসু নংনা হুইদগী কিন্নি। 'নপাজল নৈরবসু' ৱাহৈ মতেকসিনা 'নংনা' হায়রবা নোংতম্বগী মশামরেং কন্তোকহন্নি।

মতৌং পাংবা য়াহৈবা—লৈরাং কনবা অঙাংফুনি, মখোয়না শোয়-
মনা থবক্ তমগনি। অদোম্বা মমেন্না ইরিবা
অসিনা মখোয়না হায়বা নোংকফমগী মশামমেংনি।

## নোংখাইবা (Predicate)

নোংকফমদগী লেমহৌবা য়াহৈবু নোংখাইবা কৌই। নোং-
খাইবদা 'কাই' না ময়ান্নি। কাইদা য়াম্বিবা কোৎৌ (object)
থাংচিং (instrumental পূরবক চিংই।

নোংখাইবসিগী মরী মভাংদি কোমৌ (object) না, মাঙ
থাবা কাইনা, থা-ভানবা (adverb) না, মপুং কাহনবা য়ান্না
অহুপা লাইপুংথৌ, থাংচিং, চিংখৈ, য়াংথোন, পূরিং লাই অহুপ
কোনসেননচিংবনা ওইনৈ।

### কোয়োম্বা মরিমক্ত ৎ ওইনবা নোংখাইবাদ :—

চাউবা 'চাক' চায়। 'চাক' অসিনা 'চায়' অশিগী মশা-
মমেং ওইরি।

মপুং কাহনবা য়ান্নানা মরী ওইবা—চাউবা অকবনি। 'অকবা' মপুং
কাহনবা য়ান্নাগী মশামমেং ওইরি।

থ-ভানবনা মরী ওইবা—মাহাক থুনা চংলমই। থুনা থাভানবনি
'চংলমই' অসিগী মশা মমেং ওইরি।

মাঙ-থাবা কাইনা মরী ওইবা—চাউবা চাক চারগা চংকনি।
'চারগা' অসি মাঙ থাবা কাইনি।

থাংচিংনা মরী ওইবা—মাহাক্না নোংমৈনা কাক কাপলমই।
'নোংমৈনা' থাংচিং অসিনা নোংখাইববু
হেনগৎহল্লি।

চিংথৈন মরীওইবা— ঐন 'ঘণ্টীদমক' শক্তিক পুরকই। 'ঘণ্টীদমক' চিংথৈশিং, অসিনা শক্তিক পুরকই অসিগী মশামরেং ওইরি।

য়াংথোননা মরী ওইবা—ওসি নোংদোম্দগী লেম তাবা ঐবা উরমই।

পুন্নিংনা মরী মতাং ওইবা—হায়ই, মাহাকসি কনাগী মচানো। অচৌবা মথেক ইহিবসি পুন্নংগা মরী লৈবা মশামরেংনি।

কোনসেননা মরীমতাং ওইবা—চিমিদা থুম য়াম্রবদি পুরকয়। কোমসেনা মথ মরেং ওইবনি।

য়াহৈ (বাক্য) অসি মতৌ মওংগী মতুংইন্না কাওবু অহুম পোকই।

মাথুদি :—

১। অচম্বা য়াহৈ (সাধারণ বাক্য) simple sentence,
২। অতিনবা য়াহৈ (মিশ্রিত বাক্য) compound ,,
৩। অয়ানবা অমদি থেংনীরবা য়াহৈ (সংযুক্ত বাক্য) complex ,,

১। অচম্বা য়াহৈ :— য়াহৈ অমুদা নোংতম (উদ্দেশ্য) অমগা নোংখাইবা (বিধেয়) অমত্তগা লৈরবদি মাদুবু অচম্বা য়াহৈ কৌই। অসিনিসে :— অগোই লৈবী তোম্বীনৌ অগোই শাই। নোংথেংনবনা ওসি য়াম্রি লিথি।

২। অতিনবা ৱাহৈ (Compound sentence):— মরু ওইবা ৱাহৈ অমি নত্রগা অমিদগী হেনবা ৱাহৈশা তিন্নহনবা ৱাহৈ পরেং অমা ওইবনু অতিনব ৱাহৈ (Compound sentence) কৌই।

মহৌশাগী অতিনবা ৱাহৈশিং অমা অমা ৱাং তৈশাং (conjunction) না সমনহল্লী; অমুগা অতিনবা ৱাহৈগী ৱাহৈ (sentence) খুদিংমক মরু ওইবা (Principal) ৱাহৈ ওইরি।

মাহুদি :— চাউবীনা খথাজবুদি মতেং পাংবিবা ওইখি অমুগা মশাবুদি ওইখিদে।

মাহাক্কি য়াম্না কটে, মাহাক লাইরিকনু তৈ অমুগা নোক্নু কদ্রি।

অয়ানবা নত্রগা য়েংশিন্নব ৱাহৈ (Complex sen tence):— মরু ওইবা ৱাহৈ (sentence) গা মথা পোনবা মপুং ফাদবা ৱাহৈ খরগা ইয়েং য়েংনহনা সেথা ৱাহৈবু অয়ানবা নত্রগা য়েংশিন্নবা ৱাহৈ কৌই।

মাহুদি :— ইবুংঙোন ঐহোক্না তৌবিখিবা থবক অসিগী লমন করম্বা মতমদা শিংবা ওযগদগে, ঐ খল্লে।

নাহাক্না কয়া হোংনরবদি, থবক্ মতৈ য়ানগনি।

অঙাংশিংনা অকায়পেং হায়রুনা চৈনবদি, ঐগী ই মাদা কয়া তানী দে।

মথক্তী অসিদা চয়েংনহনা মখম মরাং খল্লদ, অমুনা য়েং শিন্নবা ৱাহৈশিংনি।

১। অচম্বা ৱাহৈগী অতিনবা ৱাহৈদা লেম্বা ৱাই। মাহৃদি :—

(ক) অচম্বা ৱাহৈ :— অশিংবা নিপাসিদি মী পুরমক্তা পুনা তৌবৈ।

অতিনবা ৱাহৈ :— নিপাসিদি অশিংবনি, অদুনা মীশা মাহাকপু পুনা তৌবৈ।

(খ) অচম্বা ৱাহৈ :— ইনাকখুনবনা মাশী লন পুরমক লাইদা কৎখোল্লমই।

অতিনবা ৱাহৈ :— মাহাক ইনাকখুনবনি অদুগা মাখা মাশী লন পুরমক লাইদা কৎখোল্লমই।

২। অতিনবা ৱাহৈগী অচম্বা ৱাহৈদা ওহৈ'কপা ৱাই।

(ক) অতিনবা ৱাহৈ :— অঙাংশু পোকখি অদুদা মী পুরমক পোয়েংবা লাকখি।

অচম্বা ৱাহৈ :— অঙাংশু পোকপদা মী পুরমক পোংয়েংবা লাকখি।

(খ) অতিনবা ৱাহৈ :— মীচুনা মীনবা ৱা ঙাংই, অদুনা মাবু মীনবা মী কৌই।

অচম্বা ৱাহৈ :— মীনবা ৱা ঙাংবা মী অদু মীনবা মী কৌই।

৩। অচম্বা. ৱাহৈগী অয়ানবা ৱাহৈদা ওন্বা।

অচম্বা ৱাহৈ :— চাউবীনা লাইশংদা লাই খুরমললমই।

অয়ানবা ৱাহৈ :— লাইশংদা চৎপা চাউবীদো মাহাক্না লাই খুরমললমই।

## বাহৈগী সাদাই থিবা।

অচৰা, অত্তিনবা অত্থগা অয়ানবগী মরী মতা থিবগু বাহৈ সাদাই থিবা ( বাক্য বিশ্লেষণ ) Analysis কৌই।

অচৰা বাহৈগী মরী মতা।

অচৰা বাহৈগী সাদাই থিবা তারবদি নোংতথা নোংখাইবা তান্নগা কাইবয়োনগী মতুং ইন্না মথোন্নগী মরীমতা তাকলকে। য়েংবিউ—

| নোংতথা ( Subject ) | নোংখাইবা ( Predicate ) |
|---|---|
| ১। নোংতথা— কুক (কর্তা) ( Nominative ) | ১। কাই |
| ২। নোংতথগী মরী মতাং লুহাংনচিংবা। | ২। কোয়ো |
| | ৩। কোয়োগী মতীক মগুণ |
| | ৪। পুংহনবা |
| | ৫। থাঙানবনচিংবা |

খুদম—

নোংদা লাইরেন পাথংবনা পাথংবা লাইনিং মৈত্রবাক্তা সত্তোকখি।

| | |
|---|---|
| নোংতথা—পাথঙবনা | নোংখাইবা— |
| মরীমতা—নোংদা লাইরেন | কাই—সত্তোকখি |
| | কোয়ো—লাইনিং |
| | কোয়োগী মরী—পাথঙবা |
| | থাঙানবা—মৈত্রবাক্তা |

মতৌ অসুম্না মরী মতাং পীবিউ :—

খুদমশিং—

১। চুংশিংবা ইয়াবত হিকংবনা লৈপাকী থবক য়াম্না তৌবি।
২। মরৈপাক লিংবা থৌনাকবনা অরাবা থৌশাথিদে।
৩। কুমুদিনী মহারাণী য়াম্না শিংবী লৈমরেন ওইরমই।

মথংগী তাকপাসি য়েংবীউ।

অচৌবা ৱাহৈগী সাথাই থিবা।

| নোংতথা | | নোংথাইবা | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| নোংতথা | মরীমতাং | কাই | কোয়ৌ | কোয়ৌগী মরীমতাং | মপুং কাইদবা | থাতানবা |
| ইয়াবোং হিকবনা | চুংশিংবা | তৌবি | থবক | লৈপাকী | × | য়াম্না |
| থৌনা কবনা | মরৈপাক লিংবা | থৌশাথিদে | অরাবা | × | × | × |
| কুমুদিনী | মহারাণী | ওইরমই | × | × | য়াম্না শিংবী লৈমরেন | × |

অতিনবা ৱাহৈগী সাথাই থীবা।

অতিনবা ৱাহৈদা ৱাহৈ মখল তাকই, অদুগা সায়াং লৈথাং তারগা অতৈদি অচৌবা ৱাহৈগী মরীমতা থিবগুম তৌবৈ।

# অতিমবা ৱাহৈগী সানাই তাকপা

| ৱাহৈ | ৱাহৈ মখল | সান্নাং লৈশাং | নোংতম্বা | | নোংখাইবা | | | | |
| --- | --- | --- | --- | --- | --- | --- | --- | --- | --- |
| | | | নোংতম্বা | মরীমতাং | কাই | কোয়ৌ | কোয়ৌগী মরীমতাং | মপুং কাহনবা | খাঙানবা মচিংবা |
| পাজিনা হায় অহুদি | মরুওইবা ৱাহৈ | অহুদি | পাজিনা | × | হায় | × | × | × | |
| মং কদোঁইদে চৎকদগে ? | মখা পোম্বা ৱাহৈ | | মং | × | চৎকদগে | | | | কদোঁইদে |
| ইবোচা ফত্তবা অঙাং নত্তে, | মরুওইবা ৱাহৈ | করিনা | ইবোচা | × | নত্তে | × | × | ফত্তবা অঙাং | |
| করিনা মাগী মরুপশিংবু মানা লুনা তৌই | মখা পোনবা ৱাহৈ | | ম'না | × | তৌই | মরুপশিংবু | মাগী | × | লুনা |
| হৈরবা তোম্বা থুনা লংকমই | মরুওইবা ৱাহৈ | অহুগা | তোম্বা | হৈরবা | লংকমই | × | × | × | থুনা |
| অহুগা ঐ চৎলমই। | মখা পোনবা ৱাহৈ | | ঐ | × | চৎলমই | × | × | | |

খুদম খরদং য়েংবিউ :—

করিগুম্বা অমা নংমা ত্তৌবদো নিংথিনা তৌ, মহাক্না তারকপচুগুম্বা পাউ অতুমক তমউ।

| ৱাহৈ | ৱাহৈ মখল | সায়াং লৈপাং | নোংতম্বা | | নোংথাইবা | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | নোংতম্বা | মরীমতাং | কাই | কোয়ো | কোয়োগী মরীমতাং | মপুং কাইদবা | থাজানবা |
| নংমা নিংথিনা তৌ | মরুওইবা ৱাহৈ | × | নংমা | × | তৌ | করিগুম্বা | অমা | × | নিংথিনা |
| করিগুম্বা অমা ত্তৌবদো | মথা পোন্নবা ৱাহৈ | × | | | | | | | |
| মহাক্না পাউতুমক তমউ | মরু ওইবা | × | মাহাক্না | × | তনউ | পাউতুমক | তারকপা পাউদা | × | × |
| তারকপা পাউদা | মথা পোন্নবা | × | | | | | | | |

অতৈ খুদম :— ১। মাহাক চারগ, অতুমগী ওাইহাক চৎথোক্নবা মতমদা চৎথিবদা, মাগী মপানা মাবু ঠৈরমই।

২। ভুমথৈ ভুম, চাবা মথৈ চাবদা পেনবা লৈজবা মানা, করি অমুক চাগনি।

## সাজেন

১। ৱাহৈবু করি হায়না কৌনবগে ? সাপাই কয়া পোকনা থায়বগে ? মমিং হায়উ।

২। নোংত্তম্বা অতুপা নোংখাইবা অসি করিনো ?

৩। নোংত্তম্বগী মরী মতাং করি করি লৈবগে ? নোংত্তম্বা কপাইবু কৌবগে ?

৪। নোংখাইবগী মরী মতাং করি কবিনো ? নোংখাইবা কম্বিবু কৌবগে ?

৫। অচম্বা ৱাহৈ, অত্তিনবা ৱাহৈ, অয়ানবা ৱাহৈ কপায়বু কৌবগে ? খুদম অমমম পীউ।

৬। মখাগী ৱাহৈশিং'দগী অচম্বা, অত্তিনবা, অয়ানবা ( য়ানুশিন্নবা ) ৱাহৈ পুখোকউ

(ক) মুমিংকী অকোয়বদা পেওহুনা লয়হুনা লৈববু পোইরৈ কৌই। নিংথৌচাগী নিংথৌ-মচানুপীবু ৱাংগমলোন কৌই, অদুগা মোইরাংশীবু ভাংলোই কৌই।

(খ) ঐ চাক চারে, মধু চাক চারগা য়ুম্ফাল চংকনি অদুগা ফি অমা লৈগনী।

# অহুমশুবা

## শরুক।

### ১ম মতাং।

মাটৈ মতেক অমনা ২শী মহৌশাগী থওনবাহ্ হন্দোক্লগা অতোপ্পা অমা ৩৫নং থওনরবাদ মাহুম্ চৎনরেন ( মুহাবরা ) idiom কৌই।

লোন ফনা হৈছনশু চৎনবোন থওক্রবদি মীনা লৌকনৈ। চৎনবোন নিংখিনা থওবা হেব' ইবদি লৈপাকমচা তাবনী খুদমনি, অহুতশু নত্তনা লোন ফজবশু হেলচ'হ্র

অকুৎপদা লৈতৌব'—কত্তব' নত্রগা লাইরবদা, হেন্ন' কত্তবা নত্নগা
খুদোং চাদব' পোকহনবা

খুদম:— চাউবদো লম্বোনগনি হ'য়তুনা লুপা চাম্বা পুক্লবাব্
লমথা'দা তাকোরে, ওম্বোকপনি অকুৎপদ লৈতৌবা হায়বহুনি
কায়বা লৈত্রে

অতিয়াদা ডিল শিংপা=মাগী মাশিংশী মরমদা কত্তনা ভাংবদি
মতোন্দা হ'ঞ্জনবনি মাহাক্না মকুবোকপু খীনা ভাংলিবহুদি
অতিয়াদা ডিল শিংলগা মথক্তা তাই হায়বহুনি মাবু মীনা
কত্তবনান হায়গান

অতিয়া নিংথাহবা=য়াম্না য়াব; মচা শিরে তাবদা অতিয়া
নিংথাহবত্তম পোকখি।

অতিয়াদা তেনকায়্না=থওসন্থ হায়দুনা শেয়ামনা তাংবা। নং না ঐবু
মপান্দা কজনা হায়জিময়গা, নপুক্তা মালোম থম্বদি অতিয়াদা
তেন কায়্নান।

উং-চাইবা=লৌনম ভোবা। অকবা শাশিন্নচুনা মী পুন্নমকী মিত্তা উং চাইবা লাক্করি।

উংচুংদা কি রেংপা=য়াম্না পকচদবা। মাগী নিপাচুনা কিরোন শেংচারিবনি হায়চনা ভৌশারিবচ উং-চুংদা কি রেংপচ মঙাইরে।

উ-না লোংনা তাবা উণ্ডে হায়বদা মঙাইরে=য়াম্না থিরে। মাগী মচানিপা অমত্তা পোকচবচ চেনখিবদা মপানা খিরিবসি উ-না লোংনা তাবা উণ্ডে হায়বদ মঙাইরে—থিত্রে।

কক্লা মপাল সনা থাম্বা=অরেম্বদা কনবা হোংনবা। মানা পোক্কবা মচানি হায়বদগী মীনা নোক্নগনি খন্দুনা কনা হোংনজে, অচুবু 'কক্লা মপাল সনা থাম্বা' হায়বচুনি।

কবুই কৈওইবা-ননিং নমাং হোত্রোং=শেলকনা ভান্দুনসু চংখিবনা হেনবা।' ঐখোয়গী মপানা থা অমদা নুপা চাম্মত্তা কংই, করি অমত্তা লেমদে, কবুই কৈওইবা ননিং নমাং হোত্রোং হায়বচুনি।

কবো কদোম ঔল্লা কদোম=মপুক লেপ্তবা। মাবু থাজরুগনু মংগী মীচঙ্ ওইনি হায়বিরিবরেদো কবো কদোম ঔল্লা কদোম হায়বা মীভাচুনি।

করোংচাক য়ুংবা=য়াম্না য়াবা; কনা হোংনজে য়াবনা করোংচাক য়ুংলে।

কলিদা থুদৈ কংদবা=থুনা মহৈ কংবা? নোক্নরুগনু চুক্নংজগনি কলিদা থুদৈ কংদবা হায়বচ কাউগনু।

কৈ উহনা চেল্লগা শওম ওল্লরে=কত্তবা অমা নাম্বোকনবা ভৌবদা

কত্তবা অমা থেংনয়ে। মীয়ৈপাক্ত কৈবা নারগনি হায়ৰুনা ময়ুমদা লাক্লগা নারে, কৈ ......... শত্তম ওক্লয়ে হায়বচনি।

কৈখোম থকপা মীনি=য়াম্না কিংবা মীনি। মহাক্তো না অমত্তা ঙাংনবা য়াদবনি কৈখোম থকপা মীনি।

কৈ না ময়েক মাঙব্রা=অকবাদি মাঙবা হৌনদে। মানা ইবুঙোবু কনা হৃহনা ঙাংহল্লমু কৈনা ময়েক মাঙব্রা হায়বচনি শাউক্লমু।

কৈ-মচা চাউনবা য়োকপা=কত্তবা মীবু কনবা তৌবা য়াদবা। চাউবীনা হুয়ানবগী মচাদো য়োক্লগা কনবা য়ায়া তৌজে অহুবু মাপী সনা খুদোপ হুহনা পুত্রে, কৈ-মচা চাউনবা য়োকপা মপু চায় হায়বচনি।

কৈনু-কিবা মথীনু কিবা=য়াম্না পাঙদবা। মহারাজদা না অমত্তা হজংল্লুনবা হায়বদা য়াদে। 'কৈনু কিবা মথীনু' কিবা হায়রুনা হায়রুগনু হায়বনু করম তৌদগে হায়রুনা. হেক্তা মহায়।

কেবনা কেবাক থোকপা=মৎত্তা চাদানা কেবা। লৈশাবীসে কেরিবনি হায়রুনা চৎপা কাওবা মখোঙ থাংবা ঙমজ্রে, কেবনা কেবাক থোকপা হায়বচনি।

কৈরাক থাবা মচা=অচৌবা মচা। কম অচৌবা কাবসি হৈহুনা কাবা নত্তে কৈরাক থাবা মচা ওইবদগীনি।

কুমপুবা=কুইনা লৈবা? ঐনা য়ুম অমা শাববু লোইজে কুমপুবা হায়বচনি।

কুয়াও-হংচনবা=ঙাওবা। পঙ-ঙাং ঙাংগনু নত্রবদি কুয়াও হংচনবা ত্তারি।

কৌজেং চণ্ডবা=থর কতবা ( কা-তদা ) কা অসি কৌজেং চণ্ডলে —চাবা য়াজে।

থাঙবু থকী তাবরা=মতম থরগী ওইবা অয়েম্বা কনা চায়বা মরূপনি হায়রুনা শুনা তৌরুববু থাঙবু থকী ওইবা তারে।

থর থরগা কোইজোম্বা থেংনব'=য়ায়া থরগা কত্তবা কংবা। কি লৈবদো অকবা খিরিবনি হায়রুনা য়ামনা য়েংলকই থর থর কোইজোম্বা থেংনৈ হায়রুনা অহোবা অমা লৈরকলে।

থুংলাই থাবা=মথাপোনবা য়াবা। য়েরুবনা কোয়শিল্লবচুদা লাম্বী শিংদো থুংলাই থাবা তাখি।

থুমু মথোঙ শমজৌবা=য়েংপা; ঐনা তৌবা থবক্তা সুমিং চুপ্পা মানা থুমু মথোঙদা শমজৌবা হায়বছুনি।

থুমনা মথোঙদা কনবা=য়াগী য়াগী থবক্তা মী অমনা চাউবা হেনংবনী য়াজ্যপালতুন' গাড়ী থাউবৈ থাম্বনা অহিংদা থৌরকপদা লম্বীগী পুলিসনা চংকনজে; থুমুনা মথোঙদা কনবা হায়বছুনি।

থুবাক থুনমত্তা=থুনা মহৈ কংবনি যানু নোঙ্ককগম চুরুংগনি—থুবাক থুনমত্তা ওইবনী।

থুবাক ময়ায় শগুন তৌবা=য়ায়া তৌবা ঙম্বা। মথোয়গী মচা নিপাদো অঙকপনী থুবাক ময়ায়দা শগুন তৌবা ঙম্বনী।

খুমিং খুদাং মচা—অতোনবা মচা ; মাখা অচোপ্পা হায়রিবাদো তৌগনি খুমিং খুদাং মচানি।

খুমক্তা যণ পাবা—নিয়োম ন্যাইদবা ; মাহাক্না অমরোমদা অমুক চং—অমরোমদা অমুক চং কয়িনো তৌরিবা খুমক্তা যণ পাবা হায়বনি তারে।

খুজিন্দা চুম চওবা—ইশাগী মীনা য়েক্লবা ওইবা। নথোয়গী নৈকাইগী মিপাদো চেকশিন্নু নতোন্দি খুজিন্দা চুম চওবা হায়বনি।

খোংদগা খওব =খবক উয়গা কৈ-কপ্তে খওবা ; হৌজিক্তি মাবু পওপা-থাপংখিন্নু হয়েং কোয়া খোংদগা খওবা হায়বনি তাই।

খোকউ শেনবা = চেকশিনবা ; যণদো য়াইগনবীনি, খন্না খোকউ শেনবা খোকই।

চেও-পূরগা চেওশিং—মানা মাপা তৌবগী যহৈ কংবা। তাবু অহবু মী খয়না থীনা কুয়মই, চেও-পূরগা চেওশিং হায়-দুনা মানা তৌবদুনা কংবনি।

চয়াং মশা পাকবা = য়ায়া কিনবা। পুলিশনা লাকপা তাবদা চুয়াববশিং চেয়বদা চয়াং মশা পাইনবা হায়বনি ওইরে।

চেও নৈত্রব—পূনসী নৈত্রবা, মাইবন্দন অনাবনি কয়া হোংবয়নই চেও নৈত্রবদা কয়িন্নু তৌবা য়াজে।

চৈয়বদ খোংথোও শাবা—তান চাদবা। মংবা তৌরিবদি হায়দুনা

য়োৎনরিবা মথক্তী মীনা শাউপনি চৈরমদা পোংথোঙ শাবা ডাগনি।

তনবনা হৈবোং মথা হিম্না—কম্নিগুম্ব অমতা তৌনিংদবা। কি অদি তাইহাক্তা শূরুচৌ য়াদে, তনবনা হৈবোং মথা হিম্নঃ হায়বা নিপাছনি।

তোংখৈদা শাম্ন লিৎপা=ওইথোক্তবা তৌ হায়বা; থবক অমু মারোই হায়বমকন্ন তৌরুদা মহায়রি, তোংখৈদা শাম্ন লিৎপা তাগদৌরি।

নথুং ছুংপুম্নবা—থবক নোমদবা; চাবদি অহাউবা চানিংই নথুভি ছুংপুম্নবা কয়া অহাউবা কংগনি।

মচীন্দা কোদোন শৌবা=য়াম্না তাংবা রা তাংবদা মচীন্দা কোদোন শৌরে।

মহৌশা শক্তিং হৌবা—মথক মরক্তা অতাওবগুম হৌবা; মামা চৈথসে শাউকপ্র মহৌশা শক্তিং হৌবা মীনি।

মিত্তা ততুন পাইবা=য়াম্না হেম্না রাব অর্থাৎ চাকনাশ্বা। অঙ্গীসি লাকপদা মিত্তা ততুন পাইরে।

মিত্তা তোনবা=ইঙ্গিত তৌনবা; মথোয়না ঐবু উয়োই হায়ছনা পোৎতু শীনিংদছনা মিৎতা তোনবা ঐনা উরমই।

মিৎনাবা=দুংতাইতবা; শকতু উবদা য়েংনিংদবনা মিৎ নাবা হায়-বছ য়োই।

মিৎনা য়েংবদা থওবা—য়াম্না হৈশিংবা; মাশী অমৌবা লাকপী মমৌছদি য়াম্না কৈ "মিৎনা য়েংবদা থওবা" হুশীনি।

লাইরেন মতুং ঙা ইনবা—মী অচৌবা অমগী মতুংদা মরাম মতুং ইনবা। নিংথৌচা লাকপদা মনাইশিংদো লাইরেন মতুং ঙা ইল্লি হায়বগুডাই মনাইশিং য়ায়া লাকখ্রে।

লমহই মথুন থেংনবা—খঙহৌদনা য়ায়া তোংবা। হন্দক্তি ঐনা ভাইচুং কৌ থাবদি খংঙমদা কৌপোৎ ২১ থোকই,—লমহই মথুন থেংনবগা মায়রে।

কচিক লাংবা=ভুমিন্না তোপনা নৈবা, পোথাবা। থবকচু কন-মনথ্রুনা ভাইহাক্তং হকচিক লাংলুই।

হৌদোং লখোইবা—ভাং তৌশিন্নবা। সাধুগী হায়চুনা নিপাচুগী মখাক্তা পোং অমতা থমলুগনু মাংহনথীনি,—মাদো হৌদোং লখোইবনী।

খঙবিগদবা— অসিগুবা হঃ য়ায় নৈয়বনু—থুদম ওইনা থম্মদং চৎচবনি।

## সাজেন।

১। চৎনরোল কদায়বু কৌবগে? অসিবা কৱি কায়বগে?

২। মথাদা ইরিবা চৎনরোলশিং অসি হাপচুনা বাৰৈহ সমউ। কুয়াও-হংচনবা, খোকউ শেনবা, লমহই মথুন থেংনবা, থাংলগা থওবা, ঐ কম্নবা।



# অনিশুবা মতাং।

## মীনা হায়নবা।

### ( পাউরৌ )

### Proverb

চৎনরোম্না তাংলিবহুগী থওনবাও তোতাম্নি,—তাংখবা অমা অর্থনা অমা। 'মীনা হায়নবা মত্রগা পাউরৌ' হায়বামিনা— অর্থ মপুং ফানা লৌবগা হায়রিবা বা অতুগী মতৌ পাংই।

**অকনবনা অচুম্বা শকই**=লায়বক্ত অথবনা হায়বা লৌমৈ। মরা হিগৎপা মানবা নিপাহ লোকম লোকনা অচৌবা অহুনা লোকই-উথিত্তে হাংহনা হুথিরে; অহুদা হায়কবু শাউরকই। 'অকনবনা অচুম্বা শকই' হায়বহুনি।

**অঙাংদি নিংথাদা থওই**—চাউগদবা মীদি পীক্লীটৈদগী অকবা গুণ চেন্নি। মত্রী ওইরিবা পাখংসে য়ামা পীক্লীটৈদগী করকই 'অঙাংদি নিংথাদা থওই' হায়বহুনি।

**অঙাংনা মৈ কিদে**—অপণ্ডবনা অকিব লৈতে। অপণ্ডবহুনা শাবুত চৈনা ফুরুবদা শামুহনা মনাত্তোম্না কোং-কদবগী তায়রকই, 'অঙাংনা মৈ কিদে' হায়বহু মাহাকনি।

**অঙাংনা মুম মৈ থাবা চাকপা লৈতে**=মাগী মচানা কত্তবা পাউ অহু তথদগী মুমহু কাইনরে, অঙাংনা মুমৈ থাবা চাকপা লৈতে হায়বহুনি

**অতোপ্পীগী ফনেক কৌবদি ফিদগোম মকা তানবনি**=মী অহনা মানা চুংশিনবা তৌবদি য়াই অকবদা ওইনা লৌই।

তোঙনা হক্তক চঙলুবা অসিদা মুস্পু অহনা য়াগ্রে, মতৌবা তৌয়বস 'অতোপ্পী......তানবনি' হায়বহ লোকগ্রে।

**ইতৈ চিবাত্তোং কয়ম তৌনি**=থৌশাদবা মীশিংনা অয়াবা নংই। চেঙ হায়া য়ালহৌসি য়াদহনা হৌজিক্তি তাওশিনগ্রে 'ইতৈ চিবাত্তোং কয়ম তৌনি' হায়বহ তাগে।

**ইপান চাকস্থু চাদা, ইপুরোইগী চাকস্থু চাদনা তোকলে**= থবক পূরনক্তা মচৈ য়ান্নাব। এনা লৌবাইদা কৌ থর লৌগে চংলূবস্থু কংদে, ইম্ফালদস্থু য়ালহৌজে 'ইপান......তোকলে'।

**ঈয়োইবা হৈবগী হৈত্তবগী কোম্মহনা শি**=থবক নিংথিনা তৌত্রবদি তিম্মনা তৌবা গীশিংগী থবক মাঙই।

"চাউবনা থবক নিংথিনা তৌদবা অসিদা এক্ত তৌবা ওমজে, ঈয়োইবা হৈবগী হৈত্তবগী......শি হায়বহ তাগে। থবক অমতা পাঙজে

**উজাও তুরগা মখোঙদগী উমচা লোকই**=মথক্তা লৈবা অচৌবা মাঙবদি নশাগী মাঙবনি। নংগী পাংবনা শিবাসি, লেনথুম চেকশিন্ন., উজাও তুরগা উথোঙদা হৌবা উমচা লোকই হায়বা লৈবনি

**উ-সুক্কা লাইনিং কয়গা থব্রাংচাক ওলই**—কয়া হোংনরবদি নিংবা থুংই। ইবোমচা! লাইরিক কয়া পাউ, "উসুক্কা লাইনিং কয়গা থব্রাংচাক ওলই" হায়বা পাউরোহনি

**কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে**—অকবা মীনা অকবা মচা পোকই। লাইনিং কনবা শ্যামশাইনা মজাইবুডো রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র পোকলমই ; কৈনা……হৌনদে হায়বছনি।

**কৈপী মপাল মাপীনা তাংই মাপীগী মপাল কৈনা তাংই**—লৈমিয়রবদি চায়গদবান। অমনা অমপী মতেং পাংনগদবনি। লৈকাই মচাগা খংনগনু 'কৈপী ·……কৈনা তাংই' হায়বছনি, মহৈ মহৈ কায়বনি।

**কৈ লৈবা মকমদা নুমিৎ তাই**—খুদোং থীবদ খুদোং থীবা ফংই। ককচিংগী চীংগোম্মুদা কৈ লৈ হায়ছনা ফৈনৈ, নুমিং তাক্সিদৈদা ককচিং য়োংগে হোংনরকপদা চীংগোন অহুমক্তদা নুমিং য়রবি, ওহোন্ন' ফিবি ? কৈ……নুমিং তাই হায়বহুমক পোকবি।

**কা মতপ অমনা চিন পৈনৈ**—খজিক্তা পীজরবনু পুকনিং শেংনা পীজরবদি পেন্নি। অজ্ঞা হন্থবাহুদা লাইগী প্রসাদ খজিক্তা পিউ লায়বা য়ায়মদে, অহুবু কা মতপ অমনা……পৈনৈ হায়বগুম লাইগীনি হায়ছনা চেৎ খজিক্তং ফংপদা হেক পিরকথি।

**খংমলপা লগোই য়াওহন্দে**=পূর্কাল ভূপত্রশদ খবক পাওদে। ঐনা হাপু হাপুনা নংলোই লায়ুফম চংপদা শিং মানথুরনা ফি-লৈখোম তৈবদগী মাখোংগী কুম্মেদো য়াওকন্নে, খংমলপা লগোই য়াওহন্দে হায়বছ তাথ্রে।

**খোংফমা চিকপা হুইনি**=চাউব য়া ভাংদবা মীনি। হৈনা চংদু নিপাদো য়া ভাংদে হায়বভনি, খোংদনা চীকপা হুইনি।

**থুং নাম্মতনা থুবাক থুবা য়াদে**=মীচং অনিদগী থংনবা থোকই। নাহাক্নদি নংনতা চুমই মানা লাক্সি হায়রি, থুং নাম্মতনা......য়াদে হায়বহনি।

**খোঙ চোংলগা চিন চোংলি**=কয়া নোম্মগা সুংঙাই। থবক কয়া হোংনৌ, খোঙ চোংলগা চীন চোংলি, নোমজবদি থবক মইহে য়াম্লোহ।

**ঙাহু মচা ঈশিংদা ঙাক্তনা শিবা হোনবে**=মানা মানা তৌবা থবক্ত কিজম লেত্তে। খাদা মচানা হি হোম্লুনা শায়বনু নংনা ঙায়গানি হ'য়হুনা কিবা শারি 'ঙাহু মচা......শিবা হোনদে' থক কিরুম

**চু চাঙ হায়রগা পাল চাক্তনা লাকলে**=কত্তবা হেয়া তৌয়ক্লে। নিঙোল মোরাহু য়াংখী খাংই হায়হুন' য়াখী কোক্নবা চু লৈহুনা চাও হায়হুনা মনেয়া লেপা পাখ, পাল অঙানবা চাহুনা য়াখী খাংবা হেনহল্লে।

**চুহি চফুদা থুং থিংজিল্লুনু**=মীনা পায়বা লোং মতা চাদনা কংনবা হোংনগনু। সুপী অঙাং লৈবদা চঙ্গুগনু চুহি চফুদা থুং থিংজিললুম্ম হায়বা পাউয়ো লৈবনি

**হুয়ানবগী তয়ানি মপুগী নোংমা হায়বাক্তনি**=কত্তবা থবক তৌবাদ মীনা লোয়ঙনা থঙলকই। হৈবমগীদা হুয়ানবদো মঙা ঙরুকলক তয়বান অহনু চাসদি কায়ে হায়নৈ 'হুয়ানবগী ...... মপুগী নোংমা' হায়বহনি

**লৈত্তোন শঙ্ক পান্দে হায়হুনা বা য়াম্না ঙাংগনু**=চাউবনা অর্থ য়াওদবা বা পংঙাং ঙাংবহুদা মমানা লৈত্তোন......ঙাংবহু হায়হুনা চৈয়মই

হংভোই মীশি করাংকাক তারে=ককদনা শিরে। নিপা অমা পাড়ৌদগী তাবহ্ মখোঙ মথুং কাম্নাং কাকচুম্না শিহ্না লৈরে, ওহোকপনি। 'হংভোই মীশি……তারে,' থয় শেমজিনবিউ।

স্নুমদাংবনা কৈ নারে=মীগী মমুমদা লৈরগা মাগীনি হায়দুনা খংনরে। মম্নাং চুকাপ্পায় অহুনা চাউবীখোয়গী মুমদু তাড়া শিহুনা লৈরগা মাগীনি হায়রে স্নুমদাংবনা……নারে হায়বাহ্ তারে।

ম্নাম্মলবা হায়র্বাসি কত্তে=মান্না হেনবা কত্তে। মান্না দান তৌবদগী বালবু পাত্তালদা নমথখি, ম্নাম্মলবা হায়বাসিদি কত্তে।

## সাজেন

১। পাউরোগা চংনরোনগা কয়ি খেন্নবগে?

২। মথাগী অসি কয়খনা চংনরোননো, কয়খনা পাউরোনো হায়রগা বাহে সেমউ।

য়েকমদা হামোক তৈবা, দুংদা মৌশিং চাইবা, হহুবী পান্নো, শায় য়াঙ্কম নিংখৌ য়াক্কম, লিপ্লবু মরৈ অনি লোংবনি, য়াংয়াম মমাঙদা পোংখোকপা, লৈচোম্পা তেন কাপ্পা, দুকোকপদা লেন তাবা, দুহোংলমদাই কোই কোয়বা, লিক্লাই মরুন থাবদি হোদে শেনবী মুকাকলৈ মরুনা থাবদি মহৌষ্ট।

৩। মথাগী চংনরোম অসি অর্থ হন্ন্:— খণ হহুবীনা কোহৌস্নী

অহনবা থাংবা, হিংচাবী চাকথাক, সিনন্থু শিবা চৈথু তেকথা, খুজিন্দা ফুম চঙবা, মুং অমি মরক্তা হাঃ, তারুম মনৈ খুজিন্না সিকপা।

থওণদবা :— পাউরোসি চন্নিবগী হেন্না মৈথৈরোম্বা দৈদি লৃক্ষ্ণু খুদম ওইনা থমদং উৎচবনি।

---

# মরীওবা সরুক।

## ১ বা মতাং।

## মচি লৌথৎলগা ইবা।

## ( সার লেখন )

## Substance writing

থবক শূবদা ওম নুত্রগা কৈদোম নাইনৈ, মতৌ অহৌন্না দাইরিবোতু ওম-ওন নাই। ওম-ওন অমদগী মচি ওইবা বাটৈ লৌথৎলগা ইবাবু 'মচি লৌথৎলগা ইবা ( সার লেখন ) কৌই।

### মচি লৌথৎলগা ঝিনবগী হৌদরোল

১। মচি লৌপোকউ হায়রিবা ওম-ওন ( Paragraph ) অদু তপনা অমি অহুক পা-ও।

২। পাবা মতমদা মরু ওইবা মতাংদো দৈদি মথাদা চিংচুনা থমদো।

৩। মচি থন্দুনা ইবদা পাউরো পাদৈ রাঙহনগদু।

৪। মচি লৌথংহুনা ইথলোক্লিবা মতাং অদো মপম্লবাদা 'মচি' চিংথহোৎলি, হুম্না রাথদ ঙৌ।

৫। কৱিওবা ৩মওন অমগী রা-মচি লৌথংহুনা ইহৈ হায়রবদি— ৩মওন অহুমী সপ্লক অহেমলোম থোক্লগা অময়োমদি চাউ-হনগদবনি।

৬। ইপলৌগ্লিবা রাহৈ মচিশিংদো মথং মনাও কাম্লদানবা হোংনপনি।

৭। রাহৈ মচি লৌথোকহুনা ইবদা কাইবয়োনগী হৌনয়োন কাযদনবা, লাইকম-তিনকম চা না থম্লবা হোংনগদবনি।

খুদম ঃ— ( মথাগী অসি পাহোইবা থোঙুনদগী লৌথোকপনি )

"অতৌপা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীং শোমপানা তম্পা মসানৌবু মুনা মুনা য়েংওময়ে মুম্না-পাং-ও ঙৌনা কৌয়ে। তম্পা রাঙমলোন ছুপী রাংওম তাংয়েক চম্লনা অতৌপা মসাপিপু কোংনা কোংনা য়েংওময়ে হায়পকি কোংঙা পাঙ-ও ঙৌনা কৌয়ে। অতৌপা কাইনৌ চীংশোমপানা তম্পা রাংওমলোন অসিপু থাপা মম্লাদ য়াইঙা কয়ম য়াংকোই তামপানো কম্লকয়ে শোন থোই-য়ময়ে। অতু লোংকৌপু লোংপান হোঙ্নেম তুমপা তকশোনপুং য়াঙম্লা লৌচাউ চেঙকোই লৌচাউ কানাপুংও ঙৌনা কৌয়ে হায়তপয়া!"

মচি ঃ- লংমাই নিংথৌ চীংশোনবনা তমপাবু মুনা য়েংবদগী মুম্লা-পাং কৌথি, অহুপা তাংয়েক চম্লু তমপানা চীংশোনবাবু কোংনা য়েংবা মকপু কোংঙা পাঙ কৌথি। চীংশোনবনা রাংওমলেনা

তমপানা থাবা মুমকোইরবদা মপুক্তা মুতাইডনা শোনখি, শোনখিবা মকম অচৌবা লৌকময়ু হোডনেম ওবা তক-শোনপুং থোরখি।

——————

# অনিশুবা মতাং

## পুথক থাবা

## ( শীর্ষক )

## Heading

কম্রিশুম অমা ইরপা 'পুথক থাবা' হায়বালি ডৌনৈ, লাই-রিকনু মমিং থোম্নৈ, রাথল তৌনা থোমগদবনি—মমিং পুথক থাগদবনি।

### চংনবী থম্ম

১। থাগদৌরিবদো ইরিবাতপা চা-নবা কৈ, কৈকেং চুরেং তৌবা কম্ভে।

২। থনগদবদি ইবনা মরম অমা ইরপা, থাবনা অমা থায়বদি থঙবা ওয়রোই।

৩। মমিং-পুথক থাগদৌরীবাহ্ হম্না হম্না পারপা মম্ল ওইবা থম্নুনা থাগদবনী।

৪। মুম। থক্লপা ইগদবনি, ককথোক ককথিম তৌবদি কমানহ্ পেক্লোই।

থূসম :— "অমধা অতিংকোক, অতিয়া নাই অহয়া তাইবংপান অসি থৈনা চান্নরবদা কোইচেন চেমকদে, মতম অমদা তাইবংপান মপুনা অমবু মাহাক্তী হকচাংদা হাপচিনবিত্রে অমবু মাগী থৈকন ওইমরে— অমবু থৌদানকম ওইহনদে। মাহাক্তী মাওথ্রবাবু অমুক হন্না অতিয়াবু লেমহল্লে, হন্না হন্না পোকদে অপকন্না পুন্নমক হন্না হন্না চাকত্রে, মাহাক্তি লেওদবা শিবা পোকপা নাইদবা ওইনা থৈরে।"

খাগদবা পুথক— "তাইবং মপুদি শিদবনি।"

# অহমগুবা মতাং

## সম্ভোক্তা তাকপা

### ( ব্যাখা করনা )

তমবা নাইরিক নত্রপা শৈরেংবু সম্ভোক্তা হায়নবা হায়নৈ। মাঙ্বু 'সম্ভোক্তা তাকপা' অমদি হায়বা কৌনৈ।

মাসি খণ্ডবদি তমনী কান্নদবগুম তৌই, অহনা মনুংগী খণ্ডনরিবাহ্ কন্নিনো তান্নবা নান্নগনি।

"থৈরাও খোইনিদা চান্নবা থৈনিদা
শিবু খোইনা হাউবা থৈদি চীমতবা থৈনিদা॥"

শৈরেং অসি সম্ভোক্তা তাকপদা :— মীওইবগী খম্মোরনা পোক্লকপা চা-মবা হায়বসি থৈ অমগুবনি। চান্নবসি থৈরাও-খোইনি হায়বদী থৈ অহ্ পুকনীং নত্রপা নাথব ইন্নাও নাওবা

পোৎনি। হৈ অকবা উয়গা তিনচুমছুনা চানিংবগুম চা-য়বা উবদা পুরীং লাওই, চায়বা উয়বা। চায়বা কংবা অসি য়ান্না মুত্তাইবা অমনি অসিদগী হেন্না মুত্তাইবদি চায়বাগী য়া চীয়া তথনা হায়বদি চীয়া কোংতোকপনা হেন্না মুত্তাই।

"লিল্লাই য়ল্লনা থাবদি হৌদে, সেনগী মুকাকনৈ য়ল্লনা থাবদি য়হৌই।"

সত্তোকনা তাকপা ( ব্যাখ্যা ):— লিল্লাই ( হিয়া ) নত্রগা লিহ্লি মতুম য়েংবদা কজবা পোৎনি, অদুগুম্বা লিল্লাইদু পাল্লকনবা লৈপাক্তা থাবদা লিল্লাই পাম্বী অমত্তা হৌদে। মমল য়াময়বা কহিন্ন লৈত্রবা সেনগী মুকাকনৈ য়ল্লদু লৈপাক থাবদি হৌই কজয়বন্ন কজবন্নু লৈ শাৎলকই। মপান্দা কজবনা কায়দে, অচৌবা পৌন্নাই পানবা না অরুবনি। পৌনা কগদবনি, অচৌবা মী ওইগদবনি হায়বনি।

# ৪গুবা মতাং।

## লাইরিক্না পাউ ইবা ( চিঠি )

## ( পত্র ) letters.

পাউগী লাইরিক ইবাবু চিঠি ইবা হায়না খঙনয়ে। মথাদা লৌখিবা অমা থনিদৎ কোওজগে:—

ইপা, ওবা, লাইওক অহল লম্মলদা ইবা মওং।

শ্রীযুক্ত ওঝা ইবুংগো।

সনা খুন্না থাদা নিংশিংজরি!

ঋমাই ঐহাক লোক থূবগী হোৎপা ওথকয়ে, চম্নিগী হোন্না যুমিং ২দং চুটি পিনবীয়ু। ইতি।

চানবিয়বা
শ্রীচাওবা সিংহ
লোংথোয়মচা।

( মতৌ অময়া ইপা নচিংবদগী হায়বা য়াই। )

লৈপাক্কী থবক পুবা অচৌবাশিংদা পীবিনবা ইবা লাইরিকতি অময়া চংলৈ :—

মহা মহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত উপরাজ্যপাল, মণিপুর
প্রবল প্রতাপেষু।

হাজরিবা বায়োনদি :—

লৈপাক অসিগী হলক ঈশিং চাউহনা তোর্বান নিংথাইরিবস্রি মচুংদা অমুক থোক্লবা সনা মোংদমবিনবা মিংশিংজরি। ইতি

ইতোপী

তাং ৫।৮।৭০ ইং

তোয়বা হলৎচরিবা
শ্রীতোম্বা সিংহ নিংথৌজাম্বা
য়াইস্কুল।

থংবিগদবা :— চৎনবী হৌনয়োন থয়সি ইরপা হায়বিনিংবা মরোল ইবিবা য়াই। হৌজিক মতমদা ইংরেজী মরেক অমা শাগৈ ওইনা ইরগা মী অতুগী মমিং ইএয়ে, মাসি অকায়বা থক্ক লৈরি। শেলনচিংবা থায়কপদা য়ায়া চিংনবা পোকলৈ। শাগৈগী মমিং থাইনদগী ইনয়কই, ইবিবনা কই।

# ৫শুবা মতাং।

## ৱায়েং ইবা।

## ( নিবন্ধ লেখন )

## Essay writing

ৱায়েং ( essay ) ইবাসি মখল অহুম থোক্না থায়বৈ :— ১। ৱারি তাকপা Descriptive ৱর্ণনাত্মক।

২। ৱায়োন তাকপা } Narrative ৱিবরণাত্মক।

৩। ৱাখল তাকপা=reflective=ৱিচারাত্মক।

১। ৱারি তাকপা Descriptive essay ( ৱর্ণনাত্মক ) করিগুম্বা পোৎ থরাইপানবা মকম, খুন, চৈং, থা, (ঋতু) নচিংবাশী মরমদা ৱা মরী লৈনবা ৱা ইবা তাকপাবু ৱারি তাকপা কৌই।

২। ৱায়োন তাকপা— ( Narrative essay )— কথা-গুন্থী পুলীয়োন, থৌদোক অচৌবা, থোঙ্চৎ নচিংবশী মরমদা ইবাবু ৱায়োন তাকপা কৌই।

৩। ৱাখল তাকপা ( Reflective essay ) মরূপ শারবা, অকনবা তিনবা, মনীংতম্বা তম্মিন্নবা, কৈয়োই লৈকাইগী লৈমিন্নবগী সাক্তং অমচৎ অসিনাচিং ৱাখল চঙ্বা ফিরমদা ইবনি।

### ৱায়েং।

ৱায়েং মখল অহুমসিমক্কী মতাং অহুম থোক্না থায়বৈ।

১। অহৌবা।

২। মথাঙ্গী থংবা ( হিরমচুগী মরম মথান। )

৩। পোম্লোই ( অরোইবা। )

১। অহোবা অসিদা তাকদৌরিবাহ্ করিবুনো কদায়বুনো, অসিনচিংবগী ময়মদা হায়গনি।

২। ময়াইদা—কায়বা কায়দবা, পুলোদা খোকখিবা খৌদোক্লচিংবা ইগনি।

৩। অরোইবদা—হিরমত্তগী কায়বা অহুগা লোয়ননা করি-গুণা য়ারি নচিংবা লৈরবদি যাহ্ লাহুনা কায়বা অহু কোংতোকনি।

মথাদা য়ারি তাকপা Descriptive essay অমতং ইরুরি :—

## ষণ

ষণ মখোঙ মরি পানবা শানি, মাগী মচী অনি মমৈ অমা, অহুগা মরুম পান্নি। মখোঙ খোঙপাকী খুজিন অনি খায়দোকই মথক্তা মীওইবগী খুৎ শা পানবগুম খোঙ্‌থিং অনি অনি মখোঙ খুদিংগী লৈ। মমৈ অহুনা কাও হল্লিং হুমতোকপা ঙমই, মতম লৈবা খিবিক্তা মমৈ অহু হুমহুনবা লৈ। ষণদি শাজিক চাবা জীবনি।

ষণ অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা লৈ। ভারতবর্ষদা মথল মথলগী ষণ লৈ ভারতবর্ষগী ষণগী মশক উবদা মুংশিং মুংশা তোঙান্নি খঙবা ঙমই। মণিপুরী ষনাদি খৌনা কই অহুগা ময়োম খোকপা য়াংলি। আসাম বাঙ্গালাগী ষণদি পিকই, পাঙথে মখোয়মু খোকে। পঞ্জাব, উত্তর প্রদেশ, হরিয়ানা, সিন্ধু দেশ, মধ্যপ্রদেশগী ষণদি মখোম য়াম্না খোকই, হায়বা ইল্লি। মহিক্তগী ষণগী মচীদি য়াম্না শাংই মরুমলোমদা কোয়প তোকরগা মতোনহ মমাঙ লোমদা থর খেকচিল্লি য়েংবদা য়াম্না ফজে।

## ষণগী কান্নবদি হায়রিংঙাই লৈতে।

মখোয়া অকবা চিঙ্গাক্নি, মথী-মঙুংবা অকবা হায় ওইনৈ। শিয়বা কাওবা ষণসি কায়ৈ, কনা কনাগুবা মাতনা মাগী মশা চায়, মউন্না খোংউপ, কূরিং, পুংতিংবা, খাও মথুমচিংবদা সিজিন্নৈ। মড়ু না হায় ওইনৈ অহুগা খাওগী মখোকশু শানৈ। পূজিন অহুগা মচীনা উ-নাহোরবা শিরিষ শানৈ।

যজোমদগী খোকপা পোং মা, মাখোন, খৌখী, যজোম অকবা-অনৌবা মথল মখা অয়াম্বা মিঠাই অঙকপা কংবা হাউই; হকচাংশু কৈ। ষণগী যদোয়া মম্মা মখোম খোকবা অতাং য়োক-নবগী অকবা চিঙ্গাক্নি।

ষণ মথীনা হায় ওইনৈ, অহুগা রাই তৈনবা, কিংশূবা, অনাবগী হিদাক কাও ওইনা সিজিন্নৈ। ষণ মথীনা রাই তৈখোক-লগা শেংবনি হায়না মৈতৈনা থম্মৈ।

ষণ লাবনা ষণপোং খোয়বা, গাড়ীচিংবা, পোংলুম পূবগী থবক তৌই। ষণদি ষপু য়াম্না নিংই,—খাদোকলুরবশু মথক্তা হঞ্জিল্লকপনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। ষণসি মনম থওবগী পাঙ্গল কলই, মনম নমহুনা মাগী হামগী য়ুমদা হল্লকই। মতম কুইনা হুয়ানবনা হুহ্‌রা খমলুবা ষণ ময়ুমদা হল্লকপা থেংনৈ। মখোয়না মপুবু মশক খঙই।

কুগী অমনা ষণ অমা য়াম্না লুনা তৌজরমই। হুয়ানবনা হুহ্‌না পূথ্রগা অতোয়া মী অমদা য়োঘোক্লমই। চহী তয়াম্বাকী মতুংদা ষণবী অদু হামগী মপু অহুগী ময়ুমদা হল্লকলমই। হামগী

মপু অহনা হয়াওহনা য়াম্না নুংনা তৌজবি। য়াম্নক নৈরপা অতোপ্পা মপু শাম্না অহনা যগ অহু মথোয়গীনি হায়রবই। মথোয় অনি থংনবি, মতুং অহুদা তুগী অহনা হায়রমহ—"কোবদা চঙলকপনা মপু ওইমাস" অকোনবগী মপুনা কোবদা যগহু চঙলকই য়াথিদে, হায়রগী মপুনা কোবদা চঙলকহনা তুগীহুবু লেকলমই। অকোনবগী মপুহু থঙভম পোকহনা হনখি।

যগবু নুংনা তৌবদি তৌবিমদ থঙবা উৎপা কৌই মী গুরুমক্কা যগ হাংহুনা চাবদি তৌবিমদ থঙদব, তাইবংপানগী কামবা থঙদবদা চিংগনি। মীনা অস্রুমা হায়নৈ—যগ হাংহুনা য়োনবা, বগদা মগ্গাল লঙঙবা মীশিংদি থক লুত্তাইবা ওমদে। মরম অসিদগী যগবু নুংনা তৌগদনি। যগ অমোমপা লাবাপা পামহুনা লৌ থোইবা অসি য়াম্না অরানব থবকনি থমৈ, অচুমমকম্ব অহুম্না তৌবা মীশিংদি হৈনাক থুনব ওমদে, মপুক থম্না চাবা কংদে।

## ভরুকণ্ডবা মতাং।

### হেপাল।

### ( ছন্দ )

### Prosody

হেপালি ( ছন্দ ) সি শৈরেং, কশৈ অনিমক্কা চঙদবা কায়বা কওহান। ইশৈদা হেকপা, শৈরেংদ, শৈথল লাইবাসি অনিথোক্কা খায়নৈ। মাহুদি :— কা ( মাত্রা ) দা হেক পা নত্রগা ইমা অহুপা

ময়েক ( বর্ণ ) দা হেকপা মখল অমা ; হেকপবু হেপলি কৌই। মৈতৈগী শৈরেং অয়াম্বা 'কা' নাইমা হেকপা ( মাত্রিক ছন্দ ) না য়ম্না লেংলৈ, মখেক্তা হেকপা ( বর্ণিক ছন্দ ) খর য়াংলি। হেপলিগী কা, কয়ামুক্তা খোঙকম অমমম ওই। কা-বু সংস্কৃতা 'মাত্রা' কৌই। খোঙকমবু পদ কৌই।

## ১। কানাইবা হেপলি
( মাত্রিক ছন্দ )
মাহায়াবা হেপলি।

'খো-কু-ও নাহা পা-ও ইনম পোলয়ে পোন-কদে।
য়াকথক্লবী মৈ কামও ঈচিন তুময়ে কামকদে।।"

[ লৈখেকলৈ খায়োমদগী ]

খঙগদবা :— শৈরেং অসিদ' মথক থংবা পরেংনা কা ১৩ না শাই অহুগা অনীঙবদগী কা ১০ না শাই, খোঙকম ৫ । ৫ না শান্নি।

খুদম অমা :— "খিং খিং লৌজসে পা-না মঙ্গপ লৌজসে।
খায়োমদগী শঙাইনা মচী কেথক খোঙক্রীয়ে।।
ললহানপুংশী কাকৈনা মনা হুমাই শাফগ্নি।
তোকক্মদগী কমুনা শোইচু তোলোং চিন্দগ্নি।।"

## ২। খেংকু নমপোন হেপলি
খেংকু নমপোন নোয় নোয়।
হৌয়াই থাঙপাক মথাং-পাক।।
চেংগী লোইয়া মা-লোইয়া,
লামলোই খা-য়োই খা-চীঙ।।

য়েংগদবা :— মথকী পয়েংদা কা- ( মাত্রা ) ৬ না শাই।
মথাশী „ দমু „ „ ৬ না শাই।
থোগুকম মগ্নী মগ্নীনা পয়েংমি।

খুলুম অমা :— ক্রমা ক্রমা লি থাও-থাও
থং থং চিংহুনা নাতৈ অমিমক
চুশিময়ে, কাকয়েম খুজিন চুহু।

৪। কোতেমপী হেপলি।

কোথেমপী কৌ থেমপা কৌ-না।
মতোন য়ায়নাসে কৌ কৌ॥

য়েংগদবা :— কা ( মাত্রা ) তক্রক অহুনা থোগুকম অগুমা শারি।

৫। 'দীও' হেপলি।

কপোকও মাকালাম, কবোকুম মাকালামলে।
মাকা লামলে হায়মগী ; মকালামরে হায়রে॥
হংকামবুবী দীও, দীও চাক মথাক বৈথিক।
দীও হায়মগী, দীওয়ী-দীও হায়রে॥

য়েংগদবা :— থোগুকম মংতা মংতানা শারি।

৬। মিকোন হেপলি

ওকরি আ কোমলো মালেম হৌচৈ কোমলো।
নৈকা হৌচৈ কোমলো, কোয়ৌ হৌচৈ কোমলো॥

য়েংগদবা :— মিকোন হেপলি অসিদা কা ( মাত্রা ) ১১/১১ না
পয়েং অমম শাই ; থোগুকম তক্রমা পয়েং শারি।

## ৭। ঔগ্রী হেপলি।

( খাবল চোংবী হেপলি )

ইঙুং শোরা তৈরকলে,
কাল্লা লমপাউ চেল্লকলে।
লাইরেন লাবা য়া-ওল্লে,
ছুইখৌ লাবা চীকোংলে।

য়েংশনবা :— মথক্তী অসি কা ( মাত্রা ) মরীমা শাই ;
মথং অসি কা মংতানা শাই ;
খোঙকয় অহুম অহুমা পরেং শান্নি।

## ৮। মরেক্তী হেপলি।

( বর্ণীক ছন্দ )

হেপলি অসি মরেক মায়নবা হোৎনবগুম তৌই। ইশৈনা শরুকশদা মায়রূপা 'হে' 'শহে' অসিবচিংবা হাপনৈ। শেনা শকপা, খোংচোম ( তাল ) শৈশক, কোল্ল ইশৈ, খুল্লও ইশৈ ( Duet Song ) অসিনি।

### ১। 'হেরিনলা' হেপলি

হে-রিন লিলা হেরিন হেরিনলা।
হায়ুত্তে খুনলাইত্তে হায়াহে হায়াহে।
হেরিন লিলা হেরিন হেরিনলা।
হায়ুত্তে খুল্লাইত্তে হায়াহে হায়াহে।

অহানবা পরেংদা— ১২ অহুপা অকোনবদা ১৩ না শাই।
খোঙকমদি মংতা মংতানা শান্নি।

খূদম অমা :— হে হে হেন্নিও য়াম্নৌ কান্নে হেন্নিও।

হে হে হেন্নিও লাংপন কান্নে হেন্নিও।

হে হে হেন্নিও কাউচেং হান্নৌ ফাবচমগে।

চৌংথোক ইপূং ওক্রা লিকজু লাংচেমগে।

সাক্সেন।

১। মৈতৈরোনগী থান্নবগী হেপলি থন্ন মমিং হায়উ।

২। হেপলি চাউরাক্না মথম কন্নাবো ? মমিং কন্নি কন্নি কৌবগে ?

৩। কা হান্নবগা খোঙকম হান্নবগা কন্নি খেন্নবগে 'কা'বু সংস্কৃত কন্নি কৌনুবগে, অদুগা খোঙকমবু কন্নি কৌনবগে ?

—— —— —— ——

# ভরেংশুবা মতাং।

## লৈতেং

## ( অলঙ্কার )

ফজনবগীদমক সবা লুপা লৈক কিরোন য়ুমগী লৈতেং অসি তৌনৈ, মতৌ অদুগুম্না ব্রারেং, শৈরেং ইবদা ফজনবা তৌববু লৈতেং ( অলঙ্কার ) কৌই।

লৈতেং মথম অহুম্নি —

১। ফজবা য়াম্নাগী লৈতেং ( শব্দালঙ্কার )।

২। ব্রাহৈ লৈতেং ( অর্থালঙ্কার )।

৩। ফজবা ব্রাহৈ য়াম্না লৈতেং ( উভয়ালঙ্কার )।

## শব্দ য়াবা লৈতেং।

শব্দ য়াব্রা লৈতেংসি চাওরাক্না অনি থোকই। য়ারাগী খোংহোক তাবদা হুৎচাইনবা মাহুগা মওং মায়বা য়ান্না হাপ্পা মথল অমা, অহুগা য়ারা অহু মওংদি মায়রগা অর্থ (খঙনবা) হু থেমহুনা তম্না শব্দহনবা মথল অমা। অহানবগী মথলবু 'চুংহৈন লৈতেং' অনিশুবা মথলবু 'কাইজিনবা লৈতেং' কৌই।

### ১। চুংহৈন লৈতেং

য়ারাগী খোংহোক মায়নবা তোৗবাবু চুংহৈন লৈতেং (অনুপ্রাস) কৌই।

(পুংহৈবা চুংহৈনবনা—মকোক চংপগী মতৌ তমহুনা মথোল চাম্মনা, পুং কপোই মায়নবা তোৗবগুনি।)

চুংহৈন লৈতেং আসদা থুমং য়েক্তা মায়হনবনা নমই; ইমুং য়েকপু হয়াম্রি 'লৈথেক-লৈথায়োম্দা' হরিবাসে—

হেরিন জিন্দা হেরিন হেরিননা।

হায়ুক্তে থুপ্তাইক্তে হায়াহে হায়াহে।

মথক্তী শরেংদা 'রিন্‌ রিন্‌, দা দা, হে হে; মথাগীদা হা হা ক্তে, ক্তে, হে হে অমুয়া ঈবাস চুংহৈন লৈতেং (অনুপ্রাস) কৌনৈ।

### ২। অকাইবা লৈতেং

(যমক)

মচীন মনাও অনি কাইবোক পোল্লগা মশক মতৌ য়ান্না মায়রগা তোৗথোক্লকপা থবক্তা থেমবগুম অকাইবদা য়াওরিবা য়ারাগী মশক মায়রবসু অর্থদি থেমৈ।

খুদম :—

“লৈরাং থম্বাল মোমোন লোকচৈ।
শানৌ থম্বাল খোইরুম তৌবে॥”

মথক্তা ইরিবা অসিদা অহানবগী 'থম্বাল' উশিংদা শাংগা লৈনি, অনিশুবা পরেংদা ইরিবা 'থম্বাল' দুগী ফজবীবু থক্মরি। অসিগুম্বা লৈতেংবু 'অকাইবা লৈতেং' কৌই।

## ৱাহৈ লৈতেং
### ( অর্থালঙ্কার )

কবিগী হৈ শিংবা উৎনবা, তাবদা মুতাইনবা ৱাহৈ-ৱাতা কজবা হায়বা ওতাইকদবনি। ৱা তাংবা ( বক্তা ) শিবদু 'ৱাহৈ ৱাতা' কত্তরগ মীনা থাগৎনরি লৈতেং অসিদা ৱাহৈগী অর্থ কজনবা হোৎনৈ।

## ৩। পাবা
### ( উপমা )

কনাগুম্বা অমনা অকবগা পান্দমনবদা হয়াওই কজবগা পান্দমনরগা 'নংনা ঐবু মাগা পাবা শারি' হায়রুনা শাউনৈ। পান্দমনবা অসি পান্দম্নবদা (১) পান্দমলিবা ( উপমেয় ) (২) পান্দম ( উপমান ) (৩) মাইং তাকনবা ৱা অহুম (৪) মান্নবা গুণ হায়বা ৱাশিংসি চংই।

খুদম :— (ক) চিংউগী খুয়া থম্বাল থম্বালমক্কনি থমুনা খোইরু মপৈনা ওংলি।

(খ) লাইশুম কৱা নিপা নোংমা
ভাগনি অশিবগী খায়াত্তা।
হিজবা ইয়াবোং সুতাম ফুম।
তৌই তাইবংদগী থুপখিবশুন॥

৪। মক-চা-নবা ( মসক পাম্নবা )

( রূপক )

মক চা নবা লৈতেংসিদ, পান্দমলিবা ( উপমেয় ) গা পান্দম ( উপমান ) গা অনিমক চপ-চানবা উৎপনি। মাহুদি—

"তাইবংপান ঈপাক্তা তাইবংনা তাউরি।
পুনসী ঈচেম্পা হকচাংনা চেখ্রি।"

তাইবংপানগা পুনসীগা, তাইবংগা হকচাংগা মাম মাম্বা মসকনি। মসক অনিহু চাশিন চুশিন্নবানি।

## ৫। উৎশিনবা

( উৎপ্রেক্ষা )

উৎসিনবা ( উৎপ্রেক্ষা ) লৈতেংদি মামনবা হেক্তা হায়-জিনবনি মামবদি ইমান মামদবনি।

পান্দমলিবাবু মাম্না মামবদগী পান্দমনী চিংনবা হায়জিনববু উৎসিনবা লৈতেং কৌই।

"বাজি মহক্তনা মণিপুরেশ্বর চন্দ্রকীর্ত্তিবু চাক কৌরমই। নিংথৌনা বাজি মহক্তগী হাগনী খন্দুনা মনাই থরদং লোয়নরমই, অহবু মাগী মতৌক মতাম্না চাউরবা লাম্নী তেঙ্গোল লোয়নখত্রা উরমই।"

"য়ারোকী গুরবা উবংদা খোইবুনা শোম্বাংনবা ওংবা তাবগা মীখা পোনগনী কিয়বী মৈতৈ মৈমনা কপলিমায়ে খল্লুনা, মৈতৈ লাম্বীশিংনা শিবা কিখিদে।"

নোংঙানবদা তাউজিংহৈ অমুনবা
সনা খোম-তোন তাউ-ঙনবনা
নোংমাইজিংগী চাং মরুমদা অশংবা অতিয়াদা
খোয়কপদি মপান নাইদবা সমত্র ঈপাক্তা মপুংফানা
মুমবা কোমলা অমা ঈথক্তা ফগোই 'শাবগুয়া
নিংখিদি।

## ৬। পাহৈ
## ( শ্লেষ ) Pun

পাহৈ লৈতেংসি অর্থ অমা ওইনা লোবশু য়াবা অর্থ সেয়ায়া লোবশু য়াবনি। ফজনা লোবশু, ফত্তনা লোবশু য়াবা, য়ায়া-অমগী অর্থ অদুবু নত্রগা অহুম লৈবনি পা-নরিবাহু থৈদোক থৈজিন য়াবনি।

লৈপাক মপু খঙদবা নঙনা।
সেমগনি লৈপাকসি করয়া।।

মতাংসিদা— **লৈপাক মপুগী** অর্থদি (১) নিংথৌ অদুগা (২) প্রজাবু পুন্থনা চৎপা মপু হায়বদি সীল-লাঙবনি; অনিগুবদা য়াওরিবা "লৈপাকসি" হায়বগী অর্থনা (১) দেশ অসি (২) প্রজাশিংসি, অদুয়া লোবা য়াই। অসীগুম্বা লৈতেং অসিবু পাহৈ ( Pun ) কৌই

## ৭। অয়ঙবা লৈতেং

(অন্বয়)।

পান্দমলিবা অচুগা পান্দমগা অনিমক অমত্তা ওইবা মহৈ-মহৈ নঙবাবু অয়ঙবা লৈতেং কৌই।

অতিয়াদি মপান নাইদবদা অতিয়ানি।
ঈশিংদি ঈশিংনি অতৈনা শিনবা য়াদে।

মকম অসিদা 'অতিয়া' অচুগা ঈশিং অসী পান্দমদোৱা অচুগা পান্দমগা অনি হন্না হন্না তাকলি। অসিগুম্বা লৈতেংবু অয়ঙবা লৈতেং কৌই।

## ৮। নাশি-নাতৈ

(ব্যতিরেক)

পান্দমলিবা (উপমান) না পান্দমদগী হেনবাবু নাশি নাতৈ (ব্যতিরেক) কৌই।

তুরেন ঈচেন কন্না চেংঙবাহৃদগী থোং অমা ভোরগা ঈচেনহ্ হম্বহল্লগা থোং অচু থর' চেনহল্লগা হায়গী অচুদা তাহল্লি, মাহুবু নাশি থোং কৌই। মতৌ অচুগুম্না পান্দমম্বিবা পোৎ অচু থর হম্ব-ল্লগা মথৈদা পান্দমলিবদা অমুক চঙলকপাবু নাশি নাতৈ লৈতেং (ব্যতিরেক) কৌই।

খুদম :—

নুংশি হৈবগী থমোইদা মজোম মপান্দগীমু থোংলি,
মজোম মপান্দি মৈশা কংলগত্তা শৌদোকই;
নুংশি হৈবগী থমোইদা মীগী অয়া-অনা পুরমক্তা সরুক য়াই।

হূংশি হৈবগী থৱোইনা মশোম মপালগা মান্নবস্থ হূংশি হৈবনা হেন্না হায়ছনা মাঙোন্দা অমূক তারয়ে অছুম্বগী অসিগুম্বা লৈতেংবু নাশি-নাতৈ লৈতেং কৌই।

## ৯। নাতৈ পুতৈ

### ( দৃষ্টান্ত )

পোৎ অনি মান্নবা, পুম্না তৈবা তাইবাবু নাতৈ-পুতৈ কৌই। পান্দমলিবগা পান্দমগা অনিমক্না পুন্নিব। ন্নাথল অছু তৈপদবনি ( চেন্নপদবনি )।

খূদম :—

(ক) মীয়াম পুম্বা নিংথৌগী ন্নাতৈ হেক তাবদা জগৎনি মমখি ; নোংনা থনজিনবদা খঙহৌদনা মালেম মমখিবগুমখি।

(খ) য়োইময়াইগী হক্না তান্নবা মঙাল চাইশিন্নকপদা শূক্না মমলবা উমংস্থ মঙান্দুগী মঙান্না তালহল্লি উমংদো।

পুন্নকপা নাতৈ অছু পুন্নমক্ত তৈনৈ, নিংথিজৈ হায়বদগী নাতৈ-পুতৈ লৈতেং কৌই।

## ১০। লৈশি-লৈথোন

### ( অর্থান্তর ন্যাস )

মহৌশানা মশানা তাজবা অমবু থোইদোকপা অচুম্বা অমনা মাহুমক তাহনবা, শোয়দবাবু অশোয়বনা উৎপা, থবকনা থৌন্নম্ব অছুগা থৌন্নম্না থবকপু উৎপাবু লৌশ-লৈথোন ( অর্থান্তর ন্যাস ) কৌই। লাইদা ?ল কৎলগা মাহু সিদোক্লগা অমুক থোজিনববু লৈশি লৈথোনবা কৌবগুম্বনি।

(ক) "লাইয়বগী অনংবা খওলিত্রা হৈনাকখুনবনা।"
করম খওনি লিননী হগী মৈচাক চিকত্রিবনা।

(খ) ওয়াওয়া চৎলি মতম য়াংবী খজ্ঞা অয়া মুংঙাইনা।
লৰীদা কাংগী কাংখোংনা চৎপগুম উক উক লৈনা।

(ক) দা অয়াবা মৈচাক খওদে হায়দুনা সিদোকলে খওগুম খে'কে মহৌশাগীনি হায়দুনা খওনবু কজহল্লে মাসি লৈসি লৈখোয়ি।

(খ) দা মতমবু অয়া মুংঙাইগী ভমখিবা শককমনী হায়দুনা সিদোকলে, মচুংদা কাংখোংনা উক উক লৈদুনা চৎলগা খুংকম য়োৌপদবনি হায়দুনা খাগৎলি—লৈখোনলে—লৈভেংত্ন সিদোকলে অদুগা অমুক লৈভেংত্ন খোনকৎলে অদুনা অসিগুম্বা লৈভেংবু লৈসি-লৈখোন লৈভেং কৌই।

## ১১। স্বিংথারোল
### (স্বভাবোক্তি)

কবিগুম্বা লমদম অঁমগী, মী নত্রগা পোৎ অমগী মরমদা, মরমচৎভা য়ায়া গুপাইনা হায়বাবু মভৌ খিংথাবা (স্বভাবোক্তি) কৌনৈ। মভৌ-খিংথাবদা কবিগী কজবা উংপা ওমনৈ।

"অমংবা-নোং মুই, থাশিগী নোংমংবা অহিং মুই, থাশি অহিংগী নোংমংবা, নোংয়াইদা লৈদুংদা লৈবা সুক্রাংগী মচুংচু অমুক হেন্না মুই, তাইবাংপানগী খৌয়াই পানবনা যাগী হকচাংচু খাদোকলগা মথরাই-দুনা করম ভৌয়িগদবা খন্নুবদ য়াখনসি মুই, অদু পূয়মক্তগী হেন্না মুবদি মজা ইবেম্মা খোইবীগী শমলাংনি।"

নোংমাইজিংগী থাবল গৈতে য়াকপা-চানা ইরি ঃ—

“চীংশোনবনা শেল্লোই-মচীংলেন, লংমাই সনা হয়, য়াইচীং, শেল্লোই অমম গৈশায়োক লংমাক হোত্তাবপনা অমূক চামাই লাংনা সীং থাবাবু হাউমল খোইপাকশা, ভাইয়োং নাকা নিক-পাকিবু মুমিদাং সিংগৈ লোগে লোউমদে, হাউমল মপাল থেকে থেকউমদবা চীং ” অসিগুম্বা মথং মথং কয়িগুম্বা অমগী থাহ্না ইবা অমদি শকপাবু ‘থিংথায়োন’ কৌই।

## সাজেন।

১। গৈত্তেং চাওয়াক্রা সরুক কয়া থোক্রা থায়বগে? কয়ম ত্তোনা থায়রিবগে মখিং হায়উ।

২। কজবা য়ায়া গৈত্তেং কদায়বু কৌবগে? খুদম অমত্তং উৎলু।

৩। য়াহৈ-গৈত্তেং কদায়বু কৌবগে? য়াহৈ-গৈত্তেংশিংগী মখিং হায়উ।

৪। ‘থিংথায়োন’ গৈত্তেং অসিগী খুদম অমত্তং উত্তুনা তাকউ।

৫। নাত্তৈ-পূত্তৈ গৈত্তেং কদায়বু কৌবগে?

৬। পাৎহ্ন ( Pun ) ত্তোনবগী খুদম অমা উৎলু।

---

# কাইবরোন লাইছুই

!

কাইবরোনগী মতৌওয়া মৈতৈ শাগৈ সালাই ▪ (ভয়েৎ) থাইরি। মখোয় অছুদি :—

(১) নিংথৌচা, (২) অঙোম, (৩) লুয়াং, (৪) খুমন, (৫) সারাং লৈশাংথেম, (৬) মোইরাং, (৭) খাবা ঙানবা অসিনি। হাউরোক কোহৌদি খুমন সালাগদা তিনখ্রে। পৃথিবীদগী চাউরাবা জাতি ৭ লৈ মাছুদি : - (১) ককেশিয়ান (২) মঙ্গোলিয়ান (৩) নেগ্রো (৪) রেদ ইণ্ডিয়ান (৫) তিবত-বর্মন (গন্ধর্ব) (৬) অনামাইট (৭) ভিবেতিয়ান।

## নিংথৌ-চা।

নিংথৌচা সালাই অসি সেন্ত্রেং ( সূর্য্য ) শাগৈদগী হৌরকপনি। সূর্যিংপু জগৎকী অপোকপা মপানি নিংলখা কাংবুনি। অছুদগী সূর্যিংকী সালাই ( সূর্য্যবংশ ) কৌনৈ।

নিংথৌচা অসি শ্রীপরিবানরাজ মাহারাজগী মতুংইমা গোত্র ( পিবা ) অহুম থোক্না থায়দোক্লমই।

(১) মার্কণ্ডেয় গোত্র (২) বাৎস্য গোত্র অমুগা (৩) শাণ্ডিল্য গোত্র।

মার্কণ্ডেয় গোত্রগী নিংথৌচাদি :— (১) য়েংথোম্না অহন্নি (২) কৈথেন লাকপম (৩) খোইরোম (৪) নাহাকপম (৫) য়াইখোম (৬) খোংকাংবম (৭) মাইরেনবম (৮) কেলেম (৯) হৈরোম

(১০) পাতলতোন (১১) তাইবাংচয় (১২) জোয়েরম (১৩) খিংনাম (১৪) ইপুশংবম (১৫) থুমলজবম (১৬) খ্যাইস্নাম (১৭) মুখাম (১৮) মোইজম (১৯) মরাংজবম ( মবুল মপাল তাবা ) (২০) নাউরোইজম (২১) হাউদিজম (২২) কাং-তসেনবম (২৩) তাতোম (২৪) খোইমুবম (২৫) জোইতাম (২৬) খোইমুজম (২৭) খমজাং শংবম (২৮) ইয়োম সিনাম (২৯) নাজোইজম (৩০) খুত্রাকপম (৩ ) কাংতবম (৩২) জাইকাংবম (৩৩) হাউখোন (৩৪) নাকলবম (৩৫) শানৌবম (৩৬) ব্রায়েপপম (৩৭) জোয়াংবম (৩৮) সাইরেম (৩৯) অখোংবম (৪০) সোইয়াম (৪১) সাইখোম (নোংচুপনি) (৪২) মুচুম (৪৩) হুইরোংবম (৪৪) কাংবজম (৪৫) হৈয়াংখোংজম (৪৬) হৈস্নাম (৪৭) হকরাঙেম (৪৮) ইরেংবম (৪৯) ইয়োম ( চিংতামথা তাবা ) (৫০) কৈশাম (৫১) ইরূপম (৫২) শাংতোকপম (৫৩) চায়াইবম (৫৪) জোইতোংবম (৫৫) তাখারুংবম (৫৬) অতোম ( মথক্তী অসি পাখংবপী হৌয়পা হেমতো-ইবান থাবা লাইনিংথৌ কাওবগী মচা মগুনি )।

বাৎস্য গোত্রগী নিংথৌচা—(১) পাউনম (২) য়েমবাম (৩) ইরুংবম (৪) লুক্রাম (৫) শোরেনশংবম (৬) নোংখোনবম (৭) কমদোম (৮) চিরোম (৯) নাথৈরাকপম (১০) হুইজোম (১১) লৈমাপোকপম (১২) লোক্রাকপম (১৩) মুরাম (১৪) খুমনচাবাকপম (১৫) লাংপোকলাকপম (১৬) নিংথৌজম (১৭) মঙ্গিনবম (১৮) সিংকাম (১৯) থৌদাম (২০) তোনাবম (২১) শপোলপেম ( নোংচুপনে (২২) হোদাম ( তাখেম ) (২৩) পেবম (নোংচুপনে) (২৪) সয়সম (২৫) পাউপম (২৬) লাংতে (২৭) সোক্রাকপম (২৮) মপাম।

মথক্তা অসি লাইনিংথৌ খোবান থাবদগী সানোংবা লান্থমথোম্বা কাওবদা পানবা নিংথৌশিংগী মচা-মশুনে।

## শাণ্ডিল্য গোত্রগী নিংথৌচা।

(১) রাংথৈরাকপম (২) য়ুমথোইবম (৩) লৌক্রংবম (৪) থুরাইলাকপম (৫) খ্‌ংইরাকপম (৬) নোংথৈকাপ্পম (৭) মন্ত্রিমযুম (৮) কৌনাথাবম (৯) উক্রংপুরেন ময়ুম (১০) কর্ত্তামযুম (১১) নরসিংহমযুম অসিনচিংবা রাজবংশগী শাগৈ মথৈ শাণ্ডিল্য গোত্রনি।

খণ্ডবিগদবা :— নিংথৌচা ওইরবাসু চারোন তরেৎ ওইরবদি গোত্র ওথোক্লগা লুহোংবা য়াদৈ। মৈত্রবাক্তা নিংথৌচা মথৈ শাণ্ডিল্য গোত্র নত্তে; গোত্র ভিন্নত্রবদি লুহোংবা লৌনবা য়াই। অঙোমগা নিংথৌচাগা মচৌন মনাও অমদগী খোকথি অহুবু চারোন ৭ হেনথিবা গোত্র ভিন্নদবদগী লুহোংবা য়াদৈ।

## হৌজিক ময়েকৌ মতুংইরা শাগৈ সালাই শ্রেংবিউ।

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| অকাংজম | খুমন | মৌদকল্য | অঙোম | অঙোম | কৌশিক |
| অচুরাম | ,, | ,, | ,, নোংথোম্বম | ,, | ,, |
| অকোইজম | অঙোম | অত্রেয় | ,, রাখৈতাবা | মোইরাং | অত্রেয় |
| অথাম | খুমন | মৌদকল্য | অঙোমচাম্বম | অঙোম | কৌশিক |
| অথোংবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড | অচুরাম | ,, | ,, |
| অখোম | ,, | ,, | অচোম | মোইরাং | অঙ্গিরস |

| শাগৈশিং | মালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | মালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| অতোম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড | অশাংবম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| অথোকপম | লুয়াং | কাশ্যপ | অসোম | খুমন | মোদকল্য |
| অপুচম (অয়ুকম) | ,, | ,, | অহেম্বম | | |
| | | | অহৈবম (খোংনাং-কৈতেকপী) | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| অযাকচম | খুমন | মোদকল্য | | | |
| অহেম্বম | × | × | | | |
| অমোম (হৈরম) | চেংলৈ | ভরদ্বাজ | অহোংশাংবম | খুমন | মোদকল্য |
| ,, কৈনৌজাবা | ,, | ,, | অয়েকপম | অতোম | কৌশিক / অত্রেয় |
| ,, য়াংউতাবা | খুমন | মোদকল্য | অথাম | খুমন | মোদকল্য |
| অয়াঙ্গম | লুয়াং | কাশ্যপ | অকাম | ,, | ,, |
| অরুবম | ,, | ,, | অয়াম | ,, | ,, |

## ই

| শাগৈশিং | মালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | মালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| ইংকুদম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ | ইক্রংবম (শাংলৈবম্ অমম) | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| ইঙুদম (কাঙবুংতাবা) | খুমন | ভরদ্বাজ | | | |
| ইপুশংবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড | ইক্রশংবম | খুমন | মোদকল্য |
| ইরমম (কৈশাম ভিয়বা) | ,, | ,, | ইয়েংবম (খুৰাইতাবা) | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| ইরোম (চিংতামথাতাবা) | নিংথৌচা | মার্কণ্ড | ইরোম (শিনাম) | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |

'উ'

| শাগৈ | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| উম্রিক বিনবম | লুবাং | কাশ্যপ |
| উক্রংপুরেন মযুম | নিংথৌচা | শাণ্ডিল্য |

'ও'

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| ওইনাম (হাওচোং, হাওকৈ নবুম মপাল তাবা) | অঙোম | কৌশিক | | | |
| ,, (তাংথৈলেম তাবা) ... ... ... | খুমন | মোদকল্য | | | |
| ওঁনাম | অঙোম | কৌশিক | ওক্রম | মোইরাং | অত্রেয় |

'ক'

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| ককচিং-তাবম | খুমন | মোদকল্য | কব্রবম (খুরাইতাবা) | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |

| শাগৈশিং | সালাই য়েক | গোত্র |
|---|---|---|
| কবরম (সোইরযোন নিংথেন তাবা) | খুমন | মোদকল্য |
| কবরম | মোইরাং | অত্রেয় |
| করাওবম | খুমন | মোদকল্য |
| কাইরেঙম (ব্‌াইতাবা) | মোইরাং | অত্রেয় |
| কাংওবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| কাংওসেনবম (মোংশাংগৈ তাবা) | ,, | ,, |
| কারাম | অঙোম | অত্রেয় |
| কাংচম | মোইরাং | অত্রেয় |
| কাংহুজম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| কিরাম | অঙোম | কৌশিক |
| কুমাবম | মোইরাং | অত্রেয় / কৌসক |
| কৈকলবম | অঙোম | কৌশিক |
| কৈথেন লাকপম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| কৈশাম (সোমুবশী মচামও) | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| কোংবাই-লাৎপম | ব্রাহ্মণ | X |

| শাগৈশিং | সালাই য়েক | গোত্র |
|---|---|---|
| কোইজম | অঙোম | কৌশিক |
| কোংখাম | ,, | ,, |
| কোংবজম (ইবোংবশী মচা মও) | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| কোংবম | অঙোম | কৌশিক |
| কোংজেংবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| কোম্হোজম | ,, | ,, |
| কোনসম | ,, | ,, |
| কোনসম (খোমিদোক তাবা) | নিংথৌচা | বাৎস্য |
| কোনাথাবম | ,, | শাণ্ডিল্য |
| কর্ত্তা শাগৈ | ,, | ,, |

'খ'

| শাগৈশিং | সালাই য়েক | গোত্র |
|---|---|---|
| খমনাম | খুমন | মোদকল্য |
| খরিবম | অঙোম | কৌশিক |
| খাইদেম | খাভানবা | ভরদ্বাজ |
| খাইদেম (মোংপোক খোয়িখুল তাবা) | চেংলৈ | ,, |
| খাকোকপম | চেংলৈ | ,, |

| শাগৈশিং | সাগাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| খাঙেবম | অঙোম | কৌশিক |
| খুনথাইবম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| খুন্ডোংবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| খুন্দ্রাকপম (নিং অয়াংবমী শাগৈ) | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| খুমনচায়াকপম | ,, | বাৎস্য |
| খুমনলম্বম | ,, | শাণ্ডিল্য |
| খুমনেম | খুমন | মোদকল্য |
| খুমোংময়ুম | × | × |
| খুমুকচম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| খুমুজম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| খুয়াইজম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| খুয়াই-লাকপম | নিংথৌজা | শাণ্ডিল্য |
| খুরৈলনবেম | অঙোম | কৌশিক |
| খোইডোং-বম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| খোইনাইবম | মোইরাং | আত্রেয়, কৌশিক |

| শাগৈশিং | সাগাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| খোইহুবম নক্রপা জম | মোইরাং | মার্কণ্ড |
| খোইবম | অঙোম | আত্রেয় |
| খোইমোম | ,, | কৌশিক |
| খোইরুক্তবেম | খুমন | মোদকল্য |
| খোইরোম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| খোইরোম (খ্বাইতাবা) | খুমন | মোদকল্য |
| খোংবানতাবম | × | × |
| খোংয়াংবম (মোইরাংদা লৈবা) | অঙোম | কৌশিক |
| খোমজাম | মোইরাং | আত্রেয় নক্রপা অঙ্গিরস |
| খ্বাইস্লাম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| খ্বাইয়াকপম | ,, | শাণ্ডিল্য |

'ঙ'

| | | |
|---|---|---|
| ঙাইরাংবম | থাঙানবা | ভরদ্বাজ |

| শাগেশিং | সাদাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| তেমনুঙম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| তেলেম | অঙোম | কৌশিক |
| তোইজম | × | × |
| তোইপিজম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| তোত্রেম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| তোকপম | খুমন | মোদকল্য |
| তোনজম | ,, | ,, |
| তোনাম্বম | নিংথৌচা | বাৎস্য |
| তোয়েম | খুমন | মোদকল্য |
| তৌয়াংবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| তোমোম | খুমন | মোদকল্য |

'থ'

| শাগেশিং | সাদাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| থাউতেজম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| থাউতেবম<br>থাউদেম | ,, | ,, |
| থাংজম (লুয়াবম) | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| থাংজম (খুয়াং তাবা) | অঙোম | কৌশিক |
| থাংজম (য়াওসোম ককবাতাবা) | খুমন | মোদকল্য |

| শাগেশিং | সাদাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| থাংজম (খুমুকচম) | লুয়াং | কাশ্যপ |
| থায়া কোকপম | অঙোম | কৌশিক |
| থিংগোম | খুমন | মোদকল্য |
| থিংনাম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| থিংবাইজম | খুমন | মোদকল্য |
| থিনবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| থিয়াম | ,, | ,, |
| থৈক্রুজম | খুমন | মোদকল্য |
| থোইদিংজম | ,, | ,, |
| থোংকাইবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| থোক্রোম | খুমন | মোদকল্য |
| থোংতাম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| থোংবম | × | × |
| থোকচোম (অঙিবা) | মোইরাং | অত্রেয় |
| থোকচোম (অঙোবা) | ,, | অত্রিয়ন |
| থোঙবম | খুমন | মোদকল্য |
| থোনাম | নিংথৌচা | বাৎস্য |

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| পৌনাওজম | লুৱাং | কাশ্যপ |
| পৌয়োইজম | × | × |
| | 'ন' | |
| নরসিংহ-ময়ুম | নিংথৌচা | শাণ্ডিল্য |
| নাউরেম | ,, | ,, |
| নাউশেকপম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| নাউয়োইবম (খুরাইতাবা) | লুৱাং | কাশ্যপ |
| নাউরোইবম | | |
| নাকপমথনবা | অঙোম | কৌশিক |
| নাকনবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| নাক্রম | অঙোম | কৌশিক |
| নিংথোবম | ,, | অত্রেয় |
| নিংথৌ-খোংজম | মোইরাং | অত্রেয় |
| নিংথৌজম | নিংথৌচা | বাৎস্য |
| নুংলেপ্পম | মোইরাং | কৌশিক |
| নেপ্রম | খুমন | মোদকল্য |
| নামবম | লুৱাং | কাশ্যপ |
| নাগৈরাকপম | নিংথৌচা | বাৎস্য |

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| নামোইজম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| নাত্রম | খুমন | মোদকল্য |
| নাহাকপম নোংথোনবম | নিংথৌচা | বাৎস্য |
| নাখেতাবা নোংথোনবম | নিংথৌচা | বাৎস্য |
| খুরাইতাবা নোংথোনবম | লুৱাং | কাশ্যপ |
| হিদাক-কানবা | অঙোম | কৌশিক |
| নোংচেংবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| নোংমাইথেম | অঙোম | কৌশিক |
| নোংমৈ-কাপ্পম | নিংথৌচা | শাণ্ডিল্য |
| নৌশাম | লুৱাং | কাশ্যপ |
| | 'প' | |
| পাউবম | নিংথৌচা | বাৎস্য |
| পাউপম | ,, | ,, |
| পাংকনবম | ,, | ,, |
| পাওনতোন | ,, | মার্কণ্ড |
| পাওনবন | খুমন | মোদকল্য |
| পাওনবম | লুৱাং | কাশ্যপ |

| শাগৈশিং | সালাই য়েক | গোত্র | শাগৈশিং | সালাই য়েক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| পাচহনবম | অঙোম | কৌশিক | পুংক্রাইবম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| পুকলম্বম | খুমন | মোদকল্য | পুংদোংবম | খুমন | মোদকল্য |
| পুত্রবম | ,, | ,, | পুখ্রেম | ,, | ,, |
| পুয়াম | ,, | ,, | পেবম | ,, | বাৎস্য |
| পোওগুবম | অঙোম | কৌশিক | ( লোংচুপনে ) | | |
| পোৎশংবম | ,, | ,, | পোৎশংবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| | | | ( নাচৌদা তাবা ) | | |

'ক'

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| কমতোম | নিংথৌজা | বাৎস্য | কাইরেঙম | মোইরাং | অত্রেয় |
| কাইরেনবম | খুমন | মোদকল্য | | নওগা | অঙ্গিরস |
| কানচেম | ,, | ,, | কানচৌবম | খুমন | মোদকল্য |
| কাম্লোংবম | × | × | কালাম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| কেলেম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড | কৈরোইজম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| কোঙংবম | নিংথৌজা | বাৎস্য | হেনতৌ | নিংথৌজা মচা | মণ্ড |
| ( খাঙতাবা ) | | | | | |

'ম'

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| মংসাতাবম | অঙোম | কৌশিক | মরিংঙম | অঙোম | কৌশিক |
| ময়াংবম | লুয়াং | কাশ্যপ | ময়াংলম্বম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| ময়াংলম্বম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড | ( নমুন তাবা ) | | |
| (অলহানবুং তাবা ) | | | ময়াংলম্বম | খুমন | মোদকল্য |
| ময়েংবম | লুয়াং | কাশ্যপ | ( হাওরোং তাবা ) | | |

| শাগৈশিং | সালাই স্নেক | গোত্র |
|---|---|---|
| মাইকুয়াম | খুমন | মোদকল্য |
| মাইমোম | ,, | ,, |
| মাইস্নাম | লুরাং | কাশ্যপ |
| মুংরাংবম | মোইরাং | অত্রেয় অঙ্গিরস |
| মনম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| মত্রম | লুরাং | কাশ্যপ |
| মোইখোংবম | × | × |
| মোইজম | নিংথৌচা | বাৎস্য |
| মোইরাংময়ুম | মোইরাং | অত্রেয় অঙ্গিরস |
| মোংপিজম | খুমন | মোদকল্য |

| শাগৈশিং | সালাই স্নেক | গোত্র |
|---|---|---|
| মাইবম | খুমন | মোদকল্য |
| মাইত্রম | ,, | ,, |
| মাইরেনবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| মুংখোম | অঙোম | কৌশিক |
| মুতুম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| মৈতালকৈশংবম | খুমন | মোদকল্য |
| মৈহৌবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| মোইচেম | খুমন | মোদকল্য |
| মোইরাংথেম | মোইরাং | অত্রেয় অঙ্গিরস |
| মোইরেংজম | খুমন | মোদকল্য |
| মোংকাম | মোইরাং | অঙ্গিরস |

'ল'

| | | |
|---|---|---|
| লখুজম | × | × |
| লাইকংবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| লাইখুবম | মোইরাং | অত্রেয় অঙ্গিরস |
| লাইথংবম | মোইরাং | অত্রেয় অঙ্গিরস |
| লাইরেঞ্জম | লুরাং | কাশ্যপ |
| লাইরেনলাকপম | অঙোম | কৌশিক |
| লাইশ্রম | খুমন | মোদকল্য |
| লাইশংবম | নিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| (মোংশাংগৈ ভাবা) | | |

| | | |
|---|---|---|
| লাইক'বম কোনোক-থিঙেনভাব | লুরাং | কাশ্যপ |
| লাইতোঞ্জম | অঙোম | কৌশিক |
| লাইকংবম | লুরাং | কাশ্যপ |
| লাইফ্রাকপম | মোইরাং | অত্রেয় অঙ্গিরস |
| লাইরেনময়ুম | অঙোম | কৌশিক |
| লাইসোম | লুরাং | কাশ্যপ |
| লাউড্রুচম | মোইরাং | অত্রেয় |
| লাংভেন | নিংথৌচা | বাৎস্য |

| শাগৈমিং | সালাই য়েক | গোত্র | শাগৈমিং | সালাই য়েক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| লাংকম | খুমন | মোদকল্য | লাংকোজম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| লাংপোকলাকপম | নিংথৌজা | বাৎস্য | লাংতৈবম | খুমন | মোদকল্য |
| (হেমতৌগী বতুংন) | | | লাম্রাবম | ” | ” |
| লিকমাংম | খুমন | মোদকল্য | লিসম | মোইরাং | অত্রেয় / অঙ্গিরস |
| লুক্রাম | নিংথৌজা | বাৎস্য | | | |
| লুথাইবম | × | × | লুরাংজম | × | × |
| লুরাংথেম | লুয়াং | কাশ্যপ | লেচোনবম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| লৈতাঙ্খেম | অঙোম | কৌশিক | লৈমথুজম / লেমজম | মোইরাং | অত্রেয় |
| লৈমপোকপম | নিংথৌজা | বাৎস্য | | | |
| লৈশাংথেম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ | লোইতংবম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| লোহতোংবম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড | লোংজম | অঙোম | কৌশিক |
| লোকখেংবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ | লৌক্রাকপম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| লৌরুংবম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড | লাইরমম | ” | ” |
| লৌশিকাম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ | | | |

'র'

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| রাইখোম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড | রাইচোম | নিংথৌজা | × |
| রাইরোকপম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ | রাইরোম | ” | মার্কণ্ড |
| রাংখেম | অঙোম | কৌশিক | রাজ্ঞৈখোলাকপম | ” | শাণ্ডিল্য |
| রাংদম | × | × | রাংপিবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| রাকোংথেম | লুয়াং | কাশ্যপ | রাজেশম | খুমন | মোদকল্য |

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| রাজেশ্রম | নিংথৌজা | শাণ্ডিল্য | রাহেংবম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| ( শগোনবনভাবা ) | | | রাজেনবম | মোইরাং | অঙ্গিরস |

'শ'

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| শংকোম | খুমন | মোদকল্য | শগোনশেম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| শাংতোকপম | নিংথৌজা | বাৎস্য | ( নোংচুপনে ) | | |
| শাংপম | খুমন | মোদকল্য | শর্খিনবম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| শনশেনবম | ,, | ,, | শানৌজম | ,, | মার্কণ্ড |
| শামুরাইলাৎপম | × | × | শোইবম | মোইরাং | অত্রেয় |
| শোরেনশংবম | নত্রগা | | স্বরারেনশংবম | নিংথৌজা | বাৎস্য |

খণ্ডবিগদবা ঃ— শ দা য়াওদবাচ স দা লেংবিউ।

'স'

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র | শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|---|---|---|
| সহোনবম | খুমন | মোদকল্য | সাইখোম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| সনাপাম | নিংথৌজা | বাৎস্য | ( খোংচুপনে ) | | |
| সরাশম | ,, | ,, | সাইরেম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| সুরেনশংবম | ,, | ,, | সানৌজম | ,, | ,, |
| সলাম | লুয়াং | কাশ্যপ | সারাংথেম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| সনজিয়াম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ | সারুংবম | মোইরাং | অত্রেয় |
| সরোথাইবম | খা ঙানবা | ,, | | নত্রগা | অঙ্গিরস |

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| সিংকাম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| সিনাম | খুমন | মোদকল্য |
| সুরাইশম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| সেরাম | অঙোম | কৌশিক |
| সোইরাম (ইরেংবমী কাংবু) | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| সোরাম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| সৌক্রাকপম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| সৌগাইজম | খুমন | মোদকল্য |
| সোবাম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| 'হ' | | |
| হাউথোম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| হাউজিজম | ,, | ,, |
| হাউখিজম } হাউজম } | খুমন | মোদকল্য |
| হাওবম | ,, | ,, |
| ,, | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| হাওমোম | × | × |
| হাওরোংবম | মোইরাং | অত্রেয় |
| হরাইবম | খুমন | মোদকল্য |
| হেরোম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |

| শাগৈশিং | সালাই রেক | গোত্র |
|---|---|---|
| হেস্নাকপম (মোইরাং তাবা) | খুমন | মোদকল্য |
| ,, (য়েনসেনবম) | খুমন | মোদকল্য |
| হৈক্রুজম | ,, | ,, |
| হৈথম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| হৈবম | মোইরাং | অত্রেয় |
| হৈস্নাম | নিংথৌজা | মার্কণ্ড |
| হিজম | লুয়াং | কাশ্যপ |
| হিজাম } (হিদাম) } | অঙোম | কৌশিক |
| হিদম | মোইরাং | { অত্রেয় { অঙ্গিরস |
| হুইদ্রোম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| হুইরেম | অঙোম | কৌশিক |
| হুইরোংবম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| হৈরাংখোংজম | ,, | মার্কণ্ড |
| হৈরোম | ,, | ,, |
| হোংনেমসুম্বম | অঙোম | কৌশিক |
| হোদাম | নিংথৌজা | বাৎস্য |
| হৌরাইবম | খুমন | মোদকল্য |
| 'য়' | | |
| য়াইখোম | নিংথৌজা | শাণ্ডিল্য |

| শাগৈশিং | সাগাই মেক | গোত্র |
|---|---|---|
| ঙাইথোম | মোইরাং | অত্রেয় |
| (খুঙাইতাবা) | | |
| ঙাইতৌবম | লুৱাং | কাশ্যপ |
| ঙাইথিংবম | খুমন | মোদকল্য |
| ঙাংকো জম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |
| ঙাহুংথৈবম | খুমন | মোদকল্য |
| ( শিংজমৈ তাবা ) | | |
| ঙাংবম | লুৱাং | কাশ্যপ |
| ঙাংমোম | ,, | ,, |

| শাগৈশিং | সাগাই মেক | গোত্র |
|---|---|---|
| ঙাতম | লুৱাং | কাশ্যপ |
| ঙামবেম | খুমন | মোদকল্য |
| ঙুমথাইবম | মিংথৌচা | শাণ্ডিল |
| ঙুঙাম | ,, | বাৎস্য |
| ঙুমলেপম | অঙোম | অত্রেয় |
| ঙেংখোম | মিংথৌচা | মার্কণ্ড |
| ঙেমথাম | ,, | ,, |
| ঙেনশেমবম | ,, | ,, |
| ঙেত্রেশম | অঙোম | অত্রেয় |
| ঙেমাংবম | চেংলৈ | ভরদ্বাজ |

ঙেংগদবা ঃ— মথক্তা হায়খ্রিবা মেক অমদি গোত্রসি মায়দবা ঙাওই। অকৃঙা মরোলদি শাগৈ পীবা অমদি মাইবা লোইশঙদগী কংবিগনি। খুদম 'X' অসি লৈবা মুঙাক্তি ঐনা থেংনবা লাই ঙিক্তা ঙাওদবদগী হাপ্তবনি। "চেংলৈ" গী মখুংদ "থাইদেম" নৈমিষ্য গোত্র ওইবা লৈরি। চেংলৈবু "থাব তামবা"শু কৌই। অয়ান-অহই পুয়মক তাকপিউ। কোমুংগী পণ্ডিত লোইশঙদগী অচুবা কংবিগনি।

